# ꯑꯃꯨꯕꯥ ꯀꯤ ꯒꯤ ꯑꯂꯣꯛ

# অমুবা কি গী আলোক



# ꯑꯃꯨꯕꯥ ꯐꯤ ꯒꯤ ꯑꯅꯣꯛ

# অমুবা ফি গী আনোক




জে : এস: কোন্সম




ইমাখোল পব্লিকেসন্স, মণিপুর
*ইরমদম মীয়ামগী অপূনবা খোর্জে লূপ*
*অবাং পোংশংবম*

# Amuba Phi Gee Aanok

(A collection of twentyfive short stories by J S Konsam)



অথাফাঙবা : ইমাখোল পব্লিকেসন্স, মণিপুর
ইরমদম মীয়ামগী অপূনবা খোর্জে
লুপ, অবাং পোংশংবম ।




অইবা : জে: এস: কোন্সম
খুরাই কোন্সম লৈকাই
ইম্ফাল ইষ্ট, মণিপুর

অহানবা ফোঙবা : ওক্তোবর ০৮, ২০০৬



কোপী মশিং : ১০০০

মখুম যেকপা : হাওবিজম বিনয় সিংহ
বুদ্ধি আর্টস, খুরাই লমলোং কৈথেল

মমল : লুপা ২০০/-

---

নম্ফম : লৈমহৌ প্রেস
খুরাই লাম্লোং কৈথেল, উখ্রুল রোড
ইম্ফাল ইষ্ট, মণিপুর

# খুদোল
## (শকখঙজহৌদ্রবা ইনাউদা)

ঈরেমখাক্লি হায় তাইবংনা
শমিন ফংদে, খুদম উদে
পঙ্গিৎ- মায়চৌগী ব্রাহৈদা
শোলহৈদে পলহৈদে হায়নে নঙবু !

ইনাউনি লীথি, তমথি পলেম পন্থৌনা
উবা ফংদে, শোকপা ফাউদে
কৈরোয় লৈকাইগী চৎনবী ব্রাহৈদা
শোলহৈদে, পলহৈদে হায়নে নঙবু !

নঙগী হেংলৌ শকফম লাকশিন'ঙমদে
নঙগী যাব্রা খোঞ্জেল তা'ঙমদে,
নঙগী কোলোয় মিংলেন খঙথিদে
শেমজবা নত্তনা শেমজরিবা শকফমসে ॥

শেমজরি নঙগী শকফম অমা
লৌবিয়ুকো লাল্ল'সু শেমজরিবা শকফমসে
পেঞ্জ'দ্রসু পেল্লে নীংনা পেনবিয়ু
য়াজ'দ্রসু য়ারে নীংনা যাবিয়ু ॥

নপোক-ইপোক খায়দোকপিরে
ব্রাংমা-ব্রাংমদা লৈহনবিরে ঈচেল অমগী
যেংঙি উদে, যেংলি শকফমসিদা
মিংলেন ফান্না কৌগেকো-"ইনাউ ইবুংঙো!"

মৈশা মৈরিনা ব্রায়থিদে হায়
থোৎলিবা নৌরিবা হকচাংনি হায়
ঐগী ইনাউ ইবুংঙো নুংশিবা
পোকমিন্নবা থংনবা ইনাউনি নহাক !

নীংশিংবা ওমথিদে কবিমতা
লৈবমবৈ হিংলমবৈ ইমুং অমত্তদা
শেমগৎচবিসে শাজিনজরিসে অচুম্ববনে ?
শক্তম অসিবু অচুম্বরনে ?

কৎচবি পুক্রীং থম্মোই শেংনা
ইনাও ইবুংঙো নহাক্কী নফমদা
নযাম্বা ঐগী অহানবা ব্রারী মচা
"অমুবা ফি গী আনোক ।"

তাং ১৮/৮/৯৬ ইং

নহাক্কী তোল্লবা যাম্বা
জে এস কোসম

# ৱাহৈ খরদং



মীওইবনা গুহানুংদা লৈরিঙৈদগী হৌনা থৌদোক ৱাথোক কয়া থেংনরকখি। থৌদোক ৱাথোকশিং অদুগী ৱারী লীবা অমদি তাবদা নুংঙাইজবা হায়বসি মৈহৌরোলদগী লৈরক্লবা মীওইবগী মহৌশানি। অদুম্মদি ওইরগা মীপূম খুদিংনা ৱারী ফজনা অমদি মরীক চুম্না লীবা হৈতে। মসিদা মগুন অমা চঙই, রাশি অমা চঙই, মীনা তাবদা নুংঙাইনবগী মীনা তানীংনবগী। থোকখিবা থৌদোক ৱাথোক অমা ইচম চম্না লীবগা লৈশি-লৈথোন, প্রমান-পান্থে অমদি কল্পনাগী মচু-মমেন শঙদুনা লীবা ৱারীগা করম্বনা মীনা তানীংবা হেনগদগে হায়বদু থোইনা শন্দোক্না তাক্লীংঙাই ওইদে। মসিদনি ৱারী লীবা হায়বসিনা কলা অমা ওইরক্লিবা। মীওইবা সমাজগী হোংলক্লিবা য়াওল মতুং ইন্না হৌজিক্তি ৱারী লীববুদি ৱারী ইবরোমদনা হেন্না চঙশিল্লক্লে। চীম্থাংদা লৈবম্বা সাহিত্যনা অইবা সাহিত্যরোমদা চঙশিল্লকপগী ৱানি।

মনিপুরী সাহিত্যদা চহী খরসিদা ৱারী মচাগী ঈহৌ ফজনা লাক্লে হায়বসি মযাম্না তোয়না পন্নরবা অমদি য়ানরবা ৱাফম্নি। মসি অইবা কয়া চোংথোরকপদগীনি। চহী ৱায়শিল্লক্লবা অইবা কয়াগী খোর্জৈ মচীন কংদ্রি, অনৌবা কয়াসু মচীন ফেঙদুনা চোংথোরক্লি। নৌনা চোংথোরকপা অইবশিংগী মনুংদা জে এস কোন্সমসু অমনি। নৌজরবসু অইবা অসিগী খোর্জৈদগী থোরকপা ৱারীমচাশিংসে ফজে, মরীক চুমই; অপাবদা পানীংবা পোকহল্লি; পাবা হৌরুরবদি মখা চত্থনীংই।

শম্না হায়রবদা লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারীমচা খরদি তশেংনা ফজবা ৱারী মচানি। খূদম ওইনা লৌখৎপা তারবদা লাইরিক অসিগী মিংথোল ওইরিবা ‘অমুবা ফি গী আনোক’ হায়বা ৱারী মচাসিসু থৌদোক অসি পঙনা থোক্কনবদি নত্তে, অদুবু থোক্তবদি নত্তে। ৱারী মচাসি অসুম্না হৌই —

'পুন্সি হায়বসি অঙকপা অমনি। অঙকপশিংগী মনুংদা পুন্সিদা থেংনখিবা থৌদোকশিংগী শরুকসু অমনি।' অঙকপা থৌদোক অসিগুম্বসি পুন্সিদা থোক্কবদি নত্তে। নুপীগী লমচৎ - ব্রাখল হায়বসি অঙকপনি, নুপাগীসু অদুমঙাই। অনিসিনা পূল্লুবদা খঙহৌদনা থৌদোক -ব্রাথোক কয়া থোকহল্লি, পুন্সিগী ঈচেল খংহোং হোংহল্লি, কবিগুম্বদা খাংঙুথক্তা পিখম্ন হল্লি। ফ্লাশব্যেক তা ইবা বাবীমচাসি শীংথানীংঙাই অমনি।

জে এস কোন্সম অপাবশিংগী মীনুংশি পোকহনবা থম্মোয শোকপা ঙম্বা ব্রাবী মচা ইবদা যাম্না খুৎলোইনা উই। পুন্সি-লম্বী হায়বা ব্রাবী মচাসি মদুগী খুদম অমনি। যুমল্লোন্নবা মামতোন্না মথোৎ কাবক্লিবী ইবের্মাপশকপ্ন নমজা-নমথেকপিবদগী নুপীজা অদুগী পুন্সিনা সমাজদা মমায উৎপা ঙমদদুনা কবম্না কেমখিবা অমদি নীংঙমদগী মৈচাক্না মামতোন্না কবম্না পাপ অদুগী প্রায়শ্চিত তৌনব' হোৎনখিবা হায়বদু ব্রাবী মচাসিদা থেংনবিগনি।

ব্রাবী মচা অমমমতা লৌখৎতুনা নৈনবগদি যাম্না শাংখ্রনি। মথক্তসু পঞ্জেন্ত্রে ব্রাবী মচা খবদি তশেংনা ফজৈ হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। অইবগী বাবী খুৎলিদা যাম্না হৈনা খুৎলোইনা শীজিন্নবিবা টেক্নিক অসি ফ্লাশব্যেক নি। কবিগুম্বদা মংদ্রংগা লোযনন' ফ্লাশব্যেক শীজিন্নবা যাওই; খূদম ওইনা 'খোঞ্জেল' হায়বা ব্রাবী মচাদা। মসিদসু অইবসি মায পাকই হায়বা যাই।

হায়নীংবা অমত্তংদি যাওই। অইবগী ব্রাবী খুৎলিদা দাইলোক্কী চাং অসি খিত্তং হোঞ্জনবগুম তোই। ব্রা যাম্ন' অব্রাই অখুম তৌহনবগী মহৎতা খজিক্তংদা ফোঙদোকপা ঙম্লবদি হেন্না ফজব' ব্রাবী মচা ওইগনি। ব্রাহৈ-ব্রাতাশিংসু খবা চেকশিন্নবা হোৎনবা ফৈ।

চহী খবা ব্রাযশিনখ্রবসু অইবনা থবায যাওনা সাহিত্য জগৎতা চোংথোবক্লিবসি থাগৎনীংঙাইহনি। থবায যাওনবু হোৎনববদি হেন্না হেন্না ফজবা বাবী মচা কযা থোক্লকখিগনি। ঙন্না হৌবা চেক্লাগী খোঞ্জেলখক্তনা নুংশিবা নত্তে, থেঙনা হৌবা চেক্লাগী খোঞ্জেলদসু নুংশিবা যাওই।

*সেপ্টেম্বর ১,২০০৬* *নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ*

# প্রসিদেন্টগী ব্রারোল



জে এস কোঙ্গমগী বাবীমচাগী অসিদ অথঙব বাবেং কযা যাওরি । মদুগী মনুংদা "অমুবা ফিগী আনোক মিংথোন" পীবিবা ব্রাবী মচা অসি অহানবা থেংনকুনা খুদিংমক্লা শাগৎলিবা প্লোট অসিদা অঙকপ পোক্কনি। অইবনা চহী ৩৫ নুপীগী মশক উদ্রবা অঙ্কল (খুবা) অমগী মতাংদা ফোঙদোকপা অসিমক্তি অসুক্কী মতিক ফজখ্রে। মহাক্লা পেগ মচা / অচৌবা কযা লেপ্তুনা থক্লগা ব্রাবী লীবগী মওং অসিমক নোংচুপকী অইবশিংগী ষ্টাইল ওফ বাইটিংগী ফজবা মওং অদুগী মমি তাবা থেংনৈ।

তেন্তক্লা বিশেনপুবদা পোষ্টিং তাবিঙৈদা ইঞ্জিনিযাব অমনা গাডী অমদা ঠিকাদাব দেভিদকা লোযননা ইম্ফাল হাইগৎলকপনি। জীপতু ইঞ্জিনিযাবনা ইাদাকসু খবা ঙাওবগা থৌবকপনি। নম্বোল যৌবমদাইদা একশিদেন্ট থোকপদা মথোঙ হামদুনা লৈবম্বা নুপা অমা থোমখীবনি। মী অমা জীপ মখাদা জ্ঞান তাদনা শিববগুম লৈববদুদা মথোয অনী চেল্লকপনি। ষ্টেনো নুপী অদুগী যুমদগী মপুবোযবগী মোতোব সাইকল অদু লৌবগা ইম্ফাল যৌনবা লাকখিবনি। মতাং অসিদা অইবনা পুথোবকইবা ইমাজবি পসোনিফিকেশন অসি তোপ- তোপ্লনি। ষ্টেনো অদু ইঞ্জিনিযাব ( অঙ্কল) অসিগী মখাদা থবক তৌবিবী অমনি।

খববগী পাউ মতুং ইন্না শিবিবা নুপা অদু ষ্টেনোদুগী নুপানি হাযবা খঙলে। মতম খবা লেপল্লুবগা ইঞ্জিনিযাব ওফিস কাবে। ষ্টেনোসু শোবাৎ লোইবদুনা ওফিস কাবে। ষ্টেনো ইঞ্জিনিযাবগী কাদা লাকই। অদুবু বা মখা তানা ঙাঙদবা যাদবনা নিক্লা হাযখি "লানখিবা পুম্নমক্কু ঙাকপীবো ..... গাডীদুদি ঐনা থৌবকপনি ।" মখা তানা "নঙোন্দা ঙাকপীযুসু হাযর্জাবি। ঐহাক নহাক্কীদমক লুপা লাক্ষ অমদি থৌবাঙ তৌবি।"

- "শেলদি পামজদে।"

- "অদুদি অপাম্বদু হাযবীযু ।"

- "ফিবোই লোইদ্রিফাওবদদি খাঙজখিগে ।"

অসুম্না ফিবোই লোইববা মতুংনি । ইঞ্জিনিযাবনা ষ্টেনোগী লৈখিদ্রবা মপুবোইববু পল্লদুনা

-"নহাক থোম্মবু নুংশিদ্রা"

—"কবিগী নুংশিদনি। নুংশিদনসু ফংলবোই।....... ঐনা পামজবদি অহিংবা থৱায়দুনি।.. ...... ঈশ্বরনা শেম্বনি। ইপুবোযবা পীযু হাযজবোই। ইপুবোযবা ওইবিযু নিজবর্তনি।"

মসিদা মমা মপাগী অচৌবা আশা অদুগী মাযোক্তা যুম পাল্লুববী নুপী অমা লৌবা ভস্ম্যোয হাযবগী ৱাফম ফোঙদোক্লি।

মসিনা মৱম ওইবদুনা ষ্টেনো অদুনা বিজাইনেসন লেটব অমা পীবমখি। বাফম অমতং পুথোকচববদা —

—"জেলগী চেকপলনুংদগীসু হেনবা অবাবা লৈত্রবা?"

পূম্নমক অসি অঙ্কল ইঞ্জিনিযাবনা অইবদা লীদুনা তাহন্নগুম্ননি। ৱাবী শানা শানা লীনা লীনা অঙ্কলগী নুংশাশ্বব লৈবমদ্রে। মতমদুদা পাওখুম ফংখি

—"চুম্মি জেলগী চেকপলনুংদগীসু হেনবা অৱাবা লৈ।"

বাবী মচা কযানা পুনশিন্না লাইবাক অসিদা ৱাবী মচা পুন্নমকপু পঞ্জবদা, খন্নবদা ওইথোক্লবোইদবনা মিংথোল ওইবিবা বাবী মচা অসিদং ফোকস তৌজবনি।

অযাম্বা বাবী মচাশিং বোমান্তিশিমদা ইবতা নত্তনা কামগী ঈহৌ পোকহন্দুনা নহাবোলশিংদা পানীংহল্লি। মকুওইনা অৱাংবা থাক্কী মীওইশিংদনা হেন্না বাখল খলহন্দুনা ব্রেন দ্রেন ওইফম থোকপা সিচুএশন কযা যাওবি। ওবজেক্তিব কো বিলেতিব কযাসু যাওবনা থোকখ্রবা ইমোশনেল ওইবা ৱাফম অমা পাউতম্বগুম অইবনা ফোঙদোকই। অসি যৌনা চঙশিনগনি হাযবসু জে এস কোন্সমদা ঐখোযনা থেংনজবদা থাজবা লৈখিদে। অদুবু ভসিদি অইবা অসি মীওইবা সমাজগী ১ স্কাবদা কংথোকলবা মীশক অমগুম উবক্লি মখা তানা ইনবা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌজবি।

তাং ১৭/১২/০৫ রাজকুমার গুনচন্দ্র

# ইমাখোলগী ৱারোল



শোৎথবিবা লমদম অসিগী খোর্জে শুবা অইবশিংবু পুক্নীং থৌগৎচনবা তাং ২৩-০৩-০৩ ইংদা লিংখৎচখিবা ইবমদম মীয়ামগী অপুনবা খোর্জে লুপ (ইমাখোল), অমসুং পোৎশংবমগী ইমাখোল পব্লিকেসন্স, মণিপুরনা মৎং মথং লাইবিক ১৪ পুথোকখ্রবগী মতুং অসিদা সাহিত্যগী সংস্থান অসিগী ১৫শুবা লাইবিক ওইনা জে এস কোন্সমগী ৱারী মচাগী লাইবিক 'অমুবা ফি গী আনোক' অসি ওতৎ পুথোকচবি। জে এস কোন্সম ইলেকট্রিসিটি ডিপার্টমেন্টগী ইকজ্যুটিভ ইঞ্জিনিয়াবনি। খুবই কোন্সম লৈকাযদগীনি। ইমাখোলগী য়াম্না মশক নাইবা মেম্বরনি

পুন্সি হিংবগী অঙকপা খোঙচৎ অমনি। অঙকপা অসিনা অমুক কঙাওনহল্লি। কঙাওনবা কযানা অমুক চমম্নহল্লি। থাজদনা থাজবগী ৱাংমদা অঙকপা উবকই। উনা উনা মিৎ তাঙলকই। মিৎ তাঙনা তাঙনা উখিবশিং অদুদি কাউবা ঙম্লক্তে। থৌদোক অমনা পুন্সিবু নুংঙাইহল্লি। ৱাথোক অমনা পুন্সিবু ৱার্হল্লি। অৱা নুংঙাই অনীগী লংদাইদা অমুক্না কপহল্লি। অমুক্না নোকহল্লি। কাবগুম্বদা অনীমক পুল্লগা অঙকপা ওইর্হল্লি। মিত্তাঙবনা আনোক উপ্পি। মিৎ তাঙদবসু অদুম মউপ্পি। অনীগী খেন্নবদি চাউনা লৈ। মপুরোয়বমকপু গাডীনা তক্লুনা হাত্তোকপীনবা ফাওবদা কনা খঙহন্দনা অবোল্লা আশা অমগী মকমদা মবাল ঙাকপীদুনা অৱাফমদা তাহন্বীদ্রবা, পৈশা নুংশা, শেল থুম অমত্তা লৌদনা মপুন্সি কন্বীবক্লবা মবাল লৈববা ওফিসার অমদা মাগী স্টেনো মৌনহা অমনা পৈশানা শেলনা শিন্বা যাদবা মাগী মপুরোযবগী অৱাৎপা অদুমতং মেনশিনবীয়ু হায়না য়াম্না ইকাই হঙ্গোইনা হাযজবম্বা নুপীদুগী ৱাকৎ অদু নিপাদুনা যাবা ঙমখিদ্রবদা পুম্নমক অবেম্বা তাবদুনা নুপীদুনা মথৱায নুংঙাইতনা থবক তোৰ্কাখবগী থম্মোযদা পীবম্বা নীংঙমদবগী চৈনাদু খাঙবা ঙম্নবা উপখিবা অমুবা ফিগী মিৎখুমফিগী ৱাবীন। নীংঙমদবগী মহুৎ শিন্বীনবা পোৎশক্তি লঙজবব্বা পাপকী মবাল যাজবা নত্তনা অমমুক লৈত্রে। 'নিপাদুনা মাদু মবালগী মতুংইন্না জেলদা লৈহন্বীয়ু হাযবব্দা মনা জেলদা লৈবা ঙাক্তনা অৱাবব', জেলগী চেকপলনুংদা লৈবদগীসু হেন্না অৱাবা লৈত্রববা হাযনা হংলম্লগা কনাদসু যেৎলমদনা থবক কাবর্কাখদনা থবক তোকপগী চে পীশিল্লকখিবগী চাক্লবা ৱাবীনি। নীংশংবনা থম্মোযদা চৈনা

নীবকই। চৈনদুনা পুন্সি লোমহনখি ।  শেলনা যাদবা মতাংসু লৈ ।  নীংঙমদবদগী কনাবসু হন্না যেংখ্রবোই বারেপ লৌদুনা উনীংদ্রবা মানা উপ্পিবসিদি মখোক য়াওদ্রবা অমুবা ফি গী আনোক্কি ।  মসিনা মিংথোল ওইদুনা পুথোকপা ৱারী মচাশিংদুগী লাইরিক্কি ' অমুবা ফি গী আনোক ' ।

য়াওদ্রিবা ফজবা মহাও লৈবা ৱারী মচা খবগী য়াম্না শন্না ৱারীদি 'নাইনু অমা' -- নাইনু শান্নবোই সোবিতাগী অঙাং ওইরিঙৈগী মঙাও থীবদো ময়ুম মকে পান্দুনা লাক্লবা মতম্সদা নীংশিংলকপগী ৱারীনি । 'পাপ-পুন্য' -- নুংশিনবা থুংনখিদ্রগা অতোপ্পা নুপী লুহোংলগা নুংশিবগীদমক তৌজবা তপস্যানি নীংনা নুপীদুবু হন্না য়েংদনা লৈবগী পাপ অমদি মমেদা মগী নুপীবু লৈশিনখিবগী পুন্য পীবা ফজবা ৱারী মচানি ।

প্রোফেসার, মঙাল, নুংশিবা, পল্লেপফম, খরাই হাপল্লবা লাইথি, খোঞ্জেল, ওজা লুখোই, রিভোলুসন, পুন্সি লম্বি, মাইথীবন শান্নবোই, ঙাম্নোই, ৱাখলগী লাল, খুমলোন্নবা, অউনপোং, ইতৈমা অসিনচিংবাশিংসি থোইদোক হেন্দোক্না মহাও লৈবা, ফজবা, রেডিও প্লে, ফিলম্নচিংবা ওন্থোপা যাগদবা ৱারী মচা কয়া য়াওবা লাইরিক্কি। অইবগী তোপ-তোপ্পা খুৎই অমদি লোন্দা অসি মহাক্কী ৱারী মচা 'অবোইবা মিৎয়েং' দা উবা ফংই । মরা মপুরোযবা লৈবী নুপী অমগী ফিজোল অমদা অশংবা অতিয়াগুম পুক্নীং শুমহৎখিদুনা মাবু থিবদা অঙাওবা ওইববা, মাগী কল্পনাদা পুংঙাও ঙাওরবা নাযক অমগী ৱারীনি । থম্মোই শেংনা নুংশিকবা নৎত্রগা ঙাওজরুবনা পাপ নত্তে খনজরিবা নাযকপু নাযিকানা অবোইবা অৱাই অখুমগী তুংদা অবোইবা বিদাই পীনদুনা অরোইবা মিৎযেং থম্মখিবা ৱারী মচানি । ৱারীগী প্লোট অসি অসুক্কী মতিক ফজখ্রে। অনিবক অহুম্লক পানীংবা পোকর্হাল্লে অমদি বাহৈ ৱাতাশিংসি অপাবগী কোক্তা নিনদুনা লৈহৌবগুম তৌই ।

লাইরিক অসি সাহিত্যগী লৈকোন্দা লৈচন অম ওইনা লৈশাৎ তমহঞ্জনীংদুনা 'ইমাখোল' না ফোঙজবনি । মীয়াম্না পাবীনবনি । পাবীয়ু , নৈনবীয়ু , অইবশিংবু পুক্নীং থৌগৎপীয়ু হায়না মীয়ামগী খুত্তা ইমাখোলনা নোল্লুক্না খুৎশিন্নজবি । অইবগী মফমদগী ইনীংবগী ৱাখল অমদি পাঙ্গল হন্দবা ওইদনা লাইরিক কয়া পথোকপা ঙম্বা ওইবসনু ।

কেশো সিংহ ইরেংবা

(কেশো সিংহ ইরেংবা)
সেক্রেটারি, ইবমদম মীয়ামগী অপুনবা খোর্জেলুপ
(ইমাখোল), অবাং পোৎশংবম খুনৌ

অৱাং পোৎশংবম খুনৌ,
তাং ২৪/০৫/২০০৬

# রাহৌ রারোল

'অমুবা ফি গী আনোক' হায়না মিংথোনবা রারী মচাগী লাইরিক অসিদা রারী মচা কুনমঙা থক যাওবি। রারী মচাশিং অসি কুনশুবা শতাব্দিগী অরোইবা দিকেদ (decade) তা ইজথিবনা অযান্নবনি। ছাত্র ওইরিঙৈদা ইজথিবা রারী মচা অমখকসু অমুক শেমদোক্লগা হাপচবি।

হৈনি-হৈরোই, ফজনি ফজরোই, পানীংনি-পানীংলোই থিদনা ইনীংবগী ঈথিন, ঈহৌ অমদি ঈচেল কযানা থম্মোই থুম্না ফাউরক্লুনা ইজথিবা রারীমচাশিংনি। যাম্না থরায তানা ইজথিবা রারীমচাশিংদি মিংথোল ওইরিবা রারীমচা 'অমুবা ফি গী আনোক' অমসুং 'অরোইবা মিৎযেং' অনি অসিনি। মৈতৈ নুপীগী ফিদমবু উৎকে হায়না ইজথিবা রারীমচাশিংদি 'পাপ-পুন্য', 'পল্লেপফম', 'পুন্সি-লম্বী', 'ইতৈমা' অসিনচিংবনি। রোমান্টিশিজম দা যুমফম ওইরগা ইজথিবা রারী মচাশিংদি 'যাউশঙদো থাবলদো', 'রাখলগী লাল', 'খোঞ্জেল' অসিনচিংবনি। অতেনবা রারী মচাশিংগী মনুংদা — 'কোকসি অমুক্তা থুগাযবিয়ুবা' হাযবা রারী মচা অসি মবাল লৈববা লৈতবরা জেলদা লৈরিবা বন্দী অমগী অরাংবা থাক্কী পেন্দবগী খোল্লাউ উৎপা রারী মচানি। 'খোঙথাং' অমসুং 'তৌহৈদে' অনিসিসু অতেনবা রারী মচাশিংনি। সমাজগী লোনচৎ, চৎনবীগী লোনচৎ নৈনবা রারী মচাশিংদি 'প্রোফেসার', 'থরাই হাপ্লবা লাইথি', 'ঙাম্নোই', 'যুমলোন্নবা', 'তা তোম্বা', 'অউনপোৎ' অসিনচিংবনি। মখল মখলগী নুংশিবগী গুনবু নৈনজবা রারী মচাশিংদি 'মঙাল', 'নুংশিবা', 'খোঞ্জেল', 'তৌহৈদে' অসিনচিংবনি। পুন্সিগী মমল অসি হোৎনবা কনবনা পীবি হাযবসি 'মাযথীরবা শান্নরোই' হাযবা রারী মচাসিদা থেংনবিগনি। নাইনু কৌবা দিবেট কুম্বা মশান্না অমা লৈ উৎচবা রারী মচানি — 'নাইনু অমা'।

পুন্সি খোঙচৎতা মবাইবক থীববী, যুম পানবগী তাঞ্জা নাম্নোকখ্রবী, সমাজবু কিজনা হিংজবীবী মৈতৈ নিঙোল অমবু যুমলোন কৈরোন্নবনা খোন্দা থীনা চৈবীরকপগী কোকলবোইদবা নৈনাখোলদু

উৎপনি — 'কোক্লরোইদবা চৈনাখোল' কৌবা ৱারী মচাসি । ওজাগী গুনবু শৈথাজবদি 'ওজা লুখোই' হায়বা ৱারী মচাসিনি । নীংতম লালহৌগী মরমদা অৱাই অখুম তৌজবা ৱাবী মচানা 'রিভোলুসন' নি। 'ইতৈমা' কৌবা ৱারী মচাসি লুখ্রাবী ওইরবী ইতৈমা অমনা মরীংজেল মথৌনা উৎতুনা মচাশিংবু অমদি ইমুং মনুংবু মওং তানা থাকচরগমু মিৎযেং খুবা মিৎযেং কয়াদগী পুন্সি পিখমুথিবগী ৱারীনি ।

লাইরিক অসি ফোঙনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং যাবিথিবা খুবাই লম্লোং কৈথেলদা লৈবা লৈমহল প্রেস কী প্রোপ্রাইটর ঐগী ইনাউ ইবুংঙো থৌদাম কান্তা সিংহ লোযননা কম্পুটর পেজ মেকর তৌবিথিবা থৌদাম শ্রীতনকুমাব (নাওচা) অমসুং যেন্দ্রেম্নম হেরোজিৎ অমদি প্রিন্টিং কম বাইন্দিং সেক্সন্দা লৈবীবিবশিং পুম্নমকপু পুন্সিগী শিংবা ঙম্লবোইদবা লমন তোনশিঞ্জবববনি।

অমুকসু ইমাখোল পব্লিকেসন্সগী জেনেরেল সেক্রেটরি শ্রী কেশো সিংহ ইবেংবা, প্রসিদেন্ট শ্রী আব: কে: গুনচন্দ্র সিংহ অমসুং অৱাবা শরুক কয়া যাবিথিবা 'ইমাখোল' গী মেম্বরশিং পুম্নমক্তা লাইবিক অসি ফোঙনবা হোৎনবদা থৌনা কয়া, লমজিং কয়া পীবিরকপগীদমক পুন্সিগী ওইবা চাউরবা লমনশিংসু অইবনা তোনশিঞ্জবে ।

অমুক্কসু অইবনা অমদি ইমাখোলনা হাযজরুবদগী মমল যাম্লবা পূংজা খব কাযথোকপিদুনা লাইবিক অসিগী মরমদা ৱাহৈ অমা অনিদং ইবিরকপা অ``দি মত পীবিবকপা অহল ইবুংঙো শ্রীনোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহগী মফমদসু পুন্সিগী শিংঙম্লরোইদবা লমন কয়াসু তোনশিঞ্জরবনি।

ইরোয লোযবদা লাইরিক অসিদা মরম কয়াদা লানথিবা-বানানদা খঙদে, ৱাহৈ ৱাতাদা খঙদে লানথিবশিং থেংনবিববদি অইবা মশামক্তা নৎত্রগা ইমাখোল পব্লিকেসন্স, অৱাং পোৎশংবম খুনৌদা ইরগা ওইনা নৎত্রগা পাউ ওইনা পীবিবক্লবদি তরাম্না লৌজগনি অমদি মথংগী খুৎনমদা চুমথোকচগনি।

তাং ২৪।০৯।০৬ ইং

জে এস কোন্সম
ইমাখোল পব্লিকেসন্স

# য়াওফম তাকপা

# নাইনু অমা

—"ও, তাবিব্রা?"

—"কবিনো, কবি হায়গেনে" - ফুংগা মপান্দা মৈ তিক্লা-তিক্লা চা কপ অদু চুপ্পুবা লোইবকপগা মপা চানা তযাং-তযাংনা হায়দোকখিবা ব্রানি।

—"সোবিতা লাকইয়ে, হয়েং গুরাহাটি দা মাগী নিপাগা চৎকদৌবিবনি হায়যে। মাগী নিপাসু যাওবকই।"

—"উমা লাকঅগে, নচানুপীগা ঙহাক ব্রাবী শাবমখো হায়য়" চা কপ থম্লা থম্লা। মিত্তা শং শং উবকই মঙাওথিবী সোবিতা চহী ১৫/১৬ কী বয়সতা .......

নোংমা ইংথমথাগী লৈচিন কা হেন্না থাবা পঙঙন ঙনদ্রবা অযুক অমদা ম'ঙ্গোলদা মৈফু তিক্লা তিক্লা অসুম্লা তাখি খোঞ্জেল অমা তুং ওইবপনা —

—"ও, মেমি! নখোয় পাবুং লৈত্রা?  ঐখোয় পাবুংনা চেসি পীবকই।"

খঙলে, সোবিতানি। মবৌ অমা তৌনা ঙাঙলকই। ইবিবদু ঙহাক্কি ওইনা লেপ্লদুনা ঐনা লাউখি —

"হায় তাবিববা, চা অমখক্তগা লোল্লকখো।" ওল্লিবা মায়ওন্দি ইহোং হে দনা।

মতমদু মেমিদি প্রাইভেট ট্যুসন চৎখিবা হল্লকলমখিবোই। অদুগা মমানা চাকশঙদা চাক থোংলমগনি।

— ও! মেমি! ঐখোয় পাবুংনা যাম্লা থুন' লাকউ হায়বকই; খব থুনা অমুক্তা পীবিবকউ।"

মশক অদুদি উদ্রিবনি। অদুবু মাগী মচিন মচাদুনা তৌবমগদবা মতৌদু হেক উই। ফনবু নুংঙাইবি। মসিসু পুন্সিগী নিঙাই মখল অমনি। নাইনু চন্নবি।

| | | |
|---|---|---|
| (১) | নাইনু মঙ' | নাইনু চবা অমা |
| (২) | নাইনু তবা | নাইনু সাহেব |
| (৩) | নাইনু কুন | নাইনু নঙ্গো |

— "হন্ই, মম'! চেজেত্তুবু কবি হায়না ইবক্কেনে?" ঐনা মখা অমুক চংখে। অমুক্ত উদ্রিবা, তাদ্রিবা মীনদি কুম্মেদৌনা যেংনদৌবিপোৎনি।

- "লোজিক এন্দ পামিস্ত্রিনি হায়বা। মেমি নঙবু খব থুনা অমুক্তা শিন্নবিবক উ হায়বা। ঐখোয় পাবুংদু যাম্না শাউগল্লি। লাইবিক পাগদবসু যাম্না লৈহৌবি।"

মায় লৈথোক্লগা ইঙক-ঙকপা মতৌদা ঙসাইমখৈ তৌবিবা মওং মতৌদ্ মবী ইশম হেক শম্নদবা মওংদা —

— "এ' সোবিতা নঙ লাক্লিববা? কনা উনগদবনো? মেমিদি লৈবমলোই। নমাদি চাক থোংলমগনি। চঙড়ু, চঙড়ু। হৌদোঙ মৈতৎপিদুদি লৈবমগনি, চঙড়ু, চঙড়ু।"

- "তৌবক'অদবনি, ম'হোয় মেমিসে। শিংজু চাখিসিগা, বোবা চাখিসিগা। গুলা, লদ্গুম্বদি চাসি খক হায়বোইদবনি, মীনা থেঙঙে হঞ্জিন হঞ্জিন হায়ব'কানসিদ'। শাউদনা চেজেৎসি শেগায়বম্লগা কোক হেক চৎখিবু।"

—"এ! এ! ষন চঙঙো ষন চঙঙেনহে, কনাগী ষননোনেহে, অযুকসিদবু হৈনহৈ, মমৈ ইতৎ হেক তৎলদনা।" যুমলোন্নবগী হন্দক্তা লাকপী মৌ অনৌবীদুদি এগী ইতৌসিদা থবক অমা ওইনা হেক মখা থংবা দাবি মপান্দা লেপ্পগা মিৎযেং হুনা যেংদুনা লৈবমই। সোবিতাদু খোঙফমদি লেঙদনা মমাইদু শৎ লাউনা হেক লৈথোকই। ষনসু চঙঙমদবা, কবিসু তৌবমদবগী মমাইদু শৎ লাউনা হেক লৈশিল্লকপদা ঐনা ওাঙ্গা চানা যাম্না নৃংঙাইনা হায় —

— "নাইনু অমা"

— "তৌবক'অদৌনি, মীনা থেঙঙে হায়বেদনা।" মানা ঙাঙবা হৌফার্থ্রেঙৈদা ঐদি ইমুং যৌবর্বনি। লাইবিক্ত মমাঙদা পোপ থাদৈ।

—"হযেং নুমিদাংবাইবম ঐখোযদা কোযথোবকউ হাযযু।" মাগী মতৌ যেংনা যেংনা ঐনা হার্যাখবনি। লাইবিক্তু খুনগৎলগা মমায় লৈথোক্লগা চৎপা হেক হৌবকপদা ঐনা অমুক হংশিল্লি —

—"ঙাইখো, ন'হোয় কাকা বনঝিৎতু লৈহৌববা?"

—"লৈহৌদে। ঙন্তানা স্কুটব তোংঙগা চৎখবে।"

—"নাইনু আন।"

মমায় শৎ লাউনা লৈথোক্লগা মমিৎতু শংত্রিক হেক শংনা চাগদবগুম যেংলম্নগা অমুক শৎ লৈথোক্লম্নগা সোবিতা প্রপ প্রপ হেক চৎখিবদু সিনেমা গী স্ক্রিন দা হৌজিক হৌজিকমক মিৎকপসিমক ঐগী মাঙদা থোক্লিবোই নীংই।

নুমিত্তু তশেংনা সোবিতা য়াম্না শাউখ্রে। চাননা শাউখববা হায়নদুম পাখৎলুই। মতমদু ইম্ফাল শহবগী অকোযবদা, অনকপদা অমদি শহব অমসুং খুঙ্গংগী লোন্নবপ তৌবা মফর্মশিংদা নাইনু চন্নবিসি অচৌবা মশান্না অমগুম যাম্না চৎনবমই। চুম্না চন্নবতা নত্তনা নাইনু কম্পিটিসন ফাওবা তৌবম্মি। সোবিতা মমিং লৈববা, মশক খঙনববা, নাইনু শান্নবোই অমনি। কম্পিটিসন অনি অহুমদা বিনর্স ট্রোফি ফংখ্রবীনি। লৈশাবী মচাশিংগী মবক্তদি সোবিতাগী লম্বা লৈত্রে হাযবমক যাববনি। পাখং মচাশিংগী মবক্তা ফাওবা সোবিতাগী মখুত্তা নাইনু নম্বো পোবা যাওনখ্রবনি।

নোংমা অমসু কদোমদগী যেৎশিন্নবকপা মবৈনো খঙদে অসুম্না হেক্তা চৎথনবকই ঐগা মাগা ঐগী শুমাংমক্তুদা... ......

—"হৈনৌ মপান্দা তোংবা উচেক কবি উচেক্লো হেক হংজিনবু?"

—"ইবাই নুমিত্তবু থাংজ কৈথেল কাবা হৌনববা?"

—"ঙসিসিবু কবি নুমিৎনোনে?"

—"আদা হৌবিসিবো? কবিনো নমিত্তো শোযবববা? শনৈবী বাপলনিনে।"

—"কবি হাযবা! লৈবাকপোকপা নুমিত্তবু ব্রা যান্নি'বা। যাল্লু । নযা যামাঙগৈ মবাযনা কেঞ্জনি।"

—"কবি নযাদা যাথী পকপগী নযা থুদেক'অগে হাযবা। তৌ, তৌ কুসি তৌ। নপানা চুজাক বোডা-বোডা মন্তিক্লবা লোইখ্রবনি।"

—"চুজাক মশমদু কৈদৌনগে হাযবিনো? নেপালি বস্টিদগী পৈ'গৈ পুবিবক্কে। মায হনুবীদা শম অঙাংবা ফনদুম ফজনি ।"

—"নেপালদা কৈদৌবা, কৈদৌবা। চুজাক বোডা যোনগে হাযবা। যোল্লু, যোল্লু । ননীং তৌজৌ । ননীং তৌনা মপান থোকচৌ।"

—"জপান্দা থা থোক্তে হাযবা। অদুদি লৈ শাৎলমলবোই। লৈ শাৎত্রবনিনা মায হনুবীসু অমত্তা লৈবমলবোই ।"

—"হনুথঙদা লৈ চিল্লদি ফজর্বনি, ঊাচনা মোবোক চেনগুম ।"

—"হনুবীনা পাম্বা মোবোকসিদি হাযনবির্বানদনা। হা' কবি হাযগে ইতাওমচা।" (ইতাওমচা যুম্লোন্নবদা লৈবা চহী ৯/১০ মুক শুববা নিপা মচানি ।)

সোবিতাদু হাযফেৎ লকক তৌনা লৈবা মতাংনি । মতাংসি নুপীনা ইমুংদগী থোক্লকপা তাঞ্জা হেক থোক্লুনা .........

--"মায পাবুংসি তনখিদ্রে । অসিদা থবক অমদৌনা মতম হেক লেপ্লোকপা ঙম্মি। অঙাং অসিগা খৌনাউ হেক কংবা মখৈ মবৈ তৌনবদনা" হাযবকপদা ঐনা নংহৌববোই মতাগুম . ....

—"নখৌ লৈববা? নখৌবা সে? অহৈপা শাবক্কনু। নখৌ তৌকচো।" তাঞ্জাসিদা সোবিতানা........

—"মেম' ইমাগী নাইনু অমা" হাযনা লাউবল্লগা চেনখিবা অদুগা ঐনা 'থিদা অঙাং মসিদি' হাযনা ইথন্তা হাযজবগা নোক্লা নোক্লা লৈহৌবা — হৌজিকমক নৎত্রনে ইথন্তা হংজবি । * * * * *

হৌগৎকে হেক তৌবদা সোবিতাদু চাকশঙগী থোঙজিন্দা লেপ্লা উই। থা ৭/৮মুক ফাবে লুহোংখিবা। লুহোংবা মতুং ঙসিনা অহানবা উর্বানি। ঈংঙি, চীং লেম্মি । মতমদুগী সোবিতা নত্রে। যাম্মা হোংলে। পুন্সিগী পোৎলুম খবদি পুবগুম, পুবা হৈত্রিগুম ইচিং-চিংননা উতল্লি।

—"আ! কবিগীনো গুবাহাটিদা হযেং চৎকনি হাযবিসিবো । যৈথোক যৈশিন যাদববা? লুহোংবা লাইবগা চৎপা যাদ্রববা?" মানা 'পাবুং' হাযনা কৌবকপগা ঐনা পাউখুম ওইনা হংখ্রবনি।

—"ঐগী ইন্টর্বভিযু অমা যাওগদবা লৈবা। ইন্টবভিযুনা হংচিৎসি ওইবা। অদুগা মাগীনা কবিনো যুনিভর্সিটি দা চে চাং খবা তাস্লোক্কদনা লৈ'মানে। লুহোংবসি যাম্মা যাওনীংবনি, অদুবু ঙস্লোইদৌবে পাবুং! লুহোংবা নুমিৎমক্তদা ঐগী ইন্টবভিযু তাবে ।" ঐখোযন্নিমক চাকশঙদগী মাঙ্গোল তম্না থোকমিন্নবক্লা মানা হাযখিবনি ।

—"কবিগী ইন্টবভিযু নোনে?"

—" বেঙ্ক প্রোবেসর্নাবি ওফিসাব গীর্নি । পঙতোয তোযনা কৌবা পোষ্ট নভ্রে। তাঞ্জা চাবিঙৈসিদা লাইবক যেংহৌগে তৌবনি।"

—"ফৈ, ফৈ। মঙ্গোল ওইযু।" ঙাঙনা ঙাঙনা মাঙ্গোল যৌনবক্লে।

—"পাবুং ঐ মেমিগা.... ......।"

—"আ! চঙঙু-চঙঙু, উনক (সোবিতাদা)। আ! ইবুংঙো নঙনা কমদৌবি? কবি কলেজদা পুবি? হান্নগীদুদা অদুম লৈবিববা? (সোবিতাগী নিপাদা)"

--"পাবুং ঐ হান্নগী কলেজদুদা অদম পুজবি ।"

—"কবম কবম তৌবি যগসিব? ছাত্রগী স্ত্রাইক গকাদি খব ফবববা?"

—" হামু হামুনি পাবুং! মখোযগী স্ট্রাইকসি খঙদে মখোযনা পাল্লগে হাযবগী মওংনি, পাবুং। ওজা ট্রান্সফব তৌবগীসু মখোযগী অযাবা লৌবগী ফিভম লাক্লে। নংত্রগনা স্ট্রাইক। প্রিন্সিপাল নংত্রগা এনি প্রোফেসাব অমা পামদবগীসু স্ট্রাইক। লাইবিক তম্লীংবা, হেন্না হৈনীংবগী মওং-মতৌদি ইউং উৎপা উদে। ওজাশিংসু অদু মঙাই। তলব শোযদ্রগা লোইবে হাযনা লৈনবা ওজাগী মশিংনা অযাম্বনি। অদুগী মথক্তা প্রোমোসনগী চাউববা লাঞ্জং অমসু তুমিন তুমিন তৌনবিবনি। ছাত্রশিংনা স্ট্রাইক তৌবগা হেন্না হবাউবা ওজাসু কোঙ্গায অমনি। ছাত্রনা স্ট্রাইক তৌদুনা লাইবিক তম্বীহৌদবা, কোর্স মপৃঙ ফাহৌদবা, সিলেবস কোভব তৌহৌদবনচিংবদু হোলিদেদা নংত্রগা নোংমাইজিংদা স্পেসিযেল নংত্রগা এক্সত্রা ক্লাস লৌবগী প্রোগ্রাম ওজা অমত্তগী মমঙদা ফাওবা মঙদ্রি হাযবা যাবি। হৌদোক্লবা অমা-অনিদু অঙাওবা নংত্রগা অপঙবা তাবগী ফিভমদা লৈববা যুগনি।"

উমা নিপাসি লৈবাকমচা তাই। লৈবাকমচা তাবমক নংত্রগসু পোলিসি খবমখৈদি খঙবা মীনি। মহাক্লা মখা অমুক তাবকই —

—"ছাত্রশিংগী স্ট্রাইকসি মখোযগী পেন্দবা কযামকম অমদগী, অদুগা পোলিটিকেল্লি ইনফেবিযব ওইহৌববা বাজনিতিৱালাশিং নংত্রগসু মতম মতমগী খুদোং চাবা লৌবা বাজনিতিৱালা খবগী থৌইনশিন মখাদা তৌবসু মাল্লিনে পাবুং।"

— "হোয মদুসু য়াম্না খন্ননিংঙাইনি। মচা খাযনা নৈনবা যাবা ৱাফমি। ছাত্রগী লুচিংবশিংসু অযাম্বনদি পোলিটিকেল মাইন্দেড ওইবা নংত্রগসু পোলিটিকেল ইনফ্লুযেন্স লৈববা ছাত্রনা অযাম্বা ঙাক্তনি। হৌজিক্কি ছাত্রশিংসি যাম্না মবিল লৈবা ছাত্রদি পঙযাও যাওদববা খল্লি। ঐখোযগী মতমদদি অহিং হৌগৎক্তুনা লাইবিক পাবা, যুমগী থবক ইনখাংসু চপ-চানা শুবা, মাগী মাগী শক্তিদা মী ওইননবা ইন্নবকপা ঙাক্তনি। হৌজিক্কিদি থেমদুনা তমহনবগা চপ মান্নবে।"

—"যাম্না চুমখ্রবা ৱাফম্লি, পাবুং। খেন্নবিবা হাযববু পাবুংহোযগী মতমগী গার্জিযানশিংসিদি চাং অমদা অঙাংশিংবু কবম্না লমজিং লমতাকপিগদগে হাযবসি খঙদে। লাইবিক হৈতবনসু মদুগী চাউববা মবম অমনি। হৌজিক্কিনা গার্জিযানশিংসি অযাম্বনা লাইবিক-লাইশুগী মঙাল চপ-চানা ফংলবসু মচা ওইবশিংদা লমজিং লমতাকপগী নিতি নিযমশিং অসিমদি যাম্না হন্থনা লৈবে। অঙাংশিং লাইবিক তম্না শেল যাম্না চঙহল্লি। অঙাংশিংগী ডিমান্দ খুদিংমক মমা মপা ওইবশিংনা খুদক্তা সোলভ তৌনবা হোৎনৈ। অদুগা চঙখ্রিবা শেনফম অদুগী মমল ওইনা নংত্রগা শেনফম অদুগা মান্ননা মমা-মপা ওইবশিংগী লমজিং-

লমতাকপিবগী থবক অসিমদি অয়াম্বা গার্জিয়ান শিংগী ওইনা য়াম্না হন্থবা মওংদা লৈরবরা খঞ্জে। চাং নাইনা লমজিং লমতাকপিবসি অঙাংশিংদা য়াম্না মথৌ তায়। মসিনা মরম ওইদুনা অয়াম্বা ছাত্রশিংগী ওইনা লাইরিক পানীংবগী ইথিন, মীথোই মীহেন্নীংবগী ব্রাখল্লোন অসি যাম্না হন্থনা লৈ। মসিমক্তা হৌজিক্কি মতমগী ছাত্রশিংগী লিংজেন থৌনা অসি ঐখোয়না পঙউ উদবরা হাযনা খঞ্জে।" অসি হায়রদুনা সোবিতাগী নিপানা সাইদ টেবলদা ঐগী নুপীনা থল্লম্বা চা অদু অরোইবা ওইনা চুপ্লগা কপ অদু থমখিরমই। চুম্মি নিপাসি লৈবাকমচা তাই। তুংগী আশা য়াম্না লৈবি।

—"য়াম্না চুম্মিহৈ, ইবুংঙো।" চুকটতু অমুক্তং চিংশিল্লগা হায়খিবনি অদুগা মৈখুদু কামথোক্লবা মতুংদা মখা তাথরদুনা —

—"হৌজিক্কি মতমদা অঙাংশিংগী লাইরিক তম্বদা থাদরিবা শেলগা, হৈরকপগী চাংগা চাংদম্নবদা, শেল চঙখিবগী চাংনা হেনবা, হৈবগী চাংনা ব্রাংপা, মসি গার্জিয়ানশিংগী অচৌবা অশোয়বা অমা ওইফম থোকই।"

—"পাবুং, অদুদি ঐখোয অমুক য়ৌজগ্রগে।" সোবিতানা ইমুংলোমদগী থোক্লক্লগা হায়রকপা ব্রানি। মেমিসু মমাসু লোয়নরকই।

—"করিনোনে, লুহোংবসু তঙাইফদবা অমদগী য়াওবা ঙম্লরোই হায়রে। চাক চরা অমদি চামিন্নরগা হৈজিংপোৎকা য়াওরগা নুমিদাংব্রাইরম হনখিবনা ফরোইদ্রনে? হা! মমা নখোয়না করিমত্তা হায়দ্রবনে?" মমাগা সোবিতাগা চিনবান কাংথোকপা হানবা তান্নরকই। সোবিতানা হাল্লদুনা লেপ্পা লেপ্পা হায়রকই,

—"ইমাহোয়নসু য়াম্না হায়রবনি। চাক চানখা মতমগকা অমতা লৈত্রে, পাবুং। পোৎ-চৈ লৈগদবসু য়াম্না লৈবি। কলেজদসু চে-চাং, তাম্থোক্কদবসু লৈরি হায।" মমানা অমুক মবক থৎলকই,

—" মঙানি চাক্কৌবদদি লাক্তবা যারোইকো। চাক্কৌবা নংনবা হল্লক্কদবনি। নখোয়'নি হল্লক্ত্রিফাওবা চাক কৌবোইদৌরিবনি। হল্লক্ত্রি তাবদা চাক্কৌবা য়েথোক্কদৌরিবনি।"

—"ও! ফরে, ফরে। মতমনা যাদ্রবনিনা কমদৌনি। চাক্কৌবদি নমানসু হায়বে, ঐনসু অমুক হাযরিসিনি শোয়বা যাদেকো। য়েথোক্ত্রবদি নিংথৌকাবা তায়।"

—"গুরাহাটিদগী নংনবা হল্লক্কনি। চাক্কৌবা শোয়দনা লাক্কনি; পাবুং অমুক চৎচবে।"

—"চৎলো, চৎলো মঙ্গোল ওইরকউ।"

—"নাইনু অমা" নোক্লা নোক্লা সোবিতানা ঐঙোন্দা য়েংলগা হায়রকই।

—"নঙগী অদুমদি কাউদ্রিবোইরে।" মমাসু নোক্লা মরক থৎচিল্লকই।

সোবিতাগী নিপাদুদি 'ঐঙোন্দা অমুক য়েং, সোবিতাদা অমুক য়েং' ইঙক ঙক্লা খোঙথাং লেপ্লক্লা লৈরম্মি। ঐনা নোক্লা নোক্লা 'ইবুংঙো নঙনা খঙলবোই য়ৌরো য়ৌরো' তেক্ত কায়দনা হল্লকউ।'

মপাবুং অমুবি গা য়াম্না লুনা তিন্নরকপনি — অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা, নীংশিংবনা ব্রানা খাঙহৌরবা মতমদুদগী হৌনা। য়েৎনবা, চৈনবা, লাউনবা কয়াগী মরক্তা নুংশিবগী ঈচেল পুদুনা হিংমিন্নরক্লি ঙসি ফাওবা। ঙসিনা মদুগী মথক্তা পোৎহাপ অমসু — মচাগা, ইচাগা। হৌজিক্তা, মিৎকুপসিদা, ইমাঙদা লেং-তিন্নবা চৎমিন্নরিবনি।

মমা লৈরিঙৈগী পুন্সি, চাউরাক্লা চহী ৮-৯ লোমগী অদুরাইদা নোংমা সোবিতাগী মপাবুং উন্নদবা কুইরে উন্নগে হায়দুনা কোয়থোক্লুবনি। নুমিত্তো মখল মথেলনি করি করিনো নোক-নোক্তুনা শুমাংদা ব্রারী য়াম্না শাখিবনি। অমুবি ইমুংদা করিসু হায়রমদনা চঙখিবদগী থোক্লক্লিবা মতমনি। সোবিতাগী মখোল-মব্রা ইতা-তাদে খন্না লৈরিঙৈ কদোমদগীনো খোঞ্জেল অমা —

—"ও! ইমা! হূই অঙাওবা, হূই অঙাওবা, আ! চিক্তৌরে।" খোঞ্জেলদুগা লোয়ননা সোবিতানা লৈজবী পাঙ্গলদা অব্রাংথংবা য়ুমগা তায়নবা লমজিন্দগী লাউনা, লাউনা চেল্লক্লগা ঐগী ইমাঙ ফাউনা মাঙ্গোল তম্না চেনশিনখিরম্মি। ঐসু অফিং অফায় ওইনা ভাব তাদমখৈ মাঙ্গোল তান্না চেনখৎলক্লমই। অদুগা মনাক-নকপদা লৈরম্বা চৌক্রি অমা পায়রদুনা মিৎ-না য়াম্না শিংনা কোযরৈ লৈদুনা লৈরম্মি। মতমসিদা সোবিতাগী মপাবুংনা 'কৈদৌবা য়াওরগেনে?' হায়না ইঙক ঙক্লা হংলকপা পাউখুমদু পীবা নংফাৎত্রিঙৈদা মাঙ্গোলদা ফাৎলিবা মীহুৎথোঙদা মায় থন্নদুনা ইমুংদগী সোবিতানা 'নাইনু অমা' হায়বগা শিথ-শিথ লৈজবী থানা নোক্লগা মপাবুংনা ফুবক্কনি কিবদগী চেনখিবদু হৌজিক্তা ঐগী মাঙদা লেপ্লম্বী মাগী শক্তম্না শিথ-শিথ নোকপী শক্তমদু ওন্না চৎখিবদ অসম অসম মমি শামি ওইনা উবি।

*অমূক হল্লগা ইবা লোইখিবা*
*তাং ৩।৩।৯৪ ইং*

# পাপ-পুন্য

অহিং কযা কযা হৌখ্রবনি। ঙসিনা অহানবা অহিংনি। ঙসিনা অহানবনি ঐনা কাসিদা চঙলক্লিবসি। কাসিগী ফজব, কাসিনা শুমহৎলিবা পুন্সিদা অমুক্তা উখিদ্রি। লুহোংবা কযা যাওকবে, যেংলুবে। লুহোংবগী কাদি অমুক্তা উখিদ্রি। লুহোংবগী কা খুদিংমক অসুম্ন তৈবমগদ্রা'?

হিপ্লবা মান্দ্রিবা নিংথিনা লৈতেংলবা ফমুং অনিনা কাদুগী মিৎযেংফম ওইবি। মদুগী লুখুম ওইবপ্লা নাপু মচুগী স্টিলগী মাইখল। মথং মথং ওইনা উবি — গোদ্রেজ উপু, মমায অহুম ফাংপী উপু, ফ্রিজ, সো বোক্স, দ্রেসিং টেবল, ফক্লাং ঘড়ী, চন্দোন উপু অমত্তা চিংখ্নদনা। পুম্নমকশিং অসি ইশোক শোক্তবা, ইশিন শিজিন্নদবা ওইনা উবি। ফক্লাংদা ঙাবিবা কৌনা ফক অদুদি নুংতিগী শিজিন্নবা মান্না উবি। খব মন্তক তৌবে। পুম্নমক অসিগী মথক্তা কাসিবু অমুক্তা হেন্না শুম্মংহল্লিবদি কাসিগী চিদায অমদা কনাশুম্না অমবু ঙাইবদা মতম কুইনা বাজবক্লবী পিবাং পিবোযনবক্লবী মতাকনি। মহাক মোডা অমদা ফমলি। খেন্নবিবনা ঙসিসিদি লুহোংবগী লৈতেংশিং — পোলোয, বেশমগী ফুবিৎ, সনাগী লৈতেংশিং — খুজি, খুদোপ, পাম্বোম ফাবি, লৈ, নেক্লেস, মবৈ, শনদ্রেনবী, হৈবিমপাল অসিনচিংবা অমদি শম্লাংগী লৈতেংশিংদা — বহুবানি, কর্নজাপা, কুবাক ত্সিনচিংবা অমত্তা মশাদা পক্তে।

ফক্লাং ঘড়ীনা তবামাথোইবক হন্না যৈবদুনা পৃংশিং তাকলি। ফমুংগী নাকচি অমদা ফমলিবা ঐ মবান্না মপোৎ ফাববশুম বা হৌদোক্লুবা ইঙম ঙমদনা লৈবি। মহাক্তি শাংলবা চহী অনিবোমসি লোম্হোক্তবীনি, লৈযেং ফাজিনখ্রবীনি। বা হৌদোক্লুবা ইঙম ঙমদনা ঐসু ত্রউথনবি নীংঙমখিদ্রবা পুন্সিগী থৌদোক মতেক মতেকশিং শমজিন্নগুম শমজিন্নদশুম........

নুমিৎতু যুমজকৈশানি। বেঙ্গলোবদা থা অহুমগী ট্রেনিং কোর্স অমা লোইববা মতুং অহানবা ওইনা ওফিস কাবকপনি। কাগী থোঙ হেক লানশিনবদা খোঙকাপ লকক তৌই। ঐগী টেবলগা বেত্তা সনৌবা টেবল চৌক্রি থাবদুনা নুপী অমা ফম্লমই। পুন্সিদা অহানবা উবনি। মমাঙদা অমুক্তা উখিদ্রি। ঐগী মিৎযেং মঙোন্দগী হোংবা ঙমদনা লৈখি। মাস্ হাইফেংনা যেংলকই। মিৎযেং হোংবা

অদুমক ঙমদনা ঐহাক ঐগী চৌক্রিদুদা ফম্লম্লে। পুঙ্গিদা নুপী কযা উখ্রে, উদুনসু লাক্লি। থম্মোইদা পানখিবা লৈতে। মিৎযেংদা শোযখিবা লৈতে । মিৎযেং চুংশিন্নখিগুম কবিগুম। অমুকসু শাম্নখিগুম কবিগুম । মসিবু নুংশিবা হাযবদুবা? অসুম্না নুমিৎ কযা থা কযা মিৎযেং কযা চুংশিন্নখি, মিৎযেং কযা শাম্নখি। থম্মোইদা হংজখি - 'মসিবু নুংশিবা হাযবদুবা?' থম্মোই - থম্মোইনা মবোল লোল্লকপা ঙাইর্নাখিবনি।

নোংমদি লোম্হোক্তবা থম্মোই মবোল লোল্লর্কখি। ঐখোযগী কাদু মী নিপানগী কানি। এস ও অহুম, তাইপিষ্ট অমা, ড্রাফসমেন অমা, এল ডি সি অনি অমদি পিওন অমা। র্কবি কবিগীনো লোযনা চৎথোক্লখিদুনা অর্মদি শখি কাবক্তদুনা ঐখোয অনিতমক লৈবা মতমনি। ঐগী থম্মোইনা মবোল লোল্লকখিবদু অবোনবা তাঞ্জা অদ্দনি।

— "ঙসিদি ব্রা অমতা হৌদোকচগে?"

— "কবিনো তামো?"

মসিগী মমাঙদা বাবী অনিবক অহুমলক্তি শান্নখ্রবনি। মদুদি থম্মোইনা শাকুবা নত্তে, থম্মোইনা হংলুবা নত্তে। ঙসিদি থম্মোইনা হংলুবনি। থম্মোযনা খুন্নক্লিববা? মিং খঙলবসু মিং ফান্না হংলুবা ঙমদে। ইশাসি ইথক থক্কৎকুম র্কবিগুম তৌনা মখা তাকই —

— "পুন্সিগী ওইবা ব্রানি।"

মহাক ঐঙোন্দা যেংলর্কখি। ঐসু মঙোন্দা যেংখি। মিৎযেংশিং অমুকসু চুংশিন্নখি। তাঞ্জাসিদা হাকিম পিওন চংলকখি। মিৎযেংশিং অদুম শাম্নখি। হাকিম ভাব ইত্তা তাবগুম চে অমা পিশিন্নবন্নগা মপান অমুক থোকখ্রে। অদুবু ব্রাদি মখা হৌদোক্লদ্রে।

অসুম্না বা মতেক মতেক লোইশিনবা যাও, লোইশিন্দবা যাও কযা অমা শান্নখ্রে। থম্মোইনা থম্মোইদা হংলে । থম্মোইদা ব্রাবী শর্বি হাযবা মসু ঐসু ইখঙ খঙর্নাখি। মর্সিনি নুংশিবা, মর্সিনি নুংশিবগী খোঙথাং, মসিনি নুংশিবগী মিৎযেং।

ঐদি বা কযা ভাওগন্দে। ভাওগদবা অদুতমক ভাঙই। ব্রাচোয কযা শুগন্দে, র্কবিগুম্বদা মাগী ব্রাহংদা ঐনা খুমখিদবা যাওখ্রবনি। খুমদ্রবসু যাবে নাংলুবর্নানি। মদুদা মহাক ঐবু বাবৌখি হাযবা খঙই। থম্মোইগী ওইবা নাহং কযাদসু ঐনা খুমখিদবা যাওখ্রবনি। সিনেমা প্রোগাম অমুক অনিবক যৈথোকখ্রবনি। মহাক

ঐবু তশেংনা বাবৌখি। মহাক্লা ঐবু চিংনখি। মা-ঐতগী ওইবা মবী অমুকসু লাপথোক্লখিগুম তৌখি।

কবিগুম্বদসু থম্মোইনা ইনশিল্লকপগুম ঐনা যাম্না নুংশিনা থম্মোইগী ওইবা পাউদম মঙোন্দা ইদবা নত্তে। মদুম্না ইকববদি মানা মথংগী নুমিত্তা ঐবু চাগদবগুম যেঙই। অদুগা মথস্তা মোমোনগকাসু নোকই। ঐ মাগী থম্মোইবুদি খঙবা ঙমদে। ঐসু ঐবু লৱবববা অসুম্না চিংনখি । চিংনবা মবকসিদা ঐগী থম্মোইদা মাগী চাউববা মফম অমদি কনখ্রবনি।

মতম্না কনাবুসু ঙাইবিদ্রবসু ঐনা মাবুদি মতম চুপ্পদা ঙাইখি লাকপিনবা হাযদুনা ঐগী হাঙলবা থম্মোইবু মেনশিন্নবা। লাকপিবগী মহুত্তা পুন্সিগী কোক্লবোইদবা অমদি খাঙঙমদ্রবা চৈনাখোল যৌবকখি।

ঐ যু থক্লমদবনি। নুমিত্তুদি ঐ থকখি। জ্ঞান তাদবমখৈ ঙাওখিমানে নোংঙানবদা হকচাং অসি ইহৈ হৈনিংদে। পাউসিদি পিদবা যাদে। কবম্না পাউ অসি মঙোন্দা পিগনি? অমবোমদা ঐবু মী ওইনবা শেম্বিবকপা অমতা ঙাইববা মাম গী যাথংবু কবম্না হিক্তোকলুগনি ? লুম্নবা পোৎলুম অসি কবম্না পুগদৌবি ? ঐ খনবা যাবা মখৈ খল্লগা মরূপ সুশিলকুমাবদা মাবু উননবা পাউ পিখিবনি। সুশিলসু ঐগী অৱাবদা শরুক যাবিবি।

মাগা উননবা লেপ্পখিবা নুমিত্তু লমতা থা পানখৎলকপগী অহানবা নিংথৌকাবা নুমিৎনি। মহাক লাকপদি লাকখি থানখিবা পৃংফমদগী পুংখাযমুক থেঙনা মোপেদ অমা তোংলদুনা। মথস্তা লাকখি ঐনা হাযখিগুম। ঐ মহাকপু ঙাইবদা যাম্না বাখি। ঙসিদি থৌনাফববী অম গুম ৱা তৌদোবকখি।

— "ঐ পাউ পুম্নমক তাববনি, তামো।"

— "কনাদগী কবি পাউনো ?"ঐনা হৌদোক্কদবা ৱাদু মহাক্লা খঙলবগুম ঐ যাম্না ঙক্লা অমদি চিংননা হংখি।

— "শখি না লোযনা তমদুনা খঙলে।" শখি যাম্নমক নক্লদ্রবসু মবিমতা অমদি থোকই। মবৈ তৌনদুনা কান্নববোই খঙলদুনা ঐনা ৱা শমজিন্না ঐগী পুন্সিগী ওইবা থম্মোইগী ওইবা বাকৎ অদু মঙোন্দা তমখি।

— "ঐনা ঙসি কৌবিবসিগী মবর্মদি নঙবু নিজববনি। নঙগী থম্মোইবু নিজবর্বনি। ঐগী পুন্সিসে কবিনো ঐ কবিমতা খনফম থোক্কে। নঙ ঐগী লাইবক্তো কবিবু তন্নন্নিবনো মদুসু ঐ খঙদে। ঐগী মাম না ঐবু লুহোংনবা হাযনবে হাযবদা নত্তে পুন্নোই লোইনববনি, নুমিৎ লেপ্পববনি। হেক খঙবগা

নঙবু উননবা সুসিলকুমাবদা খঙহনখিবনি। ঐদি নঙ নত্তনা কনাবুসু লুহোংলবোই।"

— "কবিনো তামো ! ঐদি লুহোংবা ঙমখিবোই। লুহোংবগী মতমসু ব্রাংলি।" মহাক্না কবিসু পন্থদনা ইচং থৌনা খুন্নকখি।

—"ঐগী ব্রাসে ফাগীগুম খনগনু। যাম্না খল্লবা মতুংদা ঐ নঙোন্দা অবোইবা ওইনা চঙজবক্লবনি।"

— "ঐগীসু অশেংবনি!"

— "নঙনা ঐবু নুংশি হাযবগী নুংশিখোললা নঙগী ব্রাহৈশিংসে ?"

— "মানি, ব্রাহৈসিমক্লি। তামোগী ইমা অমদি মাম না লুহোংনি শিল্লিবা নুপীদুদি ঐ নত্তে। লুহোংবা অদুদা ঐগী অধিকাব কবিমতা লৈতে। তামোদি মতিক চাববনি চহীদসু মহৈ-মশিংদসু। ঐগীদি মতমসু ব্রাংলি, মতিকসু চাদ্রি। তামোনা অপাম্বা যেংদুনা লুহোংবদা ঐ কবিসু থিংদে, ব্রাবৌদে, নীংঙমদবসু তৌবোই।"

ঐ মহাক্তি খজাযদা খুবাক্না থাগ্রমাল্লে। লোযননা মিংলুদগী পিবাং খবসু শিন্থবল্লে। মদুগা লোযননা ঐনা কন্না লাউখিগুম —

— "নঙ অদুমক্তি হাযমল্লি। নুপীগী থম্মোইবু অদুবা? নঙদি থম্মোই পান্দে। পিদং পাদংপা লমজা-শাবা ওইনা পোক্লবসু ঐ নুপীবু শান্নপোংকুম খনবা মী অমদি ওইদে। নঙনা ঙসি ঐঙোন্দা থাবিবা ব্রাহৈশিং অসি নঙগী অশেংবা থম্মোইগী পাউদমখোল ওইববা নহাক্না ঐবু কবিগুম্বদসু নুংশিখিদেকো।"

ঙসিদি মহৌশাগী ব্রা ঙাঙগন্দবা ঐদু ওইদবে। লাংতক্লববা থম্মোইনা পুক্লীং অমদি আত্মা অনিবু পুদুনা চংলি । ঐ খোঞ্জেল থোক্না কপলি হাযবসি মানা ঐবু চাগদবগুম যেংলমবদুদা খঙলকখি। মানা যাম্না ইংনা ঐবু থেমজিনগুম তৌবকখি —

— "মানি তামো, ঐগী অশেংবা থম্মোইগী পাউদমখোলনি।"

— "অদুদি।"

— "তামো ' ঐ লোইনা খঙই। তামো লুখ্রাবী মচানি। ইমাসু অপোকপী নত্তে। লুহোংবা অদু তামোনা যাদে হাযবসু খঙই। তামো' মীগী লমনগীসু খনবিযু। মাম গী যাথং হিক্তোকপিগনু। ইমাবু পিবাং শিন্থহনগনু। অমত্তা

ভাইববী ইচনবু মতম চুপ্পদা মোমোন নোকহল্লু। পোকমিন্নদবা মচননিনা হায়না মীনা ভাঙনতনগুমসি। ঐ এমোবু উনবা লাক্লবোই চপ যুংনা লেপ্পুববনি। তামোনা পুন্সিগী ওইনা যাম্না বাবৌখ্রগীনি নীংদুনা অসিখক্তদি শেংদোক্লমগে নীংনা লাকখিবনি।" ঐগী বাবু মবক থংলদুনা মানা মখা তাবকখিবনি।

মানা হাযবা পুম্নমক অচুম্বান। পাবুং লৈত্রবা চহী অহুমগী মতুংদা ঐ ইঞ্জিনিয়ারিং সেলেকসন ফংখি। ঐনা ইঞ্জিনিয়ারিং তম্নিভৈ ঐগী ইমুং ফেবে ফেবে হাইখি। উপায় লৈত্রবা মাম। ইমাগা তান্নবগা পাবুংগসু লুনা তিন্নবম্না পাবুং মতোন দগী শেলগী বাব শান্দুনা দবকাব লৈবা শেনফম খুদিংমক পিবিস্কখি। ঐনা থবক তৌবব চহী অনিবোমগী মতুংদা মীগী অতোনবা শেনফম পানবগ শিংদোকখিনবা শেল শিন্নখি মাম শেল অদু অমুক হন্দুনা লাকখি। কৈদৌবে হংলুবদা পাংখ্রবা শেনযমনি। অমুক শিংবিবক্লগনু। মদগী মহুত্তা চু কোযনা নুংশিনা লৈমিন্নবদুনা ঐগী অপাম্বনি অসুম্না হাযবকই মামনা তম্মবৈ। ঐসু চিংনাখদবদি নত্তে, 'লোন্দাসিবু'। নুমিত্তগী ওফিস চৎকদনগী ফি শেৎলিভৈদা ইরেম্মানা অমুকসু লক্লবকখি

– "ভসাই শেল শিংবা চৎলুবদা শেল লৌতৌ থাদ্রিদো মচানুপী ওইনা পিনি হাযবনি।"

"চৎলুহে মসিগী অভাংসিম, ওস্লোক ওস্লোকপা।"

নুমিৎ অদদা ঐ হাযফেৎতি খনখি। ইচাগুম খন্দুনা লৈবিবা কুমাবি বু মখোযনা নত্ত নত্তবা থাফম পুশিল্লকলিশিনু কুমাবি মশামকপু খভলিদ্রা?

ঐ থনা কুযনা উংলুবমানে। মানা বা মখা তাবকপদা খভখি

"হৌজিকপু কব তৌসি হাযবনো?" থাহৈসিমক হাযখিবদা মাগা শাজেল যাম্ন থংখি, যাম্না নৌখি, যাম্না নুংশিখি। পুন্সিদা অসিগুম্না খোঞ্জেল অমুত্ত তাখিদ্রি।

"ঐনা পাম্বদি ভসিমক, হৌজিকমক চৎলাস হাযবনি।" মহাক খুমলক্লে। ঐনা মখা তাথে

– "নহাক্কী বাখলন কবিনো?"

– "মপোকসিদদি ওইথোক্লবোই, তামো।"

– "মদুদা তশেংনা লেপ্পলবা?"

– "তশেংনা লেপ্পরনি।" মাগা কবিসু খন্দদনা হাযবা মতৌদা ঐ তশেংনা কপখি অমসুং শাউনংখি।

— "নহাক্লা ঐবু নুংশিদে। নহাক্লা সুপ্নগী উৎ চায়দুনা ঐবু কুপশিনবিরি। হৌজিক্তি পুম্নমক ঐ খঙলে। নহাক্লা তৌরিবসি পাপনি, কোক্লরোযদবা পাপনি।"

— "ঐনা নীংলিবসিদি পুন্যনি।"

— "অদুরা নঙগী থম্মোই! ঐবু কপহনবনা নঙগী অপেনবরা? নঙগী পেন্দবা কবি লৈ ঐঙোন্দা? ঐনা থাজরম্মি ঐগী পুস্প দি মতমচুপ্পা ঐগী নাক্তা লেঙদনা লৈগনি। ঙসিনা ঐবু কাউথোকপিরল্লবা! ঐ কনাগসু লুহোংলরোই।"

পুমচিক চিকখ্রবা মিৎকুপশিংদুবু ফক্কাং ঘড়ীগী মবিবক য়ৈরকপা মখোলনা অকায়বা পিরক্লবদা মহাক্লা ঐবু থেমজিল্লকই,

— "করিগী ব্রাখল অদুক পিক্লিবনো তামো! তামোসু খন্থদুনা য়েংবিযু নঙ - ঐগীদি মোমোন মীনোক্তা হিংমিন্নখ্রগনি। ইমুংগী ফিভমদি করি ওইহৌনি ? থব্রাযনা তাবা মমৌ ওইদবনিনা অমসুং মচানা হায়বা ইন্দবগী মীমাঙ থোক্লা ইকাইবা অমসু লৈবনিনা ইমাসু ঐগী অশোয়বা কয়াদা অখাবা মিৎয়েং চংশিল্লকপা মশানা তাবনি। নুপী ওইবীশিংগী খাঙবগী শক্তি ব্রাংমা লাল্লক্লবদা ঐগী ফিভম করি ওইগনি? যুমদুদা কৈদৌঙৈদা অমসু অমসু শান্তি ফংলোই। শান্তি লৈত্রবা মফমদুদি পাপনি। পাপকিদমক নঙ ঐ খুৎশম্নবগা চৎকদরা? ঐ ঙমলোই। অমবোমদা ঐনা মরম ওইদুনা নঙনা ঐগীদমক লেপ্লদুনা তোখায় তোখায় তানরক্লবদা নঙগী নরায়বক থিরবী নচন্না কবি অমুক ওইহৌনি? পোকমিন্নদবনিনা হাযবা ব্রাহে অসি কৈবোয়-লৈকাইনা শিজিন্নরকপদা নহাক্লি ফিভম কবি ওইগনি? ঐনা য়াম্না পন্দ্রবসু তামোনা উফম থোকপা ঙাক্তনি।"

চুম্মি। মাগী ব্রাফম খুদিংমক চুম্মি। মাগী ব্রাহে খুদিংমক্লা ঐগী থম্মোইদা য়ৈবি। থম্মোইবু নিকহল্লি। অদুবু পুম্নমক অসি মাগী ওইবা নুংশিবগা মরী লৈনদে। মাগী নুংশিবনা ঐবু অদুমক পুবিবি। নুংশিবনা কোচি থাংলক্লি-

— "ওক্লে, যারে। মদুগী মহুত্তা ঐবু নুংশিদে, লুহোংবা ঙম্লোই হেক্তা হায়রগা লোইরে।"

— "তামো নুংশিবসি অদুক হকচিন্না খন্নগুমসি। নুংশিবদি তুংশিন্দুনা থমগদবা নত্তে, য়েন্থোক্কদবনি। অঙাং ওইবিঙৈদা ইমা-ইপা, ইচিল-ইপ্পাদমক নুংশিবকখি। ঙসিদি তামোবুসু নুংশিবি। হয়েং মতম অমদা ইচাশিং ইশুশিং নুংশিরক্কনি। অসু ম্না নুংশিববু য়েন্থোকই। তামোবু ঐ তশেংনা নুংশিজে। অদুবু মখা তানা পান্নিবা পন্থুং য়ৌনা চৎমিন্নবদি পাপকি লম্বীদা খোঙ থাংজিনবনি। অফবা ফত্তবা অব্রাবা নুংঙাইবা কয়াগী চাং তম্নগা নুংশিবদা খোঙ থাঙজিল্লসি,

তামো! উনা উনা পাপকি লম্বী অদুদা খোঙ থাংজিনবদি ঐ সুকঙম ঙল্লোই তামো! হৌখ্রবা পুন্নমক হৌখ্রসনু। ঐনা অবোইবা ওইনা নির্জাবিবদি লুহোংবা অদুদদি কাযহনবিগনু।"

কযাদা নুংশিনা মানা ঐবু থেল্লিবা! ঐনা মাবু চাগদবগুম যেংলি। মিৎমাদা পিবাং ইবা অমা ফাওবা উদে। থম্মোই চেৎপীনি হাযসিবা, থম্মোই পান্দবীনি হাযসিবা? নসিনা লোইবা নত্তে। ঐনা নোক্লদুনা মঙোন্দা হংখি,

— "লুহোংবা অসি পাঙথোকউ অসি নৎত্রা? লুহোংবদি পাঙথোকখিবা যাই। মতুং তাবদদি কনানস ঐবু অযেৎপ পিবা যাবোই।"

— "তামো, তুংদা হোক্লক্কদবা অয ফত্ত। কযাদো থন্থবিবা চুমগানি।"

— "পন্নমকসি খল্লবা তুংদা ঐ নঙোন্দা চঙর্জখিবনি।"

"তামো হৌখিনা পুন্নমক ক উথে কপিবগা নঙগী পুস্প ব নাচর্লনি হাযনা খর্নাবিবে।

মানা ঐগী খুৎ চেজেৎনা প য়শল্লকখি। মখাতানা ঐনা হাযখি,

— "ফবে, পুন্নমক যাবে। নঙগা থম্মোই অদুযৌনা কল্লমগনি খঙলম্লব। এ নঙোন্দা কবিসু হাযবমদনা লুহোংবা অস পাঙখোক্লম্বনা যবম্লনি। ঐনা চঙ। চ কযা তাঞ্জখিবা নুংশিগী লল মৎকুপাসদা উৎ ওইনা তুমখ্রসনু।"

মতাক কবিসু ঙাঙখি শকখিদ্রে। কযম কুইনা তমিন লৈনব্লববনো খঙদে ঐনা মখা তানা হংখি,

— "ঙসি কবি নুমিৎনো?"

— "ঙসি লমতাগী পানথৎলকপা অহানবা নিংথৌকাবনি।"

— "মাগ্নি ঙস অস লমতাগী পানখৎলকপা অহানবা নিংথৌকাবনি। ইশিল্লবনি ঐগী থম্মোইগী লৈমাযদা মিৎম্ল পিবাংনা ঐগী নুংঙাইববা নুংশিগী কুম্মে কযা, নুংশিবনা তম্লিবা নুংশিগী ঈশৈ কযা। মতম চুপ্পা শক্রনদা লৈবগনি থাবলগী ইপোমদা মালংবগী তাম্বাদা মিৎম্না পিবাংবু পুথিবা ঈচেল কযাদা নুংশিগী ঈশৈসে। পন্সিসিদা লেপ্পা কৌবা লৈবনুকো!"

ঐগী অঙাওবগী চোইবোলদা যুমদুগী নুপী অঙাং খুদিংমক ঐখোয অনিনা লৌনিবা কাদুদা চঙনলকপস যাওই, মপান্দগী যেংনবসু যাওই কবি তৌনববনো খল্লমগনি।

— "তামো, ঐ চৎখ্রগে।"

— "চৎলো, অমুক হন্না উনবগুমসিকো।"

— "অদুমক্তি হার্যবিগন্। তামোনা উননীংদ্রবসু ঐদি লাক্কনি। তত্তনা লাক্কনি, তত্তনা উনখিনি।"

ব্রাহৈশিংসিগা লোযননা মহাক থোকখ্রে। মহাক নুংঙাইত্রববা কবিনো অমুক হঞ্জিল্লক্কুনা হাযবৈ —

— "তামো পুন্না থোকমিন্নখ্রসিবা?"

— "মহাক ঐগা চৎমিন্নববু পাল্লিব্রনে?"

মহাক অমুক হন্না থোকখ্রে। ঐনা হন্না যেংখিবদা মহাক অমুক্তং চিংনা যাম্না নীংঙমদনা ঐবু যেংলম্লগা মোপেদত্তু তোংদুনা চৎখি।

ঐহাক লৈহোংলে। ঐ কবম্না লুহোংখি হাযবা কবিমত্তা নীংশিংবা ঙমদে। ঐনা নীংশিংখিবা হাযববু ঐ লৈ হুকখিববা কবিনো মীযাম্না বা লাউনা নোকখিবদুদি ঐ নীংশিংলি। ঐ হৌজিকমকসু খোঞ্জেলশিং অদু তাবি।

নোংমা ইখঙ-খঙহৌদনা ঐ ওফিসকি থবক কন্না শুবিঙৈদা পুস্প লাক্কুনা হংলাখ। শখি সু লোযনবকই।

- "তামো নুংঙাইর্বাবিকো?" অসি হাযনা মখোয অনিমক ফমথবকই।

- "ঐবু নুংঙাইবমগনি খর্নাবিববা?"

মতম্সি মহাক থবক তোকখ্রে। কদাযদনো কবিনো কবিনো তৌবি পঙতা তায। মন্না খঙলুবদি নত্তে। ঐসু প্রোমোসন ফংলদুনা মনৌবা চৌক্রিদা ফম্লবা মতম্নি। অমুকসু ঐনা মখা তানা শোল্লুই,

"এনা মবম ওইদুনা থবক তোক্লর্বানিকো! নহাক্কি নশক অদু ঐঙোন্দগী লোৎচনবা নহাক থবক তোক্লবা নৎত্রা?"

-- "নত্তে। তামোনা খল্লিবদু পুমওন ওন্নবে। ঐ থবক অসি পামলক্তদুনা তোকপনি। ঐ মসিদগী হেন্না চাউখৎপা থবক খব তৌবি। পুন্সিগী ফিবেপ অসিসু হোংলবনি, তামো!"

ঐ মখা তানা কবিসু হংলুদ্রে। মাগা বাবী শান্নবা থোযদোক্লা মথৌ তাদে খল্লুই। শখি গা মাগসু কবি কবিনো তাবোই, তাদবোই তৌবা ব্রাবী খব শানে। ঐ কাসিদগী থোকখ্রসিবা খন্না খোঙকাপ অমা অনি থাংবা হৌবকপদা,

— "তামো কান্টিনদা চৎলুসি। ব্রাবী অমখক্তা শাকসিবা?"

— "পুস্প। মীনা নঙবু কবিনি খনখিনি - নঙ ঐ চৎমিন্নবগা। নঙ-ঐ কবিসু মবী লৈনদ্রেনা।"

পুন্সিদা ঙসিদমক মাগী মিং ফান্না কৌকই। মাসু যেংলকই। ঐসু যেংলুই। মহৌশাগী মিৎযেং শিংদুদি নৎত্রে। মিৎকুপতা শান্নখি।

— "তামো, মীনা ঐবু কবি খনখিনি হাযবদুগী নত্তে। মীনা তামোবু খল্লিবদুগী মবমদা খবদং হাযজনীংবগী ৱানি।"

ঐ মঙোন্দা যেংলুই। যেংনা যেংনা মিৎম্লানা কবিগুম্বা খব হংলি। মাসু যেংলকই। মাগী মিৎম্লানা ৱাহং অদুগী পাউখুম পিবি। ঐনা খুমখি —

— "মদুদা নঙগী হক লৈতে।"

— "ঐগী হক চপ চানা লৈ। ঐনা নুংশিজবা মীশক অমগী মফমদা ঐগী হক মতম পুম্বদা লৈ। নত্তে, তামো নঙবু ঙাওবববা? নঙ-ঐগী ৱাবীসি কুমাবি না খঙলবদি ঐবু কবিনি হাযনা খনখিনি। ঐগী মবমদগী তামোনা অসিগুম্বা লম্বী অসিদা চৎখ্রবনি হাযবসি কুমাবি না খঙলক্লবা ঐবু মীনি হাযনা খনখিদ্রা? ঐবু নুপীনি হাযখিগদ্রা? নুপী অমনা নুপী অমগী হক মাঙহনবদি পাপকি মশক্কি। কুমাবি দা যুম পাল্লবী নুপী অমগী হক খুদিংমক শিন্নবিযুনে তামো।"

মহাক্লা ঙাঙব' অদু লোযফাত্তনা ঐহাক কাদগী মপান অদুম থোক্লক্লে। শেদতগী স্কুটব লৌথোক্লগা কদোমদা কবি তৌবা ইখঙ খঙদনা ওফিসকি গেট লোমদা থোক্লক্লে। মখোয অনি ঐগী থোঙজিন্দা লেপ্লদুনা মহাক্লা ঐবু যাম্না ৱাবৌনা যেংলিবদু ঐহাক খঙশিন্নদনা অদূমক স্কুটব থৌবক্লে।

নুমিৎ হুম্নি কেজুযেল লিভ লৌববা মতুংদা অহানবা ওফিস কাবকপদসু পুস্প মোমোন নোক্লা ঐগী থোঙজিন্দা ঙাইদুনা লৈবল্লে।

— "পুস্প চৎলো। মীনা কবি ঙাঙনখিনি হাযবা সুকখন খন্দ্রমানে। নহাকপু ঙাওববা?" কাদা চঙনা চঙনা হাযখিবনি।

— "ঙাওবিবদি তামোনি। তামোনা যুমদা নিংথিনা লৈবিদ্রিবা কবিগীনো? ঐ হযেং যুমদা লার্কনি। যুমদা লৈবিবন্মু। কুমাবিগসু ৱাবী শান্নগনি।" কাদা চঙলক-চঙলক্লা মানা হাযবকখি। ঐনা হেক ফমথবগা মাসু ফমথবকই। ঐনা মাবু যেংলুই। মাসু ঐবু যেংলকই। মহাক্কি মিৎযেং অদু অমুক্তা উখিদ্রিবা মিৎযেংনি। তোপ-তোপ্পা মিৎযেংনি। ঐহাক মিৎযেং হোংবা ঙমদনা অদুমক লৈখি। মাগী মিৎযেংগী অর্থ ঐ খঙবগুম তৌখি। ঐনা হাযজখি —




*অমুবা ফি গী আ*[illegible]

— "ঐহাক মঙোন্দা কাযখিদেনা। ইমা, মমগী অমদি মাগী পাবুংগী অনীংবা অদুদি পাওথোকপিবল্লেদনা। অদুনা হৌজিক্তি ঐনা চংনীংবা লম্বী চৎপদা কনানসু থিংবগী হক লৈতে।"

— "হক অদু ঐঙোন্দদি লৈ। তামোনা তৌবিবসি [illegible] তামোব্ মীবা? কাউবিগনু, নুপীগীসু মমল লৈ। নুপীবু অদুক হন্থনা খনবদি লাল্লি। বাবী খুদিংমক ঐ খঙলবনি। মীগী মিৎযেংদা কুমাবি বু তামোগী নুপীনি হাযনা থল্লগা মপুবোইবা অমদগী ফংগদবা সেবাদুদি ফংহন্দে। যুমদা নিংথিনা লৈতে হাযবা খঙই। লৈবা তাববসু তামোগী মিৎযেংদি তোপ-তোপ্না লৈ। মপোক্কি ইকাইথিবী ওইজবক্কবী নুপী অমবু কবিগী কপহল্লি? তামোনা তৌবিবসি পাপনি। পাপকি মশাক্লি।"

— "নত্তে। পাপ নত্তে। ঐনা তৌবিবসি পুন্যনি। নুংশিবগী তপস্যানি। পাপকা মবী লৈনদে। ঐ কনাদসু লানখিদে। লানখিদবা ঐগী পাপপু কবিনো?" পুষ্প না তপ্না পাউখুমলকই —

— "শান্তি লৈত্রবা নুংশিবদি নুংশিবা নত্তে। নুংশিবদি ঈশ্বরগী খুদোলনি। অপাম্বনা ঈশ্বরগী মাযানি। পাপ চেল্লবা মীগী মশাদা নুংশিবা লৈবোই। মর্দুদি নুংশিবা নত্তে। অথোয অহেনগী মীনুংশি হাযবদুনী। অমবোমদা ইখৌলাংবনি, পাম্মু ইহৌনি। তামোনা ঐবু নুংশিবা নত্তে। ঐবু খৌবাংবনি, ঐবু কল্লকপনি। তামোগী নীংবা থুংগনি হাযববদি ঙসিসু ননাক্তা লেপচবিবসিনি। খোঙফম অমত্তা মায লৈখ্রবোই।"

— "মতমদু হেনখ্রে, পুষ্পা। নঙনা ঐবু অমুক হন্না কবেম্মবগনু। চৎখ্রো, চৎপিখ্রো। ঐবু অমুক্তা পোথাহল্লু?" ঐ টেবলদা থল্লিবা ঈশিং গ্লাসতু লেপ্যনা চিংলুই।

— "তামোনা তৌবিবসিদি তপস্যা নত্তে। মীবু শিংনবনি। নুপাজা ওইবিশিংগী থম্মোই কযা কযাবু শিংনবনি।"

— "মানি শিংনবিবনি। হৌজিকসু ঐনা শিংনবি নুংগুম কল্লবী নঙগী থম্মোইবু। মিৎলুগী পিবাং চদুম চদুম্না যোমশিন্দুনা মথৌ শংখ্রবা থম্মোইনি। হৌজিক্তি ঐগী থম্মোইসু মনিমুক্তাগুম কল্লবনি।"

— " লমলানবী ওইর্বাব ঐবুদি শিংনবিযু। পুষ্পগী ওইনা শিংনবিযু। কৈদৌঙৈদসু বাবৌবরোইদবীনি। লৈনম লৈশক্কি হিংজদ্রবীনি। নঙগী কুমাবি বুদি ননাইন্নবী অমা ওইনা থম্বিযুনে, তামো।"

পুস্প না ঐবু যেংলমই। ঙসিখক ঐনা পুস্প বু তশেংনা উখি। তশেংনা খঙখি। মহাক্তি থৌনা ফবীনি, থম্মোই চেৎপীনি, কথোকপনা মপুং ওইববীনি। ঐদি থম্মোই চেৎলবসু পাঙদর্বনি। কান্নদ্রবা পোৎশক্লি, ফৌহামনি। অদুবু ঐগী তপস্যা দি হনবা লৈতে। ঐনা খুমখি —

— "মাগা ঐগা কবিসু মবী লৈনদে।"

— "মদুদি হাযবিগনু তামো। নঙনা ঐতবু শিংনবা নত্তে। সমাজবুসু শিংনবি। কুমাবি নঙগী নুপী নত্তে হাযবা সমাজনা যাবোই।"

— "ঐনা ঐগী থম্মোইদা নুংশিবগীদমক তৌজবা তপস্যা' মানি শিংনবনি। নঙবু শিংনবনি' নঙগী সমাজবু শিংনবনি। ঐগী সমাজদদি কুমাবি গা ঐগা কবিসু থোক্লদে। নঙগী সমাজদদি অদুম্না উবম্বা যাই।"

ঐহাক পাঙদ্রবা অমগুম কপ্লি ঙসিসু। মহাক্তি মিৎলুদা পিবা অমত্তা উদে। মহৌশাগা মান্নদ্রবী পুস্প নি। মানা নোক্লদুনা হাযবকই,

— "অদুম্না কপতুনা পুন্সি লেনগদবগী শককপুদি নোক্লা নোক্লা হিংবনা ফৎত্রা? তামোবু নোকপা হৈত্রববা? কুমাবি না নঙতবু ঙাইদুনা লৈবি। তামোনা ঐতবু নুংশিববা কুমাবি বুদি নুংশিববোইদ্রা?"

ঙসিদি ঐ মাযথীবে। মাগী বাহংগী পাউখুম ঐনা পুন্সিসিদা পিবা ঙম্লবোই।

ঐনা তৌবিবসি পুন্যনি নীংনা তৌখিবনি। পাপ ওনখ্রে পুস্প গী বাহং অমনা। মহাক চৎখ্রে কবিসু মখা তাবমদনা। ঐসু লৈহৌই তুমিন্না।

মাযথীববা অমগুম মতম কুইববগী তুংদা ঐ কা'দুদা চঙলুবি। কবম্না বা হৌদোক্লনি। ফক্লাং ঘডীনা অহিংগী পূং অনি তাবে তাক্লকপগা ঐগী থৌনাসু লাকখি।

— "ঙসি নুপী অমা লাক্লম্বা?"

মহাক খুম্লক্তে। খুম্লক্লবোই। লোম্লোক্তবীনি। লৈযেং ফাজিনখ্রবীনি। মাযথোঙাদ ইবেঙ লেঙদনা মিৎম্নাদং লেঙলদুনা খজিক্তং যেংখৎলকই। লাক্লম্মি হাযবগুম উবি। ইকাইথিবীনি। মিৎম্না ফাউবা নিংথিনা হঙ্গৎনা যেংজবা ঙমজদ্রবীনি।

— "ঐ মাযথীববনি নঙোন্দসু, মঙোন্দসু।"

মহাক যাম্লা ঙক্লা যেংখৎলকই। ঐগী বাহৈশিংদুনা ওইবমগনি। ঐসু নুংশিনা মাবু যেংলুই। মিৎযেংশিং চুংশিন্নখি। অমনা অমবু ইখঙ খঙনখি। মিৎযেংশিংদুগা

লোয়ননা মাগী মাযথোঙদি পিবাং তনা থুমহৎলম্লে। অব্রা-নুংঙাই যান্নববা পিবাংনি।

মাগী মিৎযেংদি অনৌবনি। পুঙ্গিদা উবা অহানবা মিৎযেং নি। মিৎযেং অদু উপায় লৈজদ্রবী, চঙজফম খঙদ্রবী তোল্লবী অমগী মিৎযেংনি। মহাক্না ঐবু কৌবগুমসু তৌবি। অমুকসু ইকাইবদুনা মাযথোঙ লুক্কখি।

ঐহাক জ্ঞান লাক্লবা মীশক অমগুম ব্রাখলগী নীংতম্বসু ফংলে। অসুক কুইববা চহী অনিবোমগী মতমসি মহাক কবম্না খাঙলমগনি'? মাগী মথৌদি ঙাইবনি। ঙাইবগী অবাবদি শীংথাদুনা লোইবা নত্তে। মহাক ঙসিসু কপ্লি খোঞ্জেল থোক্লা। নীংঙমদবগী কোক্লবোইদবা চৈনাখোলনি।

— ''ননাইনা লানখিবা পুম্বা ঙাকপিযু। ঐগী নীংজবদি থুংলে। ইবুংঙোনা যুমসিদা লেংশিনবিবকপথক ঙাইজবনি। মখাতানা ব্রাকৎ লৈজদ্রবীনি। পুস্প বু লৌশিনবীযু। ননাইনুবীদি যেৎচববোইদবীনি। ঐগী ওইবা অপাম্বা লৈত্রবীনি।'' অসি হাযবগা মানা ঐগী খুযাখাদা চঙজবকই। ঐনা মাবু চেজেৎ কোনশিল্লগা হাযখি —

— ''অদুম্না হাযগনু কুমাবি ' ঙসিদগী নহাক ঐগী পুস্প ওইববনি।''

*ইবা হৌখিবা তাং৩১/১০/৯৫*
*ইবা লোইখিবা তাং ৭/১১ ৯৫*

# কোক সি অমুক্তা থুগায়বিয়ুবা

নোংথি নোংমংলবা অযুক অসিদা হকচাং অসি অবীবা চৈনাখোল কযা অমনা অমুকসু পোথাহন্দ্রি। চেকপলগী ব্রাংমদা লৈবিবা মখোযশিং অদুনা কমদৌবমগনি? চাবমগদবা, কপ্পমগদবা? নৎত্রগনা মবুক পাযদুনা লাউবমগদবা ঈশ্বরগী থোঙজিন্দা লেপ্লদুনা 'চানবা পিযু, চানবা পিযু।'

কনাদা চৈগনি? ঈশ্বরদা চৈবা তারনি। পেন্না চৈজবা ঙম্বদি ঈশ্বরখক্তনি। মাগী দন্দিদি থেঙই। লাইবৈবাক্কি যমলৈবাক্কি রা ওইনা তৌই।

তেত্রা যুগ-বাম রাজ্য হাযবদুবু লৈবম্বরা? হংলুবদা ঔরংজেবগী সিংহাসন মিত্তা তক তকনা মাঙদা চত্থবিগুম উবি। দুশাসননা ফি চিংলি -- দ্রৌপতিগী। লোক-অপকী অযো-নাহে খোঞ্জেল তাবকই। ওইনাম খুলগী কোম্পিং ওপবেসন মিত্তা উবকই।

পিবাং শিন্দবি মচুগী তাইবংদা চাকনিবশিংবু তোল্ল-তাবরশিংবু পিদৎ পাদৎপশিংবু উবগা অমসু অমসু — তুমিন্না তৈথোকচৈ অতোপ্পনা উখি মতাগুম। অমনা অমবু উনহন্দে; পিবাংশিংদু লোৎশিন্নৈ। তশেংনা মঙালগী তাইবংদা অওইবা ওইনা থেংনববা হন্ন যেংবিবমদে — অমসু অমসু মানা মানা থোকপা চৎনখি। পাপকি লমজেন্দুদদি মাঙজিন থাবা তান্নাব। মথন্তা খুবাক খুজৈ মাঙ থাবিবদুনা —'লাই হাযবদু ঐখোযনিনে' লাউবি।

গিতা, বাইবল, কোবান পাবি, নৈনবি অখঙ অতৈ কযান'। অশোযবা থিবি। ব্রাহৈ পবেং অমমমতা ওইনা অর্থ হন্নবি যাম্না বাংবা মিৎযেংদা। অদুবু তশেংনা যুমবানবগী সংসাবদা চেল্লিবা ঈচেল অদুদি কবিনো? আশববু, অশোনববু নেত্তুনা চৎনবি। হিংবনা ঐগী ধর্ম্মনি। অশিবা মশক খঙদে। লাইশঙ কাগনি, পুজাগী পোৎলুম চাউনা লাংগনি। যুমদা ভিক্ষাবি লাকপদদি হুই-হৌদোঙগুম উগনি।

পুজা তৌবি, ভক্তি কৎলি ঈশ্বরদা। তাবিবমগনি তাবিবমলোই, উবিবমগনি উবিবমলোই খন্থকদনা। পাপাত লংশিল্লি নোংম-নোংমগী। ঈশ্বরবু নোক্লবিববা? ঈশ্বরদি ভাকপিহৈবনি অসি খক্তবা মখোযনা উবিবসি। অদু ওইবগদি ঈশ্বর হাযবমুক লৈবিববা? লৈবা তাবগদি নোংমৈ খোঞ্জেলনা ওইফম

থোক্লা? খযাত্তগী চেন্থবক্লিবা অহেনবা ঈখেঙশিংনা ওইবোইদ্রা? নোংমৈ খোঞ্জেলদা খুকুম্মু। ঈগী তুবেলদা ইকুপ্পু। পাপ কোক্কনি, পুন্য ফংগনি।

অপঙবা নঙনদি কৎলি থম্বালনি নীংনা লাইদা। লাইনা শাউবি, চৈবি 'নঙগীসিদি থম্বাল নত্তে। হৌজিকপু থম্বাল কৌবা অমা লৈবিববা? মীনম্বী থম্বালনি — ইফুৎতা হৌবদুনি।'

কৎতা কৎলদি মীগী তোংশাদু কৎলু। ফংদ্রগা শরু তোং নৈখাযবগা শিন্থবক্লিবা হুমাংদু কৎলু। পুন্যগী মথক্তা পুন্য ফংগনি। অল্লা, যিশু ,কৃষ্ণ শমদাইনদ্রববা? হিন্দু ঐনা অল্লা খুকুম্বা লাই মখৈদি তুমিন্না লৈ। মী মবক্তগীদি মী মান্দবা যাওবকই। মসিবু লাই মখৈ লোন তিন্নদববা?

"নিলম' নিলম'"। অহিং অহিং মশাগী আত্মানা মশাগী মিংলেনবু ফাননা কৌবি মহাবলি উমংদা। তেংথাখোনসিবু তাবগা মীদি লাইবদনা যোং ফাওবা কিনবি। অচুম্বদুদি লোৎশিনবিবি। লমহূইনা হাযবকই - ইমৈ নত্তে, তৌবানি। যোংনা ফাওবা 'অচুম্বা' হাযবা পোৎশক অসি কিবে। মৌ মমা-মচা বোম্মা পাল্লি। খুদক্তা শিবে। লুপা লিশিং তবাগা কোক্লবি— অপঙবশিং-অশোনবশিংদু থেন্নদুনা। তেংথাখোন্না অচুম্বা ওইদ্রে; খাক-খাক নোক্লিবা খোঞ্জেলশিংসিনা ওইবে। মিৎনা উবিবা পুম্নমকশিংসু অচুম্বা যাওদ্রে। অচুম্বদি অযেকপা লাইশিং, অশাবা মুর্তিশিংদা লোইনা লৈবন্নে। অচুম্বনা লোৎখ্রবদা মালেমসিদা ফজবা হাযবা অমা অমুক লেবিববা? লৈবা তাবগদি শাৎলিবা লৈদুদা ওইবোই। পাল্লিবা তিংখংদুদা ওইবা তাবনি। সনাগী লৈহাউদি মিৎ থকপনি। মোংফমগী কৃ দি ইংনা ফজর্বনি। উনা উনা মিৎ তাংনবে ফজববু থিবদা।

"ইমাগী তম্ফা'" - খোঞ্জেল থোক্তনা হিক্লবি সুবদা কৌবি পলেম ইমানা তোর্ব্বান অমদা লেপ্পদুনা। কবি মতৌবু কৌবনো? মীওইবা শাজৎলা? নুজানি কাউববা? কবিগী নমজা নমথের্কপিবনো? কবিগী তুহৎপিবনে? কৌজবর্তনি পলেম ইমানা। ঈশ্বর ফাওবা তাবিবল্লোই। হংজবতনি পেন্দদুনা। কনানা পাউখুমবিগনি? অচুম্বা ঙাঙবা কিনবে জেল চঙগনি খনবদা। অচুম্ববু যেংনবি মচি মরুমদগী অমনা অমবু উনদনা।

ইউনেসকো, ইউনিসেফ কনাগীনো? ইনাকখুনবা মচা মশুগী নত্তববা? লাইববা কনানা ইউনেসকো খঙবগে? ইউনিসেফ তগী লাইববা কনানা শেল ফংবগে? মখোযনা মবুক থন্না চাশিল্লগা চাবা ঙমদনা লেমহৌবদু লাইববা নঙনা চাবাসিবু ফন্দ দগী চাবা কৌববা? নখোযবু হূই, হৌদোঙ শুম্মা উই হাযনা তাকপা নংত্রা? নখোযদি মী নত্রে। নখোযাদ সভাতা অসিগী ক্রিকেৎ বোল শম্লা নিংনব মযমদা যৈবা যাবা।

'ডাইবেক্রোবেট কোব ডিভলবমেন্দ ওফ এাইবেলস এন্দ সেদ্যুল কাষ্ট' কনাগীদমক লিংখৎপনো৷ ইম্ফালদা লৈবা চীংমীগী নত্তববা৷ শঙ্গোম, জীগ্ষ, পাইপ অতৈ অতৈ কযা চীংদা যৌববা৷ চীংদা শঙ্গোম মপঙ শিজিন্নবা যাদে। অবংবা যাদে। অমুবা যাদে। নখোযবু কাউবববা৷ অসিদা নত্তে – অতৈ কযাসুনি – কমুনিটি হোল শাবগা, লেম্না ফি যেনবগী, লেম্না চিনি, থুম, কেবোসিন যেনবগী।

— "এঃ ঐখোযসিদদি কিবিসু যেন্দেনা। কিবিগী মচীন পঙাথ থিববা৷"

— "যেল্লি হাযদুনা সবকাবগী চেদা রেকোর্ড লৈবিবসিদি৷"

— "এঃ যেন্দেদা। নচীন থিগনু। ঐনা হাযপিগেকো — নতৃ হতৃথানাস। নব ইক কোক্লাস। সুকযেন যেন্দ।"

নে ক্লিংলম্বদগী ঈ কাবকই বোম অচৌবা অমা পোকখাযহল্লগা হেক খগাযববু।

এবাঁড পিবি শান্তিগীদমক গান্ধী, কিশিঞ্জব ওং শান শু কিযি আসনচিংবা। মখোযগী শান্তিগী পাউজেলবু কবিনো৷ পাউদম্না কনাদা৷ শান্তিগী পাউজেল শান্তি ফংলিবা মখোযদা পিবনি। নুংঙাইবদা নুংঙাইবা পিবনি। অবানদা অবাবা হাপ্পনি। মীওইবা খুন্নাইনা কবম্না মতমদা শান্তি ফংগদৌবিবনো৷ ঈশ্বনদা হংলুববসু মঙক লেংঙু যাবকওই।

শক্তি হাযবসিবু কনাগী মখুত্তা লৈবিবগে৷ চীনিগা থুমগা অমত্তনি। কেবোসিনগা পেট্রোলগা কবিদা খেন্নাব — যানশিন্নবা যাবদুবু। শঙ্গোমসু ভৌই — চেঙহীসু ভৌই, অমহাগী অমহনা অঙম্বনা নমিৎ কোংখোকপা ঙমদবা নংদি তুমিন লৈযু। ঈশ্বনসু যাবি। তেত্রা যুগতু মঙগী যুগনি।

লাউবি পাঙ্গল কনবা লৈবাক খুদিংমক্লা - 'পৃথিবি অসি অমত্তনি। নখোয হাযবা অমা লৈতে। ঐখোয অমত্তনি। ঈগী ঈ ঙাক্তনি।' নাকন্দদি ন্যুক্লিযাব বোম, বোকেট লঞ্চব শাবা লেপতে। অনৌ অনৌবা চাংযেং পাঙথোক্লাব। নাটোগী পাঙ্গল ফোঙনা হাপ্পি। বাবসোগী মবেং থোনগৎপা লেপতে। মশক মতৌ ফজবা, বাশিগুন লৈবা, মবিংগে লৈবা, অশোনবগী মাচঙ এন জি ও না কৈদৌদোইবা৷ মপাঙ্গলদি যাওদনা। মপাঙ্গলদি হংনা শাবা মুর্তিগা চপ মান্নে।

চৎলিবা পুন্সি খোঙচৎ অসে পঙ্খংফমদি মোং যম ঙাইবা ওইবন্নে। ফংলবোই কবিসু ভক্তি, মুক্তি, শক্তি। উনিবশিংসে থবায পানবা ওইবমদ্রে। শক্তগী মুর্তিদা শদোঙ নপ্পা ওইবন্নে। তাবিবা খোঞ্জেলশিং অসে থবায পানবগী ওইবমদ্রে।

মখোযগী আথ্বাশিংনা হকচাংদগী চোঙথোক চোঙথোক্লগবা লাউবা ওইনম্লে। ঐনা ঐবু খঙদ্রবা নঙনা নঙবু খঙদ্রবা মালেমসিদা 'নুংশিবা' হায়না বাহে অসি লৈবিববা? লৈদ্রে। যমগী লৈবাক্তদি লৈবমগদ্রা? খঙডু, তাশিল্লু –

– "নুংশিবদি ঈশ্বরগী খুদোলনি। অপাম্বনা ঈশ্বরগী মাযানি। পাপ চেল্লবা মীগী মশাদা নুংশিবা লৈবোই। মখোযদা লৈবিবদুদি নুংশিবা নত্তে। অখোয অহেনগী মীনুংশি হাযবদুনি। নুংশিবদি ঐগী ঐগী আথ্বাদা অদুমক লৈগনি। নুংশিবনা অতোপ্পগী আথ্বাদা চঙখ্রবদি মদু নুংশিবা নত্তে। মদাদি কথোকপনি।"

ঈশ্বর ফাওবা লোৎখ্রবা মতম্মসিদা নংশিব নহাক্লা কবম্না মালেমসিদা লৈদৌবিবা? চৎলু, যমগী লৈবাক্তা চৎলু। মফম অদুদা থরায যাওদ্রনা ঐগী হকচাংগা নঙগা বাবি শাসি।

অহাঙবা অতিযাগা মখাদসু ইনীং তম্না ফংদে। ঐনা লাউবিবসি চেকপল অসিনা ফাওবা তাবিবল্লোই। চেকপল অসিগা খঙনবদি কুইববনি। অদুবু মহাক্লা ঐবু থওইবিদে। ঐবু নোক্লবি – "নঙদি অপঙবনি, নাবল যাওদবনি। নঙশুম্না কযাদি ঐনা ফাজিন্দুনা থম্বিব। নখোযদি অহিংবা ওইজববসু মমল যাওদবনি। ঐগী শরুক মচেৎ অমা ফাওবা ফংলোই।"

অসঃ ঐগী কোক অসি পুবা ঙমদ্রে!!

" ..কনা কনা লৈবগে? ... । কোকসি অমুক্তা থুগাযবিযুবা ..."

কযাবক হন্না কন্না লাউব ববনো খঙদে জেলবগী কললবনা ঐগী নঙ্গন্দা থাবকপগী চৈনাখোলদতা স্তান তাবকখি।

ইবা হৌখিবা ২৫/১১/৯৫
ইবা লোইখিবা ২৬ ১১ ৯৫

# য়াউশঙদো থাবলদো

কুঞ্জো ঙসিদি ইবাঙ লাঙঙি। নহালমখৈ তৌবকপা মতৌগা ইমান-মান্নদে, ইখেন খেন্নে। মাগী সেবকশিংদু ইঙক ঙকনৈ, অমগা-অমগা যেংনৈ, ৱাদি ঙাঙনদে।

—"শাইত্রম মচৈ, ধোন মচৈ গকা যাওবববা? তেকতৌবা, খোত্তৌবা গকা মুন্না যেংশিল্লু॥" কুঞ্জোনা ইচিং চিংননা হংলকপা ৱাফমদা ওকলকই তোমৈনা

—" ওজা যাওবে। অতৈ অতৈসু লোইনা চেক তৌজববনি। অৱাৎ অপা যাওদ্রে।"

—"কলম চে পায়বগা অমুক হন্না চেক তৌ। শাইত্রম মচৈগকাদু হেন্না পুশিল্লু। চোপ্পা যাদেকো যাম্না চেকশিন্না হাযবম্বনি। যাম্না মুন্না খল্লগা লৌহৌবা ওর্দবনিকো।" ঙাঙনা ঙাঙনা মফি মবোল শেৎচিল্লি, খোঙউপ তোংশিল্লি। নহানমখৈ মতৌগা মান্নদনা মশাদু নাল্লি। তোমৈ, ইবোপিশক তুমিন্না ফাগি তৌনবকই -

—" মমাশিজ লৈশাবিঙৈদা ঙাওবকপা লৈকাই ওইবম্মনিযে।"

—"মদু মান্দে। ও! অতোম্বি অমা কোযবম্মনিযে অদুৱাযদা। মৌ হল্লকপী পৈগৈ লৈবা লৈকাইনে।"

—"অদুদি তাফম থোকই। তাদেনা?"

—" সিগুম্বা থবকসিদি লোন্না তৌনবা ঙাক্তনি। অদুবুদি হোবেল হেক্তো খঙঙনিদা। হা কবি হাযগে?" তোমৈনা ইবোপিশক্কি মনঙ্গন্দা পাক লাউনা থাবগা মখোযনি নোকমিন্নৈ।

—"কবি তৌবে? নযা খিগত্তুনা লৈব'দি? চৎনবা তৌবসি। লাই-গকা খুকুম্মগা চৎকদবনি।" ঙাঙবা লোইবকপগা শকযেং মিংশেন্দু পাযবগা কোযবৈ লৈদৃনা যেংজৈ। মশমগদ্ অমুক অনিবককা শাং-শং নাহৈ। তোমৈ ইবোপিশক মিংচি থক-থব খংনৈ।

- "নামচনন লোহাদ্রদবা? মনিঙাব নঙদি? খাজল্লো। পৃ. ৬ তা অা [illegible] দনা।"

—" লোইজরে ওজা।" অনিমক অমুক্তদা খুমলকই।

ওজা কুঞ্জো চহী হুস্ফু হেল্লপ লৈরবা মীওইনি। মনিপুরদা ধোন্দা, শাইত্রেমদা হায়ফেৎ মমিং চৎলবা ওজানি। ছাত্রশিংবু য়াম্না চেকশিন্না, যাম্না কুপ্না তম্বিবা ওজানি। সেবকশিংনা মাবু য়াম্না ইকাই খুম্নদা চৎচৈ। চহী হুস্ফু হেল্লক্লবা ওজানা ঙসিদি য়ৈরগে হায়না য়ৈরক্লবদি মতুং ইনবা ঙম্বা সেবক খর তাঙলিবনি।

—" ওজা, ঙসিদি অয়ৌবি হেক্তা তৌসিকো। মীনসু য়াম্না চেকশিন্না হায়রম্বনিনা।"

— "য়াই য়াই করিসু কায়দে। যাত্রা তৌরসি।" ওজা কুঞ্জো পুন্নীংবু ফাজিঞ্জরগা ঈশ্বরবু খুরুমজরকই 'শোযবি ঙাম্বিদবা, অপন -অরাক লৈবিদবা' অসুম্না শোল্লদুনা।

থাবল মফম যৌরকপদা ওজা কুঞ্জো মখল মখলগী থৌদোক নীংশিংলকই। মমাঙঙৈ কোক কাযখিবদো মফমসিদা ঙসিগুম মঙানি চনবা থাবল নুমিৎ অমদা। অদুদগী হৌখ্রবা ঈচেল অদুদা তাউথখ্রবনি। * * * * *

নোংমগী নুমিদাংৱাইরম অমা চীংয়া তময়াদা অশেংবা নুংশিৎনা উরু উরু লৈনা শিৎপা - ফজবগী শক্লোন অমগা লোয়ননা মালেম ইমানা মালেমসিদা মিৎয়েং অমগীদমক লেঙথোরকপা — ঈমায় চোন্না থল্লবা পুখ্রিদা লাইজ ঈশিংনা ঈথক-ঈপোমগা লোয়ননা লেঙ - লেঙ চৎলকপা — অরাপ্পদা পাৎয়াদা হৌজবী মহৌশা লাইরেম্বীগী তম্পাক্তা শান্নজবী হৈরাং লৈরাং কয়ানা নোম-নোম জগোয় শাবকপা — পাৎযায়দুদা ঙম্নু থঙ্গোং কয়ানা চরাংলক্তা য়েৎ নুমিত্তুগী মরোইবা ওইনা চাক্তাবকপা — কনাগুম্বা কনাগুম্বীগী খুৎশেমগী লৈকোন্দা শাৎচবী মখল মচু কযাগী লৈপান্নবী লৈবাংশিং, লৈরাংবীনা লৈখোঙ শেং, পেরে খুত্তা পায়দুনা ঈশিং চাইবকপা — তমগী পোশ্নী চেক্লা কয়ানা মরুপ মপীজা মচা মনাউবু শৈশকপগী পুক্নীং হুরবা সুরগী মতৌগুম খোংলদুনা কৌশিন্নরকপা — মাঙদা, য়েত্তা, ওইদা, চীংশাং পরেংশিংনা অচেৎপা পুক্নীংগা লোয়ননা পুক্নীং হুনা ফজরবা মিৎয়েংবু য়েংজরকপা লোইঙমদ্রবা অশংবা উপাল-রাপাল, লৌবুক — লমহাং, ঈচেল পারবী তুবেলশিং, খোং শিং, শম্নদ্রবা খুন অমদগী খুন অমবু পাক্লবা পাৎয়ায়দা অমমমতা নাইতোম খিন্না লৈরিবা ভূমগী মতৌগুম উবকপা — মিৎযেংশিং অসি লোইখিগদৌবে মতাগুম অরোইবা বিদায়গী মিৎযেংনা য়েংলকপা — নোংচুপ হাবম পাংবদা কোরৌ মশেক্লা তংখায় উৎ, তংখায়

লোৎ তৌবকপা মতমদা উনখি খোমদোনবী গা অহানবা ওইনা লৈরক মরি ফাংবা অমদা কনাসু উদ — কুঞ্জোসু নাইতোম খোমদোনবী সু নাইতোম।

নাইতোম্নরবা নাইতোম্নরবী অনিগী লোন্না অমদি ফোঙনা য়েংনরকপা মিৎয়েংশিং চুংশিন্নখিবা পুম্নমক অদো — নুমিৎ অদো, পৃংজা অদো, মিৎকুপ অদো ঙসিদা হৌজিক্তা মিৎকুপসিদা উরকই কুঞ্জো গী মিৎয়েংদা ময়েক লানা ময়েক শেংনা। চুংশিন্নরবা মিৎয়েংশিং অদু ঙহাক্কি ওইখিবা নত্তে। থম্মোই-থম্মোইদা কোক্লরোইদবা মচুনা হঞ্জিন-হঞ্জিন যেক্তুনা থম্মখ্রবনি। মতুংদা মিৎয়েং অদু কয়াদা ৱানা শাম্নখিবা — পুম্নমকসি নীংশিংলুরগা কুঞ্জো তৃ চুংলকই হৌজিক্তা থোকখিগুম। মতুংদা হৌজ-হৌজ কযারক্তা মিৎয়েংশিং চুংশিন্নখি। মপোক্কি ওইনা ইকাইথিবী ওইরবী খোমদোনবী না ইকাই-ইকি ৱাংমা লান্না মিৎচিনা যেংলকখিবা মিৎয়েংশিং মিৎচান্নরুবা মতুংদা মোমোন মীনোক্লখিবা মিৎকুপশিং অসি মীনম্বা ওইখিদ্রবনি।

কুঞ্জো অমদি খোমদোনবী গী মিৎয়েংগী নুংশিবনা পুরকপা যৌবনগী পৃন্সি খোঞ্জেলগী কাউঙমদ্রবা খোন্থোকশিংদুনা তান্থা নাইববা সুরদা তপ্না- তপ্না মপুং ফাহনখি। নোংমা ঙসিগী থাবলগী লম্পাক্কি নোংচুপ থংবদা লৈরিবা সরক অচৌবা অদুদা অসুম্না কুঞ্জোনা হান্না খঙনরবা অমগুম খোমদোনবী অমদি মাগী মমান্নবী অমগা চৎলিঙৈদা ৱা হৌদোক্লুই —

—" করিগুম্বা অমত্তা হাযজগেবা ?"

কনাসু খুল্লক্তে, খোমদোনবীসু চৎমিন্নরিবী মমান্নবীসু। মখোযনিমক কুঞ্জো দা য়েংলকই। অদুবু মিৎয়েং অদুদি মান্নখিদে। অমদি হান্না খঙলবা মিৎয়েংনি। অমনা অচম্বা মিৎয়েং। মিৎকুপ খরগী মতুংদা মমান্নবীদুনা লেংজুম্না লেংজুমদা ইল্লদুনা 'নঙোন্দা ওইরিনি খুম্মুদনা' হায়খিবা কুঞ্জো না তাহৌই।

—"নত্তে, করিসু।"

—" মানে নঙোন্দনে অথোনবী শনারৈদনে। শনারৈ বু পামজদুনা হায়জবনি।" নুমিত্তু খোমদোনবী শনারৈ অমা শম্মুন্দা থেৎলকই।

—"অথোনবী শনাবৈদি লৈকোন্দা শাৎচবীনি। লৈকোন মালিগীনি। কনাগীসু নত্তে।"

—"মবোল থোক্তবী শনারৈনবু মদু খঙলমগদ্রনে?"

—"শনারৈনা মরোল থোক্ত্রবসু লৈকোন মালিনদি মদু খঙই। নৎত্রনে তম্ফা?"

—"ও! অমদি তম্ফা কৌবোইবে। খঙনিংবা মাগীদি খঙজদ্রি।"

—"শনাবৈ।" তম্ফানা ফাগি তৌবকই।

—"ফাগি তৌগনু, অশেংবা হায়নসি।"

—"মসি যৌববদি নঙগী নশকুক তাবে, খোমদোনবী।" তম্ফানা ব্রা কাংলকই॥

--'ও! খোমদোনবী কৌবোইবে, খোমদোনবী!"

—"খোমদোনবী নত্তে, শনাবৈনি।"

--"নঙনা শনাবৈ ওইবা তাববদি লৈকোন মালিদু ঐ ওইজবগে।"

ঙৈহাক তুমিন-তুমিন লৈনৈ। কবি নীংশিংলকপনো তম্ফা - খোমদোনবী থিক - থিক নোক্লকই। অহানবা ওইনা কুঞ্জো না খোমদোনবীগী লংলবা চাং মান্নববা যাতোনশিংদু উবমই। কুঞ্জো মাবু নোক্লবমান্নে খন্দুনা হাইফেৎতং ইকাইবা ফাউই। অদু ওইবগদি খোমদোনবী গী মিৎযেংদু অবানবনি, মীনম্বনি অসুম্না কুঞ্জো না ব্রাখল তৌবকই। নত্তে! মসি ওইফম থোক্তে। মিৎযেংশিং অদুদা মীনম্বা যাওখিদে। অচিকপবু থুগাযদুনা খোমদোনবীনা লুক্লপনা হাযবকই।

— "লৈকোন্দা শাৎচবী শনাবৈনবু কবি পাঙ্গল থোক্দগে? পুম্নমক লৈকোন মালিগী মনীংনি। থৌনা ফবা অখাঙ কনবা, ঙাকশেনবা কনবা লৈকোল মালি অমা ওইবিবা তাবনি। যেংশির্নবিদ্রবা লৈকোন মালি ওইবল্লবা তাবগদি মপুগী যাইফকোন্দা লৈবাং লৈকৎনদ লৈমন চঞ্জখিবা তাবনি। ফিভমদু যেংবিবা ঙমগদ্রনে?"

—"ওস্তোকপা ব্রাবু হাযবিবে। মনীং তৌনা শাৎচবী শনাবৈবু ঙম্মি কল্লি হাযদুনা কবম্বা মালিনা পৎ থদৎলগা মপু'ই নাক্তা যৌদনা লৈবাং লৈকৎনদনা অবেম্বদা খোঙনেৎনফম ওইহন্দুনা মাঙহনগদগেনে। অদুগীসু মথক্তা মথৌ তৌদবা মালিসু ওইজবোই।"

—"মদুমক থোক্তবা ওইসনু।"

—"মদুমক থোকহঞ্জবোই।"

—"ঐগী লাইবক ফবনি।"

—"ঐগীসু লাইবক ফবনি।"

—"লৈকোন্দদি শনাবৈ নত্তবা অতৈ লৈবাংসু মখল মথেল শুনা শাৎলি।

শনাবৈদি চন্নদবী লৈবাংনি, লৈনমসু চেন্দে। লৈনম চেনবী লৈবাংশিং উবগা শনাবৈবু কাউথোকপীবল্লবদি?"

—"ঐগী লৈকোন্দদি অথোনবী শনাবৈদমক থাগনি।"

মতুংদা তম্ফানা ব্রাবি অমুক হৌবকই।

—"দাদাগী মিংদি?"

—"কুঞ্জো"

—"লৈকোন মালিদি নত্তেদনা?"

–"শনাবৈগী মফমদদি লৈকোন মালিনি, অদুগা খোমদোনবী গী মফমদদি কুঞ্জো নি।"

—"দাদাসি তিন্নবগদি যাম্না নুংঙাইগদবা মাল্লি।"

—"কবিদা নুংঙাইগদৌবিবনো? কোচি অসুক যাম্না থাঙ্গৎনবসিবু!"

—"ঐবু কবি খুম্মু হাযবিনো খঙদ্রেদা।" কুঞ্জো না ইকাইবপ তৌনা শোল্হাংননা হাযবকই। মতুংদা তম্ফা না অমুক শমথবকই,

—"দাদা অদুদি ঐখোয চঙহৌবগে।"

—"যুম বু অসিদবা?"

—"মানি।"

—"লৈবক মবি ফাংবদুদা হেক-হেক উই। অদুবাইদা কবি তৌবিবগে?"

—"ঈশৈ তল্লিবনি।"

—"নথন্তা?"

—"ইবানিমক।"

—"ওজাদু........"

- "পাখংনে, পাখং।" তম্ফানা নোক্না নোক্না খুল্লকই।

—"নত্তে. ঐনা হাযবদি ওজাদু ফববা হাযবনি।" ইকাইবপ তৌনা কুঞ্জো না ওক্লকই।

– "ওজাবু ওজানিদনা, ফববসু ফৎত্রবসু ওজানি ওজা।"

—"নবৌ তৌনু।"

—"থাজবিদববা?"

—"ঐবুদি?"

—"থাজনবা মচাকপু কদাযনো?"

—"অদু ওইববদি হযেংসু ঐ লাকচগনি, ঈশৈ লোইবকপা মতমদা, লৈবক মবি ফাংবদা। মদুদা থাজবা শক্লসি।" পাউখুম ঙাইবমদনা কুঞ্জো পবপ পবপ চৎখি। অসুম্না হৌখি পুন্সিগী অহানবা খোঙ্লোক্কি নুংশিবা।

মথংগী নুমিৎ অদুনি। নুমিদাংব্রাইবম যৌবক্লবনি। কুঞ্জো ঙাইবগী অৱাবদু মঙলানগী শাগৎলুবা আশাশিং অদুনা মন্থৎ শিনখিৰ্বনি। লৈবক মবি ফাংবদুমক্তদনি।

—"ঙসিদি অথোনবী শনাবৈ ওইবমদ্রেদনা।"

—"অশেংবা অদুদি খঙবা পামখিবনি।"

—"হৌজিক্তি অশেংবা খঙবিবেদনা?"

—"কবিবু?"

—"অথোনবী শনাবৈবুনি।"

—"থাজবা অদুদি ঐগীসু থম্বা পামখি।"

—"মদু খক্তবা?"

—"মদু খক্তা নত্তে, পুক্লীংগী ইথিলদি মখল মথেলনি। অথোনবী শনাবৈদি ঐগীনি; ঐগী পুন্সিনি। নঙদি অথোনবী শনাবৈ ওইদবা যাদে।"

অসি হাযবদুনা কুঞ্জো না ফুবিৎখাউদগী শাৎকাযবক্লিবী শনাবৈদু লৌথোক্লগা মাগী নাপদা হেক থেৎলুই। কনাসু উখিবা লৈতে সুপ্লগী মনাক নকপা পামেলদা তোংলিবা লমখুনু মতৈ মনাউদু নওনা। মখোযনা খোঙলকখি মিববা সুবদা "কুহু! কুহু!"

—"যুম বু কদাযদনো? মখুৎনা শনাবৈগী লৈনাশিংদু হাইদোক-হাইদোক্লনা খোমদোনবীনা হংলকই।

—"কোং-কৈথেলদগীনি।"

—"হৌজিকপু কনি তৌবিবিবগে?"

—"মযাং ইম্ফালদা ওজা অমা খঞ্জবি।"

—"কবি শিনফমগীদমক?"

—"খোংজোম, পেনা অদুগা পাঞ্জিগী বিদ্যাসু। থা মখায অমা ছুটি লৌবকপনি। অদুদগীদি অমুক উনববোই?"

—"অদুদগীদি ঐবুসু কাউথোকপীখ্রগনি অসি নৎত্রা ?"

—"অদুদগীদি নঙগী অশেংবা শক্তম অমা শাগৎচগনি।"

—"অদুদগীদি ....।"

—"অদুদগীদি..........।"

—"অদুদগীদি অশেংবা শক্তমদা...................।"

"অদুদগীদি অশেংবা শক্তমদা অশেংবা থব্লায হাপকনি। থম্মোই পালহনগনি। থম্মোইদা থম্মোইগী বাকৎ তাহনগনি। থম্মোইনা থম্মোইবু থেমগনি। মসিবু তশেংনা নুংঙাইবগী মশক অমা ওইবোইদ্রনে ঐগী শনাবৈ ?"

—"শনাবৈদি কবি ওইহৌগনি?" শনাবৈবু যেংল যেংল খোমদোনবীনা পাউখুমগুম্না হংলকই।

—"শনাবৈদি লৈমন চনবা যাবোই।"

—"কবম্না?"

—"শনাবৈদি লৈমন চনফদে। ঐনা খুকমজগনি ঈশ্বরদা মাবু শেম্বিবা মপুদা মাগী পুন্সি নুংশাংনবগীদমক্তা।"

— "মদুমক থোকহনবা ওইসনু।"

—"মদুমক থোকহনসি।"

—"কবম্বা মতমদা অমুক লাকপিগদগে?"

—"মথংগী চহীদা, অসিগুম্বা মতমদা, অসিগুম্বা মিৎকুপ্তা।"

—"কবম্না খাঙদুনা লৈগনি?"

—"কবম্নদি নঙবু কাউথোক্লগনি?"

অসুম্না মিৎকা মিৎকা চুংশিন্নখিবা থৌদোকশিংদুগী মতমদুদা কুঞ্জো তশেংনা তাউথবি। অমুকসু তাউথবি ঈচেল অমদগী ঈচেল অমদা।

অমুকথকসু যাউশঙগী নুঙাইববা কুম্মে লোইখ্রগনি মতাগুম চোংনখিবা মঙানি কোনবগী থাবল, লেংজুমগা লেংজুমগা, মাযথোঙগা মাযথোঙগা, খুৎকা খুৎকা অমদি খোঙথাংগী খোঙচৎকি মতৌ - ধোন, শাইত্রম, ক্লাবিনেট কি নংশিবনা তান সবগী মবক্তা অমনা অমুক ওক্লদনা চোংনখিবা

থাবল — কল্লকুবা অসিগুম্বা যৌবনগী কুমওন অমা লোইখ্রবা মতুং বারুনি লাই খুরুম্বা চৎমিন্নরুবা হল্লকপগী লমখাংদা চীংয়াংগী লৈতেম মান্নবা থেল অমদা শান্নখিবা ব্রারীদা —

—“নুংশিবগী পস্থুং অসি করিগুম্বা...........”

—“থুংনবনা ওইদবা য়াদে হায়রম্লগদি.                    ”

—“কায়না মৈশাসু ....................    ”

—“লৈরমলোইদবনি, অসি নৎত্রা?’

খোমদোনবী গী ইকাইনজরবী মিৎস্নাদুনা তপ্না তপ্না য়েংখৎলকই। অমুকসু হান্নগুম্না লুকথখি। মহৌশানা নুপীজা ওইবীশিংদি অরাঙবা মরক্তা ইকাইগল্লি। অচিকপা মফমশিংদা নাইতোম তানরক্লবদি নুপীজা ওইবীশিংসু থৌনা ফুদোক্তবা নত্তে। কুঞ্জো না ‘উম’ হায়বগা লোয়ননা শ্বর অশাংবা অমা হোন্দোবকই। খোমদোনবী না মখা অমুক শমথরকই —

—“কায়ন -মৈশানা করিগুম্বা লৈরমদ্রবদি..........”

—“নুংশিবসু লৈবম্লোইদবনি, অসি নত্রা?”

অমুকসু খোমদোনবী গী ইকাইনজরবী মিৎস্নাদুনা তপ্না-তপ্না য়েংখৎলকই। অমুকসু হান্নগুম লুকথখি। হন্দক্তি খোমদোনবী না মমায় লৈখৎলক্লগা কুঞ্জোবু নুংশিনা য়েংজরগা হায়জরকই—

—“থুংনবতনা পস্থুং ওইবা নুংশিবদুদি................”

—“অশেংবা নুংশিবা নত্তে।”

—“অপাম্বা নুংশিবনি।”

—“কল্লকপা নুংশিবনি।”

ব্রাহৈশিং অসিগা লোয়ননা কুঞ্জো খোমদোনবী কয়াদা থব্রায় তানা নোকমিন্নখিবা।

—“অশেংবা নুংশিবদি..................”

—“ঙমখৈ লৈতে।”

—“ঙমখৈ লৈতে।”

—“পাক্লবা সমুদ্র ঈপাকুম্বনি — তৌবকফমসু খঙদবা, পস্থুংফমস লৈতবা।”

—“শাংলবা মতমগী খোঙচৎকুম্বনি — অহৌবসু লৈতবা, অরোইবসু খঙদবা।”

অমুকসু কয়াদা থৱায় তানা নোকমিন্নখিবা। পুম্নমকশিং অসি নীংশিংজরগা ওজা কুঞ্জো গী মিৎস্নাদা পিরাং ওইনা শিন্থবা ঙমদ্রগসু পিগী ঈরা খবদি লাক্লি।

মসিগী মতুংদা লাকপা কুঞ্জো গী যৌবনগী পুক্সিদি মিৎলু পিরাং শিন্থবনা হেনগ্রবনি। নীংশিংলুবা পামদ্রবনি। নীংশিংলুরগা আত্মানা হকচাংদগী চৎস্ত্রবগুম তৌরকই। লোয়ন-লোয়ননা হান্নগী ফিভমদু হজ্জিন্নবা হোৎনবদা অশাংবা স্বব মপী অমদি হেক্তা হোল্লবনি। পুম্নমকশিং অসি কাউথোকখিনবা হোৎনবদা ওজা কুঞ্জো হান্না তম্লকপা বিদ্যা খোংজোম, পেনা অমদি পাঞ্জিগী থবক পুম্নমক থাদোক্লগা ধোন য়ৈবা অমুক তমখিবনি। ধোনগী বিদ্যানা মশাগী মপূঙ ওইবা শিনফম ওইখ্রবনি। করিগুম্বা মতমদা নীংশিংবগী ঈচেলনা মখৈ য়ৌরক্লবদা ওজা কুঞ্জো মাগী পুক্নীং থম্মোই আত্মাবু অমগা অমগা হেক শম্নদবমখৈ ধোন পুথোক্লনা অহাঙবা লমহাঙ মচি অমদা হকচাংগী শক্তি হেক লৈরিবমখৈ ধোন য়ৈরকই। অসিগুম্বা মবম অসিদগী লৈকাইনা, য়ুমলোন কৈরোন্নবনা ওজা কুঞ্জো মচিং মশোন লৈবা মীনি। কনাগুম্বনা অঙাওবনি হায়নবসু যাওদবা নত্তে।

ৱাগী মপূঙ ওইবা অশেংবা ৱাফমদি বারুনি লাই খুকস্মিন্নরুবা চহীদুগী মতুং মথংগী চহীদা মঙানি চনবা থাবলদা খোমদোনবী বু পামজবা খোমদোনবী গী লৈকাইদুমক্তদগী চাওথোই না কুঞ্জো বু থাবল চোংফমদগী কৌথোক্লগা শান্নখিবা ৱাফমদি —

—“নহাক ঙসিদগী খোমদোনবী বু পায়দুনা থাবল চোংবা য়াবোই। অদুগা লৈকাই অসিদা লাকপসু য়াবোই। খোমদোনবী গী অহল-লমনগা ঐগী অহল-লমনগা হায়ন-শিংনদুনা ৱা লোইশিন্নখ্রবনি। অদুনা হাযবিবসি মুন্না তাবগা ৱাখল তৌ।” ৱাহৈশিং অসি খুৎলায় পায়বা মমান্নবা ৭ / ৮ য়াওরকপা চাওথোই না হায়রম্লগা খুৎলৈ থুনা মাঙখরে। কুঞ্জো বেদাম কৌবা মমান্নবা অমগা লাকমিন্নবনি। মাগী ময়ুম থাবল চোংফমদগী মাইল ৪ রোম লাপ্পি। খোঙনা লাকমিন্নবনি। কুঞ্জো না বেদাম দা ৱা হৌদোরকই।

—“ভাই ঙসিমক খোমদোনবী চেনদবা য়াদরে।”

—“ভাই কবিগীনো! করি তৌবে?” ইপা পাখৎনা বেদাম না হংলকই।

—“মদুগী অকুপ্পা ৱারোল কোন্না ঙাঙনসি। ঐ খোমদোনবী গা থাবল চোংমিন্নবসু থিংলমলে। অদুনা নঙনা খোমদোনবী দা থাবল চোংমিন্নরগা পাউ অসি হায়রম্মু। অদুগা চীংখৈরোমদা লৈবা লৈবূং অসোমদা ঐ ঙাইদুনা লৈরমগে। যাম্না চেকশিন্না শিল্লকউ।”

—"লুরিবদি ঐবুসু মখোযনা খঙলমগনি। ঐনা খোমদোনবী পায়বগা চোংলিঙৈদা মখোয়না উখ্রগদি ঐখোয়'নিগী অফবা ওইরোই।"

—"অদু ওইরগনা মাগী মমান্নবী লৈরিকমচা পায়রগা চোংঙু। অদুগা পাউদু য়ৌনবা শিল্লু।"

—"ফরে লাইবক য়েংলগে। অদুবু ঐখোয় অনি কায়নবসিসু মখোযনা খঙখ্রবদি মখোয়না চিংনরোয়দ্রা?"

—"য়ুমদা হনবা ওইনা খর শাংনা চৎমিন্নবসি। অদুগা মখোয়না শেন্নদ্রে খঙলবা মতুংদা নহাক নথন্তা অমুক হন্না থাবল চোংফমদা চৎলো। ঐসু কোযথোক্লা লৌবুক্লোমদগী লাক্লগা লৈবৃংদুদা লুমদুনা লৈবমগে। ঙসিনা অরোইবা উন্নবনি হায়যু।"

--"অশেংবা ব্রাবু কবিনো'? অসুক ফিংলিবসিবো? " বেদামনা য়ুমলোমদা হল্লকপা লম্বীদা হংলকপনি ।

—"মহাক থাজখ্রে ঙসাই ঐবু কৌথোকপা নিপাদুদা। নুমিৎ লেপ্লখ্রে। অদুনা ঙসিমক খুদোংচাবা অসি মাঙহনবা য়াদ্রে ।"

—"ফরে লাইবক য়েংলগে। অতোপ্পা ব্রাফম অমা হোবেন মখোযনা ঐবু ফাবগা ব্রা হংলবদি?"

— "ঐদি কিদুনা চৎখ্রে। নঙদি চোংনিংমনখিদনা 'শবি' থোং ফাওবা মাবু থিল্লম্লগা অমুক লাকপনি হায়না খুম্মু। মখা হংলক্লগসু নঙনা থোকঅ-থোকঅবা অদুম খুম্মু।"

—"ফবে মদুদা লেপ্লসি। ঐ অমুক হল্লগে।"

—"মঙ্গল ওইবা ওইয়ু।"

—"নঙগী মঙ্গলনা অরোইবা ওইসি।"

কুঞ্জো না লৈবৃংদা লুমদুনা লৈরবা ঙৈহাক্কী মতুংদা খোঞ্জেল অমা অসুম্না তারকই। 'লৈকাই লৈকাই ঐবু কনবিয়ু। ও! ইমা ঐবু কনবিয়ু।' খঙলে! খোমদোনবী গী খোঞ্জেলনি। কুঞ্জো খুৎলৈ থুনা খোঞ্জেল তারিবা মাযকৈ অদোমদা মহাক্কি মশা ঙাকথোকচনবা লম্বীদা থেংনদুনা পাযবকপা চৈবী অদুগা লোযননা চেনশিনখিবম্মী। চাওথোই অমদি মাগী কাঙবুনা খোমদোনবী বু মাচিন মেন্দুনা পুবদু উরদুনা কুঞ্জো না মখোয়গী খোঙলোয় অমবু লৈজবী পাঙ্গলদা ফুথবমই। নাকন্দগী খঙহৌদনা হাইথবকপা চৈতুপ অমনা লব্রায লেমফুদা পানবদগী কুঞ্জো ব্রাস্থখিবম্মী। মহাক্লা জ্ঞান তারকপদা মাগী য়ুমগী ফমুংদা লৈবম্মি।

মতুংদা পাউ য়ৌবক্লে। চাওথোই না খোমদোনবী বু নমদুনা লৌখরে। অসুম্না কায়নখি কুঞ্জো অমসুং খোমদোনবী।

কুঞ্জো লমন শিংবদি ঙম্মি অদুবু মাগী পুক্লীংনা মায়কৈ অদোমদা খোঙথাং অমা ফাওবা থাংজিনগে হায়বসি খনখিদে।

নীংশিংবগী ঈচেলশিং অসি ঙসিগী থাবল লম্পাক্তা কুঞ্জোগী ব্রাখলদা হঞ্জিন হঞ্জিন য়ৈরক্লি। কুঞ্জো ঈচেলশিং অসিদগী লাপথোকপা ইঙম ঙমদনা লৈরক্লি। মতম অসি থাবল হৌরকপা হিদাক ঙাম্তক অমা অনি হৌখ্রবা মতমনি। মাগী সেবক তোমৈ না ব্যাবহারগা লোয়ননা নীংশিংজরকই —

—"ওজাবু সেবা অমুক্তং ফংবিগদরা?" 'ওজা কুঞ্জো ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাঙদনা ধোনচৈ লৌদুনা ধোন য়ৈখৎলকই।

অসুম্না য়ৈরকপা ধোন অসিনা থাবল চোংবা লোইশিন্নবা নিতাইবৎ লৌননবা যাথং লাকই। মতমসি ফাওবা ওঝা কুঞ্জো হনবা লৈতনা ধোন য়ৈখৎলকই খ্বাইদগী থুবা তানগা লোয়ননা। অসুম্না য়ৈরকপা ধোন অসি মতম শাংনা য়ৈবকপনা থাবল চোংলিবা পাখং লৈশাবী অমদি ভাবকশিং পুম্নমক চপ যুংনা অমত্তা ওইনা ধোন য়ৈরিবা মায়কৈ অদোমদা য়েংনরক্লে। করিনো কবিনো মহে মহে হংনৈ। অমগা অমগা ওনশিন্নদুনা কবিনো তৌবিবসিবো হংনরিঙৈ ইখঙ খঙহৌদনা ধোনগী খোঞ্জেল লেপখি। খোঞ্জেল লেপখিবগা লোয়ননা ওজা কুঞ্জো লোংনা হাইথরক্লে। মহে মহে ইরাঙ লাঙনরকই — 'ধোন য়ৈবা ওজা অসে করিনো'মা তৌখ্রে, ব্রাম্বখ্রমানে।'

ওজা কুঞ্জো জ্ঞান খজিক খজিক লাকই। কোয়রৈ লৈদুনা য়েংলকপদা খঙলে মানা লৈরিবসি য়ুম অমদনি। খঙহৌদনা ওজা কুঞ্জোনা 'ঈশিং! ঈশিং' হায়না য়াম্না ব্রানা শোল্লকই। ঈশিং পুবক্লিবী নুপী অদুনা ওজা কুঞ্জোগী মনাক নক্লা চঙশিলক্লগা তপ্না হাযজরকই —

—"ননাইনা সেবা অমুক্তা তৌজগে।" খোঞ্জেল অসি মতম কুইরবগী মমাঙদা তাখিবগুম, মশক খঙবগুম ওজা কুঞ্জোনা ঈশিং থকপগী মহুত্তা নুপী অদুদা চাগদবগুম মূন্না য়েংলকই। ওজা কুঞ্জোনা ঙসি ময়েক লানা উরি —

—"খুইরবী মায়গোঙদা তারিবা নীংশিংবগী মমি !"

*ইবা লোইখিবা তাং৬/৪/৯৪ (য়ুম)*
*বারুনি লোংঙানবা নুমিৎ*

# প্রোফেসার

প্রোফেসাব সাগবচন্দ্র মশক্তা মতৌদা ইৱাৎ ৱাত্তবা মীশক্কি- প্রোফেসাব অমা ওইবগী মথক্তা। মশাগী পার্সোনেলিতি যাম্না ৱাংনা লৈজবা মীনি। কনাগুম্বা মী অমত্তনা মাগা মবৈ যেৎনবা অচুম অবানগী ৱাফমদা মাযোক্নবা ঙম্বা নত্তে। অদুবু মহাক্কি অশোযবা অমদি লৈ। মহাক্কি সোসিযেল পার্সোনেলিতি দি জিবোনি। নেগেটিভ নি হাযনা লৌববসু যাই। মসিমদি মহাক মশামক খঙজবা ঙম্বা লৈত্রে। অদুগী মথক্তা ৱাফমসিমক মঙোন্দা তাকপীনবা মাগী মকুপ-মপাঙ নত্রগা মবি মতা লৈতে। মবমদি মখোযনা মহাক্তা মাযোক্নবা কি। যুমলোন কৈবোন্নবা নত্রগা মকুপ-মপাঙনা কবিগুম্বা খুদোংচাদবা অমদগী লুপা লিশিং মঙা তবাদা হংচিংসি মশের্মসি শোযদনা পিগে হাযকনবদ কৈদৌনবনো হংলক্কনি।

—"মীগী শিংখিনবনি ঙসিমক পীহৌদ্রবদি যাম্না জবান শোযবা তাবনি। অদুনা শেনফম অসি ঙসিমক নহাক্তা পিদবা যাদ্রে" অসিনচিংবা খুম্নবকপদা প্রোফেসাবনা অসুম্না খুম্লকই —

—"অদুগী 'মীদু' কনানো । মঙোন্দা হংচিৎ ফাওবা ঙাইবো হাযনা ঐ ঙাঙনবিগে।"

অসিগুম্বা থম্মোয চেনবা অসিগুম্বা অৱাংবা পার্সোনেলিতি লৈবা প্রোফেসাবনি। শেল লৌননবা খুম্লকপা পাউখুমদা প্রোফেসাবনা অমুক হেক্তা খুমদুনা শেল পিদবা ঙম্মি। মসিনি মহাক্কী অবাংবা পার্সোনেলিতি। তৌর্বাদি মহাক মীঙোন্দগী শেল পুদে। পুগে হাযবগী ৱাখল্লোলসু কবিগুম্বদা থমদে। অমবোমদা লৈকাইগী সনা লুপা কাযবদা লৌগনবী প্রোফেসাবগী নুপী মেমচৌবীনি। শেল পুগে হাযকুববাদি শিকি অমতা পাযদে হাযবক্কনি অদুগা সনা কাযগে নত্রগা সনা বন্ধোপ থমগে হাযকুববদি কহ্য কহ্য হাযদনা শেল কোযথি থিবী সনা কোযথি থিবী মেমচৌবিনি। মতৈ - মনাউ চপ মান্নে। ঈশ্বরনা লাম্বা চানা শেম্বিবকই।

প্রোফেসাবগী অৱাংবা মিৎযেং অমদি লৈ। মীওইবসি অমগা অমগা মান্নফম থোক্তে। শকতা, কুচুদা, ৱাখল্লোলদা, লমচত্তা, শাজত্তা, শিনফমদা, শেন্দান লম্বীদা। ঈশ্বরনা মীপুম খুদিংমকপু অমতা ওইনা উববসু মী অমনা মী

মখল কযাদা থল্লিবা মিৎযেং মান্নফম থোক্তে। অতনবা অমগা চাগনবা অমগগী ইমুং মনুংগী ফিভম মান্নফম থোক্তে। ঙসি নঙনা ঙা থোংবা চাবা, ঐনা হঙ্গাম থোংবা চাবা হযেং অযুক্তি নঙ - ঐ ইমান্দা মান্নে খঞ্জবা অমদি মসিদা অকনবা মিৎযেং থমজবা প্রোফেসাবনি। মান্নবা সমাজ কৈদৌনুংদা লৈফম থোক্তে। নঙনা শুবনা নঙনা ফংবা, ঐনা চাবনা ঐনা রাবা মসিদা অচৌবা রাখল্লোল থম্বা প্রোফেসাবনি।

প্রোফেসাব — প্রোফেসাব অমা ওইবগী মথক্তা ''প্রি হিষ্টবিকেল ইনভাইবনমেন্টেল ষ্টডিদা ডোক্তব ওফ ফিলোসোফি'' ফংলবা প্রোফেসাবনি। নুংগী যুগকী মী মমিত্তা উই। মখোযগা চামিন্নে। মখোযগী লমচৎ শাজৎ খঙই। মবোল খঙই। মখোযগা বাবী শানৈ। মখোযগী বাঙাঙ - শাঙাঙ নৎত্রগা থবক থৌবম মহাক্লা খঙই। মসিদনি প্রোফেসাববু ডোক্টব ওফ ফিলোসোফি পিদুনা ইকাইখুম্নবিবা।

প্রোফোসাবগী বাখল্লোলদি মান্নবা সমাজ লৈফম থোক্তে হাযবসিদা চপ যুংনা লৈ। শুনীংদবা, নশা ফত্তবা, নবুদ্ধি ফত্তবা নঙগা শুনীংবা, হকচাংসু ফবা, ইবুদ্ধি ইবৌশিংসু লৈবা ঐগা কবম্না চাং মান্ননা লৈমিন্নগদৌনিবনে' মীনা মীবু যোনফম থোকই। মীনা মীবু মীনাই ওইনা শিজিন্নফম থোকই হাযবসিদা অকনবা থাজবা লৈ। মসি নুংগী যুগতা যেংলবসু, মমাঙঙৈগী ইতিহাসতা থিববসু নৎত্রগা মোর্ডন হিষ্টবি দা নৈনববসু মসিগী খুদম চাউনা লৈ। অদুনা মসি মহৌশাগী নিতি-নিযম অমনি হাযনা মহাক্লা লৌই।

নোংমা মহাক্ল থবক অমা চৎলুবা হল্লকপদা নুপী মযাম অমা সোবোক্তা কোইবাউ লাউবদনা চৎলম্মি। খোঞ্জেলদি —

—''যু যোনবী''

—''ফাবে।''

—'' মুতুম চাউবী।''

''ফাবে, ফাবে।''

অসুম্না কোইবাঙ হেক লাঙই। মমাঙ ইথং থংবদা মুতুম ওংবী চাউবী (মহাক্লদি মশক খঙবা নত্তে) মঙকশমদা লীক্লী অমা যাল্লদনা মমায ইচপমুক ঙাংনা মমায ফাওবা হঙ্গৎপা ঙমদনা মখোঙ অদু থাংঙি থাংদে খঙদবমখৈ চৎপদ্ উবম্মি। ক্রবীক নহাবোল খবসু যাওবম্মি। প্রোফেসাব ঙহাক বাখল তৌই। সেক্রেটাব মানবা ( ওইবম্বসু যাই) নহা অমবু কৌশিল্লগা প্রোফেসাবনা বা হংই।

"করিগীনো য়ু য়োনবগীদমক অসুক চাউনা লৈবাক মীমাঙদা খোঙ্গোইনরিবদি?"

—"হন্না হন্না ৱার্নিং পিরবনি। অদুফাওবা ক্লবকি মৈরা পায়বীগী মায়োক্তা উশিত্তনা য়ু অদুম য়োল্লিবনি। মদুগীদমক মৈরা পায়বী অমদি ক্লবকি জেনেরেল বোডিনা ৱারেপ লৌরবা তুংদা থবক অসি চত্থরকপনি।"

—"ফরে মদুনা মদু ওইবে। মদু ঐনা খণ্ডুবগীসু দরকার লৈতে। ৱা অমখক্তি হংবা পম্মি । মসিসু ঐগী ইথৌ লৈতে হায়না হায়রকপা য়াই। অদুবু নৈনহৌসি হাযদুনা ঐনা ৱাহং অসি হংগদৌরিবনি ।"

তাঞ্জা অসিদা ইমা-ইবেন খর য়াওনা প্রোফেসারবু ইকোয় কোযশিন্দুনা লৈরে।

—"করিনো ওজানা হংবিগদৌরিবনা?"

—"করিগুম্বা নুপী অসিনা, চাউবী হায়বরা, চাউবী অসিনা ইকাইবনা হেনমনখিবদগী ৱান্থদুনা শিদোকখ্রো নৎত্রগা হোরেন ময়ুম য়ৌরগা থৌবি য়ান্দুনা শিদোকখ্রো অদু ওইরগদি মখা তাবা দাযিত্য কনানা লৌগনি? নখোয় লৌবা ঙমগদবা? নখোয়গী ৱারেপ অদু কোর্টতা চৎনবা য়াগদরা?"

অতৈ -অতৈ তুমিন তুমিন লৈনরবসু মৈবা পায়বী ইমা ইবেনগী লুচিংলেন ওইবম্বা য়াই অমনা ওক্লকই —

— "য়াম্না ইকাই খণ্ডবা মীনি। ঐখোয়না মশক মুন্না খণ্ডলবনি। ইকাই খণ্ডবা মীনবু ইকাইমন্দুনা ৱান্থরগা শিবা হায়বসি ওইথোক্কবনি। ওজা ইবুংঙোনা অমুবা শঙ্গোমগীদমক ৱাবীরুনু। মহিক যাওগে যাওজসনু। ঈশিং যানগে য়াঞ্জসনু। অদুগা মখোয থৌবি য়ান্দুনসু শিবোই। লৈবাক্কি য়েক্লবা ওইরবা মখোযনা কৈদৌঙৈদা থৌবি যান্দুনা নৎত্রগা অতোপ্পা জেশা-উপাই অমা তৌদুনা সুইসাইদ তৌবোই। অদুগুম্বা ৱাখল অদু মখোয়গী লৈরম্লবদি মখোয় কৈদৌনুংদা য়ু য়োল্লম্লোই।"

চুম্মি চুম্মি হাযদুনা ময়াম ইরাঙ লাঙই। প্রোফেসাব মদু য়ৌনদি খন্থকদে। অদুবু হংলুবা হৌরুববনিনা প্রোফেসারনা মখা তানা অমুক হংলকই।

—"মসিনা তাকপদি দায়িত্য অসি নখোয়না লৌবে হায়বসি মশানা অদুম তাজবে। অতোপ্পা ৱাফম অমনা মখোয়শিং অসি মীগী লুখাক -চগুম শেংদুনা, শা মকুম-ঙা মকুম শেংদুনা মশাগী হিংননবা লম্বী থিজবিবনি হায়বসিদি করিগুম্বদা খন্থবিদবরা?"

—"মদুদি ঐখোয়না উরুবা ঙমদে। ঐখোয়না উরিবদি মখোয় অসি সমাজগী য়েক্লবনি।"

—"মখোয়দগী হেন্না চাউবা য়েক্লবা ময়াম অমা লৈরিবসিদি?"

—"মখোয় অদু কনানো?"

—"ঐখোয়না ভোট পিদুনা থাগৎখ্রবা এমঃএলঃএঃ শিং, সরকারগী লোইশঙশিংদা লৈরিবা অচৌবা ফম পায়রিবা আইঃএঃএসঃ,এমঃসিঃএসঃ, ওফিসারশিং, মখাতাবা ওফিসাবশিং, কন্ট্রেক্টরশিং, মখোয়বু কন্ট্রেক্ট তৌহল্লিবা ইঞ্জিনিযারশিং, ব্লেক মার্কেটিয়রশিং, ডাক্তরশিং, উকিলশিং, জর্জশিং ময়াম অমা লৈবিবসিদি?"

—"চুম্মি মখোয়সু সমাজগী য়েক্লবনি। অদুবু ঐখোয়না মদু উরুবা ঙমদে। হাযবদি ঐখোয়না মখোয়গী মথক্তা দন্দি পীবা ঙম্লোই। মখোযদি অৱাংবা থাক্কি অমোৎপনি, অৱাংবা থাক্কি য়েক্লবনি। ঐখোযনা মখোয়বু ফাকবা ঙম্লোই। ঐখোযগী শক্তি ৱাংমদনি। মখোযদি সরকারগী ইন্টিলিজেন্ট ৱিং, ভিজিলেন্স ডিপার্টমেন্ট গুম্বনা তৌগদবনি। ঐখোয়না তৌজরিবসি লৈকাই লৈকাইগী অমোৎপশিং য়েক্লবশিং অদু মক ফংনা মাঙহনবা অসিখক্তনি। অদুগুম্বা থবকশিং অদুদি কবিসু খঙজদ্রবা, শক্তিসু লৈজদ্রবা মৈবা পায়বী অমদি ক্লবনা থিজিনবা ৱানা থোক্কনি। মদুগীদমক্তদি মখল মখলগী কমিসন শেম্বা য়াই। কমিসন শেম্ম বা সবকাবদা তকশিনবা অদুমখৈদি ঙম্মি। অদুবু আইঃএঃএসঃ, এমঃ সিঃএসঃ ওফিসাব খুদিংমক, ডোক্তব খুদিংমক, ইঞ্জিনিযাব খুদিংমক অচৌবা হুবানবনি হায়না ভাবনা শাদুনা হাযকববদি অবানবা ওইগনি। মখোয়শিং অসিগী দায়িত্য ঐখোযনা ভোট পিদুনা অৱাংবা থাক্তা থাঙ্গৎপিখ্রবা এমঃএলঃএ শিংগী মথৌ ওইগদবনি।"

প্রোফেসাব হাইফেত্তং ইকাই। অদুগা মশা মথন্তা শোঞ্জে — 'নুপী অসি পঙনোপ নোপ্পা নত্তেসে।' ৱা লোইশিনবা য়ানবা প্রোফেসাবনা তেথনা হাযরকই —

—"ফরে মদু ফাওবগী শক্তি লৈববা হায়না হংজবনি। খুম্বিবকপা পাউখুমদু যাম্না পেঞ্জরে। অদুগা তোল্লবা লাইরবা মীদা ফনা যাম্না মবাল লৈরবসু খোঙ্গোযনবা অসিদি খরদি হেনমনববা খঞ্জে। মৈরা পায়বী ইমা-ইবেল অমদি ক্লবকি নহারোলশিং পুন্না পুনবিবগা অসিগুম্বা ৱাবেপকি মতাংদা অমুক্তংগা খন্ন-নৈনবিনবা খুৎ নোল্লদুনা হ'যজবি।"

প্রোফেসারগী থম্মোইদা অসিগুম্বা মীনুংশিগী থম্মোই চেল্লমগনি হায়বসিদি থাজরুদে। মরুভুমিদা মরুদ্যান লৈরম্লে। নুঙ্গাইলক্তা চন্দ্রমুখিসু মশাৎলি। অমুবা মতৈ-মনাউ না অঙৌবসু মপোকই। ক্লবকি সেক্রেটরিনা মখা শমথরকই।

—"ওঝাগী প্রস্তাব ঐখোয়না লৌজরে। মতুংদদি য়াম্না কুপ্না খন্ন-নৈননবা ব্রারেপ লৌজরগে। প্রজাগী খোল্লাউনা ঐখোয়গী ব্রারেপনি। ঐখোয়না করিসু হেঞ্জিন্না তৌবা ঙম্বা নত্তে।"

অসুম্না কায়নরে প্রোফেসারগা মৈরা পায়বী ইমা-ইবেলশিং অমদি ক্লবকি নহারোলশিংগা। খজিক্তং পেলহৌদে ঙসিদি প্রোফেসার সমাজগী লোনচত্তা, লমচৎ-শাজৎকি ব্রাখল্লোন্দা খুরৌ অমখক থাংলম্বদুনা। পুন্সিদা হকথেংননা মরৈ তৌনরকপদা অমুক্তা মায়থীরক্রুবা প্রোফেসার ঙসিদি খজিক্তং মায় লৈবগুম তৌখি।

প্রোফেসার ঙসি থোকখিবা থৌদোক অদুনা মরম ওইদুনা শক্তি পাম্লকই। সমাজ অসিগীদমক করিগুম্বা খরদং ওইরবসু তৌরম্লগে হাযবসি মপুক্লীংদা চপ যুংনা লেপখ্রে। শক্তি অদু কবিনা ওইবা তাই ? মথন্তা হংজে, মথন্তা লেপচৈ। ইলেক্সন থেংনবা তায়। ভোট লেপ্পা তায়। এমঃএলঃএঃ ওইদবা যাদে।

মহৈ মহৈ ব্রা ব্রা লাঙনরকই লম্বী-সরক্তা, হোটেলদা, লৈবুংদা, শানৈ যুনৈফমদা মখল মথেল কয়াগী মচুবু উৎলদুনা —

—"প্রোফেসার সাগরচন্দ্র ভোট লেপকদৌরেয়ে। শোয়দনা ঙাওবা তারিয়ে। মী ঙাওইকো।"

—"মী ঙাওরবদি মী চীকপনিকো। চেকশিঞ্জৌ। চীকচখিনি।"

—"ভোট কাদ্রকান্দা চীক্তৌ ওইরিনি। অদুনা ভোট তো পিহৌকো। কাহৌদ্র'কান্দা কোইঙাও ঙাওদনা মী কোয়তান তান্নদনা চীক্লক্কদৌরিবনিকো।"

—"ভোটপুদি পির'সু খরদি ওথোকহনসি।"

—"য়াইয়ে, য়াইয়ে, ওথোকহন্নবা তৌসি।"

অমরোমদসু ঙাঙনরকই —

—"ফৈনে তৌরকউ হায়রিসিনি । কাব-কাদবা অদুনা তোংঙানবা ব্রাফম অমনি। কেন্দিদেট য়াম্লগা ফৈনে ব্রান কেন্দিদেট ব্রান চাক । মদুগী প্রোগ্রাম কুংহন্নবা তৌসি।"

—"হন্দক্কি হাপ্তাসিদা অমা হেক্তা শিনসে। চন্দ্র হোয়দা হেক্তা তৌসে। মখোযগীদনা থাজবা হেন্নিয়ে ।"

—"অদুদি হযেং হেক্তা চৎনবা তৌসি। অচৌ নঙগা কনা-কনানো খবগা চৎলো। এডভান্স খবসু লৌবকউ।" অসিনচিংবা কযানি।

অমবোমদসু ব্রাবী লেপ্পা নত্তে।

—"মবাযনা কাজপোৎনিদা। ভোটব অমদা চামঙা চামঙাদা যেল্লুসে।"

—"চামঙা নত্তে, চাম্ম-চাম্মদা যেল্লুসে।"

—"মদু যেন্নবা শেনবু লৈবমগদ্রনে।"

—"এ! কবি লৈতনিগেনে? থাযনগী ফাইভ পাবসেন্ট দু কাউবববা?"

—"শেঙ্গংগীনা টেন পাবসেন্ট দুদি। পুনশিল্লগা তুযেন্তি পাবসেন্ট শাহৌবসি।"

প্রোফেসাবগীদমক খনবীবসু যাওদবা নত্তে।

—"এ! ঙাওবববা মাবু কনানা ইনশিল্লিবনো? লৌ ইঞ্জোল তুম্বা তাবে। মচা মশু মহৈ মশিং তম্ফম খঙলবোই। পুবা ফবংজাই তাবনি।"

—"হোযনে, তৌহন্নিংদেনে। তা-বিব না খবা অমুক্তা থেম্মুনে। তৌকন্নু মী মুৎপা থবক্কি হাযদুনা খব থেম্বিযুনে।"

—"ঙস্মোইদা। হাযকুবদা ব্রা মাঙগনি। ঐগুম্বনা হাযকুবদা যাবকওইদা। নহান হাইফেৎ কাংথোকউর্বনি ভোট লেপকনি হায চুম্ববনে? মানা কবি খুমক্কে'বো। অসুম্না হংগদবা মতমদু হেল্লে। ঐ লাক্কদবনি, সোমদা থবক চিনমংদুনা তৌর্বনি। থাদদবা যাদেকো। শেলসু পাঙগদবনি। মীসু খোমগদবনি। অদুদবু ভোট লেপ্পুগনুগকা হাযকুববদি ঐগা অদুম কৌনদ্রে. শেল পাঙনিংদদুনা তৌবির্বনি, ভোট পিনিংদদুনা তৌবির্বনি হাযদুনা শিবা ফাওবা খনখ্রগদবনি। মদু'মা ঐ ঙমজবোইকো।"

—"তশেংনা ভোটসি শোযদনা লেপতৌবববা?"

—"লেপতৌবর্বনি. বিজাইনেসন লেত্তব পিখ্রবনি। টিকেট ফংলবসু লেপ্লে, ফংদ্রবসু লেপ্লে।"

—"অদুদি ঙাঙনবিবা বাফমসিদি মতম হেন্দোকখ্রবজাৎনি।"

—"তিন্নবকপনি, হৌমিন্নবকপনি, লৈকাইমচানি খবা খবা অঙম্বা মতেং তৌনদবা যাদবনিকো।"

নহাবোল ছাত্রগী সংস্থান খবনদি প্রোফেসাববু তশেংনা ব্রাংনা থাঙ্গৎলিবনি।

—"প্রোফেসার সাগরচন্দ্রগুম্বনা লৈবাক শেমদনা কনানা শেমগদোইনো? ঐখোয়দি মাগীদমক লেপ্লে।"

—"করি দলদনো মানা হোৎনগদৌরিবসিবু?"

—"দলগী ব্রা খণ্ডদে। ওইনীংবা ওইজসনু। ভোট পিগনি, ভোট কাহনগনি।"

—"প্রোফেসারগুম্বা য়াঙ্খে - চাম দং লৈরম্লবদি নহান্না মনিপুরসি দিল্লিগী মথক্তা তোঙবা ফংজরদবনি। দিল্লিনা করিদা হেনগদৌরিবনো? ঐখোয়দি প্রোফেসারদা ভোট পিরে ।"

—"হৌজিক্তি লোলগী যুগনি, রাজনিতিসু দিল্লিগী রাজনিতি নি। লোল খঙবা হায়বসি রাজনিতি ব্রালা অমগী চঙদবা য়াদ্রবা গুন ওইরবনি। প্রোফেসারগুম্বা লাইরিক হৈবা, তোপিক অমদা ব্রা ঙাঙনবদা মায় লৈরোয়দবা দিল্লি য়ৌবদা কালাক নিকপিররোইদবা মখোয়দা ভোট পিদনা যুগসিদবু কনাদা ভোট পি'দোয়নো?" অসিনচিংবা কয়ানি।

প্রোফেসার ভোটতা মায়থীরে। প্রোফেসার নুমিৎসিদা খঙজরকই। হিরম খুদিংমক্তা মহাক্না ব্রাখল্লোন হেঞ্জরবসু নৎত্রগসু হিরম অয়াম্বদা মহাক্না ব্রাখল্লোন হেল্লে হায়না লৌজরবসু সমাজনা মদুবু উবা ফংদে। সমাজনা সমাজ সেবা তৌবা মীতমক মশক খঙই। ক্লবকি টিকেট পুশিং নৎত্রগা দোনেসন লাকপদা অব্রাংবা ব্রাখল্লোন্দা অচুম-অবানগী মরৈ য়েৎনগনবা — অরোইবদা খ্বায়দগী মমল য়ামদবা টিকেট লৌখিবা, নৎত্রগা খ্বায়দগী হন্থনা দোনেসন পিখিবা প্রোফেসাব ঙসিদা ভোট মায়থীরবা নুমিৎ অসিদা থৌদোকশিং অদু মমিত্তা ময়েক লানা উরকই। ভোটর লিশিং কুন্থ্রারোম লৈবদা ভোট লিশিং তরামঙারোম প্রোফেসারনা ফংলগা লেমহৌরিবদু মাগী লাম্বা ওইরিবা মখোয় তরুক্কি মনুংদা অমদা পুল্লপ নমখ্রবসু প্রোফেসারনা ইকাদা কারে খঞ্জরুবা প্রোফেসারগী মকোক্তা ঙসিদি 'করম্বা হিসাবনো' হায়না মায়কৈ খুদিংদগী হংলকপগুম ব্রাহং অসিনা নিন্দুনা লৈরি। প্রোফেসার ভোট লিশিং অহুমগী ময়াদা ফংদুনা মায়থীখি। প্রোফেসার যুম অমগী অহল অমা নৎত্রগা ভোটর অমা খঙনরগা যুমদুদা লৈরিবা ভোটর মঙাদু, তরাদু লোয়না ফংলবনি নৎত্রগসু তঙ্খায় অমদি শোয়দনা ফংলে হায়না খল্লুবা মাগী হিসাবতু অচৌবা অশোয়বা অমা ওইরল্লে।

প্রোফেসারগুম্না হিরম অয়াম্বদা অব্রাংবা ব্রাখল্লোন অদুক হাক্না লৈজদ্রবসু সমাজলোনবু মমুৎ তানা খঙজবা, মমুৎ তানা থিজিঞ্জবা — মীগী অব্রাবদা, খুদোংথীবা তাববদা মশামক হকথেংননা মায়োক য়ামিন্নজরকপা—সমাজ

সেবাদা মথ্বায় লুপচবকপা — লমজিং লমতাকপিনবা লৈত্রবা, থবক শুফম থিফম খণ্ডদ্রবা নহাবোল কযাদা লমজিং লমতাক্পিবকপা — চৈবাউবদা যুমথোঙ মশিং যাম্না এঙ্খাং লান্নজবকপা — সুপ্নগী গ্রেজুযেট তমক ওইবা নোংমাই তোম্বি না ইলেক্সন অদু মায পাকখি।

প্রোফেসাব ভোট মাযথীববা নুমিৎ অসিদা অনৌবা জ্ঞান অমা ফংজবকই।

মহাক্না মহাক্কা লোযনবিবা সমাজ অসিবু মমুৎ তানা মশক খণ্ডলমদ্রে। সমাজ অসিগী ইবোন্নুংদা মশামক লুপ্তুনা অফ-ফত্ত অব্রা নুংঙাই তাথোক তাশিনগী অব্রাৎ-অপা মেম্হোক-মেনশিনগী চাউববা পাবা অদু চিংখবল্লে।

মসিখক্তনা মহাকপু মাযথীহনখি ইলেক্সনদা।।

*ইবা লোইখিবা তাং ২০।৪।৯৪ ইং*

# মঙাল

মীগা শাগা খেন্নে
মীনা মীবু মীগুম উই
মীনা লাই চাদে
মীনা লাইবু ইকাই খুম্নে
মীনা মীওইবগী লোনচৎ চৎলি।।

চোইরোলগুম্লবা ব্রাহৈশিং অসিগা লোয়ননা জোসেপ না মনাউনিপা তিঞ্জর দা মহাক মশাবু খুল অদুদা থিল্লু হায়দুনা য়াম্না কন্না তকশিল্লমই। মনাক্তা ফল্লিবা তিঞ্জর দি মাগী ব্রা অদুদা থওই-নাওইনা তারুবা লৈতনা মহাক্কি সেবা অদুম তৌদুনা লৈরমই। নুমিৎ মঙানি শুরে মখোয়না হোস্পিটাল অসিদা লৈরক্লিবসি। অদুবু থোয়না হেন্না ফগৎপগী ফিভমদি উদে। ব্রাফম অসি লাপ্না থমই— ডাক্তরনসু অদুগা অনাবগী মপানগী ওইবা ফিভমনসু। ডাক্টরনসু দিসচার্জ তৌবা য়াদ্রিদমক হায়। ঙসিগী অয়ুকখক্তনি জোসেপ কি নুপী হোস্পিটাল অসিবু থাদোক্কুনা চৎখিবা। মদুসু ময়ুমদগী অচা-অথক ফিরোলনচিংবা লৌরুনবা।

য়াম্না লাইরবসু নত্তে। থোইদোক হেন্দোক্লা পঙনুং নুংঙাইবসু নত্তে। চাব-থকপগীদি মরাং কায়না লৈজবা খুল অপিশক অমগী খুল্লাকপনি। চহী য়াংখৈ লানখৎলক্লবা মতাংনি। সহরগী ইরাং য়ৌদবা চাওখৎত্রিবা খুঙ্গং অমগী খুল্লাকপা ওইজরবসু জোসেপ বাইবল ফজনা নৈনবা মীশক্লি। মদুদগী হেন্দোক্তুনা হৌজিক হৌজিকমক্কি সমাজদা জাতি মচা-মচা কয়ানা তোংঙান-তোংঙানবা শক্তম শাগৎপদা অচৌবা অব্রাবা অমা ওইরিবা পুম্নমক অসি বাইবলদগী ফংজরিবা মঙাল অসি পানশিঞ্জদুনা, মরুপ-মপাওশিংদা, খুন-খুনশিংদা পাউতাক নৎত্রগা পাউজেল পীবা ফাওবা য়াওরিবনি। ইশম-শম্না জোসেপ সমাজ অসিবু য়াম্না কুপ্না নৈনজবা মীশক্লি।

মনাউনিপা তিঞ্জর হোস্পিটাল অদুদা ইহান হানবা ওইনা লাকপা মীওইনি। করিসু খঙবা নত্তে। মাগী তোপ-তোপ্না ব্রাখল্লোন পুথোকচবা ঙম্বা মীশকসু নত্তে। অদুনা ময়াম্বা জোসেপ কি চোইরোল ওই করি ওই ঙাঙলকপা ব্রাহৈশিং

অদুদা তুমিন্না লৈথোকপা নত্তনা কবিসু উপায থিনীংখিদে। অদুবু মযাম্ববুদি থম্মোই শেংনা নুংশিজে। অহিং মিংশেল খাঙদুনা সেবা তৌজে — কবিদা শোযখিগদগে নৎত্রেগা মাবু ৱাবৌদুনা অমদি পেঞ্জদদুনা শাউবক্লবদি?

মবক মবক্তা দ্রাইভব অদুসু লাকই। ঙসিমক অনাবনা চাবা য়াবা গ্লুকোজ, হোবলিক্স, মনা-মশিং, তববুজ, অৱাথবি অমুনবনচিংবা পুদুনা লাকই। দ্রাইভব অদু লাক্লবদুদদি তিঞ্জব ঙাইহাক পোত্থাগে খন্দুনা নাকন্দা থাবিবা ফক অদুদা হিপথখিবম্মি অদুগা তূমথখিবম্মি । দ্রাইভব অদুদা নুংশিনা মকোক্তা নানবিবগা জোসেপ না হাযবকই —

—"নহানগী থৌদোক থোকখিবা খুল অদুগী মমিং কবি কৌই?"

—"পেকচোল" দ্রাইভব অদুনা ৱাহৈ অসিদমক হাযবকই।

—"ঙসিমক খুল অদুদা চত্তবা যাদে।"

—"মদুদি হাযহৈদবা ৱানি। ৱাহৈ অদু অমুক হন্না পনবিগনু।"

—"নহাক্লা ওন্নবা ৱাখল অমদা পুবে।"

—"কবম্না ওন্নবিবনো?"

—"পাউজেলগুন্নবা পাউ অমদি যৌহন্নীংবনি।"

—"কবম্বা পাউজেল? কবম্বা পাউ?" দ্রাইভব অদুনা হেন্না ঙক্লদুনা যাম্না খঙনীংনা হংখিবনি। অদুগা মখা তাবকই,

—"ইযাম্বা' মফম অদুদা চৎলগা লমন-শিংবা, লমন খুম্বগী ৱাফম অদুদি থাদোকপিবো। নীংশিংনিংদ্রবা পুম্নমক অদুগীদমক ওইববদি ঈশ্ববদা হাযজসি। অমবোমদা মদুদি দ্রাইভব অমা ওইবিবা ঐগী দাযিত্য ওইফম থোকই।"

—"ঈশ্ববদা হাযজগদবা নত্তে। ঈশ্বববু থেমজিনগদৌবিবনি।"

পাউখুম অসিনা হেন্না দ্রাইভবদা অঙকপা অমা ওইখ্রে।

—"কবম্না ঈশ্ববু থেমজিনগদৌবিবনো?"

—"ঈশ্ববদা নহাক্লা নৎত্রেগসু উহৌবশিং, অতাবশিংনা নিনীংলিবা, হাযজনীংলিবা তৌহন্নীংলিবা অদু ঈশ্ববনা যাই। ঈশ্ববনা পুম্নমক অদু অদুম খঙই। নহাক নশানসু তোংঙান্না চৈবাক খব পিনীংলম্বসু যাই। চৈবাক অদু পিবিগদবা ঈশ্ববদা থেমজিনগদৌবিবনি। নহাক্লা নহাক নশাদগী নৎত্রেগা ঈশ্ববদগী পাম্লিবা পুম্নমক অদুবুসু তৌনীংদনবা পেকচোল প্রজাগা ৱাবি শাগদৌবিবনি। মদুগীদমক্তনি পেকচোল খুন্দা ঐবু থিন্দবা যাদে হাযবিবসি।"

ঙহাক তুমিন্না লৈববা মতুংদা জোসেপ না মখা অমুক চৎথবকই —

—"পেকচোল খুলদা লৈবা প্রজাশিং মনা-মশিংদমক চাবা হাযবদি নিবামিশ চাবা ঙাক্তনি। কবিসু খঙজদবনি। মখোয মনা মশিং নত্তনা অতৈ চাদে হাযবসি চাক থোংলিবা পুজাবি অদুনা তশেংনা খঙলবনি। অঙকপদি পুজাবি অদুনা খাবৈ অদু শা ঙা থোংবা পাত্রদা ওৎলুববা মতুংদা চামথোক্লনবা তাঞ্জা অমা ফংহৌদদুনা পেকচোল খুলগী প্রজাশিংনা চানবা থোংলিবা হৱাই থোংবগী পাত্র অদুদা অমুক ওৎলুবনি। ওৎলুবগী মবমসু তঙাইফদনা পাখৎলকপা অমদি কাশিল্লকপর্ননি। মখোযদি চাক এঞ্জাং অমদি হবাইথোংবা অদু যাম্না চাউনা থবায তানা চাখি। মখোয হৌজিকসু নিবামিশ চাবা মীশক্তি হাযনা লৈজবি। ঈশ্বরদা নত্তনা মীপুম খুদিংমক্তা মখোযদি নিবামিশ চাবা মীশক্তি হাযনা চাউথোকচবিবনি। অদুম ওইনমক পাপ অদুদি কনানা ফংগনি? নিবামিশ চাবা মীশক্তি হাযনা চাউথোকচবিবা পেকচোল খুলগী প্রজাশিংনা ফংগদবা নত্রগা নিবামিশ চাবা মী ওইশিংগী হৱাই থোংবা পাত্রদা খঙনা খঙনা শা ঙা ওৎলুবা খাবৈনা ওৎলুবা পুজাবিনা ফংগদবা?"

দ্রাইভব অদু মন্ত্রনা শুন্নবা মীশক অমগুম জোসেপ তা মমিৎ কুপত বমখৈ চপ যংনা যেংদুনা লৈখ্রে। জোসেপ না ঙাওলিবা, শর্কলিবা, তৌবিবা পুন্নমক অদু মঙলা তাইবংলা ভাব তাখিদ্রে। কবিগুম্না অমতা লৌশিনবা ঙমখিদ্রে। মথন্তা মহাক্না ঙাওলিবা অদু তুমিন্না নৈনবি। জোসেপ সু শ্বব প্রশাংবা অমা হোন্তবগা তুমিন্না লৈবমই। ঙহাক তুমিন্না লৈববা মতুংদা জোসেপ না মথন্তা শোঞ্জবকই —

-"পুজাবি অদু কনানো?"

বাহং অদু তাবদা অমুক্না হেন্না ঙক্লদুনা জোসেপ লোমদা যেংখৎলকই। মহাক্না মিৎনা জোসেপ কিদা মুন্না যেংলমই। জোসেপ না দ্রাইভবগী মিৎনা হংলিবা বাহং অদু খঙবগুম মাগী মিৎনা দ্রাইভবগীদা চাগদবগুম মুন্না যেংলমই। অনিগী যেংনবিবা মিৎফম অদু ফন কুইনা হোংনদে। ঙহাক অসুম্না যেংনববা মতুংদা জোসেপ না মিৎ কুপথবগা তপ্না অমুক শোল্লকই—

--"পুজাবি অদু ঐনি, ঐ ইশামক্তি।"

"কবম্না নহাক্না পুজাবি ওইবিবনো?" হন্দক্তি দ্রাইভবনা খোঞ্জেল থোক্না হংলকখি।

- "নহাক্না খঙলবোই। মদুগীদমক্তনি পেকচোল খুলদা চত্তবা যাদে হাযবিবসি।"

পুমঙক ঙক্লবা দ্রাইভব অদুনা অহিংবা অশিবা অনিগী খেন্নবা অদু কবিমতা খন্থদনা নাবিবা শোল্লবা জোসেপ পু পেকচোল খুল তান্না পুবগে হায়না চপ-চানা মপুক্লিংদা লেপ্লমই। হোস্পিটালদগী থোক্লকপদা থঙনবদা লৈবা কাঙবুনা কদাযদনো কবি তৌবে অসিনচিংবা হংনবকই। "অসিরাই ফাওবদনি যাম্না থুনা হল্লক্কনি" অসিখক্তা শম্না খুম্লগা দ্রাইভব অদুনা জোসেপ পু পুদুনা হোস্পিটালদগী থোক্লকই। তিঞ্জব বুসু খঙহল্লমদ্রে। দ্রাইভব অদুনা জোসেপ পু মানা থৌবা ত্রক অদুগী মনাক তান্না পুবক্লগা ত্রক অদুদা অদুম তোংহল্লগা পেকচোল খুলগীদমক খোঙশাল্লমই। জোসেপ কিদমক খবদং ওইববসু পোত্থাবা য়ানবা থৌবাং খুদিংমক ত্রক অদুদা শেম শাবদুনা পেকচোল খুল তান্না থৌগৎলকই।

খোঙচৎ অদুদা জোসেপ মঙ-ওই হা-ওই নুমিৎ মঙানি, তকক্লি মমাঙগী খোঙচৎ অমা মমিত্তা শংশং ওইনা উবকই।

মবাম খুলগী অউর্জিলিযম কনভেন্ট তা লৈবা মাগী মকুপ যাদব জোহন ডেভিদ গোস্পেল গা নুমিৎ মবি মঙানি লৈমিন্নবম্লগা অমাদ ছাত্র ছাত্রী শিংদা ইনভাইবন্টমেন্টগী মবমদা ধর্ম্ম অমসুং মদুগী ওইবিবা সমাজদুদা পানশিনবা যাবা মচাকশিংদুগী মবমদা খন্ন-নৈনবম্লগা হাইবেদা লাকপা মাল পুবা ত্রক অমবু ছাত্র-ছাত্রীশিংনা পুন্না ফাবিবগা ইম্ফাল সহবগীদমক যাত্রা তৌবকখিবনি। নুংশিববা মকুপ গোস্পেল অমদি ছাত্র ছাত্রীশিংগা খুৎ হাইনা হাইননা তাম্না তাম্না অমগা অমগা উনদ্রবা মতুংদা ত্রক কি খোঙচৎ অদুদা তিল্লখি। লাইবক থীবা হাযবদুনি। খোঙচৎ অদু ওন্ন-তৈনবা, উনীংদ্রবা তাহৈদ্রবা থৌদোক অমগা অমতা ওইনা তিনখিবনি। পেকচোল খুলগী খুনযাই যৌবকপদা ত্রক অদুনা চহী তবেৎ নিপালদা ঙাইবিবী নুপীমচা অমদা থোমখিবনি। দ্রাইভব অদুনা ফনা যাম্না হৈশিংনা থৈদোক্লবা হোৎনবনি। অদুবু উপায লৈখদে। নুপীমচা অদুগী দশানা হেনখিবনি। ত্রক অদুদা তোংলক্লিবা মখোয মবিমক তৌফম খঙদনা জ্ঞান মাঙনখিবনি। তাঞ্জা অদুমক্তদা ত্রক দ্রাইভবগী মাযকৈবোমদা পেকচোল মবোলদা "হাৎলো, ফুবো, যাল্লো" অসিনচিংবা খোল্লাউদা মাযকৈ মবিমক্তগী খুলগী মীযাম অমা লৈবম লৈবম্বা থেংন-থেংনবা খুৎলাই পাযদুনা চেনশিন্নবকই। খোল্লাউশিং অদু অমত্তা ওইনা লাউবকপা নত্তনা 'এ! কবিগী হাৎকদৌবিবনো? মাবু হাৎপা যাদে, ফুবা চৈবা যাদে' হাযবা মী অমা ফাওবগী খোঞ্জেল ফাওবা তাবা কৌথা মবৈখিদে। জোসেপ জ্ঞান মাঙলুবদগী যাম্না খুৎলৈ থুনা ত্রকতগী চোংথবগা দ্রাইভব অদুবু কন্নবা হোৎনবমই। শেংফাত্তবা মৈতৈলোলদা দ্রাইভবগী থবাইদদি কর্নসি মাবু হাৎপা যাদে! মহাক্লা তৌগে হাযনা তৌববা? মীবু শোযদবা ঙম্ববা? অসিনচিংবা ৱাহৈশিং অসিগা লোযননা

দ্রাইভব অদুবু মহাক্না কোনশিন্দুনা কবিমতা শোক্তনবা হোৎনবমই। অদুবু কনা অমতনসু জোসেপ না লাউজবা হায়জবা অদু তাবা কৌবা মরৈখিদ্রে। মদুগী ওন্ন-তৈনবদা 'অনিমক হাৎলো, হাৎলো' হাযবা খোল্লাউ অমগা লোযননা খুল অদুগী নিপা নহা অহল-অঙাং খাক্তনা মখোয় তম্না হোৎচিন্নবকই।

জোসেপ জ্ঞান খঙলাক লাকই। মহাক্না লৈবিবসি চৎলিবসি কদাযদনো মথন্তা হংজে। চৈনাখোল অদু হৌজিকসু যৌবক্লি। লেঙজুমদা, যাংলেন্দা মাশিঞ্জে। কুংলবা মখুল তবেৎ-নিপানগী দাগ অদু হেক থেংনবকই। কোক্কী অমদি হকচাংগী অতৈ শকক্কি চৈনাখোল হেনগৎলকপ গুম তৌই। মশাদা অযো-নাহে যৌবকই। পুম্নমক অদু ফাথজবগা মহাক্না নীংশিংজবকই - 'মহাক্না জ্ঞান তাবকপদা ফমুং অমদা লৈবন্বা।'

কোযনা যেংথোক্লুবদা যেৎসু ওইসু ফমুংগী ফমুং ঙাক্তা ঙাইবা মফম অমা ওইবন্বা' মাযথোঙ মকা লামদ্রবা মীগী মশক ঙাক্তা উবা। মদুদতা মহাক খঙখি মহাক্না লৈবিবসি হোস্পিটালদনি। জোসেপ হৌজিকসু মঙ মঙলি। পেকুচোল খুলগী প্রজাশিংগা বাবি শাবি।

অমবোমদা দ্রাইভবনা জোসেপ কি হাযখিবা বাহৈশিংগী অর্থ হন্দোক্লবা হোৎনবি। হোস্পিটালদগী খন্না-খন্না লাকপনা, হৌজিকসু ত্রক থৌনা থৌনা জোসেপ কি ৱাহৈশিং—

- "পেকচোল খুলদা লৈবা প্রজাশিং নিবামিশ চাবা ঙাক্তনি।............... অদুম ওইনমক পাপ অদুদি কনানা ফংগনি। নিবামিশ চাবা মীনি হাযনা খঞ্জবিবা পেকচোল খুলগী প্রজাশিংনা ফংগদবা নৎত্রগা নিবামিশ চাবা মীওইশিংগী হবাই থোঙবা পাত্রদা খঙনা খঙনা শা-ঙা ওৎলুবা খাবৈনা ওৎলুবা পুজাবিনা ফংগদবা।"

ৱাহৈশিং অসিনা দ্রাইভবগী নাকোংদা হঞ্জিন-হঞ্জিন যৈববি। তৌবদি জোসেপ কি ৱাহৈশিং, ৱাঙাঙশিং অদু কবি হাযবিবনো হাযবদুদি মঙোন্দা অমুক হন্না হংগে হাযবদুদি খনখিদে। জোৎসেপপু কবি তৌবিবগে হাযনা হন্না তুং যেংলমই। মাগী যাম্না নুংঙাইনা পোখানা লৈবিবদু উববদা থোইদোক্না যেৎলুবা তৌদনা গাড়ী অদু পেকচোল খুল তান্না থৌবকই।

ইখঙ খঙহৌদনা গাডী খঙলেপ লেপ্লক্লবদা জোসেপ জ্ঞান তাবকই। দ্রাইভবনা জোসেপ তা হাইফেত্তং যেংলম্নগা গাডীদগী কুমথবকই।

—"এ! ত্রকসিদি নহানগী ত্রকতুনিনা।"

—"কবি তৌবা লাক্লিবনো?"

—"উশিত্তদুনা অমুক লাক্লিববা?"

—"পুলিস যাওববা যেংউ?"

—"খুঞ্জাশিংদা পাউ পিযু।"

অসিগুম্বা ৱাবোল মযাম অমা অমনা খবা, অমনা খবা পেকচোল প্রজাশিংনা মখোযগী মৰোলদা চিবোন-চিবোন ঙাঙনবকই। তাঞ্জাসিমত্তদা দ্রাইভবনা মখোযদা ওনশিল্লগা লাউবকই।

—"ত্রক অসি নহান নুপীমচা অমা তক্লম্বা গাড়ী অর্দুনি। ত্রককি দ্রাইভর অদুনা ঐনি। ঐ নখোযদা শিংনদুনা লাকপা নত্তে। ঐবু কনাবিবকপা ইযাম্বা অদুস লাক্লি। মহাক ত্রক মনুংদা যাওবি। ইযাম্বগী ফিভম অসি হৌজিকসু অকুব ফিভমদ লৈবির্বানি। ইযাম্বা অসিনা খুল অসিগী খুঞ্জাশিংদা কবিগুম্বা খবা হাযনীংলি মদুগীদমক ঐ লাকপনি। ঐগীদি শিবা চংবা থোইদোক্তে নখোযনা পাম্লবাদ ইযাম্বগা ৱাবি শান্নবিযু।"

দ্রাইভবগী ৱাঙাঙ অদু তাবদা খুঞ্জাশিং অদু ইবাও লাওলে। অমা অমনা খুল্লাকপা কৌবা চেন্নখ্রে। ঙাইহাক্কি মনুংদা খুল্লাকপা অদুসু থুংলবে। খুলগী খুঞ্জা খবনা জোসেপ পু ত্রকতগী নিংথিনা পুথবক্লগা কা হেন্না নানবমক নত্রবসু খুল অদুগী অখন্নবা যুম অমদা পোত্থাহল্লে। ঙাইহাক্কি মতুংদা জোসেপ না ৱা হৌদোবকই।

— "ঐগী লাকমিন্নবিবা দশা তাববা দ্রাইভব অসিবু খুঞ্জাশিংনা ঙাকপিযু। লোযন-লোযননা খুঞ্জাশিংগী মফমদা ঐনা নোল্লুক্লা হাযজনীংবদি — মীওইবগী তোপ-তোপ্পা লোনচৎ অমা লৈজে। মীগা শাগা খেন্নে। মীনা মীবু মী অমগুম উই, মীগুম মশক খংই, মীনা মীবু চাদে, মীনা লাইবু শিংনদে। পুম্নমক অসিনা তাক্লিবদি মৰাইবক থীববী নুপীমচা অদুবু দ্রাইভব অসিনা তশেংনা কন্নীংখির্বানি। করম্না দ্রাইভবনা অহিংবা মী অমবু মশানা থৌবিবা গাড়ীনা হাৎলগে নৎত্রগা তক্লগে খনখিবা লৈববা? থবক ওইনা পাঙথোকপদুদি লাইথোক্লুনা খনখিবা ফাওবা লৈবল্লোই। খল্লববা ফাওবা খুদক্তা মপুক্লীংদা ঈশ্বরদা মদুগীদমক ঙাকপিযু হাযনা নিনবা ঙাক্লনি। নুপীমচা অদুগী দশানা কনমনখিবনা দ্রাইভব অসিবু লান্না ঊহল্লবনি। থৌদোক অদুগী মরী-মখোং অচুম অবানগী ৱাফম নত্তে। অচুম অবানগী ৱাফমদা দ্রাইভব অসিনা লৌখৎফম লৈতনা লাল্লবসু মহাকপু শিবা হাযবা দন্দি অদুগীদি ঙাকপীফম থোক্তববা? মৰমদি মহাকসু মীনি। মী অমনা মী অমদা মীগুম খনগদবনি।"

জোসেপ কি ব্রাহৈদা কনাসু খুন্নক্তে। মহৈ মহৈ তুমিন তুমিন লৈনৈ। নহা ওইরিবা খুঞ্জা অমনা তাঞ্জা অমা য়েংনা হংলকই —

—"ইয়াম্বা, ড্রাইভর অসিগা করি মরি থোক্লবগে? নহাক্না শিবা-চংবগী চাউরবা দায়িত্য অমা কোকথক্তা নথন্তা পুদুনা চৎলিবসি করিগীনো? মী অমা গাড়ীনা তক্লে, মদুদগী হেন্দোক্তুনা শিরে। খুঞ্জাশিং করি তৌবক্লনি? ইশা-ইশানা হিংনবা চেন্নবা ঙাক্তেনি। গাড়ী ফাওবা মৈ থানরিবনি। নুমিৎ অদুসু পুলিস গাড়ী অমা তাঞ্জা চানা লাক্লম্বগী নখোয়গী নরাইবক ফবা হায়বদু ওইখিবনি। ইয়াম্বগী মতৌ অসিদি ঐখোয় করিনো খঙদ্রে। পুন্সিদা অমুক্তা তাখিদ্রি, অমুক্তা উখিদ্রি।"

জোসেপ না য়াম্না তপ্না ওক্লকই।

—"মীওইবগী পুন্সিগা য়াম্না নক্না মবি লৈনরিবশিংগী মনুংগীদা বেলেন্স দাইট হায়বসিসু অমনি। বেলেন্স দাইট হাযবসি অয়াম্বনা খঙবিরম্বা য়াই; অদুবু অমুক হন্না বেলেন্স দাইটকী মরমদা খরদং হায়জগে—

—"বেলেন্স দাইট হায়বসি মখল মখলগী চিঞ্জাকশিং অসি চাং তম্না অমদি প্রোপোরসন চানা চারগা হকচাংগী দরকার লৈবা কেলোরি শিং, প্রোটিনশিং, ফেট শিং, মিনরেলশিং অমসুং ভিটামিন শিং অসি মতিক চানা ফংহনবা লোয়ন-লোয়ননা অহেনবা ন্যাত্রিয়েন্ট খরগী প্রোভিজনসু থমহনবা ঙম্বা দাইট মখল অমনি।" জোসেননা অমুকসু মখা তারকই —

—"শা দমক চাবগা ঐখোয় হিংবা ঙম্বদি য়াই। হৈ দমক থক্লগা, হঙ্গাম দমক চাবগা ঐখোয় হিংবা ঙম্বদি য়াই। মদুনা পুরক্কদৌরিবা পুন্সি মহিং অদুদি মহৈয়ানবা পুন্সিনি হাযনা ঐখোয়না লৌফম থোক্তে। মী অমা নত্রগা খুল অমা হায়বসি চিঞ্জাক মখল অমখক্তনি হায়না লৌবিয়ু। অদু ওইববদি মী অমখক্তনা নত্রগা খুল অমখক্তনা পৃথিবি অসি শেম্বা য়াবরা? ঐখোয় পুন্না হিংমিন্নবগী মথৌ তায়।"

মিংকুপসিদা ড্রাইভর অদু জ্ঞান লাকই। নিরামিশ চাবা খুঞ্জাশিং, বেলেন্স দাইট কি মরমদা নিং থিনা খঙলবা জোসেপ! এঞ্জাং ওৎনরিবা খাবৈ অদুনা কনা ওইরিবা! পুন্নমক মিংকুপসিদা জ্ঞান লাকই।

পেরুচোল খুলগী খুঞ্জাশিংসু মহৈ মহৈ অমগা অমগা ওনশিন্নদুনা মখোয মরোলদা অচুম চুমদ অমদি জোসেপ কি অৱাংবা ব্রাখল্লোন অদুবু নৈনবকই। অরোইবদা অমত্তা ওইনা ব্রারেপ লৌনরকই। নারিবা জোসেপ পু মখোয়না ফজনা সেবা তৌগনি; অমদি অচঙবা শেল অমদি পোৎ-চৈ, হিদাক-লাংথক মখোয় খুলনা তৌগনি।

মবকসিদা দ্রাইভবনা চিংনবা মওংদা জোসেপ কী মনাক্তা চঙলুবদদি মহাক্তি হান্ননা পুক্সিগী ওইনা মিৎস্না লাইজ ইবা চেন্না অমুক হন্না পাঙথোক্লবোই খন্না উইশিল্লল্লে। ইখঙ খঙহৌদনা দ্রাইভবনা লাউবকই,

—" যাম্বা, যাম্বা নহাক ঐনা কৌবিবসি তাদ্রবনে?"

অদুবু জোসেপ তি অমুক হন্না খুন্নকপা লৈখিদ্রে।

পেকচোল খুলগী খুঞ্জাশিংনা জোসেপ কি ইমুং-মনুংগী অযাবা লৌবগা জোসেপ পু মবাইবক থীববী নুপীমচা অদুগী মোঙফমমক্কা থংননা লৈবোন চল্লমই।

মতুংদা হাইরেগী দ্রাইভবশিংনা মোঙফম অদুগা থংননা মীথুং শঙ অমা শাখি।

ঙসিদি হাইবেদা মাইকৈ অনিমক্তগী লাক্লিবা গাডী খুদিংমক্লা মোঙফম অসিবু ঈশ্বরগী আশ্রম অমগুম লৌবদুনা ভক্তি তৌবি, মুক্তি অমদি মঙ্গল নিবি। আশ্রম অসিগী মৈঙালনা অচৎ-অওক খুদিংদা মঙাল অমা পিবি। মঙাল অসি মালেমসিগী মফম খুদিংমক্তা যৌখিবা ওইসনু!

*ইবা হৌখিবা তাং ২০/৭/৯৪ ইং*
*ইবা লোইখিবা তাং ৩১/১২ '৯৪ ইং*

# নুংশিবা

আরঃ এমঃ সিঃ হোস্পিটালগী কেজুয়েলিতি দিপার্টমেন্টকী কা অমদা হিদাক লাংথক্কি মনম মহা মরক্তনি ৱারিদু —

—"ঐদি য়াম্না পিক্না সাউন্দু ফংবনি। ঐনা বুবু সি মাগী ফুরিত্তা য়াল্লগা ঙাইখো গাড়ী লাকমানে হায়বনি।"

—"ঐসু ইতোগা চাউবা গদা ফুরিৎ য়ানবা লাক্লবনি। মখোয়নিনা নমদুনা ক্রোস তৌখিবদুদা ঐসু নংগদবোই নীংদুনা ক্রোস তৌরুবনি। বস অমা ক্রোস তৌবা হেক লোইখিবগী সাউন্দ মরক্তদা ঐসু মান্নদবা সাউন্দু য়াম্না পিক্না ফংবনি। অদুনা গাড়ীদু খব লাপ্লিবোই নীংলুবনি। নহাক্না চিংলকপা অদুদগী হোর্ন খোংলকপদুদদি ঐ লেপকক তৌরম্বদগী তৌফম খঙদবমখৈ ক্রোস তৌরুবনি।"

মারুটি দ্রাইভবদুদি কাচিন খর ওইরপ্না ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাঙদবমখৈ লেপতুনা লৈ। বুবু দি মখুত্তগা মকোক্তগা খব শোকই। মখুত্তদি অনি অহুম থোক্না ফোৎলবা মাল্লি। ইতোগা চাউবা গদি ইশোক শোক্তে। হোর্ন মখোলদা পাখৎচদুনা বুবু না ফুরিৎ লান্নকপদুগা চান্নরুদুনা তুশিনমিন্নবখক্তনি। মখোয় অনিদি তুমিন্না উংদুনা ফানশাংদা ফমদুনা লৈ। মহৌশাগী মখোযনিগী হৈনবী মতৌনি।

নর্স নুপী অমা লাকই।

—"করিসু থোইদোকপা তৌরোইদা। গাড়ীনা থেঙখিবা নত্তেদা। কোক্তদি নাপী হৌবা জগাগুম্বদা তুবমগনি নত্রবদি শাথিনা শোক্লমগদবনি।মতুং-মনাউ লম্বী লানথোকপদদি য়াম্না চেকশিনগদবনিকো।" নর্সতুনা অমুকসু নুংশিনা মচাদা মচাদৌনা হায়দুনা মখা তারকই—

—"নখোয়দি ক্লাস কয়া কয়া তল্লে?"

—"ক্লাস সভেন ঙাক্তনি।" বুবু না খুম্মি।

কেজুয়েলিটি দিপার্টমেন্ট ওইজরবসু ঙৈহাক্তি ইচিক চিকই। নিপামচাশিংদুগী মতৌদুদা নুংঙাইতনা শোল্লগা চৎনখিবসু কোঙ্গাইনি। মরক্তদা চহী লোঙ্গা মান্নরপ তৌবা নিপামচা অনিখকসু চঙলকই।

—"কবি তৌবদা শোকপনো সিবো?"

—"মাকটিনা থেংদনবা থৈদোক্লবদা তুশিন্দুনা শোকপনি।"

—"ব্লাইন্দ স্কুলদা তম্বা নত্রা?"

—"হোই।"

—"ঐগী মকুপসিসু দেফ এন্দ দম স্কুলদা তল্লিবনি। বোশন কৌই। ব্লাইন্দ স্কুলগী ছাত্র খবা গাডীনা শোকপদগি, কেজুযেলিটিদা লৈহৌবি হাযনা লম্বীদা ঙাঙনবা তাবদগী মানা চৎলুসি হাযদুনা ঐবুসু নমদুনা পুবক্লিবনি।"

ব্লাইন্দ স্কুলগী ছাত্রশিংদুনা নিপামচাদুনা তাক্লিবা দেফ এন্দ দম স্কুলগী ছাত্রদুগী মাযকৈদা ভাবনা শাদুনা অমত্তা ওইবা মিৎযেংদা যেংলকই। মাকটি ড্রাইভব অদ্‌সু মখোযশিং অদুদা মিৎফম হোংদনা যেংদুনা লৈবমই। তশেংনা উবমগনি, তশেংনা খঙলমগনি মনা পঙলবা, মবোল থোক্লবা নিপা অদুগী ফিভম মুর্ত্তি, শাওং শাদা তশেং তশেংনা মিৎতাংবশিংদুনা ! নুংশিবনা পিবা শক্তিনি!

—"মকুপ নহাক্কি মিংদি কবি কৌই।" ব্রাহং ওইবিবা খোঞ্জেল অসিগা লোযননা মহাক্কা হাযবগুম তৌই —

—"মকুপ নহাক্তি নুংঙাইজবমগনি। অব্রাবা হাযবদু কবিনো হাযবা খঙলম্লোই। মিৎসু তাংদে, না'সু পঙদে, লোলসু থোকই। ফজবা নিংথিবা অমসুং সুবগী তাম্বাদা নুংঙাইনা যাতাজবা ফংলমগনি। ঐখোযদি মিৎতাংবনি, নাপঙবনি, লোম্বোক্তবনি। পাপ চেল্লবা পুন্সিনি। নহাক্কুম্বা মকুপ অমা থেংনজবা ফংজবসিদি পোকপগী মহৈ যাল্লবনি। ইপাপ কোকচববনি।"

নিপামচা অসিনা পুম্নমক অসিবু খঙলবগুম্না ব্রা হংলিবা মিত্তাংবা অদুগী মনাক্তা চংশিল্লগা হেন্দ-শেক তৌনা তৌনা —

—"ঐগী মিংদি বিশেন কৌই। ইমা ইপা পু-পাং শুদ্রবনি। ওর্ফান স্কুলদা তমজে। ঐগীনি হাযবা কনাসু লৈত্রবনি। ঐনা নখোযদগী হেন্না তোল্লবনি। পাপ চেল্লবা পুন্সিনি।"

—"ঐগীনা বাজেস।"

—"বুবু।"

—"ইতো।"

—"চাউবা।"

বিশেনগী হেন্দ-শেক অদুগী মতুং ইন্না ইকান কান্নদনা খোঞ্জেল য়াওদ্রবা হেন্দ-শেক অমসু ইন্নরকই। লোয়ননা 'ক্লাস কয়াদা তম্বগে' হায়বা ৱাহং অমসু লাকই। পাউখুম অদুদি বিশেন্না পিরকই —"ক্লাস সেভেন"।

—"ঐখোয়সু ক্লাস সেভেন ঙাক্তনি।"

খোঞ্জেল য়াওদনা তৌনখিবা হেন্দ-শেক কি খুৎশাশিং অমগা অমগা থেংনবদা ফাউনখিবা লোস্থোক্তবশিং অমদি উদ্রবশিং অদুগী তোংঙানবা মরোল অদুদি মখোয় মখোয়তনা খঙলমগনি! ম্সিসু নুংশিবনা পিবা শক্তিনি!

রোশননা বিশেনদা খঙহল্লকই — মখোয়শিং অসি মহাক্না মখোয়গী স্কুলদগী উখ্রে। ৱারোলশিমক বিশেন্না মখোয়দা খঙহল্লকই।

ব্লাইন্দ স্কুল অমসুং দেফ এন্দ দম স্কুল থংননা লৈমিন্নবা স্কুলনি। অদুবু অমনা অমদা মাগী মাগী পুক্নীংদা লৈজরিবা ৱাখল্লোন অদুদি ফোঙদোক্নবা তাঞ্জা ফংজদে। অমনা অমবু উনবা থেংনবা নত্রগা শামিন ফংনবা তারবসু ফোঙদোক্লদুনা অমগী পুক্নীং অমনা খঙবা নৎত্রগা অমদা ফাউবা ঙম্লদবনি।

উবা ফংদ্রবশিংগী খোঞ্জেলদা য়াওরিবা নুংশিবা, অমদি লোস্থোক্তবগী মিৎয়েংদা য়াওরিবা নুংশিবা অনিমক অমত্তা ওইনা পুনশিল্লে হায়বসি পুক্নীং অনিমক্না খঙনখি; পুক্নীং অনিমক্তা ফাউনখি। পুম্নমক অসিগী অশেংবা মহাউদুদি লমজা ওইরবা বিশেনতনা ফংখি। পুম্নমক অসিবু ইঙক ঙক্না য়েংলিবদি মারুটি ড্রাইভরদুনি।

*ইবা লোইখিবা তাং ২।৫।৯৫ ইং*

# পল্লেপফম

বস থাদ্রিগৈ, মী কাথোক কাশিন তৌবিগৈ মবক্তুদা

—"নশাদু য়াম্না ঙমদনা উবে। চম্প্রা অমা অনিদংগা গুলি খবগা লৈকখিগে। থোঙনাউদু হাংদোকউ। নুংশিৎ অযিংবা খবদং ওইববসু ফংনবা। ঈশিং 'সিদা লৈবে।" থোইদোক্লা থৌশাকুদে। মাগী মহৌশাগী থৌশাদবী মতৌদা থোঙনাউলোমদা কবিনো খব যেংলি মিংশেল থেংলপ থেংলপ তৌনা। ক্লাকুবাক তু হাংদোক্লদুনা ক্লা তপ্লদুনা চাবি। * * * * *

অহানবা থেংনখিবদু বস তর্মিনস তনি। মহাক কনাগুম্বা অমবু যাম্না থৌবাংনা হাযনখিবা মতম হেন্দোকখ্রবগুম মাযকৈ অমদা মিৎফম হোংদনা যেংদুনা লেপ্লি। মবক মবক্তা ঘড়ীসু যেংলি। 'মৈতৈ নত্রা ?' নুপীদুনা ইকাই ইকি কাউবমখৈ যামা খঙনীংনা হংলকপনি। "ঔ, মানি।" যাম্না ফিংনা খুম্লকই অমসুং মখা চখ্রবকই

—"ঙহাক্তা ঙাইবিবমখো। মফমসিদা সুম লৈবিবমখো ঐ পৃংখাযমুক্তা....... অসিফাওবদা । যাম্না থুনা হল্লক্লনি লৈবিবমখোকো। ঐগীসি যাম্না থুবা থবক অমখক লৈবননি।" চৎঙাঙ ঙাঙদুনা অদুমক চৎখ্রে। পাথোই দু ইঙক ঙক্লা লৈহৌবে। হল্লক্লবা মতুংদা ইখঙ খঙনববগুম ব্রা হৌদোবকই —

—"চা গ্লাস অমমমদং থক্লুখিসিদনা?"

—"চাদি লাইবি ঐ ঙবাংদগী অমত্তা তংলক্তংবি। খবদং হান্না পিজবিববদি........।"

—"এঃ কবিগী পিজবোইদগে। লাকও, অসিগী চাক হোটেলসিদা চঙলসি।"

—"যুদি ফংলোইদ্রা?"

মৈতৈ নুপী অমনা অসিগুম্বা ব্রাহং অমা হংলক্লনি হাযবসি তাইবংদদি লাইবদনা মঙদা ফাওবা মঙদ্রি। পুন্সিদা অঙকপা নুপী ঙাক্তা থেংনৈ। থাজদবনা থল্লবা নুপীগী লমচৎশিং ঙাক্তা থেংনৈ। বোম্বে দিল্লি নি হাযববদি থোযদোক্লা ঙক্লমদবসু যাই।

ইঙক ঙক্লা খুমদবদি যাদবনিনা — " ফংনি, কবিগী ফংলোইদগে ।"

পাথোই হৌখ্রবা পুন্সিগী তাইবংদুদা তাউরিঙৈ মাগী ভাড়াগী য়ুমদুদা অহানবা শান্নবা ব্রারিনি —

—"ব্রা অমতা হায়গে?"

—" ইশা শোক্লকপদি য়ারোই।"

—"কবি করম তৌনা মফমসিদা লৈরমলিবনো?"

—"মদুসু হংলকখিনু।"

ঙহাক তুমিন লৈরুরবা মতুংদা স্বব শাংনা হোন্থরদুনা মখা তারকই।

—"নহাক ঐগী নুপী শাবদি ঙমগদরা?"

—"নহাক্লা তৌ হায়বা তৌগে। ইশা শোকপদি য়ারোই। চাকথাকসু পীবা তাবনি।"

য়ানবা অসিগী মখাদা হিংলকখিবনি অসুক কুইরবসি। মহাক্তি চৎখিগনি অয়ুক ঙন্তাদগী অদুগা হল্লক্কনি অহিং নোংয়াই চল্লবা মতমদা। করিগুম্বদা পাথোই চাগনি থক্কনি হায়বা কাউবমখৈ ভাড়াগী য়ুমগী থোঙনাউদুদা মিৎফম হোংদনা য়েংদুনা লৈ। মিৎলুদগী পিরাংসু শিন্থরি।

মহাকসু মহাক্লা তৌরিবসি করিনো খরমখৈদি খঙবা ঙমই। য়ানীংদবা কয়া লৈরবসু হাযজবদি ঙমজদে। নুপীগী অশোনবদা য়েংদুনা লৈবা নিপাগী পুন্সিনি! মসিগী ব্রাফম অসিগী মায়োক্তা য়েৎনরকপা তারবা পাথোই তুমিন্না খাঙদুনা লৈথোকপা ঙমদে। মমা ওইবী অমগী নীঙ্খায়খ্রবা পুন্সিগী পনদু নীংশিংলকই। করম্নদি থিং বা ঙন্নুরগনি তত্তনা থেংজিল্লক্লিবা ওইজবা অমদি অশোনবা থিবগী ঈচেলশিংদুগী মায়োক্তা নুপী ওইবী মহাক্লা। তশেংনমক পাথোই লম্বী অদুদা — নুপীশিংগী অশোনবা থিবা নিপাশিংগী লম্বী অদুদা তাউথরুববনি। নমদুনা তাউথহনখিবনি মমা ওইবী অমনা ঙাকচরিবা পনবু থুগাইদুনা। অমুক হন্না থিংলুবদি ওইথোক্তবনি।

—"চাক চাবিররোইদ্রা?" নিপাদুনা করিগুম্বদা য়াম্না ঙাওনা হল্লকপদা পাথোইনা হংলুবনি। ঙাওরবা সুরদা মহাক্লা খুল্লকই —

—"মদু নহাক্লা হংবগী মথৌ তাদে। নহাক্তি মমল পিদুনা য়ানবা অমদা থম্বনি। অব্রায়বা নুপীনি। মফম মরাং খঙদবা অশাবা, অশেন্বা নুপীনি। হো খঙবরা নঙ! লাইথি! নঙ লাইথিনি। সে ঙসিগী চাকথাক।"

লুপা য়াঙ্খ্রে চৎপী অমা লংশিল্লকই। পাথোই নিপাদুদা চাগদবগুম য়েংলকই।

—"নুপীগী অশোনবদতবু যেংবা নিপাগী পুন্সিনি হাযবসিমদি কাউবিগনু। নহাক্না ঐবু পুল্লিবসি পুন্সিগী ওইননি হাযনদি খনগনু। মদুদি ওইথোক্তবনি। হযেংমক যুমসি থাদোক্তুনা চৎখিবা ঙমই।"

নিপাদু পাথোই গী ৱাদু তাবগা খাক্লা খাক্লা নোক্লকই। থংনবদা লৈবা বহাদুব দু কবি তৌববনো হাযদুনা হংবা লাকই।

—"লাউ বহাদুব লাউ! নঙসু তাকলাউ। নুপীসিনা ঐবু পঙচা চাবা পঙলৈ লৈবা মী অমগুম উবি। ঐহাক্তি নিপানি। নিপা হাযবদু ঐনি। নঙনা উবিবা অদুগগুম্বা নিপাদুদি ঐ নত্তে। অদুগা ঐ কবিগুম্বদসু অদুগুম্বা নিপাদু ওইবোই। ঐনা নঙবুসু পুন্দে। চৎনীংবা নুমিত্তা চৎখো, হৌজিকসু কাযদে।"

নুমিৎসিমদি পাথোই যাম্না নুংঙাইখিদে। মিৎলুদগী পিবিক অমা অনি শিন্থুজে। পুন্সিবু অমুক্তং হঙ্গৎনা যেংজবকই। কান্নদবা অবেম্বনা পিক থল্লি। নীংশিংলক্কনু যাদে। নোংঙাল্লফাও মাগী ৱাহৈশিংদুনা নাকোংদা শিংজা যৈবগুম নিন্দুনা লৈখি।

মথং গী অযুক্তা নিপাদু কবি কবিনো খব ঙাঙলম্লগা মহৌশাগী মতৌদা যুমদুদগী থোকখ্রে। পাথোই নুমিত্তুমদি থংনবদা লৈবা নেপালি মচাদুদা যু লীক্লী অমা লৌহল্লুববা মতুংদা থোঙ লোনশিন্দুনা অদুমক লৈখ্রে। বহাদুবনা কযাবক থোঙ থিন্দুনা কৌজে। অদুবা খুম্লকপদি মবৈখিদ্রে।

অহিংদা থোঙ নমখাযদুনা নিপাদু চঙলকই। অদুগা পাথোইদা ওনশিন্দুনা হাযবকই —

—"নঙদি ঐগী নুপী শাবনি, অদুগা ঐদি নঙগী নিপাদি শাদে। মসি ঙাক্লা চৎনসি।" পাথোই অমুকসু হন্না মাযথীবে।

পাথোই ঙসিদি যাম্না চখোকউবে, মওন মওনসু খল্লুবে। যু অমুক হন্না থকখ্রবোই লেপ্লে। মদুগী মহুত্তা ক্বানা শিল্লগে লেপ্লে। ভাডাগী যুমসি থাদোক্লগে খনবদি লেপতনা খন্দুনতা লাকপনি। অদুবু ঙসিদি চপ যুংনা লেপ্লুববনি। পুন্সিগী অমুক হন্না যেংজববোই খল্লবা ইম্ফাল যৌবা বস টিকেট ককফমদসু কিউদা লেপ্লুববনি। খঙনবা অমখক উকববদগী পবপ পবপ অদুম হল্লক্লুবনি। ওভব ব্রিজ মথক্তুদা ফম্বা মখৈ ফম্লুবগা ভাবাগী যুমদা হল্লকখিবনি।

—"চৎকে খল্লুবববা? ঙমদদুনা হল্লক্লুববা?"

কিউদা লেপ্লুবদু তশেংনা উখিববা?

নুমিৎতুমদি নিপাদু ঙন্তানা হঞ্জিল্লকলমই। চাক ঈশিংগকা থোংদোক্তুনা থম্বিবমই। পাথোই ৱা মচেৎ অমতা ঙাঙলমদনা ফমুংদা চংখ্রে। নিপাদুসু ফমুংদা চংখ্রে।

—"ঐনা নঙবু পুন্দুনা থম্মি হায়নদি খনগনু। চৎখো চৎনীংলবদি। অশেংবা পরিচয়সু ঐঙোন্দা খঙহন্দবা। চৎখো হৌজিকসু চৎখো, য়াই। ঐঙোন্দা করিসু থোইদোক্কে।"

মাগী ব্রাঙাঙশিংনা পাথোইদা থৌনা অমদি পিরকই—

—"ঐগী পরিচয় খঙলগা করি তৌগে হায়রিবনো? ঐবু পুরা যোনগে হায়রিবরা? খঙহু ঐসু নুপীনি। মৈতৈ নুপীনি। ঐদি ঙসিফাওবা নঙগী পরিচয হংদে। হংফমসু থোক্কে। অদুগা নখোয় নিপা হায়বসিদি নুপীগী অশোনবা মতাংদবু থিবা কাঙবুনি। নিপা হাযবা অসিদি তুক্কৎচৈ।" তশেংনা পাথোইনা নিপাদুগী পরিচয় খঙগে হায়না খনখিবা লৈতে। লৈখা তারবী মহাক্কুন্বী অমনা মাগী চমন্নববা পুন্সি অসিগী মরক্তা অসিগুম্বা কয়াসি খঙলুবগী অপাম্বা লৈত্রবনি। মশাবু ঙাকথোকচনবগী পাম্বে অমা ফাওবা মশাদা থমনীংদ্রবনি, মশানা থিনীংদ্রবনি। পাথোইগী ব্রাদু তাবগা নিপাদু শাউরপ্লা হাযবকই।

—"ঐগী ইমিং ইবোচৌ কৌই।"

—"অদুদি ঐসু খঙঙিনা।"

—"অদুগা নহাক্না কাউরোইদবা অমনা নহাক্না নীংলিবা অদুগুম্বা নিপাদুদি ঐ নত্তে! ঐগী পুন্সিদা ঐ অদুগুম্বা নিপাদুদী ওইরোই। মসিখক নহাক কাউগনু।"

—"অদুগা ঐসু নুপীনি। নঙগী অব্রায়বা নুপী! ঐবু শোকপদি য়াবোই। নঙগী নফমদগী তোনশিল্লিবা চারিবা থক্লিবা পুম্নমক নোংমদি শোয়দনা শিংগনি। ঐহাক পুন্সিগী ওইনা নঙগী মীনাইদি ওইবোই। ঐসু নুপীনি, মৈতৈ নুপীনি। ঐনা শিংবা ঙমদ্রবসু শিংনবদি শোয়দনা হায়রমগনি।"

নিপাদু হৌনা নোক্লকই। অদুগা য়াম্না তপ্না হায়রকই—

—"ঐদি অব্রায়বা নুপীদি লায়রদনা নুপী খুদিংমক্তা অখুল মিৎয়েং থমদে। নুপীবু মমল য়াম্না ব্রাংনা থম্বা নিপানি। অদুমকপু নুপী ওইবীগী অরোনবা শাজৎ অসিবুদি তুক্কৎচৈ। নহাকসু অদুগুম্বা নুপী অমা ওইরমগনি। ওইফমসু থোকই। মদু নত্তনদি নহাক্কুম্বী অমনা মফম অসিদা নথক্তা লৈরম্বা ওইথোকলোই। নহাক অদুগুম্বী নুপীনি। অরোনবা শাজত্তা হৈনবীনি।"

পাথোই ঙসিসু মায়থীরে। অদুবু থৌনা অদুদি হন্দ্রি। থৌনা ফনা কোচি কোৎলকই—

—"অদুগা নহাক্তি কনানো?"

—"মদুদি অৱাযবা নুপী অমনা হংলকপদা ঐনা খুমফম থোক্তে।"

—"অদুমক ওইববসু নহাক্না তৌবিবা থবক্তুদি ঐনা খঙদবা নত্তে। হুবানবগী লমচৎ তশেংনমক তুক্কৎচনিংঙাইহনি।"

ইবোচৌ ঙসিদি থৌনা খব হনবগুম উই। মহাকসু হুবানবা অমা ওইবি। মহাক্কি ওইজবম্বা নুপীসু হুবাল্লি। লমচৎ হুবাল্লি। অবোনবা লম্বীদা হৈনবীনি। হুবানবদি অবোনবা লম্বীদা হৈনবা মহৌশাগী নিযমনি।

মহাক্কি মমা-মপানা হায়নবগা লৌবা মাগী নুপীদুগী লমচৎ তশেংনা মমিত্তা উবকই। নুপীনা তৌগে হাযববদি যাম্না ঙম্মী। মদুদতা খঙখি। মহাক্তি আর্মি ওফিসাবনি। লুহোংলবা মতুং থামুক লৈবগা ছুটি লোইদুনা কাশ্মিবদা পোষ্টিং তাদুনা অমুক মযুম থাদোক্লুনা চৎলবনি। ইবাঙ কা হেন্ন ফত্তবনা পুনীংলবসু মাগী নুপীবু পুদ্রে। থা তরুক্কি মতুংদা অমুক ছুটি ফংদুনা থোক্লকপদা মযুম যৌদ্রিঙৈ মবক্তা আগবতালা শহবদা চহী নৌবিবা নিপা অমগা নুপী অমগা যাম্না অমত্তা ওইবগী মওংদা মাগী মনাক নক্না চৎমিন্নবমই। ইবোচৌ চিংনবপ তৌনা খোঙথাং ফাই। গলিদা লৈশিল্লি। প্রিন্স হোটেলগী চাউববা গেট অদু লানশিন্না চঙশিনখ্রে নিপাসু নুপীসু। ইবোচৌ কোকচাউবী কায' হুমাং অনপ্পী কায। কোক ঙাওবকই। কবি তৌগদবনো খনফম খঙদে। শোযদ্রে হাযবমক্তি ঙমদে। চিংনবদুদি অসুম অসুম হেঞ্জিল্লকই। নাকন্দা পিসিও উবকই। খুদক্তা নম্ববদু উংই। খোন শেমদোক্লগা হংই,

—"সুনিতা লৈব্রা?"

—"লৈতে কনা ওইববনো?"

ফোন থম্মি পাযবকইবদু মচন নুপীনি। প্রিন্স হোটেলবু যেংনা যেংনা ইবাপ লাপ্তনা লৈবা খঙনবা মকপ অমগী দুকান্দা চঙঙি। মকপতুসু লৈবমদ্রে। কবিনো তৌগদৌবিবসি খনফম খঙদে। গলিগী হোটেল মচাদুদগী চা গ্লাস অমা কৌই। কবম্বা মতমদা থকখিবনো খঙদে, গ্লাসতু ইহাঙ হাঙলম্লে। গ্লাস অমগসু হন্না কৌখি। মদুমদি তপ্না তপ্না প্রিন্স হোটেলবু যেংনা যেংনা থকচিল্লে। ফনা কুইনা কান্নববা মতুংদা নিপাদুগা নুপীদুগা হোটেলদুদগী অমুক থোবক্লে। মমাঙ পাংনা চৎখ্রে। ইবোচৌ তপ্লপ্না মতুং ইন্নবা হৌবকই।

— "বাবু পৈশা?"

হন্দোকপা ঙাইদনা ইবোচৌ তবা চৎপী অমা থাদবম্লগা অনিদুগী মতুং ইন্নখ্রে। মখোয অনি মারুটি কাব অঙাংবা অমদা তোংদুনা চৎখ্রে। নম্ববদুসু নোট

তৌহৌবে। মখোয অভযনগব ফাওদুনা চৎপা হাইব্রেগী লম্বীবোমদা চৎখ্রে। ইবোচৌগী মযুমসু অভযনগবদগীনি।

নুমিত্তু ইবোচৌ মযুমদা হঞ্জিন্দ্রে। প্রিন্স হোটেলদা কা অমা লৌদুনা লৈবে। হোটেলগী মেনেজবদা হংলুবদা খঙলে। ঙসাই লাক্লম্বা মখোয অনি অদু মতৈ-মনাউনি। নিপাগী মিংনা সুভাস, নুপীগী মিংনা সাবিত্রি। ইবোচৌ মথন্তা শোঙ্গে 'সুনিতা ওইবমদ্রে, সাবিত্রি ওইবল্লবা।' অদুম ওইনমক পুক্নীংগী চিংনবা অদুদি কবিসু মযেং তাবা লৈত্রি। অহিং অদু ইবোচৌগীদমক্তদি অহিং অমা ওইখিদ্রে, অওইবা ওইদবা অনিগী অচৌবা লানফম অমা ওইখ্রে।

মথংগী নুমিত্তসু ঙবাংগী পৃংফম অদুমক্তদা মাকুটি কাব অঙাংবা অদু হাইব্রেদা খান্বা উবে। নম্ববদু যেংই। শোযদ্রে, মান্নবে। ইবোচৌ খুৎলৈ থুনা মশক অদু খবদং ওইববসু পাইবক্কি লৌশিংনা ওন্থোকচৈ। হোটেলগী ষ্টেযাব কেস কানা কানা নুপীদুনা ইবোচৌদা হাইফেত্তং যেংলকই। মতমদুর্দদি ইবোচৌ মমিৎ নামা খুববনি, মচিন পৈববনি। মখোয অনিনা চঙখিবা কা অনিদু খঙহৌবে। খুদক্তা মখাদা কুমথবগা মেনেজবগী নাকলদা লৈবিবা টেলিফোন্দু থাঙ্গৎলি । নম্বব উংলে।

—"প্রেমিলাবা......ঐনি তাচৌনি।..... মদুগা তোকখো শাংথবকখিনু। ননম্মা লৈববা?.....ফবে নহাক হাইব্রেদা লৈবা হোটেল প্রিন্সতা যাম্না থুনা লাক্কবা যাদে। মিনিট মঙাগী মনুংদা যৌবক্কদবনি।.....থম্মবনিকো।" মেনেজব ইবোচৌদা ঙক্লপা যেংখৎলকই।

অভযনগব আগবতলা সহবদগী পঙলাপ লাপ্পা নত্তে। মিনিট তবামুক্কি মনুংদা প্রেমিলা যৌবক্লে। মমা যাওবকই। 'কবিনো' হাযনা যাম্না খঙনীংনা চিংননা পাখৎচনা মমা মচা অনি চঙনা ইবোচৌদা হংলকই। ইবোচৌনা মাগী মতুং ইন্নবকউ হাযনা ইঙ্গিৎ পিবকই। মশক খঙলবা কা অদুগী নাকন ওইবপ্পা মখোয অহুম লেপ্লমই। স্বব ফাওবা শাংনা হোন্নদে। ফন শাংনা কান্নববা মতুংদা নিপা-নুপীগী যাম্না নুংশিনা নোকমিন্নবগী খোঞ্জেল অমা তাবকই। ইবোচৌ মখোয অনিদা ইঙ্গিৎ পিবল্লগা কাদুগী থোঙজিন তান্না পবপ পবপ চঙশিল্লকই। মখোযনা থোঙ হাংদোবকপগা তান চপ চাননা নুপীদুগা মিৎ চান্নবমই। মচননুপীদা হংলকই 'মহাকসি ননম্মা নত্রা?' প্রেমিলানা মনম্মদা চাগদবগুম যেংলমই, মদুগা লোযননা নুপী অমনা নুপী অমগী অবোনবা লোৎচবা ঙল্লবোই হাযবা মিৎযেং অদু উৎলল্লগা শোম্থাংননা খুল্লকই, "অং, মানি ইনম্মনি।"

ইবোচৌ পাথোইগা অবাই অখুম তৌবি হাযবা পুমকাউ কাউকবে। মশাদ্ হুমাং অনপ্পী কাবমই। মখৌবিদা দাগ লৈববা অশিবা হকচাং অনিনা প্রিন্স হোটেলগী কোবিদোবগী লৈমাযদা তাবিবদু মাগী মিৎযেংদগী মাঙাখবা লৈত্রি।

পাথোই শোন্থাংননা মীওইবগী পুন্সিবু ব্রারৌরপ মখা তারকই —

—"হুরানবা অমগী অব্রায়বা নুপীনি ঐ! অদুবু ঐগীসু ঈশ্বর (অমা) লৈ হায়বসিদি কাউবিগনুকো। মহাক্কি মফমদদি ঙসি ফাওবা ঐ লানখিদ্রি। ঐদি অরোনবী নুপীদি ওইখিদে। মমা ওইবী অমগী চেৎনা থিংজরিবা পন অদুদি নীঙ্খায়খি।"

পাথোই ঙসিদি মমিত্তা ইরা চেল্লি। ইবোচৌসু অদুমঙায়। মরুভূমিদা মরুদ্যান লৈবল্লে। নুঙ্গ্রাইলক্তসু চন্দ্রমুখি মশাৎলি। অয়ুক্কী থানিল মশেকসু মফজে। মিৎলু মরিগী পিরাং অমত্তা ওইনা শিন্থমিন্নখি। ইবোচৌ মহৌশাগা মান্নদবা খোঞ্জেলদা তপ্না মখা তারকই,

—"চুম্মি ঐ হুরানবনি। ঐগী নুপীসু হুরাল্লি। লমচৎ হুবানবীনি। অবোনবী লমচৎনি। অবোনবী নুপীনি। অদুম্নমক ঐ মীগী নুপীদি হুবান্দে। নহাক্না অবোনবী নুপী অমা ওইরক্তে হায়বসিদি ঙক্লিঙাইনি।" মদু নত্তনদি নহাক্না মফম অসিদা কবম্না লৈবল্লিবা ঙক্লিঙাইনি।"

—"ঐ নহাক্কি অব্রায়বা নুপীনি হাযবসিদমক খঙবিয়ু। য়ানবা অসিগী মখাদা ঐ য়ুম অসিদা লৈবা ফংজবনি। কবিগুম্বা য়ানরক্রুবা য়ুম অসিদা ঐনা লৈবগী হক লৈতে। ঙসিমকসু হৌজিকমকসু চৎখিবা য়াই। ঐ মৈতৈ নুপীনি। মদুমক্তি ঐ ঙাক্লা চৎচগনি।"

অবোইবা তাঙ্কক্তা মায়থীহৌরে ইবোচৌ মরাল ইরৈ লৈতনা। মতুংদদি অমসু অমসু ব্রা হৌদোক্লরক্লে। অচিকপদু অচিকপনা অদুমক শম্না নোংঙানখি।

নহানমখৈগা ইমান মান্নদনা পাথোই ঙসিদি মায়থোঙ মকা লামই। অয়ুক অঙনবদগী হৌনা চেঙই মযান থিজরি। ফংদবনা বাজারদগী লৈরুরি। য়েনশিন, যেম্পৎ, চম্প্রা মনা, লাইবকঙৌ, খোঙজাই নাপী অসিনচিংবা। নেপালি মচাদু ইঙক ঙকই, নহান মখৈগা মান্নদবা মতৌদুদা। চহী অনিরোম লৈরকপসিদা নোংমতা পাথোইনা নোকপা উখিদ্রি। নোংমতা পাথোইনা পুক্লীং ইংনা লৈবা থেংনখিদ্রি। ঙসিদি পাথোই পুক্লীং মকা লামজৈ। মোমোন্নজৈ। মশা তয়াং তয়াংজৈ। নেপালি মচাদুদা হংজৈ, "খাঁছা নঙগী ভাভী সি ঙসিদি করি ওইনা উই?"

—"ভাভীদি ঐগী ভাভী নত্তনা কবি ওইনা উগনি।" কিরপ তৌনা পাউখুমজৈ।

—"নঙগী ভাভীসি ফজদ্রা?"

—"ফজেনে ভাভী।"

তশেংনমক পাথোই ফজবী নুপীনি। কোয়দানবী মায়থোঙনি। শুমহৎনবী লাইরেম্বীগী বর ফংলবী সতিগুমনি। মুনা শাংলবা শল্লাংনা নিংজু য়েরি। মৈতৈ নুপীগী ফিদমবু উৎলি। শক্লাইরবা চিত্রকার অমনা মাঙদা শক্তমবু থল্লগা যেকপদা অৱাৎপদা ওইরনি। হাপ্লীংবা হাপ্লদা অৱাৎপদা ওইবনি অয়েকপা শক্তম্মা অশেংবা শক্তমদগী। ফজৈ, তশেংনা ফজৈ। মসিদা মিতাবা য়াওদনা লৈমিন্নরিবা ইবোচৌগী থম্মোই মনিমুক্তাগুম কনখ্রববা? অমুক্তং ওইরবসু মহি লাংহন্দুনা অনৌবা ঈচেল অমদা তিলহনবা ওইথোক্লোইদ্রা? মসিমক অমুক্তংদি পাথোইনা চাংয়েংজনীংখি। খঙনীংলীবদি সুনিতানা পাথোইদগী হেন্না ফজরমগদবা ?

পাথোই অসুক কুইবসি করি খন্না হিংলি? ঙসিনা কবি খন্না নোকলিবা? কবি খন্না পুক্লীং মকা লামলিবা? তশেংবদি ঙসিদি পাথোই ইবোচৌগী মনিমুক্তাগুম কনখ্রবা থম্মোইদুগী চাংয়েং অমদি পামখি।

মৈতৈ নুপীশিংগী মরক্তগী পাথোইসু অখাঙ কনবী পুকচেল চেৎপী নুপী অমনি। মশক মমিং লৈরবা মমিং চৎলবা অঙোম শাগৈগী মৌনি। চহী তবা হেন্না পানজরক্লবনি। মবুংঙোদু করিগুম্বা মরাল অমা পিশিন্দুনা চহী তরা ফাদোক তাখি। ৱানোম খুৎনোমদুনা লৌথোক্লবা হোৎনবা মকুবোক্লা য়াখিদে। মচাগী ৱাশক্লি হায়। নোংম-নোংমগী অৱাৎপগী শরুক ওইশিল্লকই। উপায লৈখিদে লাইবক থিরবী পাথোই! মশাগী উপায়না, মশাগী শক্তিনা য়োকচবা তাখি মচা অনিবু। মীমান্নবা ঙম্নবা শেম্বা তাখি। অৱাবদা অৱাবা লাকখি। মকুবোকসু মনুং মতম চাদনা ৱাববা তাঙ্কক অসিদা চৎখি কনানসু খঙদ্রবা কনানসু উদ্রবা মালেম লৈমায় ৱাংমা লান্না! অহাঙবা ওইরে। পাথোইগী পুন্সি অহাঙবগী অহাঙবা ঙাক্তা ঙাইরে।

করিনা জিবিকা ওইগনি খনবমখৈ খল্লবা মতুংদা কববার অমদি তৌবগে লেপ্লে। লৈকাইগী মচে-মনেমশিংগা তান্নজবদা ঙা যোল্লু হায়বিবক্লে। মচেশিং থোকপী ঙায়োনবী অমসু লৈ। নম্বোল নৎত্রগা নিংথৌখোংদগী ঙা লৌকবগা খ্বাইরম্বন্দ বাজাবদা যোল্লি। কবিগুম্বদনা খ্বাইবম্বন্দ বাজারদগী অফংবা ঙা খোমজিল্লগসু য়োল্লি। লৈকাইগী মচেমদু খর ঙকপীনি। নুপাবু শান্নে। চঙজবকপা খুদিংমকপু ঙাকপিবগী চাউরবা থম্মোই অমা লৈজে। পাথোইবু সুম থেম্মি অনিরক মঙাবক চঙনা। পাথোই য়াবা কৌবা মবৈতে। মদুগী ওন্ন-তৈনবদা মদুগুম্বা ৱাহৈ অমুক হন্না নাকোং য়ৌহল্লক্তনবা ফাওবা হায়খি। পাথোইবু কা হেন্না পামজবা কল্লকচবা নিপা অমা লৈ। মহাক্লা পাল্লিবদি পাথোইগী তনৌ-তনৌরবী হকচাং কয়াৎশিং অদুবুনি। মাগী থম্মোইবুদি নত্তে। মহাক্লা লৈকাইগী মচেদুদা তোংঙান-তোংঙানবা মওংদা তকশিল্লি। মহাকসু পাথোইগী মরীন

খঙবনিনা য়াবা কৌবা মরৈতে। অদুম ওইনমক তকশিল্লিবা মহাক্লা শেলগী মতিক-ময়াইনা শুমদুনা মচেদুসু নোংমদি লাইবক য়েংলসি হায়রকই।

পাথোই জ্ঞান তারকপদা মশাদু ইচোক চোকথনা লৈরম্মি। মফি মরোল ইকোম কোম্না লৈবা থেংনৈ। মফি মরোল লোইশিঞ্জে। শেমজিন শাজিঞ্জে। তপ্না-তপ্না নীংশিংজৈ। নিংথৌখোংগী হোটেল অমদা মচেমগা চা থকমিন্নখিবা। মকোক ঙাওদুনা য়ুম্বুগী মনুংগী কা অমদা পোত্থাখিবা। উইবোম ঙারোম তৌরকপদা লুম্লবা হকচাং অমনা নম্থরকখিবা। মতমদুদা মবুংঙোবু নীংশিংজখিবা। চোকথরবা হকচাংনা ঙাকথোকচনবা উপায় অমত্তা লৈখিদবা। অসুম্না নীঙ্খায়খিবনি মমা ওইবী অমনা শেন্নজরিবা সতিগী পন শক্তি লৈববা মৈগী শক্তম লৌরবা শাফু অমনা। 'অরেম্বদা তারে লেমহৌরিবা পুন্সি!, পাথোই মথন্তা শোঞ্জে অসুম্না!

—"ইচে ইচে।" পাথোইনা মচেবু কৌজরকই।

—"করি তৌরে, পাথোই। ঐ সিদা লৈয়ে। নশাদু খর নুংঙাইববরা?" চৎঙাঙ ঙাঙদুনা মচেদু চংলকই।

—"ইচেনা তৌরিবসি করিনো?"

—"করি তৌথ্রবগেনে ইবেম্মা ঐনা ?" মচেনা খোনফম খরা হোংনা হায়রকই।

—"হৌজিক্কি নিপাদু কনানো?"

—" করিনো ইবেম্মা নঙনা লোল্লিবা চোইরোলদুনা। নঙবু ঙাওরবরা? নঙনা লৈরিবসি হোটেলনিকো। মপালদা মী য়াম্না লৈ। ব্রাফৈ তৌরক্কনু। নঙবু কনানা করিসু তৌখিবা লৈতে।"

পাথোই মখা তারকখিদরে। মচেগী লাংদা মহাক থুম্ব্রে। মহাক মশানা চিংনজৈ। মচেনা শান্নরিবা অরোনবা অদুদি ফারগে মরেপ্লে।

—"ইচে, নহানগী নিপাদু ঐগা অমুক্তা উন্নহল্লু ।"

—"করিনো, কনানো নহানগী নিপা হায়ববু ?" মচেনা ইখঙ খঙদবা শানা খুল্লকই।

—"নহানগী নিপাদো, নিংথৌখোংগী নিপাদো। ইচেনা লোৎলসু কান্নররোই। মহাক মশামক লাক্লগা অশেংবদু ঐঙোন্দা হায়রম্লবনি।" পাথোইনা অশেং-শেংদা খায়দোক্লবা ব্রারোল শাগৎচরকই।

—"ইহে নবান্নি ইখণ্ড খণ্ডনরবোইরে। অমুক উননবা শিনবদুদি ইরায় লায়পোৎনিদা নখোয়নবু য়ানজরবদি।" মচেগী ব্রাহৈসিদদা খণ্ডজখি মাগী মমা ওইবীগী পন করম্না নীঙ্খায়খিবা? কনাগী খুজিলনা নীঙ্খায়হনখিবা?

—"ঐবু কৌববু করি তাকপিগদবা?"

—"সোমবু কনা? ঐ নীংশিংবা থোক্লে।"

—"নীংশিংদ্রবদি ঐ হায়জগে, নিংথৌখোং গী....।"

—"খণ্ডজরে, মখা তাবিরনু। লৌনখিবা শক্তমশিং অদু মশক খণ্ডজবে। হৌজিক মখা অমুক কবি পাম্নিরিবগে? ঐবু য়োনবা ঙমবিগদবা? ঐঙোন্দগী করি অমুক লৌনীংলিবগে? অপাম্বদু হায়বিয়ু পুন্নমক কখোকচরম্লগে?"

অসি য়ৌনা শোক্লবা থম্মোইগী পাউদম অমা থোক্লক্কনি হায়বসি সুকখন খন্থক্লদনা অনৌবা খুদোংচাবা অমা. অনৌবা খোঙথাং অমা লৌরগে হায়দুনা লাকখিবা নিপাদু মমায় ইচপমুক ঙাংই। খুমফম খণ্ডনা 'ইক-আক' তৌদুনা লৈ। স্বর ফুইনা হোনবগী শউম লাকই। পাইরক্কি লৌশিংনা করি-করিনো খর খুম্বা হৌরকপদা 'শেৎ' লাউবা য়াক্লবা খোঞ্জেল অমা তারকখি। খোঞ্জেল অদুগী মায়কৈরোমদা কৈথেল অদুগী অচৎ-অওক খুদিংমক্লা 'করিনো, করিনো' হায়দুনা ওনশিন্নরকই। তাঞ্জাসিমক্তদা পাথোই নিপাদুনা জ্ঞান মাঙলিঙৈদা শৎ লাউনা মীরক্তগী লিংথোরক্লে। লোয়ন-লোয়ননা কৈথেন্দু ঙৈহাক্কি ওইনা অচৌবা ইরাং অমদি থোকখি।

পাথোই ফমুংদা লোংনা হিপ্লি। মমিত্তা ইরা চেল্লি। তৌফম খণ্ডদে। পল্লেপফম খণ্ডদে, পল্লেপফম থিরি। পুন্সিবু ব্রারৌজৈ তাইনফম খণ্ডদনা। মচানুপীনা হংই,

—"কৈদৌরে ইমা ঙসিদি ঙন্তানা হল্লক্লবদি?" পাথোই খুমফম খণ্ডদবমখৈ হিক-হিক লাউনা খোঞ্জেল থোক্ল কপ্লকই। মচানুপীসু মমাগী অৱাবদা শরুক য়াবিবগুম মখা তারমদনা তুমিন্না চৎখ্রগা মাগী কাদা থোঙ লোনশিন্দুনা লৈখ্রে।

পুন্সিদা অহানবা নিশাগী মহাউ তংখি। নুমিৎসি পাথোই! তংদ্রিঙৈ মমাঙদা মথন্তা আত্মাঘাত তৌরগে ফাওবা লেপখিবনি। মচা অনিগীদমক খল্লুরগা লেপখিবদু ঙমদনা অরংবা মহি যাওবা লীক্লী অদুদগী খর হৈদোক্লগা চুপ্লুবনি। অসুম্না অনিরক অহুম্লক চুপলুই লীক্লীদুদগী হৈদোক হৈদোক্তুনা। ব্রাখলগী অৱাবমখৈ কাউবা ঙমখি নিশাদুনা লৈরিবমখৈ।

—"ইমা নঙ য়ু থক্লবা!" মচানুপীনা শোন্থাংননা শোল্লকই।

ব্রাহংসিগী পাউখুম পাথোইনা পিখিদে। পিবসু পিররোই। * * * * *

নুমিৎসি হাইফেৎ ঙাওরপ হঞ্জিল্লকই ইবোচৌ ঈশৈ মতেক মতেক ঙংলদুনা। নেপালি মচাদুনা নুংঙাইরবা পাউ অমা তম্লীংবগী লাংতক্লনা চেম্পোকচরগা ইবোচৌগী মখুৎ পায়রদুনা হায়রকই, "মনিপুরি দাদা ঙসিদি ভাভীসি মথ্বায় য়াম্না নুংঙাইনা লৈ। ঙসাই অয়ুক্তগী চেঙহী লুদুনা কেরদুনা লৈ। নোকসু য়াম্না নোকই। ঐগী অচাপোৎসু লৈবি।"

—"অচ্ছা অওইবরা! সে নঙগী বংসিস নুংঙাইবা পাউগীদমক। নঙগী ভাভীনা নোক্লবনিনা ঐসু নোকপা তায়।" ব্রাহৈসি হায়না হায়না ইবোচৌনা হৌনা হৌনা নোকই। থংনবা মিৎকুপ্তা ইবোচৌ নোকপা ফাথৈ অদুগা মথন্তা শোঞ্জে—'মহাক ঙসি শোযদনা য়ুমসি থাদোক্তুনা চৎলমলগনি।'

চহী অনি অহুম লৈমিন্নরকপসিদা অমুক্ত ফাওবা পাথোইগী ফমুং ফিরোল শোক্লবা লৈতে ইবোচৌনা। ঙসিদি য়াম্না চিংনবা মওংদা পাথোইগী কাঙখল হাযদোক্লুই। তশেংনা লৈবমদ্রে। মথন্তা শোঞ্জে, 'চৎলোকো লান্দবী, অমুক হন্না নঙবুদি পুল্লরোই!'

ইবোচৌ মখা তানা নেপালি য়ুমদা হংদোক হংজিন তৌকদ্রে। থোঙ লোনশিল্লন্নগা মাগী ফমুং তান্না পরপ পবপ লাক্লে। কাঙখল হায়দোক্লবদা ইবোচৌ ইঙক ঙকই। ফিনা ইকাইজববী নুপী ওইবীগী হকচাং অমা লোংনা তাদুনা লৈ। তূমলিবগী মওংনি। ইবোচৌ মিৎ কুপ্তবমখৈ হকচাং কয়াৎশিংদু য়েংজখি। কয়াদা ফজখ্রবা, কয়াদা নিংথিখ্রবা তোংশাশিংনো। ইবোচৌ জ্ঞান মাঙলপ তৌই। অদুবু য়েংবদি লেপ্তে। বিজুলিগী মৈঙালদা স্বর লেপ্লমখৈ থোঙদগী তোন ফাওবা যেংজবকই। পাথোইনি হাযবা খঙলে। তপ্না হকচাংদুবু শোক্লগে খন্না মখুৎ তিংথোবকই। তাঞ্জাদুমক্তদা 'নহাকসু নুপী ওইবীগী তোংশানা শুন্নবা মীশক অমনি। নহাকসু নুপী ওইবীগী অশোনবা তাঞ্জাদা ঙাওবা মীশক অমনি।' হাযরকপগুম তৌই। ব্রাহৈশিং অসিনা চোকথরবা ইবোচৌগী কোক্তা নন্দুনা লৈখি। ইবোচৌ মখুৎ হঞ্জিল্লি। য়েপ্লকপা অঙাংবা য়াউম অমা চিংশিল্লি। থোঙ হাংদোক্তুনা মপান থোক্লই। খাঁছাবু হৌদোক্তুনা হায়রকই, 'ঐহাক ঙসিদি অরুবা থবক অমা লৈ। য়ুমসিদা হল্লক্লরোই। ভাভী তূমহৌবনি। হুবেল হৌগৎলক্লগা খর তম্মু।' হায়রম্লগা হায়রং হায়রং থোকখ্রে। পাথোইগী ফিনা ইকাইরবা হকচাং কয়াৎশিংনা ইবোচৌগী লমল শিংলসনু!

বানি হোটেলগী অঙনবা অয়ুক অদু নিংথিনা ফজৈ। দেকোরেশন খুদিংমক প্রকৃতিগী খুদোলগুম পকশিন-পকশিন্না লৈ। অমুক্তা হেন্না ফজহল্লিবদি ব্রাং চাউরবী নুপী অমনা মেনেজবগী ফমফমগী থোঙজিন্দা লেপ্লদুনা অচৎ অওক য়েংলিবদুনি।

ইবোচৌস্ হোটেলগী ফাষ্ট ফ্লোরদগী তপ্না তপ্না কুমথরক্লগা কম চার্জন চিংবগী অৱাৎপা শেল থিনবিগুদা ইশঙ খঙ্গহৌদনা মেংলবী নুপীগী খোঞ্জেল অমনা মশা নক্না -

— "এক্সকুজ মী?"

— "যেস প্লিজ?"

— "মৈতৈ নৎত্রা?"

— "হোয় মানি।" ইবোচৌ উখ্রবা শকফম অমগুম চিংনবপ যেংই।

— "শলচৰ্বসিদা লৈরিবা নৎত্রা?"

— "যানি হায়নাংবদু হাযবিযু "

— "ঐ ইম্ফালদগী লাকচবনি। মী অমথক থিজবকপনি। ফোটো সি খঙ্গবিববা?"

ইবোচৌনা ফোটোদু লৌই, মুন্না যেংই। নুপীদুদা যেংলগা মথা তাবকই,

— "ফোটোসি সোমগী কনানো?"

— "মীশকসিবু খঙবিববা?"

"সোমবু কনানো?"

— "ঐ মীশকসিবু থিজবকপনি। চহী অহুমলোম শুবে, যুমদগী থোকখিবা। মীশকশিবু খঙবিবগদি ঐখোযবু খব হেল্প তৌবিযু। লৈফম থিবিযু অমসুং তাকপিযু। সামন মতিক চানা পিজগনি।"

— "সোমবু ফোটোসিগী কবি মবী থোক্লবিবগে?" ইবোচৌনা নাগৈননা মথা তানা হংলকই।

— "মদু হংবিবগী মহুত্তা মীশকশিগী মবমদ খবদং তাকপিবগাদি যাম্না নুংঙাইজগনি। পুন্সিগী কাউজবোই।"

— "ফোটোসি সোমগী কনানো হাযবসিদং তাকপীববদি ঐহাক অদোমগী মতেং পাংবা ঙমগনি নৎত্রগদি... ."

— "ফোটোসি ঐগী ইমানি।" নপীদনা শেস্থাংননা হাযবকই

"ইবেম্মাগী মিংনা ?" ইবোচৌনা মিঙ্গৌ হেংংনা হংলকই।

— "ম্লা তোম্বী কৌই জে। ইমাদু খঙ্গাবনবদি ইমাগী লৈফম তকপীবো।"

—"লৈফম তাক্তিঙৈদা ব্রাহং খবদি হংজবা তাবে।" স্নাতোম্বী কবিসু খুমদে।

—"কবম্না যুমদগী চৎখিবনো? পাবুংদি লৈবিববা?" স্না'তোম্বী হন্দকসু কবিমতা খুমদে।

—"ব্রাহংসিগী পা'উখুমদি পীবিযু ইবেম্মা? "

—"ইমাবু মশক খঙবিববা? "

—"পাবুংদি লৈবিকো?"

—"লৈবি।"

- "ইমানা যুমদগী কবম্না থোকখ্রিবনো?"

—" পাবুং কবিগুম্বা মবাল অমা শীবিদুনা কুইনা জেলদা লৈকই। জেলদগী থোক্লকপা নুমিত্তগী ইমাগী মশক উবা ফংখিদ্রবনি।"

— "ইমাগা পাবুংগদি উনখিববা?"

—" উনখিদে, উনবমদনা ইমাদি চৎখ্রে। হৌজিক্তি ইমাগী লৈফম তাকপীবো।"

—" ইমানা নঙোন্দা কবিমতা হাযবমদ্রা?"

— "হাযবমদে। পাবুংদা চিঠি অমদি ইদুনা থনম্মী।"

—"চিঠিদুগী মবোলদি খঙববা?"

—"খঙদে। চিঠিদুগী মবোলদি পাবুংনা কনাবুসু খঙহন্দে।"

—"পাবুং হৌজিক কবি তৌদুনা লৈবগে?"

—"পাবুং যুমদগী হেন্দোক্তে। ব্রাসু কযা ঙাঙদে। লাই নীংদুনা লৈ।"

—"ইমাবু যুমদা পুশিনবদা পাবুংনা কবিসু হাযবোইদ্রা?"

—"মদুগী দাযিত্যদি মচা ঐখোযগীনি।" স্নাতোম্বীনা যাম্না লূম্না অমদি ইচং থৌনা পাউখুম্লকই।

—"ইমাগী মিং পাথোই হাযবা নৎত্রা?"

—" মানি।"

—" ইবেম্মা না খঙগদবদি নঙগী ইমা শক লোৎলগা লৈবা নত্তে। ইমাদি শেংলবা মৈতৈ নুপীনি।"

- "সোমবু কনানো? ইমাগা কবি মবী ......।"

ইবোচৌনা বা কক্লগা মখা তাবকই —

—"নহাক্কি ইমা নঙনা মফমসিদগী পুখিবা ঙম্লোই। নহাক্কি নশক উবদা চেনখিগনি, লোৎখিগনি। নহাক হনখ্রো। নহাক্কি ইমা শোযদনা হাপ্পাসিমগী মনুংদা ইম্ফালদা যৌহল্লক্কনি। মসি ঐগী লেঙদ্রবা ৱানি। জিবি পার্কিংদা ঙাইবম্মু।"

—"সোমবু কনানো? ঐগী ইমাগী লৈফম তাকপিযু। ইমাগা ঐগা উনহল্লু।" স্নাতোম্বীনা হিক্রা হিক্রা হাযজবকই।

—"হাযখ্রিবা পুম্নমকসি ঐগীদি অবেপ্পনি। নহাক্না নঙগী ইমাবু তশেংনা নুংশিববদি নহাক ঙসিমক নৎত্রগসু হযেংমক ইম্ফালদা হনখ্রো। ইমাবু তেক্ত কাযদনা জিবি পার্কিংদা থেংনগনি হাপ্পা অমগী মনুংদা।"

—"ফবে পুম্নমক ঐ যাজবে। অংকল হাযনসু কৌজগে। অংকলগী এদ্রেসতদি লৌজখিগে।"

—"ঐগীদি লৈফম লৈতে। লাপ্পা চথোক চৎশিন তৌবিবা মীওইশিংগীদমক থম্লিবা হোটেল খুদিংমক ঐগী লৈফমনি। অসিখক্তা খঙউ।"

—"মিংদি কবি কৌবিবগে?"

—"মিংদি ইমাদগী খঙবা যাগনি।"

কবি ৱাখলনো খঙদে ঙসিদি ইবোচৌ বেঙ্কতগী অবৈবা শেনফম খুদিংমক কাযথোকলুই। ৱাখল ইফক ফকচিল্লি। তৌফম খঙদে, পল্লেপফম হোংলকই, পল্লেপফম থিবকই। অৱাযবা যুম হেক যৌবগা পাথোইনা খুকমজবকই —

—"ঐহাক নঙগী নফমদা লানখ্রে। নঙগী নফমদা মাযথীবে। পুন্সিগী ওইনা শিংবা ঙম্লবোইদবা লমন অমসু নৌনা তোনশিঞ্জববনি। ঐবু ঙাকপিযু।"

—"নহাক ঐঙোন্দা লান্দে। নহাক্না নহাক্কী চাংযেং তৌজবনি। মসিদা অবানবা নৎত্রগা পাপকি ৱাফম যাওদে। মদুদা ইশানা ইশাবু ঙাকথোকচবদুনা ঐগী ইশকক ওইখিবখক্তনি।" ইবোচৌনা মখা অমুক তাবকই —

—"হযেংমক ইম্ফাল চত্তবা যাদ্রে। টিকেৎ কক্লক্লবনি। মফমসিদা লৈবা যাদ্রে। পুলিসনা ঐবু শক খঙখ্রবনি। অদুনা ঐখোয মফমসিদা লৈবা যাদ্রবনি। হযেংমক ইম্ফাল চৎনবা থৌবাং তৌশিল্লু।"

—" ঐবু থাদোকপিববোই হাযবিববা?" পাথোইনা যাম্না মবৌ লৈনা হংজৈ।

—"মদুগী বাফমদু কোন্না খন্নসি।"

—"ইম্ফাল নত্তবা মফম অমদা ঐবু পুবিয়ু।"

—"ইম্ফাল চত্তবা শুকযা যাদে। ঐগী মবীমতাশিং লৈ। মখোযগী মনাক্তা মতম খবা লোৎলুদবা যাদে।" ইবোচৌনা ৱা কনশিল্লকই।

—"ঐ মদু ঙম্লোই। ঐবু কবম্বা ফিভমদা লৈদৌবিবা" সিদদি মযাং মৰাক্লি। থোইদোক্লা ঐ খন্থদনা হিংবা ঙমগনি। নৎত্রেগসু শিখিবা যাই। মফমদুদদি ঐ অসুম্না হিংবা ঙম্লোই। ঐবু পুবিগনু। ঐবু থাদোকপিবম্মু।" পাথোইনা কপ্লা কপ্লা হাযজবকই।

ইবোচৌনা থেমজিল্লকই —

—"মঙ্গানি তবানি লৈকুবগী ৱানি। পুন্সিগী ওইগদবা নত্তে। মদুদা নহাক্লা অদুক লৈতাদ্রিবা কবিগীনো।" নহানমখৈগী মান্নদবা ৱাঙাঙশিংদুদা পাথোই ইঙক ঙকই। ইবোচৌবু অবোইবা ওইনা চাংযেংলদুনা মখাতনা পাউখুম্লকই —

—"ইম্ফালদদি ঐহাক শক লোৎচগনি। অদুগীসু মথক্তা হাযনখিবা বাবেপতি হোংবা যাবোই। মদু কাযবক্লবা ঐদি হূ চাদুনা শিখিগদবনি।"

—"অদুগুম্বা ৱাহৈ অদু ঐগী নাকোংদা অমুক হন্না যৌহল্লগনু, পাথোই।"

পাথোইবু মশক মমিং খঙলবসু ইবোচৌনা পুন্সিদা ঙসিখক্তনি পাথোইবু 'পাথোই' হাযনা মিঙ্গৌজবা। পাথোই ঙক্লা যেংখৎলকই। ইবোচৌগী মিৎলুগী ইবাদু লোৎচবা নংহৌদ্রে। তপ তপ লাউনা লৈমাযদা তাবি। পাথোইসু খাম্বা নংহৌদ্রবা মিৎলু পিব, অনিখক শিন্থবক্তুনা লৈমাযদা তপ তপ তর্ন। পাথোইনা ইবোচৌবু তোপ তোপ্লা থম্মোই পানবা মীশক অমগুম নুংশিবা ফাউখি। ইবোচৌগী থম্মোইদি কনানসু খঙলবোই।

—"ফবে হাযনখিবা বাবেপকি মনুংদা নহাক্লা হাযবা খুদিংমক ঐ যাবৰনি।" পাথোইনা ইচঙ থৌনা খুম্লকই। * * * * *

ইবাঙ লাঙনবকপনা পাথোই তুমথকুবদগী মিকপ থোক্লকই। বস খাম্লম্লে। ৰ্জিব ওইবমগনি মথন্তা লেপচৈ। নাকন্দা ফম্লিবা ইবোচৌদা ওনশিল্লকই। ইবোচৌ লৈবম্দ্রে। কুমথখিবা ওইবা তাই। মপোৎ মচৈ যেংই। অমত্তা চিংখদে মাগীসু, ইবোচৌগীসু। পাথোই অমুক উইথবা হৌবকই, ইবাঙ লাঙলম্নদু লেপখিবগুমসু তৌই বস তপ্ল তপ্লা থৌবা হৌবকপগী শর্মিন ফংদুনা ইবোচৌলোমদা অমুক ওনশিল্লকই। ইবোচৌ হৌজিক ফাওবা কাখৎলমদ্রি।

বসতি তপ্পা তপ্পা থৌবা হৌবল্লে। পাথোইনা পাখৎলপ লাউজবকই, "বস খামখো, মী কাখৎলক্ত্রি।"

বস কন্দক্তবনা লাউবকই, "কনা ব্রাৎলিবগে' অদুদা ফম্বা তাদদুদি অলিপুব হোস্পিটালদা কুমথহৌববনি।" পাথোই ইপা পাখৎলি। ইঙাও ঙাওই। বস অমুক হন্না খামখো হাযবা ঙমদে। ইঙাও ঙাওবিঙৈ ইপা পাখৎলিঙৈ বস অর্দুদি হাইব্রেদুগী চীংলক মনুং যৌশিনখ্রে।

*ইবা হৌখিবা তাং ১৩।৫।৯৫ ইং*
*ইবা লোইখিবা তাং ২৬।৫।৯৫ ইং*

# থব্লায় হাপ্লবা লাইথি

—"মমা যাওবক্রুর্বাদ কৈদৌবে?"

—" মামা দি হযেং লাক্কনিকো মাষ্টব বোবোচা।"

—"অসিনা কবম্বা ইমানো? "

—"ঐসু নঙগী ইমানি। ইম্ফালগী মামানে। নঙগী লমাংদোংগী যুমদসু লাকঅমমদুদি? কাউবববা?"

—"অদুগী ইমাদু নঙলা? ঐগী ইমানা নঙবু যাম্না নুংশি হায।"

অঙাংদুবু যাম্না নুংশিনা থাঙ্গৎলি, চুপ্লি, মথাদা চেজেৎনা কোনশিঞ্জে।

নুমিৎতুমদি পুমলাঙ লাঙই মতৈ মনাউগী যুমদো। কৈবোয লৈকাইদগী চেপথনা যেংলকপসু কোঙ্গাইনি, হঙ্গোইদবনা মখোঙনা থোংনা কাবনো কবিনো হংলবসু কোঙ্গাইনি। অহিংদু বোবোচানা তূমথখ্রবদা চাউভলনা বা কাংলকই।

—"মমাদি লাক্লবোই।"

—"কবিগীনো?"

চাউভল বাহংসিগী পাউখুম পিদ্রে। অমবোমদা মাগী নুপীনা মঙোন্দা মতম অমদা হাযখিবদু মাগী মনাকোংদা মিৎকুপসিদা মথং মথং ওইনা ঙংবা হৌবক্লি।

—" বা অমতা হৌদোকচগে?"

—" কৈনো?" চাউভলনা হাযফেৎ যাওল্লপ তৌনা খুল্লকই।

—"অমতং যেংহৌবা ফবোইদ্রা?" চাউভল মহাক্না হাযবিবদু খঙলবসু খঙশিন্নদবা শানা মথা তাবকই—

—"কবিনো যেংহৌবা হাযবদি?"

—"ইনাউনুপী অমতং.....সেবা তৌনবা.....ঐদি হকচাং ফত্তবনিনা? "

—"ঐগী সেবা তৌনবা মী দবকাব তাদে।"

—"নহাক্কী নত্তে, ঐগী সেবা তৌহন্নবনি।"

—"মদুদি নহাক্কি ননীং নি।"

—"তৌবদদি ঐগী ইনাউনুপী ওইগদবনি।"

চাওভল খাঙবা ঙম্লক্লে। মাগী নুপীবু চাং যেংলকই।

– "হযেং যাম্মা নুংঙাইবকওই। যাম্মা নীংঙম্মক ওইদা?"

—" নীংঙম্মকওইদবদি নহাক্কি। ইমিৎতা ইচা অমতং উজবম্লবদি। চুমদবো ঐনা হাযজবির্বাসি?" মাগী নুপীনা লেঙদ্রবা ফিবেপ্তা তকশিল্লকই।

—"কহিনি! লোক অমদা কৈ অনি কুন্দবনি। লোক অম। কৈ অমা। লৈ অমা মালি অমা। জুবা জুবানি। জুবা ফবক তাহনগনু। নহাক খন্থৌ। যাম্মা মুগ্না খন্থৌ।"

—" ঐদি পোৎহাপ্নি। হাঙলবীনি। লৈযোন কংলবীনি। সুবগী তান্থা কাযবর্বীনি। ইথক ইপোম হৌদ্রবীনি। মসিদা নহাক যাদবা তৌগনু। নহাক্না হেন্না খঙলিবদুনি। ঐগী হাযজবসির্মদি যাবিযু।" কপ্পা কপ্পা চাওভলবু কোনশিঞ্জে। চাওভল ঙহাক্তি ব্রা ঙাঙবা থোক্কে। লৈযেং ফাজিল্লি। স্বব অশাংবা হোল্লি। কহিনিবু নুংশিনা নানবিবদুনা মখা তাবকই—

—"ফবে নহাক্না হাযবা যাবগে। তৌবতবু নঙগী ননাউনুপীদি নহাক নশানা থিজগদবনি। লৈশাবীদি যাবোই।"

—"কবিগীনো মদুদি। যাবক্লোই হাযবগী নথন্তা কন্থোকচবিববা?"

—"কন্থোকচবা নত্তে। কনাশন্নীংদবনি। মসিমক্তি ঐগী থম্মোইগী ফিবেপনি। নহাক্না উববসু উদ্রবসু যেৎলকপদি তৌগনু।"

কহিনি মপুবোইবগী পান্দম মখাদা মনাউনুপী অমতং থিজ্জবকই। অপাম্বদু অনীংবদু পাক তাদে। খনবমখৈ খল্লগা নোংমদি মপুবোইবদা ব্রা হৌদোকচবকই

—"নোংমা ঐনা হাযজখিবদু নীংশিংলিববা?"

—"ঐনা তৌবিখিদবা নহাক্কী হাযজবদি যাম্মা লৈ। লোযনা নীংশিংদ্রবসু খবমখৈদি নীংশিংলিদা।"

—"মদুগী মনুংদা কবম্বনা খ্বাযদগী হেন্না খোযদাখিবগে' তশেংনা তৌগে খনখিবকা যাওখিদ্রা?"

—"লোইনমক তৌগে খনখিবা ঙাক্তনি। মদুগী মনুংদা নহাক্না হাযদ্রিঙৈদা ঐনা থোনবীগে খনখিবা অমদি লৈ। মদু নোংমদি শোযদনা নঙগীদমক থোনবীগে লেপ্লি।"

—" করিনো অদুদি ?" রুহিনিনা নোক্লা নোক্লা হংজরকই।

—"লাইথিনি, থবায়সু হাপকদবা।" রুহিনি অমুকসু মোমোন তৌজৈ। মপুরোইবদা নুংশিনা য়েংলদুনা মখা ব্রাহংজৈ,

—"অদুদি করম্বা মতমদা তৌবিগদৌরিবা?"

—"ঙাইরিবনি মতম! থবায় হাপ্পবা লাইথিগী মমলদি মতম্না লেপ্পি। অদুনা মতম ঙাইখিবা তারি।"

—"অমতংগা হংজখিগে?"

—"হংঙু, হংনীংবা হংঙু।"

—"ঐনা হায়জখিবশিংগী মনুংদা ঐ ইশানা অদুম তৌগদবদি যাওখিদেকো?"

চাওভল রুহিনিদা মমিৎ লাওথোক্লগা য়েংলকই। খঙই, য়াওই হায়বা মওংনি। রুহিনিনা মখা তারকই

—"অমা লৈরে। অমুক্তং মিৎয়েং তাবিগদরা?"

—"কদায়দগীনো? করি মিং কৌই? খায়নখিবরা নৎত্রগা ....?" চাউভলনা য়াম্না থওইদনা খবর পানা পানা হংলকপদা রুহিনিসু চপ চানা ব্রাহং লোইফাক্লিঙৈদা খুম্লকই।

—"লমাংদোং অৱাং খুন্দোন্দগীনি। তহেনবী কৌই। খায়নখিবা নত্তে। শিখিবনি লম্ফেদা, মশাগু ফংখিদমানে।"

—"অঙাং লৈববা ? লৈরিবদু মপামদরা নত্রগা মৱা ময়ুমদরা?"

—"অঙাং অমা লৈ। নিপামচানি চহী অহুমলোম শুরম্লগনি। হৌজিক হৌজিক্তি মপামদা লৈ।"

চাওভল খবর থম্লগা রুহিনিরোমদা ওনশিল্লকই।

—"অঙাংদু নচামক্লি নীংলবরা?"

—"অঙাংদু ঐনা হেক পোকচবা ইচানি।"

—"মহাক্কদি ব্রারি শানরক্লববা?"

—" মদুগী শরুক অদু কনাগী ওইফম থোকপগে?"

—"হায়নখিবদু কাউরবরা?"

—"অপাম্বদু ঐগীনি। অথেমমলদি নহাক্কী ওইফম থোকই।" চাওভল অমুকসু রুহিনিদা য়েংখৎলকই।

—"মদুগী হক অদুসু করিগুম্বা শিন্নরক্লবদি? "

—"মদুমদি মাই পাবুংগী ওইবিবা তারে।" অমুক্তা তৌথোক্লনা কহিনিনা নোকমি নোকমি মবুংঙোগী মচিনবান মেঙ্গে।

লমাংদোংদা লৈবা মরীমতা অমগী মতেংদগী চাউভলনা তহেনবীবু উনজৈ মরিমতাদুগী য়ুমদুদা। অহানবা উনবমক্তদা.........

—"তহেনবী!"

—"করম্না মিং খংবিবগে?"

—"থব্রায়না তাবা মফমদা লৈজনীংবদু অদোমগীসু লৈবমগনি?"

—"হায়বদি?"

—"হাযবদি মফমদু ঐনা থিজকবনি। মফমদুদা নঙ লৈবম্বনি।"

—"য়ুমগী ব্রাদি" অমসু অমসু ইখঙ খঙনরবগুম।

—"য়ুমগী অয়াবা লৌজরবনি।"

—"ঐবু কবি ওইনা উবিবগে?"

—"নহাক্কি অনীংবগী ব্রাংমদা চৎচরোই। হৌজিকসু ব্রাকায় ঙাঙই হায়বিরক্লবা ঐ পুন্সিগী ওইনা ইশক অসি উৎচররোই।"

—"মদুমক হায়রকপা থোক্লবদি করি হায়বিখিগদবা লৈবিবিবগে?"

—"মদুমক হায়রক্লগনি হায়জনীংবা অমা......."

—"হায়বিয়ু।"

—"ইচাসিদি য়োকচখ্রগে?"

—" অসিদি ঐগী থব্রায়নি।"

—"থব্রাযদুমক্কি ঐনা নিজবিবসি।"

তহেনবী করিসু খুম্লক্তে। ঙাইহাক ইচিক চিকই অমসু অমসু। তহেনবীনা তপ্না থম্মোইবু থেমজরদুনা মখা তারকই —

—"কবিগুম্বদা ঐবু হন্থনা য়েংবিবক্লবদি।"

—"মদুমক্তি অমুক হন্না পনবিগনু। পুন্নীং অনি লোংদনা থম্মোই থম্মোই চেৎশিন্নজবগা মহাক্না ঐবু থাবকপনি। ঐগীদি ঐগী ওইবা অপাম্বা কল্লকপা থোইদোক্তবনি।"

—"মহাক্কা ঐগা অমুক্তুং উনহনবদি পামই।"

— "মদুমক্তি চৎনবীনা ব্রাবৌখিনি।"

—"ঐবুদি লমচৎ নাইদবী তাহনগে হাযবিবিববা?"

—"মদুগীদমক্তি ঐ ইশানা মাযোক্লজগনি। ইশাগী হক্তি ইশানা ঙাকচগনি। নহাকপু লৈখা তাহনগে নীংনা লাকচবা নত্তে। নহাকপু থম্মোই শেংনা মীনম্বা যাওদনা নিজবা লাকপনি।"

—"ঐবু অমুক্তুংগা মতম পীবিযু। থম্মোইনা থম্মোইদা হংর্জখিগে। আত্মানা আত্মাবু কৌখিগে। যুমগী অহন-লমনগী অযাবসু লৌবিযু।"

তহেনবীগী ব্রাগী মতুং ইন্না চাওভল কহিনি অনিনা তহেনবীগী অহল লমনবু খুকমজবা লাকই। তহেনবী মতে মনাউবু উবদা পুক্লীং মওল মওল্লি। থম্মোইনা থম্মোইদা তাযনজৈ। হোযনি কদায, হোযগুমসি কদায। লাই ওইখ্রবা মবুংঙোবু খুকমজৈ। আত্মানা আত্মাবু কৌজৈ। মিৎয়ান্দা পিগী ইবা শিন্থবকই। তুংগী পুন্সিবু যেংজবকই। থবায ওইবিবা মচাবু মথানুংদা কোনশিঞ্জে। মচানা মমাগী মতৌদা ইঙক ঙক্কা যেংজে।

তহেনবীগী অহল লমন্না অযাবা পিবকই—

—"ঐখোযগীদি থোযদোক্লা হাযনীংঙাই লৈতে। মশাগা ঙাঙনবিযু। চৎনবীদি মমিৎ তাংই। অকোইবদি মমিৎ যামই। মবমসিদগী মকু মনেমবু খুকমজবগা মহাক্কা লৈনীংদবগা মপা চানা যুম সিদা লৌখিবনি।"

কহিনি তহেনবীবু উনবা চঙলকই।

—"ইনাউ হাযনা কৌগে।"

—"কৌবিনীংবা কৌবিযু, যেৎচবা থমজদে।"

—"নচেমবু লান্নদি লৌগনু। নহাকপু নিজবদি নচেম ঐমক্লি। সমাজগী মিৎযেংদা ফজদবা অদুথক্কি নতৈ ইবুংঙোবু থাজবনি।"

—"ঐদি অপাম্বা লৈত্রবনি। হিংনীংনা হিংদ্রবীনি। অদোমগী অপাম্বদা, অনীংবদা ঐনা মতেং পাঙবা ঙমজবদু ঐগীদি লাইবক ফবনি।"

—"নহাকপু নিজবা লাকচবি ঐখোয অনিনা ঙসিদি।"

—"ঐদি চৎনবীবু যাম্মা লুনা কিনা চৎচৈ।"

—"মদুমক্তি থোক্তবা ওইসনু। কিদবা ওইসনু। মদুগীদমক সমাজবু খুকমজগনি।"

—"মদুমক ঐগী পামজবনি। অদুবু ঐগী থৱায ওইবিবা ইচা অসিনা যাদ্রবদি ঐহাকপু ঙাকপিগনি।"

—"মদুদি ঐগী ইশক্কনি। ইচাবু যানবা ঐনা থেমজগনি।" চাওভলনা চঙলকপগা ঙাঙনবম্বা ৱাগা মপা চানা খুম্লকই।

—"ঐদি ইচাবুদি থেম্লোই। ইচাবু চৎসিসু হাযবোই। ইচাগী অপাম্বদু ঐগীসু অপাম্বনি।" তহেনবীনা হোংলবোইদবা ফিবেপতা ৱাহৈশিং অমি হাযবকই।

কহিনি মথন্তা পোকপী নিঙোলনি। অদুবু ঙসিদি পোকমিন্নবী মনাউনুপী অমা ফংজববগুম যাম্না হবাও তযামজে। মাগী মযুমদা মযুমগুম ইহং হঙ্গোইবা তৌদনা তহেনবীদা মাগী ফিবেপ উৎলকই—

—"অঙাংসি ঐগীসু ইচানি। ইচাগী অপাম্বা মমা ঐগীসু অপাম্বনি। ইচানা যানীংদ্রবা ঐনসু যাবোই। ইচানা চৎনীংদ্রবা ঐনা হাযজবা ঙম্লোই।" বাহৈসিগা লোযননা কহিনিনা অঙাংদুবু মথানুংদা কোনশিঞ্জে। অঙাং অদু ইঙক ঙক্লা কহিনিদা অমুক যেংই, মমাদা অমুক য়েংই।

—"ফবে, ইচানা যাবক্লবদি পুম্নমক অবেম্বনি। ইচাবু ঙসিমক পুগে হাযজবোই। ইচাবু থেমজগে। চহী অমগী মতমদদি পিবিযু। মসিনা ঐগী অবোইবা হাযজবনি।" চাওভলসু যাম্না চীংলেম্না খুম্লকই।

—"মদুদা ঐগী ইশক্ক কবিশু যাওদে।" তহেনবীসু যাম্না চীংলেম্না খুম্লকই।

—"অদুদি ঐখোয অমুক চৎলে।" কহিনিনা বা শমজিল্লকই।

চাওভল নুংতিগী ঙমদ্রবসু অশংবা নুমিৎ অযাম্বদি লমাংদোংদা চৎলি। তহেনবীগী অমত্তা পোকচবা নিপামচাদুগা শান্নবি।

—"নঙনা ঐখোযদা লাকই'সি কৈগীনো?"

—"নঙগা শান্নবা লাকইনি।" চাওভলনা ইস্প্রিংনা চেনবা বেলগাড়ী মচা অমা পুথোবক্লগা উৎলি।

—"সিদি কৈনো?"

—"বেলগাড়ীনি। মথন্তা চেনবসু হৈ।"

—"যেংগে, যেংগে।"

চাওভলনা বেলগাড়ীদু চেলহল্লি। অঙাংদুনা যাম্মা পামজনা বেলগাডী পাযদুনা যেংই। চাওভলনা চাবি থাবা তাকই। অমুকসু চেলহলদুনা য়েংহল্লি। অঙাংনা মথন্তা চাবি থাদুনা বেলগাডী চেলহনবদু উবগা চাওভলনা থবায তানা নোকচৈ।

—"ভেবি গুদ বোই। নঙগী মিং কবি কৌই। হায়যু বাবাদা অমুক্তা হাযযু।" ৱাহৈদু তাকবা তহেনবীনা ইকাই নুংশি যান্নবা মখুৎনা মিৎপানবু খল্লদুনা মমায লৈনা চৎথোকচৈ। মদোম নুংওন্নজে, মদোম মওল মওল্লি। মচাবু যেংঙমদে। ফমুং তম্মা লাকচৈ।

—"বোবোচা।"

—"ও ভেবিগুদ নেম! বোবোচা মাষ্টব বোবোচা!" বোবোচাবু থাঙ্গৎলগা চুপচৈ।

অসুম্মা মঙাবক তবাবক হেন্না বোবোচাগা শান্নজৈ চাওভলনা ইম্ফালদগী লমাংদোং তান্না লাক্তুনা। চাওভল বোবোচা অমতা ওইখ্রে। তহেনবী তোঙাল্লবী তাবে।

তহেনবীগী অহল-লমনগী অযাবা মতুংইন্না মমা মচাবু লৌনবা লেপ্পখিবা নুমিৎ অদু লাক্লে। নুমিৎতু অঙকপা থৌদোক অমা থোকখি। চাওভলনা অহল-লমন খুকমজবগা তহেনবী মমা মচা পুদুনা শুমাং মতোন যৌবকপদা শকখঙদবা নিপা অমনা মবক থৎলকই—

—"কদাযদনো তহেনবী!"

তহেনবী ইঙক ঙকই। খোঞ্জেল অমদি শক্তম অনিমক্তা মহাক ইঙক ঙকখি। তাখ্রবা খোঞ্জেলনি, উখ্রবা শক্তমনি। তহেনবী নিপাদুদা চাগদবগুম য়েংই। অদুবু খোঞ্জেল থোকঙমদে। চাওভলসু পুমঙক ঙকই। মঙলা তাইবংলা মফম খঙখিদ্রে।

—"নহাক ঐবু কাউবববা? ঐ ববৰাবু নি।"

তহেনবী লৱায-লুতোন শাৎলি। খঙহৌদনা মশাদু লোংনা হাইথখি। চাওভলনা অফিং অফায ওইনা হাইথবক্লিবা তহেনবীবু কোনশিঞ্জে। তহেনবীগী অহল-লমনস্ চেন্থোবক্তুনা মযাম চঙদুনা তহেনবীবু জ্ঞান তানবা লাক্লবি। চাওভলগী মতম্বাক্তা তহেনবী নিংঙাইদনা হিপলি। ঙৈহাক লাক্লববা মতুংদা তহেনবী জ্ঞান তাবকই। মমিৎ পাঙলকই। চাওভলবু চাগদবগুম যেংলকই। চাওভল যেংঙমদনা মমায লৈথোকই। অদুগা লোযননা তহেনবীবু থাদোবকই।

চৎখিনবা শেম-শাবকই। তাঞ্জাসিদা তহেনবীনা চাওভলগী মখোঙ শোক্লা খুকুমজবকই —

—"ঐবু ঙাকপীয়ু। মতম্না হঙ্গৎনা চেল্লবে। লাক্লিবসি ঐগী ইপুবোইবনি।" বাহৈসিগা লোযননা মপুবোইববু অমুক খুকুমজবকই। চাওভল কোকপি ঙাওই, লৈযেং ফাজিনখ্রে। চৎলি হাযবা ফাওবা খঙদবমখৈ মমায লৈথোক্কুনা চৎপা হৌবক্লে।

তহেনবী মচাগা লোযননা চাওভলবু তান্নবকই। অদুগা অবোইবা ওইনা পাউমেন্নবকই —

— "ইচাসিদি শিন্নজববনি। ইবুংঙো নঙ বাবাগা চৎখ্রো। ইমা কোন্না লাক্লেকো।"

তহেনবীনা মচাবু অবোইবা ওইনা পেন্ন' চুপচৈ। চাওভল কবিসু খুমঙমদে। তপ্না তপ্না চৎপা হৌবকই। বোবোচা মমাবু ইঙক ঙক্লা যেংলগা চাওভলগী মখুৎ শোক্লা চৎমিন্নবা হৌবকই। * * * * *

চাওভল স্নব শাংনা হোল্লি। তহেনবীবু অমুক হন্না মতম্বাক্তা পমলি। লব্রায লেম্ফুদা ঈশিং যৈবি।

--"কবিগীনো খুমদ্রবদি" মাগী নুপীনা তকশিল্লকই। চাওভল ইঙাও ঙাওই। মাগী নুপীদা পাউ অমা তমখি হাযনদু কাউকবে। চাওভলনা খোঞ্জেল নেম্না গাযবকই,

— "ব্রাহংদুগী পাউখুমদি মশাদা হংবিয়ু।"

*ইবা লোইখিবা তাং ৮/৮/৯৩ ইং*

# কোক্লরোইদবা চৈনাখোল

জমুনা ঙসিদি খোইবাঙ খোইশাওই। লৈতাফম খঙদে। তৌফম খঙদে। পুক্নিসিদা লুম্লবা পোৎলুম অমনা নম্থবকই। যাম্না মনীং তম্না লৈজবকই। যাম্না মনীং তম্না হিংজখিনি খঞ্জখি। অদুবু পুক্নি অসিদি খুদেংঈবা ঙাক্তা ঙাইবম্লে। মাযকৈ খুদিংমক্কী পুক্নিদু তেমশিংনবক্লি।

জমুনা লৈশাবীনি। লিতকে তৌববীনি। মমা মপাগী যুমদা অসুক কুইনা লৈবকপসি কবিগুম্বনা অসিগুম্বা পোৎলুম অমা নম্থবক্কনি খনখিবা লৈতে। মীনোক্কি লুম্লবা পোৎলুমনি। কবম্নদি ঙাকথোক্কনি?

ফমুংদা লোংনা হঁপ্পি। মওন মওন থল্লি। লৈগী ফজবা শিংথাবিদে। ত্রিং চাববা পৎলবা লৈনাবু হঞ্জিন হঞ্জিন মশিং থিনবি। কযাদা লাইবক থাখ্রবা? চৎনবীসি অসুম তৌববা? জমুনা ব্রাবৌজে তাইনফম খঙদনা। কনাদবু তাইনর্কনি? পিগী মবিক খবসু শিনথবি। অঙাং ওইবিঙৈদা শান্নবকপা ব্রাখল নৌবিঙৈদা খঞ্জখিবা পুম্নমক নীংতম্বা ঙাক্কনি। ঙসিদি খঞ্জবা নীংজবা ফাওবা নীংতমদ্রববা চিংনজরে। থব্রায তানা নোকচখিনা থৌদোকশিং, কুম্মৌশিংনা মাবু নোক্লবগুম উবি।

মতম অমদা কাঙথোন মখোঙ মবি হাযদুনা মমাং চৎলি লৈকাইদুদা, অনকপদা অমদি অকোযবদা — জমুনা, বাধেস্না, রাজগুম্বি, খোযদাবি — মখোয মবিসি। ইংবনদনি, তম্বনদনি। মোংদবা হান্দবনি। কুচুদা কুমেন্দনি। মাযথোঙ-শন্নাংদসুনি। মোমোন মীনোক মীকৌদসুনি। বশি গুন্দদি তোংঙান-তোংঙান্না মত পীনৈ লৈবৃং ফম্না কাঙবুনা। অমনা অসুম্না হায — ইংনা বাশি লৈবদি জমুনা খক্তনি। বাধেস্না অসিদি বামন মিত্রা চঙদ্রা? মযাং শক চঙদ্রা? থাজ (অশপ্পী মীঙৌনি) না কবিদা ফজবিবা? মিৎ মঙাইবে ফজবিবা। মমায অসি থাদৌনা কোবোক কোয হাযবক্নাওবদি যাই। ফজবা হাযবা পোৎশক অদুদি মঙোন্দগী লাপ্পা লৈবিদা। খোযদাবিসু অদু মঙাইদা। পাখং অঙাওবনা খোযদাবিনবা হাযদুনিদা শন্নাংদৈ, মিৎযেংদৈ, কবিদৈ। জমুনাদি যাম্না চীক্না তম্বনি, ইংবনি। মোমোন নোক্লদবদা মানবীনি। ইনোক্তি নোক্তবা। মদুদনি ঐখোযনা তুবিবসি।

অমনা অমুক হায — "ঙাই নঙগীদু সাহিত্য রাংমল্লি। ঐ অমুক থাগে। ঐগীসিদি সংস্কৃতিগী শ্লোক কুম্বনি। তাও, যমুনাদি যমুনাগুম্বনি। তপ্পবী ঈচেলনি।

শাউবা হৈজত্রবীনি, অথাঙ কনবীনি। মালেম লৈমগী মমোমলোযনি। বাধেস্নাদি বাধেমক্লি। কৃষ্ণ প্রেমনা থুমহৎলবি 'বাধে' হাযবদুমক্লি। কাযনবগী মৈচাক্তা ঙাওববীনি। অতোপ্পা কনাগী ব্রাখলদা লুপত্রবীনি। মাগী মবুংঙো নোংমাইথেম কৃষ্ণঙৌ দা লুপ্পবীনি।"

অমনা অমুক থৎলকই —"কহিনো ভাই বাবক কবি নঙনা কা পথোককইদুনা। ফজবগী গুন পুথোক্লসি হাযবগা মীগী লাইফ হিষ্টরি কোৎথোককইদুনা।"

-- "মদুনদি নঙ যৌদ্রি তাবা হৈদ্রি, বাংলি হার্ডিস। প্রেম অমদি মৈচাক্কুগী মাম বাধেস্নগী মাহথোঙদা তায হাযবনি। তাবু তাদ্রা।" লৈবুং ফম্ব পার্টিদু অমতা ওইনা খুবাক পোদোক পোদোক খুবকই। মখা তানবা ইঙ্গিৎ পিবকই।

--"মশক্তি খোযদাবিনা ইকম লুমই। খোযদাগনাবনি হাযবদা হোয হাযবক্নি।" মযাম বা লাউনা নোকই। মখা তাবকই।

– "থাজদ্রগা হেক্তা হাযকচো, হেক্তা যাবক্কনি। মানা খোযদাদবা লৈতবনি।"

- "মখা থিথবকউ।"

—"মথাদি থাজগুম, পাম্মুগুম, ইকাইগুম হাযদুনি। তশেংনমক থানি। পুর্নিমা থাজখক্রেদু নত্তে। শক্লোন যাম্বীনি, অবোন - অথুপ্পদি লৈজদবা। পাম্মুগুম ইকাইগুম ঙসিগী মশক্কু হযেংদি হেক ওইদবা অদুগী ব্রানিদা।" অমনা অমুক মত পিবকই।

— "যমুনা সিদি তুমিন্না চীকঅমগদবা মাল্লি। মমিং অসি তর্থ যাম্না চেল্লি।"

— "এদি মখোয মবিসিগী মনুংদা অপাম্বা খল্লু হাযবগদি মমায যেংলগা খল্লোই।" যেৎলোমগী মতায ইথং থংবদুনা অমুক থেৎচিল্লকই।

—"কবি যেংলগা খন্দোইবা?"

- "খুনিং যেংলগা খনগনি।" মযাম বা লাউনা নোকই।

- "মকমদি মখোয খুনিং নানবা তান্নে।" অমুকসু মযাম ব্রা লাউনা নোকই।

--"কনানা হৌদোবকপনো খঙদে। মখোয খুনিং নানবদি তান্নে। নুংতিগীমক তান্নদ্রবসু হাপতা অমদা অমুক্তি শোযদ্রে। খ্বাযদগী খুনিং নানবা নুপীদো মহাক্লা খ্বাযদগী চেকশিনগদবনি হিবম খুদিংমক্তা।"

অসুম্না লৈবূং ফম্বশিংনা পঙঙাঙ ঙাঙনজববসু লাইবক্তা তন্নম্বা হাযবসি কনানসু ককপা ঙমদে। বাধেম্না ঙন্না পুন্সি লৈপুন ফংজখি। বাধেম্না যাওদ্রবা মখোয অহুমগী পুন্সিসু হোংলক্লে। মখোয অহুমবু যোংশবি মখোঙ হাযনা খঙনবক্লে। যোংশবি মখোঙসু কুইনা লৈবমদে। অদুমক মাঙখি থাজগুম্বিগী পাল্লি লাক্লবদা। মতুংদদি মখোয অনিগী থোইদোকপা মিং থোনখিদ্রে। পাখং- অঙাওবা অমা অনিনদি মখোয অনিবু 'পাবোংপি' হাযনা লক্লবিবসু যাওই। মতমগী ঈচেল হৌবকফম খঙদ্রবসু লোইখিগদবা লৈত্রবসু লেপ্পা কৌবদি লৈতে। ইচেলসিনা পুনিবি মখোয অনিবুসু লেপ্পা লৈতনা লম্বীদি তোংঙান্নবক্লে। খোযদাবীসু খোযদাবা অমা ফংজখি ঈচেলসিগী মবক্তা।

জমুনা হৌগ্রবশিংবু নীংশিংজবগা মোমোন্নজে। নহাগী ইথিলদি নুংঙাইবন মপূঙ ওই। অদুমক থোকচৈ জমুনাদসু। নাইতোম তাবকপগী অচিকপা অদু মতম খবদি হৈনবমদে। মদু মতম শাংনগীদি নত্তে, মতমনা মহাকপু কোনর্বাখি। মতমবুসু মহাক্লা লুনা তৌজখি। লেপতবা ঈচেলনি, মদুদা তাউর্থাব জমুনাসু লেপ্পা লৈতনা। কনাগুম্বা অমখক্তি মহাক্তবু ঙাইবম্মি ঈচেলদুদা অব্রাবা ফাউদবমখে। মহাক্ত বনজিৎনি। বনজিৎ জমুনা খঙনজবকপা নত্তে। সুপ্নগী বনজিৎকি অহল-লমনশিংনা মমৌ ওইজনীংবদু খর্ক্তনি। বনজিৎকি অহল- লমন্না চংনবীগী নিযম ঙাক্লা নিজবা লার্কখি জমুনাবু জমুনাগী অহল-লমন্দা। অহল-লমন্না বা শমজিনজৈ মশা মশানবু যানববদি। ব্রা লেপ্নদ্রিঙৈ মমাওদা উননবা মতম শিনবিবকই অনিমক্কি মমান্নবা মমান্নবীশিংদগী পাউ লৌনদুনা। নুমিৎ অদু যৌবর্কখি। অহানবা উনবনি ব্রা হৌদোকপা ঙম্নদে অমসু অমসু। যৌবনগী পুন্সিদা অহানবা উনবা হাযবসিমক্তবু হার্যনিংবা হাযবা ঙম্নদে, যেংনীংবা যেংবা ঙম্নদে। অদুমক চপচানা থোকই বনজিৎ অমসুং জমুনাগী মফমদা চিথদনা। হাযনৈ নিপানা নুপীবু হস্থনা যেংই। ব্রাফম অসিমক্তি অবানবা ওইগনি। নুপীশিংনা মশাগী অশোনবনদু মশা মথন্তা উৎথোকচবনি নিপা ওইবশিংদা। মদুগী খুদোং চাবদু নিপাশিংনা লৌববদি নিপানা নুপীবু হস্থনা যেংবগুম উই। নুপীনা মশাগী অশোনবা উথোক্তবা ঙম্লবদি মহাক সতিনি, সতি ওইবক্কনি। সতিশিংনা নিপানা নুপীবু হস্থনা যেংই হাযনা লৌদে। সতিগী গুন চেনবনবা জমুনানা বা হৌদোবকই,

—"চানা ফগদ্রা? কোফিনা ফগদ্রা?"

—"থোযদোক্লা সিনা হেল্লি হাযবা লৈতে। চানা মফম খুদিংদা ফংবনিনা অযাম্বা মতমদা চা শিজিন্নে। চা অদুম থকসিদা।" জমুনা না চা ওইনা অদুম লোন্নবা যুম্নুগী নুপীমচা অদুদা হাযখি। ঙহাক লেপ্নে ব্রাবী ইবৈ লৈতবগুম।

— "নুংঙাইবিদনা?" বনজিৎনা খুৎশা লোনশিন্নবগা হাযবকই।

—"নুংঙাইজবি।" অনিমক মাযথোঙ হনগৎনদে।

—" পুন্সিদা তন্নন্বা হাযবসি ককপা ঙমদবজাৎনি। মদুমক্না ঙসিদি নহাক্কসু উনহল্লে।"

—"মানি, ঙসিনা অহানবা উনবনি।"

—"অহানবা উনবসিদা ইশাগী মোৎপু?"

—"অদোমগী অপান্বদা লেপচববনি। ঐগীদি কবিসু অথোই অহেন লৈজদে।"

—"নঙগী ব্রাহৈনা ঐবু পঙথহল্লি। ঐনা কবি অমুক হাযখিগনি?"

—"ঐগী ওইবা হাযজনিঙাই কবিসু লৈজদে। অদোমগী অপান্বদা তুং ইঞ্জবা অদু থক্কনি।" নুপীমচাদু চা পুথোবকই। বিস্কুটসু যাওবকই।

—"চা লৈজবে।"

—"যানি।" বিস্কুট অমা ক্রক লাউনা চীক্লগা চাদু চিংলুই অদুগা মখা তাবকই।

—"যাম্না হাউই চাসি।"

—"চিনি খবদং হাপসিবা?"

—" যাবে যাজবে চপ চাবে।"

—"ঐদি অথুম্বসি কয়দি শিজিন্নদে।"

—"কবিগীনো অদুদি?"

—" ইশাগী হৈনজদবনি।"

—"চুম্মি হৈনদবা হাযবসিসু হৈনদবা জাৎনি। হৈনদ্রবদি থকপিক্নুদা।"

—"ঐগীসিদি চিনি ব্রাৎনা থাকপনি। অদুননি চিনি পঞ্জখিবদু।"

—"ও আই সি!" খঙহৌদনা বনজিৎনা হাযদোকখি। ঙহাক্কু তুমিন লৈনৈ। অমসু অমসু চাদু থকলি।

—"অদুদি থোইদোকপা হাযনীংঙাই লৈজদ্রে। মখা তাবদি অহল-লমন্দা অদুম শিন্নজবকঅগে।"

—"ফনি।" জমুনানা শমজিন্না খুমই।

—"অদুদি চৎচবে।"

—"ফনি।"

বনজিৎ অমসুং জমুনাগী অপুনবা ঈচেল কুইবা ঙমখিদে। লুহোংবগী নুমিৎ লেপ্পুখ্রবা মতুং নোংমা পাউ অমা লাকই অহল-লমন মশামক্তগী। নুমিৎতু জমুনা জ্ঞান মাঙখি। মঙ-তাইবং গী খেন্নবা উবক্তবে। অচুম্ববা হংজৈ মশানা মশাদা। অমুকসু মথন্তা হংজৈ পাউখুমজৈ, 'ঐহাক লুখ্রাবী অমগা কবিদা খেন্নবি' মানি, ঐহাক লুখ্রাবীনি।'

জমুনা পুন্সিদা বনজিৎ নত্তবা নিপা কযাম'সু থেংনদুনা লাকখি। অদুবু মহাক্না পুন্সিদা অমুক্তং উনখিবা বনজিৎকি নুংশিবা মমি মাগী থম্মোইদা তাখি। অতৈ অতৈদি মাগী থম্মোই থক যৌখিদে। লমখাঙনি, পন্থুং নাইদবা। মহাক্না বনজিৎপু শেংনা নুংশিজখি। অমবোমদা ব্রাগী বাদি বনজিৎ ট্রক এক্সিদেন্ট অমদা যাওরুদুনা পুন্সি নুংশাংবা হাযবদু তন্নমদ্রে। খুদক্তা মহাক শিখি।

জমুনা বনজিৎনা মবম ওইদুনা মখা তানা বাকবদি লৈত্রে। অদুমকপু কনাবু তাক্তনা কনাবু খঙহন্দনা শিখ্রবা মতুং চঠী অমসিদি কবিগুম্বা খব বর্ত তৌজৈ। চিংনদুনা নৎত্রগা খঙনীংদুনা কনাগুম্বনা হংলক্লগসু ' কবিসু লৈতেদো, কবিসু তৌদেদো ' হাযনা ব্রা লোৎনা খুমই। হাযবিবা চঠী অদু লোইদ্রি, থা অমা অনিমুক্কি মতম লৈবি।

ঙসি ঙবাং লৈতাফম খঙদ্রিবা খোইবাঙ খোইশাওবিবা অসিদি পুম্নমক অসিগা মবী অমত্তা লৈনদে। লৈকাইগী মৌ চিনগনবী অমনা থাবকপা ব্রাহৈশিংদু হৌজিকসু জমুনাগী মনাকোংদা নিল্লি।

"লৈশাবী শবী! নবা নায খঙদবী! হিংচাবী! নব্রা নাইবসু নবা চানিনে! ওমঙ্গেলনে নখোযসে! থুই।" নুমিত্তু জমুনা কবিসু খুন্নমদনা মযুমদা লাক্লগা ফমুংদা হিক্না হিক্না কপচখি। কবিসু লৈতবা লৈবক্তা অঙাং খৎনবা অমগী ব্রাহৌদোক্তা জমুনানা খাম্নুবদা থাবকপা খোন্নি। জমুনাদদি পুন্সিগী ওইবা কোক্লবোইদবা চৈনাখোন্নি। পুন্সিগী ওইনা লৈতাফম খঙলবোই। পুন্সিগী ওইনা কপ্না কপ্না লেল্লনি। জমুনাগী মখোঙ-মখুৎ মচিন মবৈ অমতা খাক্তনা ককথৎপিখবে।

*ইবা লোইখিবা তাং ১/৭/৯৫ ইং*

# খোঞ্জেল

বস অদু হাইফেৎ যাংলপ্পা থৌই। তোংলিবশিংসু হোয মায হায়নদে। ঐসু মোন্দ্রুং অমদা তাউর্দি। * * * * *

মফম অদু যৌবগা কবি তৌর্বা। হোটেল অমদা রুম অমা বুক তৌশিনবা। থংনবা নুমিত্তা মাগী লৈফম থিবা। মতম হেল্লকপা মহাক্লা বাসী হৈবকপা।

—"কযাম কুইববগে যৌবিবকপা?"

--"পংকুই কুইদ্র?"

—"মফম অসিদনা কৈদৌঙৈ লেঙবিবকপা, কবি থবক্লীদমক লেঙবিবকপা?"

--"ভাসি মবি মঙানি শুবে। থোইদোকপা থবক লৈজদে, পুক্লীংনা ইনশিল্লকপদু থম্মোইনা যাকবখক্কনি।" মহাক্লা মিৎচনা তুমিন্না যেংলক্কনি। অদুগা মখা তাবক্কনি।

-- "ওস্লোক ওস্লোকপা। মওন-মওনহনবা। মিৎযেং অমগী পন্থুং অনি অল্ম থম্মদবি। কদাযদবু লৈবিবগে? মদুদি খঙহনবিবা যাইদনা?"

—"হোটেল মৌসমদা। রুম নম্বর ৪১১ দা।" ইকাই ইকাইনা শোনখি।

--"মহানবা উনবদসু হংজহৌদ্রে। তামোগী সিং, লৈফমনা?"

--"শিলচরদগীনি। প্রেমকুমার! প্রেমকুমার খুমন।" থৌনা অমা লাক্লরগুম। মখা তানসু পল্লুই,

--"থোইদোকপা ঐগীনি হাযবা থবক্তি লৈতে। ফাদবগী মতেং খবা খবা পাংই। ফাদবদি অচৌবা ব্যুজিনেসমেননি। চান্দম ইন্তরপ্রাইজেস তাবিবস্না যাই। মদুগী মপুনি।"

—"ও! আই সি।"

—"সিস্টরদি কবি তৌবিবিবগে?"

—"কবিসু তৌদেদা?"

—"বেস্টরেন্টদবা সিনেমা হোলদবা কবিনো অমদি অপান্বা হাযবিযুদনা।"

—"অনিমক হৈনজদে ।"

—"অদুদি কদাযদা ?"

—"পার্কতা? তনববা ?"

ঐগী মশুদু তাইবংগুমখ্রে।

—"ঐদি নঙবু নুংশিজৈ । তশেংনা নুংশিজৈ।" মহাক খুম্লকওই। ঐসু ইকাইদুনা লুকথগনি।

মতুংগী উনবদা পুক্নীংগা পুন্নীংগা থম্মোইগা থম্মোইগা শকখঙনববা অমদা হাযবগুম অসুম্না ৱাবী অমুক হৌরুগনি।

—"নুংশিবা হাযবসি অঙকপনি। মসিদি কবিগুম্বা পোৎশক অমতগা চাংদম্নবা ওমদে।"

—"হায়বদি?"

—"হাযবদি ঐনা নঙবু নুংশিরুই। নঙনা ঐবু নুংশিবা নুংশিদবা থিদনা। নঙগী যাক্লবা খোঞ্জেলসু অমৃতগী মেংলবা সুবনি ঐঙোন্দদি।"

—"মদুদি নুংশিবগী মশক নত্তে।"

—"নুংশিবগী মশকপু লৈববনে?"

—"লৈতে। লৈবল্লোই। অদুম ওইনমক জগৎ অসিদা নুংশিবনা মফম অমদি কল্লি। মচু লৈত্রবসু মতৌদি উৎলি মওং মওংদা। অহৌবা অবোইবা লৈত্রবসু ঈচেল অমদি চেল্লি। ঈচেল অদুদা যাওবি — মৈচাক অমদি খাযন মৈশা; মীনোক — মীৎচি-মীনোক; মোমোন-মীনোক, পিবাং, শুঙ্খৎনবী মুর্ত্তিশিং তোৎননা-যান্ননা। মশক লৈত্রবসু মমিদি লৈগনি। অমবোমদা মশক লৈতনদি মমি লৈবল্লোই। মবমদুনা মমিদুবু মশক্লি হাযনা লৌজবখক্তনি।"

—"নহাক্কি নুংশিবা যাম্না ৱাংই। উঙমদে।"

—"কবিগুম্বদা ঐনা নহাকপু নুংশিবমদ্রবদি?"

—"মদুদি ঐগী থম্মোই কাযগনি।"

—"থম্মোই পান্দবীনিদি হাযবোযদ্রা?"

—"থম্মোইনা থম্মোইবু থেমজগনি। থম্মোইনা থম্মোইদা ওইনজগবি। থম্মোই পান্দ্রবসু কচ্চগনি ঐগী থম্মোই।" মহাক্না ঐঙোন্দা যাম্না মুন্না য়েংগনি। ঐনা মখা তাগনি।

—"নহাকপু থম্মোই পান্দ্দেদি হায়রোই।"

—"ঐহাকপু কবম্না উবিবগে ?"

—"নহাক্তি ঐতগীনি। ঐতগী ওইবা নহাক্লি।"

—"মদুমক্তি ঐদি ওইবা ঙমজরোই।" মহাক্না ঙক্না অমদি মিৎফম হোংদনা যেংগনি। ঐসু অদুমক য়েংলুনি অমতা ওইবা মওংদা।

নোংমা অমসু অসুম্না অচিকপা পার্ককি চিদায অমদা মাবু ঙাইদুনা লৈগনি। খৌবাংনা ঙাইবিবা ঐবু লাক্লগে মতা গুম পাক হেক লাক্লোই। তশেংনমক ব্রাখল ফুংবুংনদুনা তৌফম খঙদবমখৈ লৈগনি।

ইখঙ খঙহৌদনা মহাক্লা ঐগী লেংজুমদা মখুৎনা শোক্লক্কনি। ইঙক ঙক্না, ঙকপ মখৈ যৌনা ঐসু হেক যেংখৎলুই।

"অমুক্তা থোকচগে। মথং গী পার্কিং অসিদা কুমগদবনি।" অমুক্না হেন্না ঙক্লিবদি থোঙনাউ নক্না ফম্মিন্নরিবা মহাক্লা শোকপা ওইবম্লে। ঐগী তাইবংদু মঙলাক্লখ্রে।

মথংগী পার্কিংদু দুইবোঙনি হায়বা খঙলে। অদুদগীদি মিনিট মঙা তরাগী মনুং দা চুডাচান্দপুব য়ৌরগনি হাযবসিসু খঙলে। লোয়নবকপা পোৎ-চৈ থিজিঞ্জে। ইনাক নক্না লোইশিঞ্জে।

চুডাচান্দপুব যৌবগা হেক নাইতোম তাহৌবসি ইথন্তনি। ইকোয় কোযনা য়েংজে। হোটেল দোনগী পাক্লবা অমদি ফজববা সাইন বোর্দ উরকই। মায়কৈদু তম্না পরপ পরপ চৎলি। কা অমা লৌরে। শেৎলুবা ফিরোল লৌথোক-লৌথোক্লা হৌজিক্তা ব্রাহং অমা লাক্লি।

—"মহাকপু মৈতৈরা? নেপালিরা?" চিংনবা অদু কোক্লবা চঙক্লরিঙৈ হংহৌদবনি। সুপ্নগী "মেন্সন কমপ্লেক্স সি সি পুর" থাবা লোন্না পীরম্না চেজেৎতু কোন্দুনা পঙথদুনা লৈহৌবনি। মমিং ফাওবা হংহৌদে। মশক্তু লাকশিঞ্জহৌবা অদুখক্তনি। অদুমকপু উনগনি নীংনা, উনদবা য়াদে খন্না লাক্লবনিনা থিদবা যাদে, উনদবা য়াদে। মসি ঐগী অরেপ্পনি।

ঙসি সিমদি করিসু চখোক্ত্রে। জনিংগী অব্রাবা কয়া অমা মায়োক্লরুবনা চখোক্কে হায়না খল্লুদ্রে। হোটেল দোনগী অরোইবা মথোনগী ঐনা লৈরিবা কাগী থোঙনাউদগী চুড়াচান্দপুব সহরবু য়েংজখি।

চাউরবা, ব্রাংলবা দলান মথোন কয়া — পিকতক পিকতকপা তুম্বক তুম্বকপা মশা পঙনান নান্দবা য়ুম কয়া অমা — মখোয়শিংসিগী লৈতেং ওইবিবা পঙব্রাং

বাংদবা মপুগী অনীংবদা হৌবিবা লৈশাৎপা উপান্নীশিং — যেংনা যেংনা লোইবা নাইদবা ওমখৈগী বাংমা লান্না চৎখিবা লম্নীশিং। নাকন অমদা সহবগী মযায ওইবপ্পা পঙচাটি চাউদবা গার্ডেন পার্ক - পার্ক অসিদা উবি তনৌ তনৌবিবা অমসুং ঈচেল্ল ক্তা হান্ননা তিল্লবা শাবি শানৌশিংগী মনীংতম্বা মিৎযেংশিং - নুংশি মিৎযেং, নুংশি খুদম, নুংশি চাংযেংতনা শেমখ্রবা অশংবা মচুগী সৌবজগৎ — মদুগী মনুংদা লৈপান্নবী লৈবাংশিং হিগোক্লবী, হঙ্গাম পানবী, তঙাং তঙাংবা, ভৌকনবী, অতে মচু মচুগী লৈবাংশং, পোমশাৎনজববী লৈবাংশিং পুম্নুম পুম্নুম শাৎতি শাংনীং শাৎচবদি ওমজদ মমা ওইবীশিংগী খোর্যাজ মীহুনখাদা মালেম ইমাবু যেংজনীং, খোযবাঙলবা অদুনা লেঙ লেঙ মমা ওইবীশিংদা ইঙ্গৎ পিবকপগুম, লৈখোক লোইবক্লবা লৈবাংশিংগী তৎথবক্লবী লৈংাশ, লৈকাশংনা বানা বানা খাঙলিবা। অমুকসু পার্ক অদু অশংবা মচুগী বাংবা মান্নবা নাপীশিংনা ফিবাংজি থাবগুম কুপ্লি। পুম্নমকশিং অসি উকবতা নত্তনা থম্মে ই যৌনা মমি তাখিবনা ঐসু ইদোম ঐনা তৌবিবসি ঐনা মফম অসিদা লাক্লিবাস অঙাওবদি তাফম থোক্তে অসিনি। মেনসন কমপ্লেক্সকী থোঙজিন খুদিং চঙদুনা মাগী শাওং শাদা তাক্কুনা মাবু ফংনবা থিগনি। মসিদা অদুমক লেপ্লদুনা অহিংদু লেনখি।

থংনবা নুমিত্তা মেনসন কমপ্লেক্সতা মতম চঙনা থিববসু মাবু উনবদি ওমখিদে। নেপালি যুম অমখক্তি থেংনবকই। মচানুপী অনি লৈ হাযবসু শঙলকই। মখোযদি ইম্ফালদা চৎখি। ওসি খব থেংনা হল্লক্কনি হাযবা পাউসু খঙলকই। ইকাই ইকি বাংমা লান্না ঐগী এড্রেস পিবমই। মবোল মবী খবসু হাযবমই মমাদা — 'শিলং' গ। পল্লদুনা উননীংবগী নিশাদা। ইথন্তা অমুকসু মীনা ঐসে ঙাওবেগকাদ খল্লম্লোইকো খঞ্জে। নিনিশুবা নুমিৎ অদুদসু মেনসন কমপ্লেক্স াক বাৎহৌবা শকক অদুদা মাবু ফংনবা নৎত্রগা উননবা কোযাথ থিবমই। থিকবগী মহে খজিক্ত ফাও ফংদনা, লংলা লংজিন ফংদনা অবেম্বদা হোটেল দোনদা হল্লকখি।

নুমিদাং অদু হৈনীংবা ফাউদে। চোকথববা ফাউবদা চানীংবা ফাউদে। আশা লৈত্রবা কোক পান্দ্রবা মীশক অমগুম কবি খনখিবা নীংশিংবা অমতা ওমখিদে। কনাগুম্বা অমনা থোঙ থিল্লকপদা ঐহাক হিংলি কোক পাল্লি হাযনা খঙখি। থোঙ হাংদোকপদা খঙলে — হোটেল 'বয' না।

- "নেপালি নপী অমখক্লা পিবম্না চিঠিনি। মেনেজবনা ঐব পিবদে থাবকপনি।"

"পূং কযামুক্তা লাক্লম্বগে?" নংত্রগনা হৌজিক পিবম্ববা?"

-"পূং অহুম তাবল্লনি। মখোয অনিনা লাক্লম্বদু।" মখাতানা হংলৃব্রে। চিংনবদু অশেংবা খঙলবগুম হযেংদি শোযদনমক উনবগনি হাযবগী আশাদা চিঙ্গিদু হাংদোক্লুনা পাকই।

শিলং দাদা।

হযেংমক চুড়াচান্দপুর থাদোক্লুনা শিলং চৎপা তাবে। অমুক হল্লক্লনি হল্লক্লোই হাযবা হুমদে। দাদানা ঐবু থিবিবমই তাজবদগী শিলংদা অহানবা ওইনা উনখিবা দাদা ওইবমগনি খঙ্গদুনা তঙাইফদনা চিটিসি ইবগ থমজবন্ননি মসিগীদমক ঐবু ভাকপীগনি। শিলংদা উনখিবা দাদাদু ওইবিদ্রবদি ঐবু অমুক্লা হন্না ভাকপিগনি। চিটিসিসু শিলং দাদা অদুদা ইজখিবনি।

তুলসি পুজারি

হভাও ভাওবম্বদু ইশিং শিংই। যাম্না থুনা রা লেপচৈ — নেপালিনি, চিংনবদুদি চুম্লম্লে। ফবে অমবু ওইবে, ঐসু শিলং চত্তবা যাদে, মতুং ইন্নাখবা তায। খুদক্তা মেনেজর উনদুনা শিলং যৌগদবা বসশিংগী টিকেৎকী মবমদা হংই।

—"হৌজিক্তি ক্লোজ তৌখ্রে। হযেং অযুক এাই তৌগদবা মঙাইবে। টেলিফোনগী খুদোং চাবদু লৈতবনিনা উপায লৈবরোয।" মেনেজরনা খঙহল্লকই।

শিংলুববা মিৎম্লাশিং অমুক তুকথবকই। হোটেলগী ফমুংদা লোংনা হিপতুনা শিলংগী দৃশ্যাশিং নীংশিংজৈ।

পোলো বাজারগী বস তর্মিনেল ষ্টেসন্দা থেংনবদু মখোয অহুমগা ইথন্তনি।

— "এক্সকুাজ মি।"

— "যেস প্লিজ।"

-"আর যু ফ্রোম দিস বাজার কমপ্লেক্স?"

--"নো, নো, আপ ক্যা চাহতে হো?"

খবা নত্তা ওইবীদনা যাম্না ইচং থৌনা পাউখুমলকই অমদি হংলকই। অমদুনা মচে ওইদনা নংদেদগী।মংযেংদি অহোংবা লৈতবা মিংযেংনি অহোংবা

লৈতবা মিৎযেং অদুনা ঐগী মিৎযেংবুসু হুখি। ঐগীসু অহোংবা লৈতবা অমা লাকখি। মিৎযেং মিৎযেং চুংশিন্নখিবা মিৎকুপ অমা-অনিগী বানি।

—"নহী, কুশ নহী। আই কেম হিযাব ফোব মিতিং সম ওল্দ ফ্রেন্দস, বদ আই কান গেট দিযাব হোযাবঅবাউট। পবহেপস দে হেড জস চেঞ্জ দিযাব এদ্রেস।"

—"ও শোবি ফোব দেট।" মখোযগা লোযনবকপা জেন্টলমেন অদুনা থক্লিবা চুরুটকি অবোইবা খুৎচিংগী অবোইবা মৈখু অদু কামথোক কামথোক্লা হাযবকই অমসুং বস কাখৎনবা মাঙ থানা চৎপা হৌবকই।

—"হোযাব যু ফ্রোম?"

—"উই আব ফ্রোম মনিপুব।"

—"হুইচ প্লেস?"

চুংশিন্নখ্রবা মিৎযেংশিং যাম্না ৱানা লৈথোক্লখিবী তুং ইথং থংনা চৎলিবী মচে ওইবীদুনা পাউখুম ওইনা চেজেং অমা পিবকখি। চেজেৎতু পায়দুনা অখিনবা মুর্তিগুম মখোযনা তোংখিবা বসতুদা মিৎফম হোংদনা যেংদুনা লৈখিবনি।

— "কংলৈপাক এক্সপ্রেস এম এন জিবো টু ফাইভ ফাইভ সেবেন।"

বসনা লেঙখিবগা ঐগী মিৎযেংসু লেঙখি। চেজেৎ হাংদোক্লুনা যেংলুই। মদুদা ইবমই "মেনসন কমপ্লেক্স সি সি পুব।"

মদু অহানবা বিদাযনি থম্মোইদা পীবম্বা!

অযুক অঙনবদা কাউন্টব খুদিংমক চঙদুনা টিকেৎ অমতং ফংবা ঙম্লবদি খন্দুনা ত্রাই তৌবনি। লাইবক্লা তমলমদ্রে, টিকেৎ অমতা লৈবমদ্রে৷ অবোইবা ওইনা পেসেঞ্জবনা থল্লবা বসশিং, অদুগী ফমফমশিং অদু অমত্তা চিৎথদনা অমমমতা ওইনা যেংবা হৌবকই। বস অমদগী বস অমা। লাইবক থীবনি৷ বসশিং অদুদসু মহাকপু উবা ফংদ্রে। বস অতৈ লৈবিব্রা হাযবা ৱাহংসি খঙনবা-খঙনদবা থিদনা হংলুই। ইবোই লোইবদা থাবিবা বস ড্রাইভব অদুনা 'সিনা লোইবে, বস অতৈ লৈত্রে' হাযবকপদা ইশাসি অশাবা হুমাং মবিক-মবিক থোক্লকই হকচাংগী মফম খুদিংদা। বসশিং অদু অমগী মথংদা অমা ঐগী মিৎযেং বাংমা লান্না তাম্না চৎখি। নীংবা কাযনা মায লৈথোবকপদা যাংলপ্লা থৌদুনা লাক্লিবা মাকটি কাবদা তোংলিবশিংদুনা ঐগী মিৎযেংবু চিংশিল্লি — মানি, মতুংদা মথন্তা তোংলিবসি মহাক্লি মেগাজিন অমা পাবদুনা। মাযথোঙ অদু হাইফেং

লোৎলবসু এগা মিৎয়েংগী মনুংদা মহাক্না মানশ্না ওল্লোই। মানি, মহাক তুলসি পুজাবি নি। মাঙদা তোংলিবদুনা মনাউ নুপাদুনি অদুগা থৌবিবদুনা । মানি মখোয অহ্মদ শিলংগী মখোয অহ্মদুন। ঐহাক গা ট্রাদুবু খামখি হৌবক খোনজেলদা অমদি যেৎথংবা খুৎতু বাংনা থাঙ্গৎলদুনা। কাবদুদি কবিসু চুংদনা অহোংবা লৈতনা, অকাযবা যাওদনা খোঙজেল থজি ক্রফা ও চন্দনা অদুমক থৌখ্রি। ঐহাক জ্ঞান তাবকই। খোঞ্জেল হৌনা লাউদুনা খাম্লবদ পুক্নাংদা ওইনম্লে। খোঞ্জেলদগী খোন্থাংনা থম্মোই থক থক নিক্লি। মিহুল কা হেন্না চোংই। খুং অদুদি অদুমক থাঙ্গৎতুনা লৈবর্ম্মী। তপ্না খুং অদু থাদবদুনা হোটেল দোন লোমদা হল্লক্লে।

মসিনা আনশুবা বিদাযনি থম্মোইদ পীবম্বা।

শিলং শহবদা থা অমবোম ফাবে ঐনা মখোযবু অমদি মহাকপু থিবক্লিবসি। কবিগুম্না লংলা লংজিন অমতা থিবা ফংদে। নোংমদি ডিসেম্বরগী অঙনবা অযুক অমদা টেক্সি ঙাইনা খবব পানা পানা লেপলিঙৈদা ইখঙ -খঙহৌদনা ঐবু অপনবা পিবকখি।

— "এক্সক্যুজ মি ব্রদবা" খোঞ্জেল অদু তাখিগুম। হন্না যেংথোক্লবদা মাযথোঙ অদু উখিবগুম। ইঙক ঙক্না থোকই। মঙলা তাইবংলা খেন্নবা উবা ফংদে।

"যেস প্লিজ।" শোন্থাংন্না খুম্লুই।

"ব্রদব মৈতৈ নৎত্রা?" অহানবা ওইনা মৈতৈলোল ঙাঙলমই।

—"শিলং সিমক্তদা পোলো বাজাবদা উনখিবদু নৎত্রা?" ব্রাহংদুগী পাউখুম ওইনা ব্রাহং অমা হংলুই। শোযদ্রে হাযবদি খঙলবনি অদুবু ব্রাগী ব্রা ওইনা হংদবা যাদদুনা হংখিবনি। লাংতক্লবনা নিল্লি পুক্নীং থম্মোই অনিমক।

- "মানি। মফমসিদা কবি তৌবা লাকপীবনো?" খোযবপ তৌবা মাগী মবোন্না হংলকই।

কবি খুমগনি? ব্রাহংসিগী পাউখুম ফংনবা শিলংদা লাকখিবনি। বাহংসিমক হংলক্লবসিদা ঐনা কবিবু খুমগনি।

—"ইচে নৎত্রা? ইচেদি কদাযদা লৈ?" খঙনবগুম — মবী অদু লৈনববগুম ব্রা তেনশিন্না হংলুই।

মহাক ঐঙোন্দা মুন্না অমদি ঙক্না যেংদুনা লৈ। মদুমক্না মাগী পাউখুম ওইববগুম কবিমত্তা খুম্লক্ত্রে। "ইচেগী মিং তুলসি পুজাবি। চুম্রা?"

মাগী মিৎযেং হান্নদগী হেন্না চুংশিল্লকই। অদুগা যাম্না তপ্না লৃম্না হাযবকই

— " ঐনা শিলংদা লাক্লিবসি ইচেগীদমক্কি।"

— " হাযবদি?"

— "ব্রদবনা ইচেবু কবিনি হাযনা খনবিবগে?"

— " ইচেদি ঐগী থবাযর্মক্লি। থব্রাযনা থব্রাযবু কবম্না খনবা হাযবা অমমক লৈববোই। মসিমক ইচেগী মিৎযেংনা কবিগুম্বদা ঐবু মীনমদ্রবা মহাকসু খঙফম থোকই।"

— " মদুদি ইচেগী থম্মোইতনা খঙজগনি।"

— " ইচেবু কদাযদা লৈবগে?"

— " ইচেবু উননীংব্রা?"

— "উননীংবতা নত্তে। পুন্সিচুপ্পা মাগা মোমোন নোর্কমিন্নগনি। নুংঙাইবা বাবিতনা ইচেগী-ঐগী থম্মোই থলহনগনি। নুংশি-নুংশিবা বাবীনা মা ঐগী সংসাব অমা শেমগনি। নুংশিবা সুবগী ইপোম্না থলহনগনি মাগী থম্মোইবু। মাগী ব্রাবীদা ঐনা লুপকনি। মাগী নুংশি-সুবগী ঈচেলদা ঐনা তাউগনি।"

—"পুম্নমক অদু ওইথোকখিদবসু যাই।"

— "হাযবদি মানা ঐবু খনবীদে, খঙবীদে - অসিবা' কবিগুম্বা ঐগী মিৎযেংনা অশোযবা লৈবমদ্রবা — মাগী মিৎযেং না ঐবু মীনম্লমদ্রবা পুম্নমক অসি ওইথোক্কনি। ওইথোকফম থোকই।"

—" মদুমক থোকপা ওইসনু। মদুগীদমক নুংতিগী ঈশ্বরদা পুক্নীং চেৎনা খুকমজবিবনি।" মাগী ব্রাহৈশিংসিনা ঐবু ঙকহল্লি। মাগী ব্রাঙাঙনা ঐবু থক-থক নিকহল্লি। মদুদা নত্তনা ঐবুসু কবেম্নবগুম ঙাওহল্লি।

—"নহাক্না ঐবু অসুম্না ঙাওহল্লিবা কবিগীনো?"

— "ঙাওহনবা নত্তে, অশেংবদু হাযজবনি।"

—"অশেংবা হাযবদি কবিনো?" ঙক্লপ্না চিং নবা অমগা যাওনা ঐনা হংখি।

—" ঐগী ইচেদি খোঞ্জেলগী শক্তি লৈজদ্রবীনি। খোঞ্জেলগী নুংশিবা ফাউদ্রবীনি। নামা শোযববীনি। লোম্লোক্তবীনি।"

—" কবি! মাবু মবোল থোক্তবা?"

ঐনা মাবু চাংগদবগুম যেংলুই । মাগী মিৎমা পিশাংতনা থুম্নল্লে । অহেনবা পিবাংনা চেন্থবক্লি মাগী মাযথোঙ চোন্না। তৈথোক্কনি হাযবা ফাওবা নীংশিংদনা মানা মথা তাবকই —

—“ ঙসিমক নোংথ ইষ্ট দম-দিফ হোস্পিটালদা ওপবেসন তৌগনি । অবোইবা ওপবেসননি। মসিনা ইচেগী অবোইবা লাইবক লেপকনি।”

মাগী মিৎযেংদি নীংহন্নববা অমগুম লুকথখিবদগী হঙ্গৎলকপা লৈখিদ্রে।

কনাগুম্বনা ঐগী মিৎযেং অমদি ফিভমবু উবম্লবা ঐবু থৱাই যাওদ্রবা মুত্তি অমগুম উবমগনি। ঐনা হৌজিক্তা ভাব তাবকখি —

শিলংদা অহানবা উনখিবা দৃশ্যশিংনা অমদি মাগী অহানবা অমশুং অবোইবা ওইখিবা তেল্লবা চিঠিনা ঐবু কবিসু মীনমখিদে। মাগী থম্মোই অমসুং মিৎযেংনসু ঐবু মীনমখিদে।

*ইবা হৌখিবা তাং ৯।৭।৯৫ ইং*
*ইবা লোইখিবা তাং ১০।৭।৯৫ ইং*

# ওঝা লুখোই

ওঝা লুখোই হেদ পন্ডিৎনি। অবাং খূনৌ জুনিযাব হাযস্কুলগী হেদ পন্ডিৎনি। মমিং চৎলি লাইবিক তম্বীবগী নির্তি নিযমদা, অঙাংশিং লাইবিক পানাংনবা থেম্বগী নমুনাদা। অঙাংশিংবুসু লুনা তৌরী। কবিগুম্বদসু অঙাংশিংব ধমকী তৌদুনা কিহল্লি। মহাক্না শাউশিন্নবদী তশেংনা মৈ হৌনা শাউববা মীশক অমদগী হেন্না মাল্লি। অঙাংশিংগী অপাম্বা খঙনবসু হোৎনৈ। তাকপীবা তম্বীবদা মনীং থুংহৌদ্রবদি পূং তাববা ফাওবদা অঙাংশিংবু ফাবগা তম্বীবা ওঝা লুখোইনি।

স্কুলসিদা হেদ পন্ডিৎ ওইনা পুবকপা চহী অমা মপূঙ ফাবে। ওঝা ওইনা পুন্সি লেল্লকপনা চহী কুনতরুক শুবে। চহী কুনমঙা অমদি অবাপ্পা চীংদা পোষ্টিং তৌদুনা লৈকব্ববনি। খুন অসিদা লাক্লিবসিসু মশানা শেল তীংনা ব্রানোমদুনা লাকপনি। থোযদোক্লা মশাগী কান্নবা থিবগীদমক্তি নত্তে। মাগী মবৈকাইবু খজিক্তং ওইববসু শেমগৎচবা ঙম্লবদি খঞ্জদুনা লাকখিবনি। অমুক্তং হেদ পন্ডিৎ ওইদুনা স্কুল অসি ব্রাংনা থাঙ্গৎলমগে হাযবা মহাক্কি আশাগী মযোল নিংথিনা চেংবা হৌবে। মী অমতবু মহাক্না হন্থনা খনবা লৈতে। মী অমতবু মহাক্না কিবা লৈতে। মসি পুম্নমক মহাক্না পবিং চুম্না অচুম্বগী লম্বী অমা যাৎচগে নীংনা তৌজবা থবক্কী খোঙথাংননি। অদুনা মহাক্না কনাবুসু কিবা লৈবক্তবে। মহাক্না তশেংনা কিবিবদি মহাক মশাবুনি। কবিগুম্বদা মশানা মশাবু থাজবক্তবা ফাউই — মাগী খোঙথাং অসি কদায ফাওবা চুম্না থাং জিনবা ঙমগদগে খল্লুবদা।

ওজা লুখোইগী থাজবা অমসু লৈ। নিশাচাবা অমদি ওক্তবা-ওক্তবীগী শাগৈ মুথৎপা ঙম্লোই। পুক্লীংগী ইথিলনি, লমখাংগী কুম্মৌনি — ঙৈহাকসু ঈবৈ থোকচসনু পুন্সি ঈচেলদা — অসুম্না খন্দোকই। মশামক্তি লম্বীদুদা খোঙদাকবা নত্তে। খোঙদাকনবা শক্তি অদুসু লৈজদ্রবা মীশক অমনি। মী হাযবসিদি মী মানবা থবক খব তৌবম্বদি ফৈ।

স্কুলদা ইন্সপেক্টব লাকপা মতমসিগী চৎনবী ওইদ্রে। কবিগুম্বা লাক্লগদি যাম্না কিনৈ। অবৈবা পুথোক্তুনা পিজ-পিথক্লে, সেবা তৌনৈ। ঙানু মপীগী মতুং ঙানুমচাশিংনা কোইন-ইন্নবগুম স্কুলগী ওঝাশিং, পুম্নমক ইন্সপেক্টবগী মতুং কোইন-ইন্নে। মসিদসু নত্তনা মযুমদা চত্নুনা অথুম-অহাও, ঙাজাউ-শেনজাউ থিন্নবসু হাযজিন্নবা তাদ্রবনি।

ওঝা লুখোইদি পুম্নমক অসিগী ওন্না-তৈন্নবদা খোঙফম অমফাওবা তুংদা হন্দনা লেপ্তুনা লৈবা ঙন্বা ওঝানি ।

—"ওজা ইন্সপেক্টব লাক্লে ।" ইপা পাখৎনা ওজা অমনা হাযবৈ ।

—"লাকচসনু, ওঝাগী তৌফম থোকপা অদুমক কাযদনা তৌবীযু। ক্লাস লৈবগদি ক্লাস অদুম চঙবীযু ।" ওঝা লুখোইনা কবিসু নাচুংদনা চীংলেম্না হাযবকই। পাউ পীববিবা ওঝাদু ইঙক-ঙকই। তৌফম খঙদে। তৌফম খঙদ্রিঙৈ, হাযনবিঙৈ ইন্সপেক্টব যৌশিল্লকই হেদ পন্ডিৎকী কা তম্না ওঝা অমা অনিগা কবিনো ঙাঙনবদুনা ।

হেদ পন্ডিৎনা তবাম্না ওকচৈ। ইন্সপেক্টব মপুক্লীংদা ব্রাবৌজে। হেদ পন্ডিৎ তম্না মীত্তা তৌবকই । ব্রাবৌবিবা মবম্না মত্তাক চঙলকপদা হেদ পন্ডিৎনা হৌগত্তবগীনি। অমদি হেদ পন্ডিৎকী মীঙ্গৌদুবু মহাক্লা পেনজদে। লৈবাক মচা তাদে হাযনা লৌই। হৌজিক্কী মতমদদি মখোযদা ওঝা কৌনদ্রবনি । ইন্সপেক্টব বাবু নৎত্রগা ইন্সপেক্টব সাহেব হাযনা কৌনববনি। অদুগীসু মথক্তা হেদ পন্ডিৎনা মহাকপু স্কুলগী গেট তগী তবাম্না ওকহন্নীংবনি । পুম্নমক অসি ইন্সপেক্টবগী মীত্তাদুনা হেদ পন্ডিৎসু খঙই । ওঝা লুখোইগী ব্রাখল্লোনদি ' ঐগী ওফিসতদি ঐঙোন্দগী হেন্না চাউবা লৈত্রবনি। ঐগী এদমিনিসত্রেসন নৎত্রগা কমান্দ ঐতনা তৌগদবনি । ঐঙোন্দগী থাক মঙা তবা হেন্না চাউবা ওফিসাব ওইসনু মন্ত্রিসু ওইসনু মখোযনা তৌবা যাবা নত্তে। ঐগী ওফিসতদি ঐনা নিংথৌনি ।'

— "স্কুলসি ইন্সপেকসন তৌবা তাবি ।" ইন্সপেক্টবনা খোন খবা কল্লপ্না তৌগেদো ঙসিদি যেঙলগেদো কুম্মৈ হাযবগী ইথিলদা চৌক্রিদা হেক ফমথবকই।

— "এ! তৌবিযু, তৌবীযু । মদুগীদমক লাকপীবিবা ওইবিনিদা ।" হেদ পন্ডিৎ বেল খিঙই। পিযন চঙলকই ।

— "চা? শঙ্গোম? কবিনা ফগদগে? "

—"ঐ মদু থকপা লাকপা নত্তে।" ইন্সপেক্টবনা অচেংবা যেংদুনা লাক্লকই। হেদ পন্ডিৎ মমায ঙাংলপ তৌই। স্বব অশাংবা অমা হোন্থবকই। বাখল ফাথজবগা পিওন যেংনা হাযবকই,

– " চৎলো যাবে। চৎলো হাযবদি নঙবু ছুটি পীবে হাযবা নত্তে। ঐনা নঙবু কৌকুবদুগী ওইনা থবক লৈত্রে চৎলো হাযবনি । যাম্না তোযনা কৌবকখিনিকো।"

ওঝা লুখোইনা ইন্সপেক্টরবু ব্রাগী ব্রা নাকোয়ননা অথ হল্লকই। নীংলুবদি মহাক্না পামজবা চাদু কৌরগা মথন্তা থক্কে অসিনি। নাকন্দা লেপলিবা ওঝা অনিদু তঙক-তঙকই। অমনা অমদা য়েংনৈ।

—" করি হান্না ইন্সপেকসন তৌবীগদগে? য়াথং অমতং।"

ইন্সপেক্তর পাউখুম পিবগী মহুত্তা ফুরিংখাউদগী চুরুট মৈখেৎ লৌথোকই অমদি মচৈ অমা লৌথোক্লুনা চমখৎলকই। হেদ পন্ডিৎনা অমুক হন্না বেল খিঙই। পিয়ন চঙলকই। চুমদ্রিং লেপই। য়াথংতবু ঙাইরি।

—" আ: ফক্লাংদগী নো-স্মোকিং গী সাইন বোর্দ তু অমুক্তা লৌথোকউ, কোন্না পুশিল্লকউ।"

— " নহাক্কিসি হেক্তা শিংনরেনে?"

— " ওঝানা হায়বীরিবদু ভাব তাজদ্রে ।"

—"তাররোই, তাররোই।" চুরুট তু লৈবাক্তা থাদবগা খোঙপাক্লা তক্লগা মুথৎ-মুথৎনা চৌক্রিদগী হৌগৎলগা চৎন-চৎনা অশাউবা উৎলপ তৌনা ইন্সপেক্টরনা হুকুম তাউথরকই,

— "হয়েং ঐগী ওফিসতা লাক্কদবনি। ওফিসকী দোকুমেন্টশিং শুনা পুরগা লাক্কদবনি।"

— "করি-করি দোকুমেন্টশিংনো ?"

— " মদুদি নশানা হেদ পন্ডিৎ অমা ওইনা খঙফম থোকই ।" ইন্সপেক্টরনা খোঙফম ফানা মমায় লৈথোক্লগা হেদ পন্ডিৎপু চাগদবগুম য়েংলগা হায়রকই। ওঝা লুখোইনা করিসু নাচুংদনা পাউখুম পীরকই ।

— " অদুমক য়ৌবীরগদি ওফিসিয়েল ওইবা অইবা চে অমত্তং পীবিরগদি য়াম্মা নুংঙাইজগনি ।"

— "মদুগী চপ চাবা পাউখুম নহাকসু য়াম্মা থুনা ফংগনিকো।" ব্রাহৈসিগা লোয়ননা ইন্সপেক্টর শাউবনা মৈ হৌনা স্কুলগী কেম্পস ব্রাংমা লানখ্রে ।

ওঝা লুখোই নীংহন্নগুম তৌই। নীংহন্নবিঙৈ মরকসিদা স্কুলগী ওঝাশিং করি-করিনো মুরুম-মুরুম পঙঙাঙদা ঙাঙনবা মরোলমক খঙদ্রবসু নাকোংদা য়ৌরক্লি। ঐগী রেসপোন্সবু অপঙবা মতৌনি লৌরিবা ওঝাশিংগী পেনজদবগী চোইরোলনি হায়বসিদি ওঝা লুখোই অদুমক অদুম খঙই। চোইরোল অসিনা

মহাকপু অমুক্কা হেন্না নীংহন্নগদৌরিববা'? ওঝা লুখোই ঙৈহাক খঞ্জানৈ। ব্রাখল অমা লাকই। অচুম্ববু থিরকই। ওঝাশিংবু তবান্না কৌশিল্লি।

— "মচাদি অচৌবগী মখাদা লৈগদবনি, লালগে লাল্লু, চুমগে-চুমউ অচৌবনা হায়বা য়াগদবনি হায়বা মতমসিগী চৎনবীনি হায়বা ঐসু চপ-চানা খঙজৈ। পুন্নমক অসি করিদগীনো হায়বদা ঐখোয় খুদিংমক্কী অশোনবা লৈজৈ। ঐখোয় খুদিংমক্কা ইথৌ চুন্না তৌবা ঙমদে। অচুম্বা থবক তৌবা ফৈ হায়বসি নুংদা খনজববসু মিংকুপ অমগী ব্রানি। হেক্তা কাউই, হেক্তা তৌবা ঙমদে। অসিগুম্বা ইশাগী অশোযবা ময়ামশিনা পুন্সিল্লগা অশোনবা ওইরকই। থম্মোই শেংনা নীংহন্নবা লৈতনা ইশাগী ইথৌ তৌগে হায়না চপ চানা লেপ্পবদি মদুদা শোয়বকপদা অচৌবনসু মচানসু ঙাকপীফম থোকই। অদুগা নীংশিংবনসু ফৈ — টু ইব ইজ হুম্যেন। অবানবা অমসুং ঙাকপীবা হায়বা অনিসিগী মবী অসি চুন্না পুবকপা ঙম্নবা ঐখোয় পুন্নমক হোংনসি। মসিবু ঐখোয়না মতম পুন্নমক্তা কাউবীদনবা নীংশিংজবি। মদুতদা ঐখোয়গী খুন্নাই অসি খরদং ওইরবসু থাঙ্গৎপা ঙমগদৌবিবনি। ইন্সপেক্টরগী অশোয়বা ঐখোয়না নীংশিংহনবা ফৈ। ঐখোয়গী অশোযবা ইন্সপেক্টরনা চুমথোকপীগদবনি। মদুগীদমক ইন্সপেক্টর হায়বা ফম অমা সরকাবনা তলব চাউনা পীদুনা থল্লিবনি। ইথৌ-ইশক খঙনা ইথৌ পাঙথোকপদা অপনবা কয়া পীরবিবা মখোয়দুদি অচৌবসু ওইসনু, অপিকপসু ওইসনু ঐখোযগী সমাজসিগী অচৌবা য়েক্লবনি নীংনা থেংনফম থোকই। মসিখক্তনি ওঝাশিংগী মফমদা ঐনা থমজনিংবা"।

ওঝা লুখোই ক্লাস সেভেনগী ছাত্রশিংদা অঙ্ক তাক্লি। থোইদোক্লা পবিক্ষাগা মবী লৈনবদি নত্তে। অদুবু ছাত্রশিংগী মেন্টেল পব্রাব অমদি হৈথোই - শিংথোইবা য়েংলি।

— "৪২৭৯৮ X ৫ = কয়ানো?"

— "ধিরেন নঙ মসিগী অন্সার হাযযু। নঙ অঙ্ক ময়েক হায়বকউ, ঐ ইগে। অঙ্ক ময়েক অমমম ওইনা হাযরকউ। ঐ ইগে। যেত্তগী হৌনা ইয়ুবা নৎত্রগা ওইদগী হৌনা ইয়ুরা?"

— "ওঝা য়েত্তগী ওইনা হাযজবক্কে।"

— "য়েস, ক্কিক, ক্কিক।"

— "জিবো, নাইন, নাইন, ঐইট, থ্রী, ব্রান, টু।"

— "লান্দে নঙগীসি চুম্মী। অদুবু খুৎহোৎসিদি ব্রাখল থেন্না হোৎলি।"

মুন্না তাউ। মঙানা পুবিবা হাযবদি পুবিগদবা মশিংদুদা জিবো হাপচিল্লগা অনিনা যেনবগা মান্নে। অদু ওইববদি ৪২৭৭৯৮x৫ গী অঙ্গাব অসি ওইদগী হৌবগা অমুক ইসি। এনিবোদি প্লিজ? যেস ইযু প্লিজ? ”

— “ টু, থ্রান, থ্রী, এইট, নাইন, নাইন, জিবো।”

— “ এবসোলুটলি কবেক। মতৌ অসুম্না ২৫ না পুবিবা হাযবদি পুবিগদবা মশিংদুদা জিবো অনি হাপচিল্লগা ৪ না যেনবগা মান্নে। ২৫না পুবিববুদি ৪না যেনবনা থুবা হেল্লি, লায়বা হেল্লি। অদু ওইববদি হাযযু, ৮৪৪২৩৫৭ X ২৫ = কযানো ? এনিবোদি? ওইদগী হৌবগা হাযবকউ।”

— “ টু, থ্রান, থ্রান, জিবো, ফাইভ, এইট, নাইন, টু, ফাইভ।”

— “ যেস কবেক।”

অসিগুম্বা থ্রাখল্লোনদা অঙ্ক তাকপীবা হৈববা ওঝা লুখোইনি। থা অনি অহুমলোম অসুম্না যাম্না পেন্‌জনা থরাই যাওনা পুক্লীং চঙনা হেদ পন্ডিৎ অমা ওইনা থবক পুজবিবা ওঝা লুখোইগী পুক্লীং লৈতাহন্দবা পাউ যৌবক্নে। ট্রান্সফাব ওর্দবনি। চীংদা — আ বোঁদিবদা। ইকাইখাঙদগী অমসুং খুন অসিগী ওইবা খবদি তৌবল্লগে নীংবদগী অবৈবা শেল খোমজিঞ্জদুনা অমদি মরুপ-মপাঙদগী পূজদুনা ওর্দব অদু কক্লবা হোৎনজৈ। মন্ত্রি উনজৈ। হৈ - লৈ থুংলবা মন্ত্রিনা হাযবকই —

—“নঙগী ওর্দববুদি কক্লবা তৌববুদি তৌবীগে। অদুবু ইন্সপেক্টবনা যাম্না সেবিঅস ওইনা ইখৎলকইনে। দিসিপ্লিনাবি এক্সন অমগা য়াওনা সসপেন্দ তৌনবা ফাওবা ইখৎলকপনি। মদু নমশিল্লগা দাইবেক্তবনা ট্রান্সফাব ওইনা প্রোপোজ তৌবকপনি। মদুদা ঐনা এসেপ তৌখিবনি। ইন্সপেক্তবদুগা কবি তৌনরুববগে। যান-যানবা তিন্নৌনে। ফবে, হন্দক্কিসিমদি অহানবা কেশ ওইনা যেংবীবগে। ষ্টে ওর্দব থোকপীবগে।”

ওঝা লুখোই জ্ঞান মাঙই। মবকথৎনা মন্ত্রিদা হাযনীংলুবনি অসুম্না,

— “ অদুমক যৌবীববদি সসপেন্দ ওর্দবদু ওইনা পুজখ্রগে।” হৌজিক্তি মতাং চাদ্রে; হাযননবা শক্তিদুসু মাঙখ্রে।

অসুম্না ওঝা লুখোই চহী অনি খবা হেল্লপ শান্তি ওইনা স্কুলদা হেদ পন্ডিৎ ওইনা থবক পুদুনা লাক্লি। মবক মবক্তা নীংশিংদবদি নত্তে অদুঙৈগী মন্ত্রিগী পাউদম।

স্কুলগী ফিভম হিবম খুদিংমক্তা যাম্না ফগৎলক্লে। নিপানশুবা ক্লাসকি পবিক্ষাদসু স্কুল অসিনা চৎলিবা চহীসিদা মকোক মথং অনিমক লৌবে। ওজাগী নুমিৎ অমদা ওজা লুখোইনা অসুম্না ভাষন পী:

—“মবুদ্ধি খব ফত্তবা হৈযু যাদ্রবা, ঙাঙই কান্নদ্রবা, চৈবে খনাউ নাদুনা তোক্লবা, ফুবে খুৎশা নাদুনা তোক্লবা ছাত্রশিংদো — কবম্না মখোযবু তমবিগদগে, কবম্না মখোযবু হৈহনগদগে খনবদা, নৈনবদা অহিং মিৎশেং খাঙজবিবা ওজাগী পুন্সিনি। ওজানা নুংশিজবদি ছাত্র-ছাত্রী খক্তনি। ছাত্রগীদমক মবীমতা মরুপ-মপাঙ পুমকাউ কাউবা ঙম্বা ওজাগী থম্মোইনি। মবী কবিসু থোক্লদবা শকখঙদবা কযাগী মচাশিংদো ছাত্র ওইনা লাক্লবদি থবক্তগী পোথাদুনা উনববোই খল্লুবদা নৎত্রগা মখোযগী তমফম থোকপা তম্বা লোইদনা কাযনবগনি খল্লুবদা মিৎতগী পি ফাউবা চেন্থখিবা খঙদবা ওজাগী পুন্সিনি। অমবোমদা ছাত্রশিং বু হৈহন্নীংবগী বাখল লমজিংনা নাবমনি নাবমলোই খল্লুদনা ছাত্রবু ফুবা ঙম্বা ওজাগী তোপ - তোপ্পা থম্মোইসু পাল্লি। ইকাইবমনি ইকাইবমলোই খন্থরুদনা ছাত্রশিংবু থীনা চৈথোকপা ঙম্বা ওজাগী চিনবানসু পাল্লি।”

মসিনি ওজাগী থম্মোই, ওজাগী মিৎ, ওজাগী চিনবান অমদি ওজাগী পান্দম !

মণিপুবগী বাজনিতিগী মবাইবক পঙফ-ফবা ওইদে। মখোয মশেল যেংশিন্নবদগী, লুচিংবা হোংদোক -হোংজিনগী, শিন্দোক -শিনজিন শোযবদগী, এম এল এ খুদিংমক মন্ত্রি ওইনীংবদগী ইখঙ -খঙহৌদনা প্রজাগী সবকাব অদু মুথৎতু না পি আব থমজিনখ্রে। বাজনিতিব্রালাগী মনুং থিংনা অশোযবা লাকখিবদি কেন্দিদেটশিংনা ভোট কাননবা ইলেকসন্দা যাম্না কা হেন্না শেল থাদনবা — মদুনা কাখ্রবা মতুংদা শেলদু কাহেনবা শেন্দোং যাওনা হজিন্ননব হোংনবকপনা চাউখৎ-খোঙথাংদা যাম্না শাথিনা শোযবকপা অমদি মদুনা তাক্লিবনা সমাজ সেবা তৌগে, নৈবাক অসি কবম্না চাউখহনগদগে খনবা মীওইদী ইযাওমক যাওবক্তবা — পুক্লীংদদি সমাজগীদমক, প্রজাগীদমক পঙখন-খল্লবসু থবকলোমদদি জিবোদগী পঙহেন-হেন্দবা মযাম অসিনা ওইবকপনি। ইশম-শম্না হাযববদা শক্তিগী লালনি, শক্তি মুন্নবনি। প্রজাগী খন্নদ্রবনি।

অসুম্না পি: আব: গী মতমদদি তোপ-বেঙ্ক ওফিসাবশিংসু শক্তি শিজিন্নবকই, শেল তান্নবা লম্বীবোমদা কা হেন্না পুক্লীং চঙশিন্নবকই। অকনবা ওফিসিযেল ওইবা চে অমা ইখৎলকপা অমসুং লনাইগী ওইবা অকনবা শাফুসু পিবমগনি থাজবগা লোযনা ওজা লুখোইগী ট্রান্সফাব ওর্দব যৌবক্লে। মফমনা অথাপ্পা

অমদি অৱাংবা চীংদা। কনানা ককপিগনি হন্দক্তি ওজা লুখোইগী ট্রান্সফাব ওর্দবসিদ্দি?

ওজা লুখোই ট্রান্সফাব ওর্দবগী চেদু যেংলুবদগী ৱা মচেৎ অমতা ঙাঙখিদ্রে। হোযসু হাযখিদ্রে, মাযসু হাযখিদ্রে। ওফিসসু কাখিদ্রে। চীংদসু চক্রে। ইমুংগী মীশিংনা অমদি মবী-মতাশিংনা কবিনো তৌবিসিবো হংই। ওজা লুখোই খুম্বা কৌবদি মবৈখিদ্রে।

মাগা যাম্না লুনা তিন্নজবা ওজা শামুনা মাগী তলব থিল্লকই। মদুসু হোযসু হাযদে, মাযসু হাযদে। সুপ্লগী মিৎ নহাদুনা ওজা শামুবু যাম্না নুংশিনা মিৎলু ইবা চেন্না যেংলকই। মদুগী অর্থ লুনা তিন্নজবকপা ওইববসু ওজা শামুনা খঙখিদগুম তৌই। ইমুং-মনুংগী অঙাং-নুপী পুন্নমক পঙকপতা কপ্লবে। অৱা পোৎলুম পুনবে। অসুম্না থা অনি অহুর্মদি তলব থিল্লকই ওজা শামুনা। মতুংদদি ওজা শামুসু লাকখিদ্রে।

নোংমা ইউনিভবসিটিগী প্রোফেসাব অমনা শবক-লমজাওদা অঙাংশিংনা অঙাওবা অমবু লক্কবীবা থেংনবমই। অঙাওবদুদা নূংনা থাবীবমই, চৈ লংশিল্লমই। অচাপোৎনি চাও হাযদুনা উফুল নৎত্রগা নূংদুম মচা নৎত্রগা উনা-ৱানা চেদা যোমদুনা পিশিল্লকই। অঙাওবদুনা চেযোম অদু হাংদোক্লুনা যেংই অদুগা লাক্লুনা লংথোকই। অঙাওবদু যাম্না অবাম-খৌবাঙবা পোক্লা উই। মতম যাম্না শাংনা নিংথিনা চাবক থক্লক্তবা মাল্লি। কবিগুম্বদসু অঙাংশিংনা মফি পাযদুনা চিঙলি। প্রোফেসাবদু নুংঙাইতবা অমা ফাউবদুনা অঙাংশিংদুবু চৈ থাংদুনা তৌবদা অঙাংশিংদু লোযনা চেন্নখ্রে, মাঙখ্রে। প্রোফেসাবনা অঙাওবদদা হাইফেত্তং যেংশিল্লুই। মদুদা মাগী মিৎযেং অদু হন্দোকপা ঙমদনা যেংদুনা লৈখ্রে। মিৎযেং অদু অঙাওবগী মাযথোঙদগী হোংবা লৈখিদ্রে। প্রোফেসাব জ্ঞান মাঙলুববা মীশক অমনা জ্ঞান লাক্লবগুম তৌবকই। মমিত্তা পংউ-উবা নৎত্রে হাযবা ভাব লাকই।

—"ওজাবু খুকমজবি।" ৱাহৈসি হাযবদুনা অঙাওবদুগী মখোঙ শোক্লা শাংদ্রোং-শাংনা খুকমজবকই। নীংশিংজবকই মতম অমদা ৱাখল চোযববা অঙাওবসিগী পাউতাক কযানা মহাক্লা প্রোফেসাব ওইবকখিবা। অমবোমদা অঙাওবদুনা হামু-হামু মহাকপু অদুমক লক্কবিবনি খন্না হান্নগুম কবিসু থওইদনা, কবিসু নাচুংদনা খুকমলিবা মীশক অদুদা যেংলুবা তৌদনা অদুমক চৎলি। প্রোফেসাবনা অঙাওবদুবু মখুৎ পাযনা নমদুনা চিংদুনা পুখিদুনা মনাক-নকপা হোটেল অমদা পুশিল্লি।

হোটেলদা অঙাওবদুগী মফি মবোল শেমজিনবীদুনা অমদি মাবু পিজ-পিথক্লুনা প্রোফেসাবনা মীযাম-মাঙদা চাউথোক্লা হাযবকই।

—"যেংঙু অঙাওবা ওইনা উবিবা অহল অসি অঙাওবা নত্তে। ঐবু অঙ্ক তম্বীবকপা ঐগী খ্বাইদগী নুংশিজববা ওজানি — ওজা লুখোইনি। মহাকমুক তাকপীবা হৈবা ওজা হাইস্কুলদসু, কোলেজদসু, ইউনিভবসিটিদসু থেংনবক্তে। ভাবত সবকাবনা অসিগুম্বা ওজাশিংবু অখন্নবা ওজাগী মনা পিবিদুনা ইকাই খুম্নবিদুনা অৱাংবা থাক্তা থম্বীবা যাবনি। মদুগী মহুত্তা মদুগী ওন্ন-তৈনবদা ওজাসিগী মোবেল হাৎপীদুনা মবম চানা চীংদা মতম শাংনা ওজা ওইরুববা মতুংদা অমুক হজিন্না চীংদা ট্রান্সফাব থোকপীদুনা মোবেল মাঙহনবীখিবদগী থবক থাদোক্লদুনা অঙাওবগুম উহল্লিবসিনি।"

ওজাবোমদা ওনশিল্লদুনা অমুক নুংশিনা হাযজবকই,

– "ওজা হঙ্গোইবীরুনু। চাবীযু পূক থন্নবা চাবীযু, অপাম্বদু হাযবীযু।"

ওজা লুখোই মশাগী ওইবিবা ফিভম নীংশিংদনা মহৌশাগী ফিজোল শেংলিবগুম নীংনা তপ্পা যেংখৎলকই। হৌজিক্তা খঙলে — সনাজাওবানি। মহাক্লা খ্বাইদগী লুনা-চান্না তৌর্জখিবা ছাত্রনি। হৈহন্নীংনা তম্বীখিবা ছাত্রশিংগী মনুংদা সনাজাওবা বুনা ইহেন হেন্না খনজখিবনি। মমিত্তগী পিদুম অমা-অনিদং শিন্থবকই। খোঞ্জেলগী শক্তিদি পুন্সিগী ওইনা মাঙখ্রবগুম উবে।

*ইবা হৌখিবা তাং ৭/১০/৯৫ ইং*
*ইবা লোইখিব তাং ১৬/১০/৯৫ ইং*

# রিভোলুসন

অযুক্কী চীন-যা শেঙবা লোইবকপগা মপা চানা হোক্কবনা খবব মঙ্গোন্দা হেক থাদবে। ফ্রন্ট পেজগী কলম অহুমদা মখাগী অসুম্মা হেদিংদা ইবি।

ওইথংবা হেদিং — অন্দবগ্রাউন্দ এক্তিভিষ্ট মঙা খুৎলাইগা কোন্ননা ফাবে। মযাযথংবা হেদিং — ফোইজিংদা শকখঙদবা নহা খবনা মীওই অনি কাপতুনা হাৎলম্লে। যেৎথংবা হেদিং — নমথিলোকতা এক্সত্রিমিষ্টশিংনা খঙহৌদনা এম্বুস তৌবকপদগী পাবা-মিলিটবি ফোঁসকী সিফাই অহুম শিবে। কেপতেন অমা যাওনা তবানিথোই শোক্লে ।

মনিপুরদা থেংনবিবা নীংতম লালহৌনা মাঙওইনবগা চথবিবা বিভোলুসন অমদা তত্তনা থেংনবিবা মকওইবা সমস্যা অহুমগী মযেক লাববা খুদমনি অসুম্মা পাউ-চেনা ইতৎ-তত্তনা ফোঙদোক্লিবসি। সমস্যা অহুম অদুদি হেদিং অহুমনা তাক্লি। হেদিং অমনা সমস্যা অমনি। ঐসু ঐগী ইথৌ হেক কাউবমখৈ হেদিং অহুমথোক্লস ইবিবা ব্রাহৈপবেংশিং অদু হেদিং অমগা হেদিং অমগা অমুক চাংদম্লে। হেদিং চাংদম্লনব্ববদৈ ঐনা অসুমা লেপ্লুই — 'সমস্যাশিং অসি বিভোলুসন অমগী অৱায-অখুমগী পাউখোং নি।' পাউখোং অসি কনানা চল্লিবনো? কনানা ফোঙগদৌবিবনো? ইথন্তা হংজৈ, ইথন্তা ঙকচৈ।

ইমানা চা পীবমই, কবি কবিনো খবসু হাযবমই। চা পীবম্বদুদি খঙলি থক্লিবনিনা; হাযবম্বশিং অদুদি ঐগী নাকোংদা অমত্তা চঙলমদ্রে।

ওইথংবা হেদিংনা পীবিবা অহানবা সমস্যাদা খোঞ্জেল থোক্লা হংলুবা ঙমদ্রবসু নুংদদি, ' কবিগীদমক ইতৎ তত্তনা অসুম্মা ফাহল্লিবনো? কমদৌনা মখোযগী লৈফম খঙখ্রিবনো? কবিনো অশোযবা অমদি লৈবমগনি। অবোনবা পাউ পীবা মীশক লৈবববা? নৎত্রগনা ফাখ্রবা কাংবুশিং অদুদগী মথং-মথং ফাগৎলকক্লিববা?' ব্রাহংশিং অসিগী পাউখুমদি নীংতম্লীংবগী ঈ চেল্লবা মীওই খুদিংমক্লা খোঙতেকপসু ওইসনু, মিৎতাংবসু ওইসনু শোযদনা পান্লমগনি। হংলুবা ঙমদবনিনা কনাদগী পাউখুম ফংগনি। ওইথোক্কবনি!

ওইথংবা হেদিং অদুনা ঐগী পুক্লীং হেনজিন্না চিংশিল্লি। হেদিং অসিনা ঐবু বিভোলুসনগী ঙমখৈ তান্না পুবিবি।

বিভোলুসন অমগী পান্দম লৈগনি। পান্দমসিগী মখাদা ঙাক্লা চৎনসি হায়বা নিযমশিং লৈফম থোকই। নিযমশিংদু ঙাক্লনবা শবিৎ-শবাৎকী ওইবা, হুইয়েন-লালওংগী ওইবা, নুংগী ফিবেপকী ওইবা, খুৎশু-খুৎলাই শিজিন্নবগী ওইবা অসিনচিংবা মখল মথেল কযাগী শিন্থা চঙই অমসুং শিন্থাশিং অসি তঙাইফদনা হৈতবা যাদবনি। শিন্থা অসি যৌদবনবা নৎত্রগা লৈবাক প্রজাদগী শেলগী, পাঙ্গলগী মতেংমক নৎত্রবস নুংগী ওইবা মতেং ফাওবা ফংদ্রববা? কবিনো অশোযবা অমদি লৈবে। লৈবাক প্রজাগী নুংগী ওইবা মতেং ফাওবা ফংদ্রে হাযবসিদি তশেংনা ওইফম থোক্তে, তশেংনা লালগানা। ইতিহাসনা শাখিনি। নীংতম্লীংদনা, নীংতম্বা পামদনা কনা লৈবগে? নীংতম্লবা মচাক অদু থিবখক্তনি অবনা সমস্যা ওইবনসে। বিভোলুসন্না নীংতম্লনবা মচাক অদু পিগদৌবিবনি অমসুং নীংতম্বা পুনকদৌবিবনি। বিভোলুসনগী খোঙথা শোযনা যাদে। যাম্না কুপ্না লৈনবা নংঙৌ তায। নীংতম্বা পাম্লিবনি হাযদনা লৈজবা খৎলাই পাযদুনা অমদি পাঙ্গল পুখোঙনা যেক্লবনু তেঙ্গা শিংনবা নৎত্রগা হাক্তোকপনা বিভোলসনগী অশেংবা খোঙথাংনি হাযবদি হাযনীদে। মদদি অপঙবা, অঙাওবা অমাদ অযম্বগী মতৌনি হাযখিগনি। অশেংবা যেক্লবা খন্দোকপা অমসুং যেক্লবগী পাঙ্গল অমাদ শক্তি মাঙজৌননা খঙদোকপা হাযবসি তঙাইফদনা মথৌ তায।

বিভোলুসনগী ঙমখৈদে ঐহাক্না উাব মমিৎ ঈ কাববা থৌনা ফববা, পাঙ্গলদি থোকচদববা খুদোংথীবা লিশিং নংলবস খোঙফম অমা মায লৈববোইদবা মৈতৈ পোকপী ইমাগী মচাশিংগী নীংতম্লীংবণী মিৎযেৎশিং। মতেং অমদি পীনীংই, উপায অমদি তাক্লীংই। নীংতম্লনবা অশেংবা উপায অদুদি ঐদি খঙব্রা? ইথস্তা হংজে। পাউখুমদি লাক্তে।

ইমানা অমুক হন্না ইনাক্তা ঙাওলববদা ভাব তাবকই — মিৎলু পিবাং শিন্থগে তৌবমই।

—" বিনযগীদুবু কবি-কবি অনৌবা পাউ তাগেনে? নঙসু খবা চেনবা যাবা হংবা যাবা তৌশিল্লুনে। ঐনদি হৈবা নত্তবনিনা নঙোন্দা হাযবিসিনি। নঙগী মামতোন্না ব্রাবৌখিনিকো, ব্রাবৌহনগনু।"

মহৌশানা কযা ঙাঙগন্দবা ঐগী মতৌবু খঙবা ইমা ঐগী পাউখুম ঙাইবমদনা অদুমক চৎখি। বিনয মামতোনগী মচানি। নুংশিববা ইশেননি। নুংশি-নুংশিনা খাযনবে, শেৎনবে। পুন্সিগী কোক্লবোইদবা অৱাবা ঈপাক অমদা লুপলিবনি। অদুবু মবক-মবক্তা ঐনা নুংশিনা শোন্দবদি নত্তে — " বিনয! থৌনা ফববা মৈতৈ নোংশা! যেক্লবগী লাংদা থুখ্রবা ইশেন! নঙগী নুংদা মতমলৈবা খিবিক্তা

শান্তি লৈযুকো। মিৎলু পিবাং শিন্থবক্কনু, কবিগুম্বদা নীংহন্নগে খনগনু। ব্রাখলগী লংলা লংজিন থিযু। ইমা লৈবাক্কীদমক্তা ব্রাববসু ব্রানা হিংখোকো। মতম লাকখিনি, মতম্মা নহাকপু আর্শিবাদ পিবখিনি।"

মমাতোনগা ইমাগনা অবৈবা উপায শিজিন্নদুনা জেলদগী লৌথোক্লবা তৌসি, খঙ-হৈববা উকিলশিং তান্নৌ, পুলিস ওফিসাবশিং উনৌ অসিনি নুংতিগী ঐঙোন দা হাযবিবসি। লৌথোক্লবা মতুংদা সবেন্দব তৌহনসি। অমবোমদা সবেন্দব হাযবা ব্রাহৈসি বিনযগী অশাউবী খমথেংবীনি।

নোংমা থেংলবা অহিং অমদা বিনয লাকখি। অহিংদু ঐগী যুমদা লেকমিন্নখি। ব্রাবী কযা'মা শাখি। অবায অখুম তৌনখি।

—"বিনয নঙনা তৌবিবসি ইবাইদি কযা যানীংদে। যাম্না কা হেন্না খোঙ থাংজিন্দ্রিঙৈদা হন্দোকহৌবনা ফবোইদ্রনে?"

—"ইবাই মক্লা অদুম্না হাযবিবর্বদি মতুংদদি চঙ্জফম ফাওবা ফংলোইদৌবি। যাম্না খল্লবা মতুংদা খোঙ অসি থাংজিনখ্রবনি।"

—"ফবেনে নখোযগী পান্দমবু ফংগদৌবিববনে?"

—"মীওইবগী পুন্সিদা পান্দম ফংনখিবা মী কযা লৈখ্রবগে? ফংবা-ফংদবনা তোংঙানবা বাফমনি, পান্দমদুদি তান্দবা যাদে। অদুগা 'নখোযগী' হাযবা ব্রাহৈদু শিজিন্নবিগনু। 'ঐখোযগী' হাযবিযু। 'ঐখোযগী পান্দম' হাযবিযু। ঐনা খবা তৌজবিবসি ঐ খক্তগী নত্তে। ঐখোযগীনি, ঐখোয মৈতৈ ঐখোযগীনি ইমা লৈবাক মনিপুবগীনি।"

বিনযনা চুমখ্রে, ঐনা লালহৌবে। ঙাঙনবা যাববোই হাযবা ঐ খঙলে। ঐদি পাঙদবনি। থৌনা ফবা বিনযনা হেল্লি, মবৈবাক মজাতি নুংশিবা বিনযনা হেল্লি। অদুবু ব্রাবীদি শাহৌদবা যাদে। মহাক্কী পুক্লীং ব্রাখল অনিমক কদাযফাও যৌশিনখ্রবগে হাযবসিদি খঙহৌবা ফৈ। বিনযনা ব্রাবী হৌবকই —

—"ঐনা তৌজবিবা খবসি ঐগী কান্ননবা শরুক মচেৎ অমা ফাওবা যাওদ্রবনি। ঐতগী ব্রা নত্তে। ঐখোয অমত্তা ওইনা খোঙফম অমা ফাওবা হন্দোক্লগুমসি হাযনা ব্রাশক্লখ্রবনি। তঙাইফদ্রবদি থব্রায ফাওবা কখোক্কনি। ঐখোয মৈতৈ হাযবা জাতি অসিদি মৈহৌবোন্দগী হৌনা মীখা পোনবা হৈনবক্রুবা জাতিনি। ঐখোয মখোযগী শেংলবা ঈবেম ঙাক্তনি। ঐখোয কবি তৌবগী মীখা পোনগদৌবিবনো? ঐদি মীখা পোনবা পামদে। মীখা পোন্দুনা লৈগদবগী শরুকপুদি শিখিবনা শরুক চামা হেন্না ফৈ। ইবাইবু মীখা পোন্না হিংবসিবু নুংঙাইবিববনে?"

ঐ ঙক্তমক হায। মহাক্না ঙৈহাক লেপ্লক তৌবদুনা মখা চংখবকই।

— "কনাগুম্বশিংনা হাযবা ঐখোয তাদবা নত্তে মদুদি — ঐখোয ভাবত্তা তিল্লম্বগী চাউখৎপগী মঙাল উবিবনি, ভাবত্তা তিল্লমদ্রবদি হান্নগী হামু-হামু ফি শেৎপা হৈতনা অদুমক লৈবমগদবনি। লাইবিক লাইশু তম্বদি লাইবদনা, ইশাগী আয লৈতবনিনা চানিঙাই, শেৎনিঙাই ফংদদুনা যাম্না অৱাবগী মশক ওইবমগদবনি। মসি ককপা যাববোইদবা বাফম ওইববসু ঐখোযগী পান্দমগা মরী লৈনদে। ঐখোযগী পান্দমদি নীংখাতম্বনি। অদুগা বাফম অমনা পৃথিবিদা কবম্বা জাতিনা চানি ঙাই, শেৎনিঙাই লৈতদুনা জাতি অদু মুৎখিব যাওববগেনে' ঐখোয বৃটিষ্টনা খুদুম চন্দ্রিঙৈগী মমাঙদসু অদুম চাবমই, শেৎলমই। মবম মযাম অসিদগী ঐদি হাযজবি, ঐ খোঙফম অমা ফাওবা হল্লবোইদবনি। সবেন্দব হাযবা বাহৈদু ঐগী ওইবা দিক্সনাবিদা যাওদে। মী ওইনা পোক্লবদি পুন্সিগী ওইবা চঙশিল্লুবিবা-থাংজিল্লুবিবা খোঙথাং অদু ফনা যাম্না লানবা ওইসনু হল্লবোইদবনি। মদুগীদমক্তদি সবেন্দব তৌবোইদবনি। হাযবিবসি ঐতগী না নত্তে, ঐখোয খুদিংমক্কী লেঙদ্রবা ফিবেপনি। কবিগুম্বা লাইবক থীদুনা য়েক্লবনা ঐবু হাৎখ্রবা মদুগীদমক পিবিক অমা ফাওবা শিন্থবীবক্কনু। মদুগী মহুত্তা ইবাইনা ইবৈবাক ইজাতিবু নুংশিববদি ঐগী ইহুৎ শিন্নবা মবৈবাক নীংবা ঐগুম্বা অমা থাজিনবীবকউ। কবিগুম্বা য়েক্লবগী খুত্তা লাঙ্গোই চনখ্রবা, মখোযদা হাযজদুনা, নোনজদুনা সবেন্দব তৌনবদি শিনবীবক্কনু।" ঙৈহাক লেপ্লুববা মতুং, মহাক্না মখা অমুক তাবকই,

—"চুস্মী, ঐখোযগী পম্লুং, অসি ফংবদা খবদি ৱাগনি। অদুবু ঐখোয অমা শিখ্রবসু ঐখোযগী সুবোন অমগী হাক্তক্তদি ঐখোয শোযদনা নীংতম্বা ফংগনি।"

পিক্লবা দাযিত্য মচা অমা বিনযনা ঐঙোন্দা অসুম্না শিন্নবমলি। মসিগী দায়িত্য ফাওবা লৌনীংদ্রবদি ঐ অযম্বনি, পাঙদবনি, মবৈবাক নুংশিদবনি। অদুগীসু মথক্তা বিনযনা হাযবম্বশিং অসিনা মবম ওইদুনা মামতোন অমদি ইমাদা জেলদগী লৌথোক্লুবগা কবিসু কান্নবোই হাযনা পল্লিবনি। মদুনা হেন্না মাগী পুন্সি লোইখিনবা মচাক ওইগনি হাযনা ইতৎ-তত্তনা পল্লি। অদুবু মচা ওইবগী নুংশিবগী ঈচেলনা কনখিবনা ঐগী ৱাবু ঈচেল্লক্তা লাকহক্তনা ঐবু হেক-হেক মামতোনগা লোযননা বিনয লৌথোক্লবা হোৎনবদা কান্নববোইদবদা মতম মাঙহল্লি।

বিনযনা শিন্নবম্বা অসিনা মবম ওইদুনা ঐবু ইতৎ তত্তনা বিভোলুসনগী ঙমখৈদা পুবি অমসুং বিভোলুসনবু যেংলি অমদি নৈনবি। ঐদি পাঙদবনি, পাঙদবনিনা ঙমখৈ লান্না চাঙশিল্লবদি ঙমদ্রে। অদুবু বিভোলুসনগী মঙদি অদুমক মঙলি।

মনিপুরগী বিভোলুসন কবিগী? মনিপুরবু ভারতগী তোংঙান্না তাখিনবা বিভোলুসননি। অদু ওইববদি অমুক্কসু হৈনা থিজিনবা মথৌ তাবিবদি ভারত অমসুং মনিপুরগা লমিৎ তুমিৎনি। ভারত্তা জাতি কয়া লৈ? অমদি মনিপুরদা জাতি কয়া লৈ? বাঙ্গংশিং অসিগী পাউখুম ওইনা অপুনবা ভারতকা শক্তমদা কাযবক্লিরবসি পনজাবনা পন্‌জাব লেন্দ নৎত্রগা খালিস্তান অমা শেম্বা পানত। মতৌ অসুম্না তামিলনসু, কাশ্মিরনসু, আসামনসু অমাদ অতৈ জাতি কয়া'মনসু মখোয় মখোযগী ওইবা ভারতগী তোখাযববা লৈবাক অমমম থমনাংউ। মৈতৈসু কংলৈপাক নৎত্রগা সনালৈবাক অমা ওভাইফদনা শেমনা বগা ঈচেল অসি মৈতৈ খুদিংমক্কী শিংলদা চেল্লিরবনি। অতৈ পাংলিগা মৈতৈনা খেন্নানবদি মনিপুরদি ব্রিটিষ্টনা ভারত থাদোক্লিরিঙৈগী মমাঙদা ভারতকি স্টেট নৎত্রগা টেরিটোরি নৎত্রগা প্রোভিন্স অমা ওইবমদে। মসিদি ককপা যাদ্রবা বাফমনি। অমবোমদা ব্রিটিষ্টনা লোই চন্দ্রিঙৈ মমাঙদা নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদা নাগা কুকি অমদি চাংমী জাতি কয়া অমা মৈতৈ নিংথৌগী মখাদা লৈবম্মী। হৌজিক কবিগুম্বা মনিপুরনা নীংখাতম্বা তাববদি নাগা কুকিশিং অসি মৈতৈগী মখাদা লৈযু হাযবা যাখিগদবা? নৎত্রগা অপুনবা মনিপুরগী ওইবা লৈবাক অমা শেম্বা যাবগী ওইথোকপা লৈবিববা?

বাহং অনির্সিদি বিনযগা অবোইবা উনবা মতমদুদা হংহৌদে। অদুগা বাহং অসিগী পাউখুম কনানসু পীনাংদ্রবা অমদি পীনা ঙমদ্রবা অদু ওইবগদি বিভোলুসনগী থাংজিনখ্রবা খোঙথাংশিং অবানবা ওইবোইদ্রা? বিনযা নঙোন্দনি ঐনা হংলিবসি? নঙদি খুম্লক্কবোই। লাল্লুববা খোঙথাং, ওইববসু হন্দোক্লবোইদবা বিনযনি। বিনযনা খুমদ্রবসু বিভোলুসনিষ্ট খুদিংমক্তা বাহং অসি হংলি? বিভোলুসনগী খোঙথাং অমা ফাওবা থাংজিন্দ্রিঙৈদা নৈনগদবা বাফমদি ব্রাহং অসিগী পাউখুম নৎত্রা?

মযাযথংবা হেদিংনা অনিশুবা সমস্যানি। সমস্যা অসিনা তাক্লি খুৎলাই পাযবা নহাবোলশিংগী মবক্তা মবৈবাক্কী ওইনা খুৎলাই পাযদবা, লনাই ওইজবা থিবগীদমক খুৎলাই পাযবা নহাবোল কয়া'মসু লৈবে। অহানবা থাংখিবা খোঙথাংদি অচুম্বা ওইবমশনু, হৌজিক্তি চৎহৈদ্রবা লম্বী অমদা খোঙথাং কয়া কা হেন্না থাংজিনখ্রবা নহাবোল কয়া'মা লৈ। মখোয় বিভোলুসনগী মকুম থুপ্না হিংলি হাযবদা হাযমনবা থোক্লোই। কনানা অবাবা মৈতালনো, কনানা

অশিবা মৈতালনো মবিক চুম্না খন্দোকপা তঙাইফদবা মথৌ লাক্লবনি। মসিগী সমস্যা অসি লোইশিনবা ঙমদ্রিবমখৈদি নীংতম লালহৌগী মায়পাকপগী মঙ মঙলুবা মঙলাক্লদুনা তোক্কনি। সমস্যা অসি লোইশিনবা ঙমদ্রিবমখৈদি য়েক্লবশিংদগী তুমিন্না লাপথোক্তুনা পাঙদবা অমগুম লৈখিবনা হেন্না অফবা ওইগনি।

"করিগীদমক খুৎলাই পায়রুরিবনো হায়বা ৱাফমসি কুপ্না খন্নবা মতম লৈবা খিবিক্তা নীংশিংবা মথৌ তায়। ঙৈহাক্কী ওইবা পুক্নীংগী ইথিলদা খুৎলাই অদু শিজিন্নরুরবদি নোংমা নৎত্রগা নোংমদি অদুগুম্বা খুৎলাই কযানা অমুক হন্না ওনশিন্দুনা চাবক্কনি।" ৱাফম অসিদদি ঐ থৌনা ফরি। ঐ থৌনা ফনা লাউবা ঙমগনি, মীপুম খুদিংবু তাহনগনি, প্রজা খুদিংগী থম্মোইদা ৱাফম অসিনা নিলহনগনি।

হায়নরকপদৈ, তম্নরকপদৈ খঙবা খবনা-করিগুম্না পেন্দবা খবদৈ, ইমুং-মনুংদা ওইরবসু, তিন্নজরকপা মরুপ-মপাঙদা ওইববসু, অমদা ওইববসু মদুগুম্বা পেন্দবদুনা মরম ওইদুনা তৌফম খঙদদুনা রিভোলুসনগী মিং শিজিন্নরকপদি রিভোলুসনবু মশক থীহনবা তাগনি। মখোয়দা খুৎলাই শিন্নদ্রিঙৈদা বিভোলুসনগী পুক্নীংগী ফিবেপ য়াওববা অকুপ্পা অমসুং অরোনবা শিন্থাশিং য়াম্না কুপ্না তম্বীবা কা হেন্না মথৌ তায়। রিভোলুসনগী মিং শিজিন্নদুনা নুংঙাইনদবা অমদগী মী অমবু হেক হাৎপদি বিভোলুসনগী পান্দমবু লাপ্না পুথোকখিনবগী মচাক অমদুম ওইরক্কনি। হাত্তোকপিরম্লবা শিখ্রবা মখোয় খুদিংমক মরাল লৈরবা ঙাক্তনি হায়বসিদি হায়মনবা থোক্কনি। অহিংবা মরক্তা ঙাকপীফম থোক্তবা অচৌ-অচৌবা মরাল কয়া লোৎলগা অচুম্বা শাদুনা মরৈবাক নীংবা ওইনা মীওই কয়া লৈরম্বসু কনানা খঙবা। পুম্নমক অসি রিভোলুসননা থিজিন্দুনা মী অচংবা, মী অহাম্বা মমুৎ তানা খন্দোকপা মথৌনি। রিভোলুসন্দা মী অহাম্বা য়াওবা য়ারোই। রিভোলুসন্দা য়াওরিবা অহাম্বা মীওইশিং অসি মমুৎ তানা খন্দোকপা লোইদ্রিবমখৈদি নীংখাতম্বগী শাগৎলিবা রিভোলুসনগী খোঙথাং অসি অমফাওবা থাংজিনফম থোক্তে। মসিমদি পাঙদ্রবা ঐনা থৌনা ফনা হায়বা ঙম্মী। পাঙদ্রবা ঐসু ইরৈবাক নুংশি।

অসুম্না ঐ মঙ কয়া মঙলি। অৱায়-অখুম কয়া তৌরি। অচুম-অরান থিরি ঙমখৈদগী রিভোলুসনবু য়েংলদুনা। স্বর অশাংবা অমা হোন্দোক্লি।

খবরগী য়েৎ ইথং থংবা হেদিং অদুদা অমুক হন্না ঐগী মিৎয়েংফম ওইরি। মখা তানা পারুদে। হেদিং অদুনা অদুমক য়ারে। য়েক্লববু হাৎপদি ঐখোয় পুম্নমক্কী ইথৌনি। থম্মীংলিবা ৱাফমদি কনা-কনাবু ঐখোয়গী য়েক্লবনো? মখুত্তা মখল-মথেল কয়াগী নোংমৈ পায়দুনা অহিং-নুংথিল খঙদবমখৈ, চাব -থকপা

মতম নাইদবমখৈ কোযচৎ চৎলিবা সিফাইশিং অদু বিভোলুসনগী যেক্লববা'? নত্তে! মখোয লৈবনা খুবৌ খব থাংলম্বদি যাই। অদুবু মখোয বিভোলুসনগী যেক্লবা নত্তে। মখোযদি যেক্লবনা থাবকপা বোবোট মখল অমনি। অসিগুম্বা বোবোটশিং অসি যেক্লবগীদি লাক্ষ লাক্ষতা লৈখ্রবনি। মখোযগীসু মযুমদা মমা মপা লৈ, নুপী অঙাং মচা মশু লৈ। মখোযনা মখোযবু নুংশিফম থোকই। কবিগী নুংশিদনি। নুংশিবনা পুদুনা মখোয বোবোট অমগুম বিভোলুসনগী লালবূং মৈত্রবাক অসিদা যৌবক্লিবনি। মখোযনা অতৈ কবিসু খন্দে। থাগী তলব, থাগী শেল শোযবীদবা। মদুনা মখোযগী লাপ্না তাম্না লৈহৌববা জিব কযা অদুগী জিবিকা ওইগদৌবিবর্বনি। নৎলমদ্রবদি মখোয মৈত্রবাক অসিদা যৌবক্লমদবা যাই। অদুদি ঐখোযগী অশেংবা যেক্লবদি কনানো? অশেংবা যেক্লবদি বোবোট শিং অদুবু কন্ট্রোল তৌবিবা দিল্লি অমসুং মনিপুবগী মকোক মথংদা লৈবিবা অচৌবা ওফিসাবশিং, মন্ত্রিশিং অমদি এম এল এ শিংনি। মখোযবু দন্দি পিগদবনি। মখোযদা চৈনা অমগা লোযননা বিভোলুসনগী মমিশিং তাহনগদবনি, উহনগদবনি। তঙাই ফদ্রবদি হাযবা ইন্দ্রবদি মীনাই যোহ্লিংগী লমনবু থবাযনা শিলহনগদবনি। অসুম্না বোবোটশিং অসিবু কাম্থোক্লা চৎলগা হকথেংননা মকোক মথং ওইবিবা দিল্লি অমসুং মনিপুবগী ওফিসাবশিং অসিসু পাবা তম্বীবা মথৌ তায।

বিভোলুসনগী লনগৈ অমদি শক্তিশিংগীদমক্তদি বোবোটশিং অসিবু খুদুম চল্লগা নোংমৈ, গ্রেনেদ, বাযাবলেশনচিংবা লৌবর্নদি বিভোলুসনগী অশেংবা অমদি অচুম্বা খোঙথাংনি হাযনা লৌফম থোক্তে। বিভোলুসনগী লনগৈগীদমক্তা শেনে ়ং চাউনা ফংলিবা কাববাব্রালাশিংদগী, শেলদ্যাক মমিত্তা উববা, কবপসন্না লাইচুববা ওফিসাব কযাদগী ঠীকাদাব কযাদগী খাযগদর্বান অমসুং নমদুনা লৌগদবনি।

ঐহাক বিভোলুসনগী লালবূং যৌশিনখ্রে। লালওং শিল্লি। লাল তৌনবি। থৌনা ফনা লাল তৌনবি। শেন্জাও পাযবা ইমুং কযা কযা চঙদুনা শেল নিবি। বিভোলুসনগী ব্রাবী তৌবি। মতেং পীবিনবা ভাব তাহল্লি। ওইবা-ওইদবগী বা মখোযনা হংলি। মদুগী পাউখুম পীবি —

—" ওইবা ওইদবা, মায-পাকপা পাক্তবা মদুগীদি তোংঙান্না থমখিসি। তৌবিবশিং অসি ঐখোযগী তৌফম থোকপনি, তৌদবা যাদবনি। মসিগীদমক পাঙ্গল, শেল অমদি থম্মোই নিজবখক্তনি। ভাবত্তগী বৃটিষ্ট তাম্থোকপদা চহী কযা চঙখিবগে? মী কযা শিখিবগে? লিদব কযা যাম্না লৈখিবগে? লিদবশিং

অদু অমগা অমগা মত খেন্নজরবসু পন্থুংদি অমত্তা ওইখি। মসি নৈনফম থোকই। মসিদগী মতুং তারক্লিবনা ঐখোযগীসু রিভোলুসন মথৌ তায়। যাওল্লুপ কয়া লাকচসনু, মত কয়াসু পিসনু, পন্থুংদি অমত্তনি।"

ঐ লাল চৎলি। অকনবা লালফম কয়া-কযা চঙদুনা ঐ লাল চৎলি, লাল তৌনরি। দিপার্টমেন্ট কয়া কয়াদা মী কয়া কয়া থাদুনা পাউ লৌবি। অমমবনা কুপখ্রবশিংনা কনা কন্নানো? অঙানবা উনীংবনা কনা কন্নানো? মৈরি অদুগী লংলা লংজিন উদবনা পাঙ্গল থোকচদ্রবা মখোয়গীদমক ঐ কপলি। পাঙদ্রবা মখোয়শিং অসিসু ইমাগী শেংলবা মচানি হায়না ঐনা থৌনা ফনা লাউরি —

—"মানি ঐখোয়সু ইমাগী মচানি, নোংমা নৎত্রগা নোংমদি ইমাবু মোমোন মীনোক্লা থলহনগনি!"

—"কবিনো নঙবু ঙাওববরনে? নথন্তা চোয়রোল লোল্লিবদুবু? চৎলো থৌরাং তৌরুরো। পৃং মাপল হেনখ্রবনি।"

ঐ ইঙাও ঙাওই। হৌজিক্তা জ্ঞান লাকই। ঙাঙলিবদুনা মামতোন্নি। ইংথম অয়ুক্কী ফিজাও অদু অদুমক ইল্লদুনা ঐহাক খবরগা কোন্ননা ফল্লমলি। মায়থীববা লানমী অমগুম লালবৃংদগী ঐ চেল্লক্লে। লালবৃংদা ঐনা বিনয়বু থিখি অদুবু মহাক্তি লালফা ওইদুনা হান্ননা লৈবল্লে। থব্রায়গীদমক্তদি কনাদসু হায়জররোয়দবা বিনর্য়নি। ঐ অমদি করিসু খঙজদ্রবা মামতোনদি মাগী থব্রায নিরুগদৌরি।

ঐনা খঙহৌদনা শোনখি —

—"পুন্নমক অসিদগী খ্বাইদগী পাঙদ্রিবদি ঐনি - ঐখক্তনি!"

*ইবা হৌখিবা তাং ১৬/১০/৯৫ ইং*
*ইবা লোইখিবা তাং ৩০/১০/৯৫ ইং*

# পুন্সি-লন্থী

— "ফিদু অমুক্তা হাইদোকউ।"

— "কবিনো হাযবিসিবু?"

— "কবিনো হাযদি কবিনো, ফনেক্কু হাইদোকউ যেংগে হাযবনি।"

— "হৈমা, কবিনো তৌর্বিসিদে, ঙসাইমথৈ মন্তিক্লবিসে অপান্বা খনজৌ হাযবনে, ফি হাইদোঅগা কবি যেংগে হাযবিনো?"

— "ও! ইবেন্মা মন্তিক্লবদো ফনেক হাইদোঅগা লেপতৌবিব', অপাম-পামদ লেপতৌবিবা। ইবেন্মগীনা যোল্লিবা, ঐগীনা অপান্বা খন্দৌবিবা, ইবাও লাওনা হেক হোবল্লবদি?"

— "হোবা হাযবদি কবিনো, অহোবগীদমক ঐনা চাউথোক্লা লেপকদ্রা' হাইদোক্কে-হাইদোকওই কুশি তৌজৌও।"

— "ফবে, ফবে শিদ্ধ লৈবল্লবদি কমদৌবা?"

— "কবন্বা শিদ্ধনো হান্না অমুক্তা তাকপীবমখোও! মতু মমান কাযদ্রির্বনি।"

— "কবি নুপীনো পোৎপু অদুম্না যোনববো? হাইদোকচববোই, যেংজববোই চৎচবে।"

— "হো লেঙবীবো কবিসু কাযদেযে।"

মিৎকুপ তংখাযমুক্তি ইচিক হেক চিকহ'। থংনবদা ফর্মলিবা লৈবেননা পাখৎচনা শোল্লকই — "ঐদি নশমগকা ফোযনবক্কদ্রা পাখৎলুবে। অদুম্না পোৎ লৈবা লাকপা মীদা হাযবা হৌনদে।"

—"নুংশিদবা শক্তাদো! পেৎ-পেৎ। মশকমক্লা হেলোই অতোন্বী হেক মাল্লদনা। মমাযদু অযেকপা হেক মাল্লদনা। খুলাংখানি হাযবে। মহুৎ মাঙনা ফাও শোল্লে। মদু ফাওবা ফি হাইদোকউগা, যেংগেগা, ঐবু মাগী মীনাইদৌনা হাইদোকনীংলগা মশানা হাইদোকচৌদনা।" ইবেমপীশককী মগুন খঙবী ফিযোনবীশিংদু তুমিন-তুমিন ব্লাবী অমবোমদা থৈদোক্লদুনা মাগী-মাগী মথৌদা মায ওনশিন্নখি।

ইবেমপীশক চহী ৪৫ বোম শুববীনি। জিবিদগী লাক্লগা ইম্ফালদা ফিযোনবা চহী মবী মগুাদি ফাবল্লগনি। পুন্সিদা মমি শেংফাৎত্রবা দাগফম অমনা মাগী পুন্সিবু পল্লেপফম ইখঙ-খঙদনা ইঙাও ঙাওনা লৈহল্লি। ঈপাকথক্কী নৌবেন যাওদ্রবা হিনাউগুম্বনি। কবম্নবু পুন্সি লম্বী লেপলুবগনি?'

ইবেমপীশক অমত্তা পোকচবী মমোমনি পলেম-পল্পৌগী। পল্পৌ ঙল্লা কাযনখি। নীংশিংবগী মমি শেংফাত্তবা মতম মশাগী চহী ৭মুক শুববা মতমদা কাযনখি মাগী পল্পৌ। মতমদু অরাবগী পোৎলুম লৈখিদে,খঙবসু ঙমখিদে। পল্পৌগী নুংশিবা মঙোন্দা মযেক শেংনা তাবা ঙমখিদে। অদুবু মতমদুগী থৌদোক মমি শামি ওইনা উবক্লবা নৎত্রগা নীংশিংলক্লবা মহাক স্বব শাংনা হোন্থদবদি নত্তে। 'ঐগী লাইবকসি থীনা তল্লকইদা' শোন্দবদি নত্তে।

মথোৎ কাবকপীশিংগী মওং মতৌ, মিৎযেং- নাযেং, শাওং-শাদা যেংবগী পেনবা নাইদে। থোইদোক হেন্দোক্লা মখোযদগী চহী লৈশিল্লবা নুপাশিংগী মিৎযেংদনা হেন্না পেনবা নাইদে। যেংদুনতা লৈনীংই। হার্যবিবা মথোৎ কাবকপাশিংগী শুর্নশিং অসি ইবেমপীশকতা অমত্তা চিত্থদনা অদুমক লৈ।

নোংমখক্তি ইবেমপীশক জ্ঞান মাঙলুববা মীশক অমগুম মাগী ফমুংদা লৈবম্বা মথন্তা খঙজবকই। মমাদি নুংতিগী ওইনা অযুক পৃং ৬ লোম তাবদা কৈথেন্দা চৎলি। কৈথেন্দা চাক চাবগা নুমিদাং পৃং ৭ লোম তাবদা হল্লক্লগা মমা-মচা চাক চামীন্নবা, লৈত-লাইবা তান্নবসি নোংমগী লেঙদ্রবা থৌবমনি।

যুম্লোন্নবগী মামতোন কন্থাই নুংতিগী মাগী মযুমদা চা থকপা লাকই। কবিগুম্বা লাক্রুবদি "ও! মামতোন, মামতোন, চা লৈবে লাকও।" অসিনচিংবা ফাওবা তৌনৈ। নুমিত্তুসু মামতোন মহৌশাগুম লাক্লমই। অদুবু মঙোন্দা মহৌশাগা মান্নদবা ফিভমদি —

শেৎলিবা ফিবোল কোম্লমই। মশাদু ইচোক-চোকথৈ। অযুক্তা লিৎখিবা ফুবিৎ অমদি ফুবিৎ মচা নাকন্দা তাদুনা লৈবমই। মহৌশাগা ইমান-মান্নদে। নুপী ওইবীগী অবোনবা মফমশিংদা চৈনাখোনগী শমিন ফংই। ইচিংদা চিংনৈ। কনাবুনো চিংনবিবা? মসিমদি ইবেমপীশক লেপ্পা ঙমখিদে। নুমিৎ অসিনি ইবেমপীশকক্কী পুন্সিগী মমল লেপখিবা নুমিৎ। পুন্সি লম্বীদা অপনবা পিবকখিবা নুমিৎ!

মথংগী নুমিৎ মামতোন চা থকপা লাক্তে। মহাক্লসু কৌকদ্রে। মমা কৈথেন চৎখ্রবা তুংদা হোবে-হোবে চঙলকই।

— "চা লৈবিব্রা? যুমদা ওফিসকী অরুবা থবক অমগী মী লাক্তুনা থেঙদোকখ্রে।"

– "লৈবি।" হৈনীংদনা খুমখি।

— "কৈদৌবে নশা ঙমদবববা ?" মথন্তা চা হৈনা হৈনা কহ্নাইনা হাযবকই।

— "কবিসু তৌদেদা। মামতোনগী ভাবনা ওইবমগনি।" চা থকপা লোইবগা মামতোন চৎখ্রবা মতুংদা মাগী নীংশিংলকপা অমনা —'ঙবাং, ঐনা মোবোক লৈবা চৎলিঙৌদা মামতোন চা থকহৌবা অদুগা ঐ হল্লকপা মতমগা চাননা 'চা হৈবগা থম্বীবল্লবনি' হাযবল্লগা চৎখিবা।'

মামতোনদা চিংনবা মিৎযেং অমদি থমখি। অমুকসু মথন্ত খন্থজে – 'ইপা শল্লবা মামতোন অসিদা অসিগুম্বা চিংনবা ঐনা কাবগী থম্লুবিবনো ? ওইফম থোক্তে। ঐগী অবানবা খোঙথাংনি। মসিনা ওইফম থোক্লবা পুন্সিদ', মীওইবা সমাজদা অমনা অমদা থাজবা থম্বা হাযবসি লৈববোই।' অদুমওইনমক ইবেমপীশক তাংদাংবা অমদি খঙলগে হাযনা লেপখি।

নুমিৎ অদু লাকখি। মমা কৈথেন চৎখ্রবদা মামতোন লাকপ' ঙাইদ্না লৈখি। মামতোননা মাঙ্গোল হেক কাখৎলকপা তাঞ্জা যেংলগা মামতোনদা হাযবকই

— " মামতোন চাদু লোনবীবম্মু। ঐ থুম খিত্তা লৈকখিগে।" মামতোনা চাকশঙ হেক যৌবল্লনি হাযবা তাঞ্জাদুদা ইবেমপীশকসু যেনখাদা লাক্লগা মামতোন না কবি তৌবিবগে হাযবসি কুপ্পা যেংলমই। মামতোন না মাগী চা হৈবগা ডাক্তবগী গুলি অনি মিক্স তৌবগা থকপা হৌবমই। লোযন লোযননা অতোপ্পা চা গিলাস অমসু তুং-মাঙ মী লাকপবা যেংলগা গুলি অনি কুপ্পা তকখাইবগা যানশিল্লমই। গিলাস অনিদুদা যাল্লিবা গুলি অনি অদু মশক মচু মান্নদে। ইবেমপীশক্কী পুক্নীংদা চিংনবা অমদি অকিবা ফাউবমই। মতুংদা মামতোননা চা লোল্লিবা পাত্রগী অহেনবা চাদু হৈদোক্লগা হিদাক যাওববা চাদু পাত্রদদা হৈজিল্লমই। খুৎলৈ থুনা ইবেমপীশক্না মাঙ্গোল তম্না লাক্লগা হান্না মাঙ্গোনদা থৌবাং তৌদুনা থম্লবা থুম মযোমদু পুবগা ইমুংদা চঙলক্লমই। মতমসিদা চা থকপা লোইবদুনা 'চৎলগে ইবেম্মা' হাযবল্লগা মামতোন চৎখি। থৌনাফবী ইবেমপীশক চাংযেং অদু মপূঙ ফাবদি পামখি। পাত্রগী চাদু থক্তুনা মীহুৎখোঙলোমদা লংথোকখ্রে। কবি তৌশিগে মিৎকুপতু খনখি। ফবে থোকঅবা লাক্কনি। ফমুংদা তূমশিন্নদুনা লৈখ্রে।

মিৎকুপ খবগী মতুংদা লাক্লে শাহিংচাবা শা-কহ্নাই' নাশোন পিক্না কোযকুপ কোযকুপ যেংলগা। মমাঙথোঙ লোল্লপ্না থমই, মনীংথোঙসু হাংলপ্না থমই। তপ্না তপ্না চংশিল্লকই, তূমশিন্নবীবী ইবেমপীশক্কী ফমুং তম্না। মযি মবোল তপ্না তপ্না লৌথোকপা হৌবকই। ফনেক্সু থোকপা হৌবকই।

—" ঙসিদি হুবানবা ফাবে।" ইবেমপীশক্না ফুক হৌগৎলগা মমিৎ খানা কন্দাইদা যেংলগা হাযবকই।

খুৎলৈ থুনা কন্দাইনা ইবেমপীশকপু শুপকোন-কোল্লগা 'লাউববদি ঈজ্জৎ মাঙজনি' হাযবকই। ঙৈহাক লাক্ল-ফানববা মতুংদদি ইবেমপীশক্কী মশা পুম্ন মক পুমচোক চোকথখ্রে।

থৌনা ফবী ইবেমপীশক' ঙসিদি থৌনা ফবী ওইখিদ্রে। নুপীগী পঙথবা মিৎকুপ্তু ওইখ্রে। শাদানবগী লাংদা থুববী শজি অমোমগুমখ্রে।

নুমিত্তুগী নুমিদাংদু মমানা থোঙজিন হেক কানশিল্লকপদা 'ঙসিদগী কৈথেল তোকও' ইবেমপীশক্না হায।

" কবি তৌবে ইবেম্মা'" ঙকলপ্না হংলকই।

"ঐনা হার্যাববর্সিনি ঙসিদগী কৈথেল চৎপা শুকযা-যাবোই।" নীংঙমদবা অমদি বাবৌবা খোঞ্জেলদা ইবেমপীশক্না মমাদা বাকৎচবকই। মচাগী মবিন খঙবী মমানা — 'ও, চৎচববোই, শুকচৎ হেক চৎচববোই' খুম্লকই। অশেংবা থৌদোক্কী ব্রাবোলদু মমাদা তমথোকখিবদি নত্তে।

মথংগী নুমিত্তুগী মমাসু কৈথেন কাখিদবে। মদুগা লোযন-লোযননা মমাগী পুন্সি তেনশিল্লকপা ওইখ্রে। নোংম-নোংমগী শোঞ্জিল্লকপনা ফমুংদগী তেনখিদবে। মাইবনা নুমিৎ তমলক্লে। মদু ফাওবা ইবেমপীশক্না মমাদা অশেংবা বাবোল অদু হাযদোকপা লৈখিদ্রে। মামতোন চঙলকপদা ওইদবা মিৎযেং থমখিদে। কনানসু খঙখিদে — 'হুবানবা!' যুমদুদা লৈবিবা হুবানবা! মীগী পুন্সি হুবানবা!

মমা লৌখিদ্রবা ইকুই কুইদনা লৈকাইদা ব্রা-বা লাউনবকই, —'ইবেমপীশক মাঙখ্রে, লৈশাবী মাঙখ্রে। অঙকপনি মতমসিগী লৈশাবী।" মবকসিদা কন্দাইগী থম্মোইদা নীংঙমদবগী মমি তাখিববা' মাগী তৌফম থোকপা কবিনো' থিখিদবদি নত্তে, কনাবু খঙহন্দনা, সমাজগী মিৎযেংবু লোৎচবগা, ইমুং মনুংবু কাউথোক্লুনা ইবেমপীশকপু থিখিদবদি নত্তে। মসি মীওইবগী পুন্সিগী প্রাযশ্চিৎকী খুদম্লা' নৎত্রগা কনা লৈজদ্রবী ইবেমপীশকতা হেন্না মৈচাক হাপকদৌবিবনা'

তশেংনমক কন্দাইগী থম্মোইদা নীংঙমদবা অমদি পেন্দবগী মৈচাক অদুদি লৈখি। অমুক্তং ইবেমপীশক্কী শেংলবা আত্মাদা চঙজদুনা লানখিবা পুম্নমক ঙাকপীনবা হাযজনীংই। ঙাকপীফম থোক্লবা মবাল ইবেমপীশক্না ঙাকপীবক্লবোই খঙনা অমুক্তং মাবু উনজবা পার্মখি। ইবেমপীশক জিবিবামদা লৈবে মযাং নৃপা অমগা পান্নদুনা — অউবনা হাযনবকই; অতাবর্শিংগী মনুংদা কন্দাইদ

অমা ওইবে। সমাজনা চিংনদনবা নমদুনা অচৌবশিংদা হাযজদুনা কক্ষাই জিবিবামদা ত্রাক্সফব তৌবে।

শোযদ্রে খঙলো ইবেমপীশর্কনি যু যোল্লিবা, শা ঙা যোল্লবা ওক্রুবশিংবু সেবা তৌবিবা মতমদুগী ফজবা মাযথোঙ, শাওং শাদাদি অমত্তা হোংলমদ্রি। মহৌশাগী ইবেমপীশক মহৌশাগী অদুম ওইবি — শুপ্পগী মমি শামিববা দাগফম অদু নত্তনা। মদুসু কনাগী মিৎযেংদা উগদবা নত্তে, কক্ষাইগী মিৎযেংদদা উজবনি। বাফম অসি মমা লৈখিদ্রবা মতুং চহী তবেৎ নিপানগী মতুংগী বানি।

যাম্না নীংঙমখিদে কক্ষাই। মাযথীববা, লৌখৎপা যাদ্রব, যেংনীংদ্রবা পুন্সি অমা হাযবদু ওইবে। অমুক্তংদি মতিং ফুদোক্লব হোৎনবকই। অহানবমক্তদ হংজৈ মথন্তা — "কবম্না শক উৎলুগনি ইবেমপীশককি মাঙদা?" ব্রাহং অসিনা কক্ষাইগী কোক্ত হঞ্জিন হঞ্জিন যৈদুনা লৈবক্লি। লেপ্পে, কক্ষাই লেপ্লে — 'কবিশুম্বা অমদি তৌবগে।' * * * * *

—"সোমদা অঙৌবা অনি, খব থুনা মোধ্।"

- "ও! পূজবক্লে।"

—"ইবুংঙোখোযগী কবি তৌজবকখো হাযবনো?"

—"তংখায অমত্তংগা, মঙ্গল অনিদংগা, শা মহিদু খবা হাপ্লিবকপা যাগদবা?"

—"যানি, যানি ইবুংঙো। তাববা মোধু ইবুংঙোহোযগী তংখায অমগা মহি যাওবা মঙ্গল অনিগা।"

—"সোমদা থার্জিং মেৎপা অমখক্তগা ইতৈমা!"

— "যানি, যানি, ইবুংঙো।"

ইবাঙ চেক লাঙই। লাঙফম থিবক্লবদি যু যোনফমসু পিক্তক্লা অমনি হাযনীংই। অমগী ব্রা অমনা তাবা তাদবা অপাম্বা অনীংবা হাযদোকফম যু যোনফমনি, খু থকফমনি। ঙসি হার্যখিবা বা মতুংদা হঞ্জিন হঞ্জিন নৎত্রগা মফমদুদা অমুক হঞ্জিন হঞ্জিন হাযবা যু থকপশিংগী হৈনর্বীনি।

অনি চৎখি, মবী চৎখি হোটেল দ্ মী খর্বাদ চিক্লক্লে। মথন্তা থক্লিবা অহল অদুগা মশাগী খব থেঙগনবা কাংলুপ কাচিন্দা ফন্লিবা অদুদমক ঙাইশিল্লক্লে।

—"ইবেম্মা গ্লাস অমতং হৈবিবকউ। কযাদি তাবীখ্রে?"

—"মসিগা থাবগা ৩৫ তাবে।"

হান্না মমিং খঙলবা অহলদুনা করিসু চিংনবা থমদনা অমুক্কা হংলকই,

—"ইবেম্মা শাউদি শাউবীগনু, ৱা অমতংদি হংজগে?"

—"করিনো তাদ?"

—"ইবেম্মগী মিংসিবু..........।" শেল থাদ-থাদনা।

—"করিনো অহল চাগদবা চাও, থক্কদবা থকউ। মী উৎশিত্তবা তৌরক্কনু ঐসে য়ুম পাল্লবীনি।" শেল থীনা থীনা অমদি শেল হন্দোক্লগা হায়রকই।

—"এ! এ! ওস্তোক্লা লান্না লৌবীরেদা...........।"

—"করিনো লতাম্না! অহল অসিনা চুম্না হংজবসি ফাওবা য়াদ্রবরা? কোক হেক লতাম্না কৌই হায়বা য়াদ্রবরা? গোলডন ক্রীপর হায়রবসু করিসু কায়দে, অহল।" কাচিনগী থেঙগনবী কোল্লুপতুদগী অমনা মখোন ফাইরপ্লা হেক হায়বকই। তাঞ্জাদুদা অহলদুদি শ্বাই লাওনা মাঙথোকখ্রে।

—"করি হায়বা শামু! নঙোন্দা তায়নরক্কনা তোক্কনি। থেঙঙে পূং ৮ তারে, লোইশিল্লসি। পুলিস লাকঅনি ।"

পুম্নমক চৎখ্রবা মতুং, হোটেলসু লোনখ্রবা মতুংদা লতাম্নানা খলহৌই—"অহল অদুবু কনানো? মাগী খোঞ্জেল তাখিগুম......। মাগী মায়থোঙ উখিগুম............।" মসি পুম্নমক হোটেলগী থৌ পুরিবী, থৌ চিল্লবী লতাম্নানা মিংকুপ অমা অনি খল্লুবদু নত্তনা অমুক মথনতা হংজবা শংখিদ্রে।

অসুম্না চহী ৬/৭ হৌখ্রে —শামুগী পুন্সি, লতাম্নাগী পুন্সি, অহলগী পুন্সি, মোধুগী পুন্সি অহোংবশিং কয়াগা লোয়ননা। হৌজিক্তি মোধু চহী কুনমুক ফারক্লে। হোটেল বোয় ওইবদু ইকাইজরক্কুনা তুমিন্না কনাসু খঙহল্লমদনা চেনখরে। শেল খর চেন্নখিবরা চিংনৈ লতাম্নানা। মদুদদি মহাক হিসাব তৌরুদে; মরাইবক থীরবা মোধ্ দু মঙ্গলগী মশক ওইবা ৱাহৈ অমা অনিদি হায়নীংখিবনি।

হোটেল অদু মমাঙৈঙেগুম্না মী য়াম্না চঙবা, পোৎ য়াম্না শিৎপা হোটেল হায়বদুমক্তি ওইখিদ্রে। সেবারীসু লতাম্না অমসুং মাগী নিপানা ওইরে। অদুবু অহল অদুদি নোংমতা কাংদে, হোটেল অদুদা চঙলকই। য়ামদ্রবদা পেগ অমতং ওইরবসু থকখি।

—"ইবেম্মা মমাঙৈঙেদসু চৈবিখি, ঙসিসু চৈবিরকউ। ৱা অমদি হংজগে? অশেংবা অদুদি হায়বীরকউ।"

—"করিনো অহল, করি হংগদৌরিবনে? খঙলবা মিংদু হংগদৌরিবরা?" য়াম্না ইচং থৌনা অহল অদুদা লতাম্নানা মায় ওনশিল্লকই।

—"গিলাস অমতং হান্না হৈবিবকউ।"

মচু ফজববা গিলাসপু লৈতেংলিবা মচু শেংলবা যু পেগ অদু থকপা লোইবকপগী স্ববগী শাজেল অদুনা পিকথবকপগা অহল অদুনা কবিসু নাচুংদনা হংলকই —

—"ইবেম্মগী অতোপ্পা মিং অমগা লৈবিববা?"

মমিং অদুদি অহাঙবা গিলাস অদুদগী হোংবা লৈতে। ঙসিদি লতাম্নানা মমাঙঙৈগুম ঙাইঙমদনা খুমলকপা তৌদে। শংত্রিক শংনা অহল অদুদা যেংলদুনা হাযবকই —

—"অহল, ঙাইখো। নঙগী ব্রাহংদি লার্যবি। ঐগী ব্রাহংসি হান্না খুমখো। নঙগী নমায মৈনা চাকপগী দাগ চাউনা লৈবির্বসি কবি তৌবদা চাকখিবনো? মীগী মপোৎ হুবানলুবগীবা নৎত্রগা মীগী মত্ লাকউবগীবা?"

তাঞ্জাসিদা লতাম্নাগী নিপানা মবক থৎলকই -

—"কবিনো অদুম হাযবা ফববা? থকপা চানা লাকপা মী দা অদুম্না হাযগুমসি। দাদা শাউগনু ঐ থেমগে। দাদা নঙ শাউনুকো।"

অসুক কুইনা শাউবা হৈবক্রুবা, শাউবা উবক্রুবা অহল অদু ঙসিদি নোংশাগুম ইচং থৌবকই —

—"মানি, ঐ মীগী নুপী লাকপা নিপানি, মীগী নুপা হুবদা চার্কখিবা মার্যনি।" মখা অমুকসু শমথবকই —

—"ঐবু মীগী নুপী হুবানবা মীশক্লি হাযবসিদা নঙগী থাজবা লৈবর্বদি নহাক লতাম্না নত্তে! নহাক ইবেমপশীক্লি! ইবেমপীশক!"

ঙহাক ইচিক চিকই। লতাম্নাগী নিপাদুদি মিৎযেং হোংনদ্রিবা অনি — লতাম্নাদা অমুক যেং, অহল অদুদা অমুক যেং ইঙক ঙক্লম্মী। ঙহাক্কী মতুংদা চুংশিন্নখিবা মিৎযেং অদুবু শৎচবগা অহল অদুনা মখা তাবকই —

—"কযা তাবিখ্রবগে?"

—"অসুক তাবম্মনি খনবদু হেক্তা পীবিবম্মু, কবিসু কাযদে।"

—"শাউবিগনু দাদা ৬৫ তারে।"

ঙসিদা নৌহৌননা নীংশিংলকখি ইবেমপীশক পুন্সিগী চেকশিলহৌদ্রবা মিৎকুপশিংদু। খল্লুবগা মদোম বাবৌজে, মদোম কপচৈ থেম্নীনবা লৈতনা।

অমুকসু নীংশিংলকই স্তান তাদ্রিঙৈ কায়নখ্রবা মপাবুং, পুন্সিগী ঙাওববা নোংলৈ নুংশিংনা হুন্নিঙৈ কায়নখ্রবী মমা অদুগা ঙসিনা অবাযবা মপুবোযবা —'মযাং মচা'।

নোংঙাল্লকপদা মহৈ মহৈ ঙাঙনবকই। থোংখাদা অহল অমা শিহৌবে। থোংদগী তাবা মাল্লি। লতাম্নাগীদা হেক হেক লাকপা অহলদু মাল্লি। এগ্রিকলচব ওফিস তা থবক তৌবনি গকাহাযসু হাযনহৌই।

ইবেমপীশক ইপা পাখৎচৈ। থোংখা তান্না পবপ পবপ চৎলি। মীযাম অদুবু শিবিবা নিপাশি ঐগী মবী মতানি হাযনা ইন্থোক্লুনা শিবিবা অহল অদুগী মনাক্তা চঙশিল্লকই। মখুত্তা চেজেৎনা পাযবিবা চেদু ফাক্তোক্লুই। অসুম্না ইবন্মি —

ইবেমপীশক,

মাগী থম্মোইবু অদুক কনববা ঙাকপিফম লৈত্রবা ইবান্নি খঙলবা ঐগী পন্সিনা অমুক্তংদি নঙগী শেংলবা আত্মাবু উজবা পামখি। কবিগী লোৎপিবি কবিগী খঙশিন্নদবনো লংজকবা পাপকি প্রাযশ্চিত ওইনবা ইথন্তা পেট্রোল হৈবগা থাজখিবা মাযনি।

চুন্মি ঐ মাগী নুপী হুবানবনি। বনজিৎ বহাদুবগী নুপী হুবানবনি। ঙাকপিফম লৈত্রবা ইবালনি। ঙাকপিযসু হাযজববোই। মপোক মপোক খুদিংদা নঙগী খোঙনেৎনফম, নঙগী খুযা উফুলদা তাংজনা হিংজবা তুমিৎ কাং ওইনা পোকচখ্রগে। মসিমতংদি পিনবীযুকো।

অবোইবদা নহাক্লা ইবেমপীশক ওইববাদ নহাক বনজিৎ বহাদুবগী নুপা নত্তা নহাক্কি নুপা ওইবগী, যুবিকা অমা ওইবগী শক্তম কনানসু মাঙহনবা লৈতে — শাহিং চাবা ঈখেঙ থকপা শাদু নত্তনা। ঐহাক নহাক্কি পুন্সিবু মাঙহনবা শাদুনি, শা কহ্লাইনি।

নহাক্কি খুযাখাদা<br>শা-কহ্লাই

চিঠি পানা পানা ইবেমপীশক্লা খঙহৌদনা শোঞ্জবকই,— 'নহাক মামতোননি।'

নুমিত্তুমক ইবেমপীশক জিবি থাদোকখি। ইম্ফালদা অমুক হল্লকখি। চৎলমদাইগী পুংজা দা বনজিৎ বহাদুবদা মহাক্লা হাযখি — "নহাক ঐবু বাবৌগনু। অসুক কুইবা চহী ১৪/১৫ সি ঐনা নহাকপু পুন্দুনা থম্বিবে। মদুগীদমক পুন্সিগী শিংলন্নবোইদবা লমন তোনশিঞ্জববনি। ঐ ঐগী পোক্লফম ইম্ফাল শহবদ

অমুক হনবা তারে। ইম্ফাল শহরদা ইশক অসি অমুক হন্না উৎলরোই খনখ্রবনি। অদুবু ঙসিদি ঐবু অসুক কুইনা ঙাক শেন্দুনা থম্বিবন্না জিবিবাম অসিদা ঐগী ইশক অসি অমুক হন্না উৎপা পামদ্রে। নহাক ঐবু ৱারৌগনু। সে লুপা লাক্ষ অমাগী চ্যেকনি। ঐনা হেজ্ঞিন্না লৌবা নত্তে। ঐগীনা শেংগং ওইনা লুপা লিশিং ৬০ য়াওরে । লৎনবা তৌবিগনু।"

কুইরবগী তুংদা ঙসি ইবেমপীশক মিৎলুদগী পিরিক অমা অনি শিন্থুজরকই। মহৌশা শিন্থুখিবা পিবাংগা মশক-মচু মান্নখিদে। ঙসিগী পিবাং অসিনা করম্না মখলগী পিরাংনো?

—"নত্তে! ইচে অদুম্না হায়বিগনু। য়াম্মল্লি শেনফমদু। ঐ লিশিং য়াংখৈদমক লৌজগে। ইচেনা ঐবু অমুক হন্না পোকপিরবনি। পৃথিবি অসিদা হকথেংননা থেংনখ্রবা নুপীশিংগী মনুংদা নুপী ওইবগী আদর্শ ইচেদতমক উবা ফংই। ইচেগা ঐগা চহী ১৪/১৫ লৈমিন্নরকপসিদা অরানবা মিৎযেং অমতং ঐনা থমখিবা লৈরবদি ইচে নঙনা ঐবু অমুক হন্না নীংশিংলক্তবা ওইয়ুকো।"

ঙৈহাক নুংশিরবা ৱাহৈ ৱাতা খর ঙাঙনরবা মতুংদা ইবেমপীশক্না ঙমদুনা রনজিৎ বহাদুরদা লাক্ষ অমগী চ্যেকতু পীরে।

ইম্ফাল জিরিবাম চেনবা নাইট সারভিসকি ইবেমপীশক্না তোংলিবা বসনা ষ্টার্ট তৌরকপদা রনজিৎ-ইবেমপীশক অরোইবা ওইনা বিদায় পিনরকই। শোল্থাংননা রনজিৎনা শোনখিবগুম ইবেমপীশক্না উখি —"ইচে নহাকপু ঐগী নুপীরনে?"

ইম্ফাল য়ৌরবদা ইবেমপীশক শক লোৎকে হায়না অমুক খল্লুদ্রে। ইচম চম্না শাবা অপিকপা য়ুমগা কোন্নবা ইঙ্গোল মচা অমা য়োনবা থেংনদুনা লৈবম্মী। মমা-মপাগী হান্নগী ইঙ্গোলদু নীংশিংলুবা তৌদ্রে। অসুম্না মাগী পুন্সি ফি য়োন্দুনা লেল্লকপনি।

—"ইবেম্মা নঙগীসিনা ফবম্মে। অতৈদি মমল চাউনা হুল্লি । শাউরনু। নচেমক্কি খল্লু। নচেনা পঙঙাঙ ঙাঙউরে। লুপা মঙাখক্তি তারো। ফনেক্না হাইদোকউ হায়জররোই ।"

ৱাহৈদুমক্না ইবেমপীশক্কি মিৎলুদগী কংলবা পিরিক অমা অনিখক শিন্থুখিবদু কনাসু খঙলমলোই। নীংশিংলকই পুন্সিগী লুববা তাক্কক অমা মমাগী পুন্সিগী অরোইবা মিৎকুপ্তা — ইমাগী সংস্কারদি ইঙ্খোল মতোন্দা নপাবুংগী লৈরিবা অসিগী হেক অৱাংথংবদা তৌগদবনি। অতৈ করিসু তৌরক্কনু। পিকপরা, চাউবরা ফুরা মচা অমমম শারকউ। ফুরা অদুগী অকোয়বা মিংশেলনা থারকউ । নপাবুংগী

ফুবাদা শ্রীকৃষ্ণগী মুর্ত্তি অমা; নমাগীদনা ইবেম্মা বাধাগী মুর্ত্তি অমা। শোযবা যাদে। নপাবুংগী যাথং নি কাউগনু। মীগী মবলনা তৌবকপা যাদে। নশাগী নবল অশেংবনি খনবা পোৎশকশিংনা শেল ওন্থোক্লগা কৎলকপদি কবিসু কাযদে।

মমাগী শোবাৎ লোইববা মতুংদা মমানা হাযবম্বা মতুং ইন্না মপাগী মোংফমদা ফুবা অমা, মমাগীদা ফুবা অমা শাবম্মি। পিক্তক্লা শাবা ঙাক্তনি। ফক্লাংগী শরুক অদুনা হাযবম্বা মতুং ইন্না মিংশেলনা কোযশিল্লম্মি। মতুং নিনি লৈবগা ইবেমপীশক খ্বায কৈথেলদা লাক্লম্মি।

—"কৃষ্ণ বাধাসি পুন্না মমল কযানো?"

—"পুন্না ৪৫০ নি।"

ইবেমপীশক মনি বেগতু হাংদোক্লগা শেল থিজৈ । ঙৈহাক খল্লগা হাযবকই --

– "তাথোক তাশিন যাদ্রববা?"

" ফিক্স প্রাইস, ঙস্লগা লৌবিযু।"

ইবেমপীশক হুমাং অনপ্পী কায। মমায ঙাংশং ঙাংই। ঙহাক্তংদুদা অনৌবা থৌনা হাপকৎলকই। অবোইবা শক্তিদা হাযজবকই —

— "লুপা মঙাখক তাবিবা যাবোইদ্রা?"

— " ফিক্স প্রাইস প্লিজ ।"

সেলসমেন অদুনা মুর্ত্তি অনিদু মশাগী যাওবকপা পেকিং অদুদা যোমশিনখ্রে।

নুমিৎ অসিমক্তি ইবেমপীশক্লা জিবিদা চেনখিবা নুমিৎ। ইবেমপীশক্লা খনখি —"ইম্ফাল শহবগী অকোযবদা লৈবিবা উমং ব্রামং, চীংজাউ, উজাউ, চেল্লিবা ভুবেল, শিৎলিবা নুংশিৎ পুম্নমক্লা, অসিদসু নত্তনা খুৎশেমগী ফজববা ফুবা দলান, গাডী, মোটোব, কোসমেটিক কি পোৎলমশিং, ডাক্তবগী হিদাকশিং, স্কলপচবিষ্ট না শাবা মুর্ত্তিশিং পুম্নমক্লা মাগীদমক লেপ্পিদবে ।"

ইম্ফাল জিবিবামগী বসতা তোংমিন্নে পবেং অমত্তদা মযাংমচাদুগা। নহা ওইবি, পাখংসু ওইবমগনি। ব্রা ঙাওনদে, অমনা অমদা খজিক্তা ফোঙনা যেংনবা ঙম্নদবগুম উই। হাযবিবসি জিবিবাম যৌবা ফাওবদনি।

জিবিবাম যৌবে। পন্থুংফম খওদ্রবী, কাযদোংফম লৈত্রবী ইবেমপীশক কনাদা চওজফম থিগনি। উবিগী মপোকনি। তাংজবা তাবনি। কনাদা তাংজগনি? "মনাক নক্লা হৌবিবা উপালদা"— মথন্তা পাউখুম পীজবকই ইবেমপীশক্কী আত্মানা। মসিদা লেপ্লে ইবেমপীশক ।

—"কদায যৌবিগদবনো ভাযা?" কুমথনববা মতুংদা মানা মানা থোকপা চংনবক্লবা মতমদা ইবেমপীশকনা মযাংমচা অদুদা থমখিবা ব্রাহংনি।

ব্রাহংদুগী ওন্না তৈনবদা পাউখুম ওইনা লাক্লি ব্রাহং অমা, "সোমদি কদায যৌবিগদবনো? খুদোং চাদবা যাওববা?"

ইবেমপীশক ঙহাক্তং খুমফম খঙদে। খঞ্জানদুনা লৈ। মদুনদি মশাগী খুদোংথীবদগী ঙাকথোকপা যাবোই। মখা তাবকই —

—"ভাযাদি কদাযদনো? মফমসিদা হোটেলগা ফংলোইদ্রা? ঐদি অনৌবা লাকপনি, ইহান হানবা খোঙচংনি। কবিমতা খঙদে।"

—"ঐসু অনৌবনি, কবিমতা খঙদে। মবীমতা সু লৈতে, খঙনবসু লৈতে। যুমদগী থংনবগা চেল্লকপনি।"

—"মীথুংফম হোটেলদি ফংনিনা?"

—"ফংফম থোকই, মদুগীদি ঐ শিঞ্জবমগে? কদায যৌবিগদবনো?"

ব্রাহং অসিমগী পাউখুমদি ইবেমপীশক লোত্তুনা লৈবক্লি।

—"ঙসিগীদি জিবিদা লৈগদবনি।"

—"হযেংনা কদায চংপ্পিগদবা?"

হন্দকমুক্তি ইবেমপীশক কবিমত্তা খুমদ্রে। তুমিন্না লৈখ্রে। খোঙথাংসু লেপখ্রে। মতম অসি অমম-অঙান শিন্নবকপা নাকন্দা থৈনবা মী মশক মুন্না খঙনবক্তুবা অমম্বগী শকক্লা ঙল্লক্লবা মতমনি।

—"ইচেগী খুদোং চাদবা কবি লৈববগে?" ইঙক ঙক্লদুনা মযাং মচাদুনা চঙশিল্লগা হংলকপনি।

—"ঐগী পল্লেপফম লৈতে। ঐনা চংকদৌবিবসি কদাযদনো ঐ লেপ্পা ঙমদে। পুন্সি লম্বী লম্ফাংনখিবনি। কবিগীনো নহাক্লা ঐঙোন্দা ইচে কৌবিবা?"

—"ইচেনা হল্লমগনি, ঐদি চহী তবাতকক শুদ্রি। মী হাৎলল্লগা চেল্লকপনি। ইচেগুম্বী মবাইবক থীববী ইচে অমগী হাকন্দা ঐ মী হাৎলগা চেল্লকপনি। ঐগীসু পল্লেপফম লৈতে পুন্সি লম্বী কদোমদনো খঙদে।" মতমদু ইবেমপীশক চহী ২৪/২৫ বোম চংলক্লবা মতমনি।

—"কবি মিং কৌবগে? ঐগীদি লতাম্না।" অশেংবা মশক অদুদি লোৎপা হৌবকই।

—"বঞ্জিৎ বহাদুর। রঞ্জিৎতং কৌরবসু য়াগনি।"

নুমিৎ অসিদা লেপ্পখি য়ানবা অমা। ৱাশক অমগী মখাদা লেপ্পখি —"পুন্না হিংমিন্নবা"। সমাজবুনা উহনবা 'মতৈ-মনাউ' ওইনা।

—"ইবেম্মা অমদি তাকপিয়ুদনা।"

মঙলুরবা মঙ মঙফাওনরকপগুম মমায় ফাওবা হাইগৎতনা মরাল লৈরবা মীশক অমগুম অমদি পুন্সিগী চাউরবা পোৎলুম অমা খুদক্তা নন্থরকপগুম ইবেমপীশক্না ফনেক্তু পিরকই। অমদুনা শেল থাদবকই।

—"শুরবরা য়েংবীয়ু।"

—"শুরম্মনি।" সুকথি হেক থিদনা হায়দোকখি।

নুমিৎসিদগী ইবেমপীশক ফি অমুক হন্না য়োনখিদ্রে। মপান থোকখিদ্রে। চাগনি থক্কনি খঙখিদ্রে।

নোংমা অয়ুক অঙনবা অমা ইবেমপীশক মাগী য়ুম মচা অদুদগী থোরকই। শরক লমজাউ য়ৌরক্লে। নোংপোক মায়কৈদা উরিবা চীংলোন কয়াগী চীংশাং পরেংদু তম্না মাগী মিৎয়েং থম্লকই। চৎনা চৎনা মাগী বেগতগী করিগুম্বা চহী অমগী কংলৈপাক্কী মিস বিউটি কনতেস্ট তা মিস বিউটি ক্যুইন তাখিবা মাগী ফোটোদু লৌথোক্লগা মথন্তা য়েংজে। অসুম্না শোঞ্জরকই।

—"নঙগী পুন্সি লম্বী অমমুক লৈরিবরা?" নুমিত্তুদগী ইবেমপীশক কনানসু উবা ফংখিদরে। অনৌবা পুন্সি লম্বী অদু করিবু ওইরিগবা'?

*ইবা লোইখিবা তাং ১৭/১/৯৪ ইং*

# মায়থীরবা শান্নরোই

হৌমিন্নবকপনি, লেঙ্গানি। লাইবিক-লাইশুদা যেংলুববসু ইহেন হেন্নদে। তৌবদবু অমনা তৌনীংবা কুসি-বাসিনি — মদুসু থাক ব্রাংখ্রবা যুম্বানলোন অমগী মপা মপুগী মিৎযেং মখাদা। অমনা লৌশিঞ্জবা, তাশিঞ্জবা — কনাদগী? অকোযবদা লৈবিবা মহাক্লা উবিবা, তাবিবা, থেংনবিবা মযামদুদগী — অফবসু ফত্তবসু — মদুসু খন্দোকফম, খাযদোকফম খঙদনা।

থাক ব্রাংনা হৌবকপা ধনঞ্জয — থাক ব্রাংলবা শিনফম ডাক্তব তম্বগী সেলেক্সন ফংদুনা ডাক্তব তমজবকই। অমবোমদনা লাযব-অনংনা যোম্না হৌবকপা যুগেশ্বব — তিন্ননা হৌমিন্নবকপা ধনঞ্জযদগী মার্ক পংহন হন্দ্রদ্রবসু ইম্ফালগী মমিং লৈবা কলেজ অমদা বি : এস: সি: তমথজবকই। মপুক্লীংদদি নীংজৈ 'অমুক্তুংদি'। অদুবু মঙম ইশান শান্দে। মাযথীহৌই, মাযথীববা শান্নবোইনি।

বি : এস: সি: তম্না তম্না অব্রা-অনং, অফা-অপুন মযাম অমা চেন্নে। তোকথোক্লগে নীংলে। নীংলিঙৈ মবকসিদা মপাবুংসু শিদোকখ্রে। শোঞ্জিল্লক্লবা মতাং অমদা মপাবুংনা তাকপিবম্মি — "ইবুংঙো ইপাদি কুইগদবা মান্দ্রে। মাযথীববা শান্নবোই হাযবদু ওইবে। নহাকথক্তদি মদুমক তাহনগনু ; ননাউশিংসু। থিজিনবা লেপকনু; অফবা ফত্তবা খন্দোকউ। শুবদা ইকাইগনু; অবেমবা থবকনি খল্লু। মীওইবগী পুন্সিদা পাঙ্গলগী মথৌ যাম্না লৈ । অদুমকপু পাঙ্গলনা হিংগদবা নত্তে। লৌশিংনা হিংগদবনি। পুন্সিসিদি অমনা অমবু হন্তনা খনবা মীনাইগুম শিজিন্নবা থৌদোক কযামুক উবক্কনি। ব্রাখল খল্লু, নৈনৌ । হযেংগী থবক ঙসিগী তূন্নমদাইদা খলহৌ, নৈনহৌ, থৌবম শিন্দোকউ। মদুন্না হৈনবী থল্লবা মতম চানা মিৎকপ থোক্কনি, যাহৌ ঙনগনি, পুন্সিদা কৈদৌনুংদা মঙলাক্লবোই। ননাউশিংবু ইবেমখাক্লি খন্না লোযনৌ, তাকপিযু, তম্বিযু। মদুগুম্বা মীশিং পুন্সিদা মাযথীবোই।"

তোকথোক্লগে নীংখিবা বি : এস: সি: তম্বা ঙমদনা তোক্লে। মদুগী ওন্ন তৈনবদা মনাউশিংগী লাইবিক-লাইশুদা কা হেন্না থব্রায যাওখ্রে।

চিঠি ইবকখি ভাই ধনঞ্জযনা — মকোক মথং ওইবগী নুংঙাইববা পাউ কযাগা লোযননা। যুগেশ্বব পাউখুম পিখি ইচম চম্না — মাগী ওইবা ব্রাখল্লোলদি কবিমতা ফোংদোকখিদ্রে।

অহাংবা মতম ইকজবিগী, চাক চাবিগী নৎত্রগা তুল্লমদাইদা কাউজদে মপাগী পাউতাক। মপাবু ঈশ্বরমক্তি খন্না নীংজে। বাহং অমদি তত্তনা লাক্লি — কনাগা লম্বা তৌবি পুন্সিগী শান্নবুংদা? কনানা খ্বাইদগী অকনবা লম্বা ওইবি? ওইবা তারনি অঙাং ওইবিগীদগী হৌমিন্নবকপা, চামিন্নবকপা, শান্নমিন্নবকপা, মপা মপুগী ফজবা বাখল্লোল কযাগী মখাদা চাউবক্লবা ভাই ধনঞ্জয়। 'অমুক্তংদি' হাযবা লিচিং অসিনা যুগেশ্বরবু কোইচিং চংদুনা পুবি। লোযননা নীংশিংলকখি পক্সিগী যাম্না শোন্থববা থৌদোক অমা — নিপানশুবা ক্লাসতা তন্নিগী অহানবা কালেন ছুটি কাবকপা ঃমিৎ— মশাদু ঈশিং অনৌবা তাবকপা শিজিন্নবগী মফৈগন মখুকউ লোইনা পাত্তুনা মহি তায। মযুমদগী ফনা ফজনা লৈজবা খঙজবা মনা মশিংগী হদাক থোমজবগা অমদি মদু কংনা তৈথোকচবগা স্কুল কাবকপনি। মহৌশাগুম ধনঞ্জযগা থংনন ফমই। ফৈগন ফৈগন থেংনৈ। মতমদু হাল্ফ পেন শেংপা চৎনবিগী মতমগী বানি। ওজানা লাইবিক তাক্লা তাক্লা ধনঞ্জযনা মগী নোট বুক অমা ফৈগন অনিগী কাবক্তা ইনশিল্লকই। কযাদা ইকাইখুরবা মথন্তা বাখল তৌজে। মীগী মবাল নত্তে। মশানা শোযজখ্রবা মবালনি। অসুম্না অহানবা পেবড লানখ্রে। অনিশুবা পেবড যৌবক্লে। ওজা চঙলক্লে। ইকাইবগী লিচিং অমনা ওজানা তাক্লিবদু কবিনো হাযবদু কবিমতা খঙখিদে। অহুমশুবা পেবড তদি ধনঞ্জযদা হকচাং যাম্না নুংঙাইত্রে হাযবম্লগা স্কুলদগী হল্লকখি। মযুমদা হংই মমানা, "কবি তৌবে স্কুলদগী হল্লক্লবদি?" কবিমত্তা খুমখিদে। নুমিত্তু মখোল থোক্তনা কপচখি যুগেশ্বর মপি চদুম চদুম তানা। ঙসিদি পুম্নমক অসি নীংশিংলকই যুগেশ্বর - তূল্লমদাই মিৎকুপ অসিদা। 'অমুক্তংদি' - লিচিং অসিনা যুগেশ্বরগী পুন্সিগী ফিবেপ ওইজবকই। লোযননা হংজৈ 'পুন্সিগী শান্নবুংদা মাযথীববা লান্মী ওইববা? ওইবা তাবিববা?' বাহং অসিনা তত্তনা হংলক্লি মনাকোং শিংজা যৈবমখৈ মহাক্কী অহাংবা তাঞ্জা যেং যেংদুনা।

মতমনা হৌখিবগা লোযননা ধনঞ্জয — ধনঞ্জয হাযবগা খঙনবক্লে। ডাক্তর ধনঞ্জয- মীযামগী ডাক্তর ধনঞ্জয - মমিং চৎলবা ডাক্তরনি। শোমদনা অঙ্কগী ওজা যুগে—ছাত্রশিং প্রাইভেট ত্যুসন তৌবদা মমিং চৎলবা 'ওজা যুগে' মী যামদবদা, তাকপিবা হৈবদা — বাখল্লোল তম্বিবদা 'ওজা যুগে'। নোংমাইজিং খাক্তে, ছুটি লৈতে। মদুতা নত্তে ওটোমোবাইল ইন্দষ্ট্রি গী লমদা স্কুটর, মোটোর সাইকল শেম্বদা, ত্রক ইঞ্জিন শেম্বদা সোলদরিং, বেলদীং, ড্রিল্লিংদ, ফেব্রিকেসনগী থবক্তা, অনৌবা নমুনা পুথোকপদা, ধাতুগী ব্লোক শাবগী থবক্ত পুম্নমক অসি মখল মথেলগী লাইবিক লৈবগা মশা মথন্তা হোৎনজবকপা যুগেশ্বরনি। চহী ৫-৬ কি মতুংদদি ডাক্তর অমনা থা অমদা তানবা ইনকম গা

যুগেশ্বরনা থা অমদা তানবা ইনকম গা পঙখেন খেন্নবক্লে। অদুগা খর্চ ওদি অমনা অমদগী শরুক তবাগী মথক্তা খেন্নবমগনি। যুগেশ্বর অযুক পূং ৯ ফাওবা অঙাং লাইবিক তমবী। ঈকজ-মাযথজবগা চাক চাথোক্লগা মশানা লিংখৎচবা থ্রী ব্রদর্স ইন্দসত্রিযেল ব্রার্কস তা থবক শুই। নুমিদাংগী মতমদা মনাউশিংগী অৱাং অপা যেংশিল্লি অমদি শোল্লবী মমাগী সেবা তৌই। মনাউশিংবু লাইবিক তম্বী, পাউতাক পী। পুম্নমক অসিনা মাগী নোংমগী মথৌ ওইদুনা লাক্লি অমসুং অসুম্না পুন্সি লেল্লকই।

ডাক্তর ধনঞ্জযগী পুন্সি কোমথোকপা হৌবকই। নুংঙাইবগী সাগবদা তাউথবকই। থোইদোক্লা হান্নদগী অৱাং-অপা লৈবক্তংবগী মথক্তা হৌজিক্লা হেন্না অৱাং-অপা লৈত্রবনিনা পোথাবা অমদি নুংঙাইনা মতম লেনথোকপা, অকে-অমৌদা, সিনেমা-দ্রামাদা, তেলিভিজনদা, ভিডিও কেসেট তা, লম কোযবদা, ফোবেন চৎপদা হেন্না পুক্নীং চঙশিল্লকই। অমবোমদা ওজা যুগেদি চহী যাম্লকপগী মতুং ইন্না শুবা নোম্বা, ব্রাখল্লোন নৈনবগী চাং লেপ্তুনা হেনগৎলকই। মতম অসি ডাক্তর ধনঞ্জযসু ওজা যুগেশ্বরসু চহী নিফুগী মথক লান্নবকপা, মযুম মকৈ পান্নবকপা মতুং মচা-মশু স্কুল কানবক্লবা মতমগী ব্রানি। নেসনেল হাইৱে গী ব্রাংম-বাংমদা যুমলোন্নবা লৈকাই অমমমদা লৈনবনি ডাক্তর ধনঞ্জয অমসুং ওজা যুগে। লৈবক লৈবক মাযোক্লে। মহৌশা গুম ছাত্র ওইবিঙৈদা তিন্নবকপা, লোযনবকপা অদুগুম্না তিন্নখিদ্রে। লুহোংখোংদোংবদা, যষ্ঠি পুজা দা অমসু অমসু লাক্লখি। অমনা মাকটি কাব দা, অমনা সাইকলদা। ঙসিদি লম্বীদা কবিদা উনবদা, লৈবক-লৈবক্তগী থোক্লবকপদা ঙক খৎনবা নত্তনা অদুক হাক্লা নকশিন্নখিদ্রে। ডাক্তরগীনা নৈনবদা, থিজনবদা তম্থবক্লবা পুন্সিনি। ওজা যুগেগীনা হেন্না হেন্না থিজিনবা, অনৌবা ব্রাখল্লোন পুথোকপদা থৱায কন্না যাওখৎলক্লি। চাবা তূম্বা ফাওবা থওইদবা মতাং কযা যাওবক্লে। স্কুটব, মোটোব সাইকলগী ইঞ্জিন দা মোদিফাই তৌদুনা থাও চাহন্দবা, সোলদরিং, ৱেলদিং, দ্রিল্লিং অমদি ফেব্রিকেসন দা কা হেন্না মশা নানবা, থুবা, ফজবা, মপাঙ্গল লৈবা অমদি মদুদসু নওনা জোইন্তিং ব্রার্কস তা অনৌঅনৌবা কেমিকেল শিজিন্নবা হৈবকপা, আবমেচব, ডাইনামো গী ব্রাইন্দিং গী থবক্তা যাম্না থাক ৱাংখৎলকপা অসিনচিংবা পুম্নমক অসিনা ভাবত সবকাবনা 'পদ্ম শিল্লি এবার্ড' পীদুনা মহাকপু ইকাই খুম্নবা উৎখি। মদু ফাওবা ওজা যুগেগী থম্মোইদা কদোমদগীনো মাযকৈ খঙদবা খোঞ্জেল অমনা অদুম্মক নিন্দুনা লৈবক্লি। খোঞ্জেল অদুদি — 'মাযথীববা শান্নবোই'।

ওজা যুগে মপুন্সিদ' ওজা ওইবক্তে। অদুবু মীযাম্মা মহাকপু 'ওজা যুগে' হায়বগ' অদুমক অদুম খঙনৈ। অহানবদদি মহাকপু অঙাং লাইবিক তম্বিবা ওজাগুম উনৈ। হৌজিক্তি মদুগী ভাব অদোমদা পুনদ্রে। খুৎ-শাগী লমদা, পেট্রোল, ডিজল ইঞ্জিন গী মবমদা ওটোমোবাইল বার্কস তা, ফেব্রিকেসন ৱার্কসতা মনিপুবগী অখন্নববা শক্লাইববা 'ওজা যুগে' ওইবে। কবি অমুক হায়গনি ইঞ্জিনিয়াব শিংগী অনৌবা থবক অমা, অনৌবা প্রোজেক্ট অমা ডিজাইন তৌবদা ওজা যুগেগী মত ফাওবা লৌনবক্লে। অদুমকপু ওজা যুগে অঙাং লাইবিক তম্বিবদি লেপ্প' লৈতে। মহাক্লা তম্বিবা ছাত্র কযা ইঞ্জিনিয়াব, ডাক্তব অমদি আই এ এস ফাওবা ওইনখ্রে। শিনফমগী অমদি শেন্দানগী যেংলুববদি অঙাং লাইবিক তম্বিবা তোকথোকপা যাববনি। অদুবু মহাক্লা খনখি -'অঙাংশিংগী তুংগী পুন্সি শেমগৎপা হায়বসিসু সমাজ অসিগী চঙদবা যাদ্রবা পোৎচঙ অমনি। মসিসু তৈদব' যাদ্রবা ইথৌ অমনি। মসিসু সমাজ সেবা মখল অমনি।' হায়বিবা ৱাংক্লোল অসি মতম শাংনা লেপ্পুন' চৎথবকপনা অমদি অচুম্ববু, অচুম্বগী মথৌনা মবিংজেনবু, সমাজ সেবাগী অশেংবা শক্লোনশিংবু লোত্তুনা থম্বা যাবক্তবনা মবম ওইদুনা মনিপুব সবকাবনসু ওজা যুগেবু অখন্নবা চহী অমগী বেষ্ট টিচবস এৱার্দ পিদুনা ইকাই খুম্নখি।

থ্রী ব্রদবস ইন্দষ্ট্রিয়েল বার্কস ঙসিদি ইন্দষ্ট্রি দা ইন্দষ্ট্রি মাল্লে। একব অমা চাউবা অনৌবা লম লৈদুনা হোংদোক্লে। হান্নদগী যাম্মা হেন্না চাউথোক্লে। মী ৪০/৫০গী মযাদা থবক শুবে। থবক ফংদবা নহাবোল ফাওবা ট্রেনিং পিবে। মদু ফাওবা পেনবা লৈতে 'ওজা যুগে'। হোৎনবা লেপ্তে। থিজিনবা লেপ্তে। পুম্নমক অসিনা মবম ওইদুনা ওজা যুগেগী হকচাংদি মযেং তাবকই। পাঙ্গল শোঞ্জিল্লকই। পুক্নিংদি হনবা লৈতে। মহৌশাগী 'অমুক্তংদি' হায়বা লিচিং অদুদগী হনবা লৈত্রি। ওজা যুগে মচা মবি পোকই। নিপা অনি — নুপী অনি। মচানিপা অনিদু অমনা ইঞ্জিনিয়াব ওইজবে, অমনা মনিপুব সিভিল সার্ভিস ফংজবে। মচানুপী অহন-অতোম্বী অনিমক এম এ, এম এস সি লোইদুনা অহন্না কলেজ লেকচবব ওইখ্রে। অমনা থবক থিবি। ফংঙক্তবনা মবম ওইদুনা মপাদা স্কুল লিংখৎকে তক্লজৈ। মতম অসি ওজা যুগে চহী ৬০ হেল্লকপা মতাংনি। মযুম কা মবিগী মথোল অহুম শাজবে। অনৌবা ইঙ্খোল অনি অমসু লৈশিঞ্জবে। মদুগী' মথক্তা লৌ পবি তবাগী মথক্তা লেপ্পশিঞ্জবে। মচাতোম্বীগী ব্যাংকৎ কুপ্ন' খন্ন- নৈনববা মতুংদা লিংখৎচৌ তাকপিবে। মচানুপা অহন ইঞ্জিনিয়াব চাউতোন মপাদগী পংনোপ নোপ্পা নত্তে — মবুধি মবৌশিংদা। দিজাইনব নি ইলেক্ট্রিকেল, মেকানিকেল, সিভিল ৱার্কসতা। মচানুপী অহল মমিং লৈবী ইংলিস

কি লেকচবব নি। ইংলিস অকবা, ফজবা অমা ইনবকপদা ওজা পুর্নিমাসিগীদা............ অসুম্না মাযকৈ ম'যকৈ ঙাওনবিবনি।

অসিগীসু মথক্তা ওজা যুগেগী মনাউশিংসু ফন-ব্রাংনা লৈবিবনি। তোংঙান তোংঙান চানখ্রে। ইস্কোল অনৌবা লৈদুনা হোংদোক্লখ্রে। মনাওনিপা যাইমা মুহিন্দ্রো কলেজ গী সেনিযব নোকচবব নি। থোইদোক্লা ব্রাৎতে, পাদে - মযাম্বগী ব্রাখল্লোলমক যৌজদ্রবসু মীনা ব্যাবহাব তৌবা মীশক্লি। মনাওনিপা অতোম্বা ব্রজমনি এম সি এস নি। তুংগী প্রোসপেক্ট যাম্না লৈবা ওফিসাব ওইখ্রবনি। মচাশিংসু থোইদোক্লা হন্দুদে, থোইদোক্ল' তাদে। লাপ্নজববসু মযাম্বগী পাউতাক লৌজৈ, ইঞ্জে। মযাম্বগী ব্রাখল্লোলবু কাউজদে অমদি কাউদনবা মচা ওইবশিংদা মেঞ্জে। মনাউশিংনা মচাশিংনা ওজা যুগেবু তাধন, পাবুংহন হাযবদগী হেন্দনা হিংনবকপা পুন্সি ঙাক্তনি।

ডাক্তব ধনঞ্জয মচা নিপা অহুম পোকচৈ। অহুম্মক ডাক্তব ওইহনখ্রে। ডাক্তবগী ইমুং হাযবগা খণ্ডনখ্রে। বাৎপা লৈতে মী অমা মাকন্তি অমা। ইম্ফাল শহবদা প্লোট মঙা। যুমগী ফজবদা মনিপুবদা মমিং চৎলি। কা নিপালগী দলাল মথোল মবীনি। ফজববা গেট, ফজববা ইলেক্ট্রিক দেকোবেসন না যোম্লবা ইস্কোলনি। অব্রাংবা যুম্বাল্লোনগী অব্রাংবা ইমুংনি। মচানুপা অহনগী মমৌ ওইনবা থিজৈ, চেঞ্জে। যুম্লোন-কৈবোন্নবা, মবী-মতা ওইবশিংনা তাকপিবকই। 'তিনসু তিন্নবকপা থোইদোক্লসু হন্দুদবা ওইববা, ওজা যুগেগী মচানুপী অহন মশক্তা, মতৌদা, লাইবিক-লাইশুদা অমওা ব্রাৎত্রবী পুর্নিমাসিবু হাযদুনা যেংসি। যাবক্তবদি তৌবোইদা। নচাগী ব্রা অমসু তাথোকসি।' মতাংসি ডাক্তব পেন্সন ফংলবা চহী অনি-অহুম। মতুংগী বানি। ডাক্তব ঙৈহাক ব্রাখল তৌবৈ হকাইবনা চুম্ব্রা খনজৈ। মযাম্না হাযবনা হেঞ্জিল্লকপনা নোংমদি চৎলুই ভাই যুগেগীদা।

—"লেঙশিনবিযু, লেঙশিনবিযু' কবিগীনো লাকথোক্তনা লাকপদি? কবি তৌবে? কবি তান্নসি হাযবনো?" ওজা যুগেনা শঙ্গোম পুথোবকউ গযনা ইমুং লোমদা হার্যখিবা মতুংদা হংবনি। ডাক্তব পাউখুম হেক পিদে। ইমুং মনুংগী ব্রাবী-বাতায মযাম অমা, পুন্সিগী তোংঙান-তোংঙানবা থৌদোক কযা নোক্ল-খেনা শান্নববা মতুংদা অসুম্না তাবকই —

—"নচানুপী অহন পুর্নিমাসিবু ইমৌ ওইজগে পিবিযু হাযদুনা লাকচবনি। ওজানা মসিমতংদি যাবিযু।"

ওজা ঙৈহাক ব্রাখল তৌজৈ। অকোনবগী ডাক্তবনা 'ওজা' হাযবা মিঙ্গৌ অমা হাপ্লকপসি পুন্সিদা অহানবা তাব' ফংবনি। ওজাদি ডাক্তব হাযবা মিঙ্গৌ

অসি পাখং ওইনরিঙৈদা য়াম্না ঙন্না কৌখ্রবনি। মদুসু নোংমগী থৌদোক অমগী ৱাদনি। ডাক্তরগী য়ুমদনি।

—"পাবুং, ভাই ধনঞ্জয়বু লৈতবরা?"

—"আঃ লৈবনি, লৈবনি ইবুংঙো। ঙাইখো, ইবুংঙো নখোয়না ভাই কৌবসি পাবুংহোয়দি কয়া কৌহন্নীংদ্রে। মশানা ডাক্তর ওইরবনিনা নখোয়নফাও ব্যাবহাব তৌবিদ্রবদি কন্নানা তৌবিগনি? করি হায়গে ইবুংঙো চঙুঙু, চঙুঙু লৈবনি ইবুংঙো।" ডাক্তরগী মপাবুংগী ৱাহৈদুদা যুগেশ্বর নুমিত্তু মচিন-মরৈ পুন্নমক কোনশিনখি। ৱা ঙাঙবা থোকখিদে। নুমিত্তুদগী মাগী মরুপপু ডাক্তর হায়বা মিংথোন অসি থোনখ্রবনি। মসিদা নত্তে ওজা যুগে মখল মখল নীংশিংলকই। নোংমা মচানিপা অহন্না চহী ৭/৮ লোম শুবকপা মতমদা মশা ঙমদবা — লোক লাইহৌ তৌবগী তিন্নবকপা ডাক্তব ধনঞ্জয়গী ময়ুমদা ঙহাক শান্নবা ৱাবী অমদা —

—"ভাই কমদৌরি? ইমুং মনুং অতৈ অতৈদি অনা-অয়েক য়াওদেদনা? ঐখোযগী শিনফমসিনা নোংমতা ফাওবা কোয়থোবকপা ঙমদ্রে। পঙলাপ লাপথোক্লবা হায়বদু তারেনে।"

মতমদুদি ওজা যুগে কন্না ৱাখল্লোল পুথোকপা, নৈনজবদা মিৎকুপ অমা ফাওবা শংজদবা মতমনি। ডাক্তরগী ৱাহৈদুদা হন্তবা মিৎয়েং অমখক লৈরিবদুগী নুংঙাইতবগী মহুত্তা নোক্লিংবা অমা ফাউখি। অদুবু থাক য়াম্না ৱাংখ্রবা ডাক্তরদুগী মমাঙদা কবিসু হায়বা ঙমদনা 'পঙলৈ মরৈজরি ডাক্তব বাবু' হায়বদগী হেঞ্জখিদবা — পুন্নমক অসিনা ঙসিদি ওজা যুগেশ্বরগী কোকথক্তা হৈথরক্লে। মপাবুংগী ৱাহৈ অমফাওবা হিক্তোকচবা ঙমজদ্রবী মচানুপী পুর্নিমাসিনি খঙনা ঙসিদি ওজা যুগেনা ডাক্তরদা মচেক য়ৈনা খুল্লকই —

—"ইচাগী মত অমতংদি পঞ্জবা তারে। দিল্লি য়ুনিভর্সিটি দা চহী অনি-অহুমদংদি ডোক্তবেট দিগ্রী তাল্লুখিগনি। ময়ুম-মকৈ পানবগী ৱারীদি মদু লোইদ্রিবা ফাওবদি...........অসুম্না মমাদা হেক হেক পনবসিদা...........ঐনা ৱাসি হেক লোইশিনবা ঙমদ্রে।"

পুন্সিগী শান্নবুংদা ঙসিদি ওজানা ডাক্তরবু অরোইবী লৌ অমা থাংলকই। ডাক্তর তুরোই ঙারোই খাঙখি। ডাক্তরনা অসুম্না মায়থীববা অমগুম্না খুল্লকই,

—"ওজা! ঙসি ফাওবা কনাগুম্বা তিন্নরকপা নৎত্রগা শকখঙদবা মী অমদা ফাওবা নোঞ্জখিদ্রি। ঙসিদি ঐহাক মায়থীরে। মায়থীরবা শান্নবোই হায়বদু ওইরে। মসি পুন্সিগী ওইরনিদি নীংদে।" ৱাহৈসিগা লোযননা তপ্না-তপ্না ডাক্তরগী খোঙথাংগা মারুটি কারগা শন্নখি।

*ইবা লোইখিবা তাং ৮/২/৯৪ ইং*

# ঙাম্থোই

—“মমাশিদি নঙনা হেন্না মাল্লেকো।”

—“কবিবো?”

—“হাযদে, কবিসু হাযদেদা।”

ইকজবা কাখৎলকপগী ঈশৈ ঙংনা ঙংনা ইবোবিনা হাযদোকখিবা বানি। ঙাম্থোই হাইফেৎ তাহৌববা কবিনো ‘হেক ওইথোকঅদি’ হাযনা শোম্থাংননা মমিৎ লাওথোকঅগা ফল্লপ-ফল্লপ অঙাং অমা পন্নগা হেক চৎখি। ইবোবি মথন্তা শোঞ্জহৌই, ‘কবিগী লক্লকবিবনো? ওম্থোকপনিদা। সনাহনবীদা অমুক তন্নুদনা ইমুং-মনুং কাং-খোং চাযদনা তোকঅবনিসে।’

সনাহনবী ইমুংলোমদগী হোবে হোবে থোকচবক্লগা মাঙ্গোলদা শুন্নম্না মচা অনিদুবু যেংজবকই।

—“অঙাং নিপাদুদি?”

—“ঙাম্থোইনা।”

—“মানা অঙাং পমজনীংবসিদি” অসি হাযবদুনা সনাহনবীনা অতোপ্পা অঙাং নুপীদু পমখৎচবকই।

—“ইনম্মা, অঙাংনা কৈদা তৌশিল্লে। ফনেক্কা পুমলোই লোইবে। হযেংমখৈ পম্বিবগী দায লৈতে।” ঙাম্থোই অঙাংদু যাবিবমখৈ মশা থেংদনা পাযবদুনা পবপ পবপ লাক্লগা হাযবৈ অদুগা মখ। তাবকই,

—“নুপীদু পম্বিগে। মসিগী খজাই মচা, চিনবান মচা সে তুৎ হোত্রোং হো, অদুননি নযাং কংঙিসে, তুৎ। নমাগা লৈজৌ।”

অঙাং শিন্দোক্লে। ঙাম্থোই নুপীদু পুবগা অমুক চৎখি। সনাহনবী মপুন্নীংদা ঙাম্থোইগী তৌবিমলবু লোৎশিঞ্জবগা ইবোবি যেংনা হাযজবকই,

—“ঙাম্থোইসে চহীদা ঐখোযগী লেঙ্গা নৎত্রনে?”

—“অদুনা কদোমদগী কোৎশিল্লক্লিনো?”

—" অতৈগী নত্তেদা ঐখোযগী যুমলোমদা ইনেশিং থোংকপা অমখক্কী মচানিপা অমা লৈ। মখোয়সু নোংমা সিদা লাকপদা পাম্মী, খোংলি পিহু হাযবম্মী। অদুদা পিথোকখ্রসিবা হাযদনা মহোয ইনে হোযগা ব্রাবী সুম তৌনবা। অদুদা অঙাং চাউদ্রিফাওবদি অমুক লৈহন্নীংঙিবা।"

—"ঙকত্রদো, নঙনা ঙকপসে। মীগী মযুম মকৈ পানববু নঙগী নচা লৌবিনবা লৈতবগী তোকহনগদৌবিবা?"

—"ও! ঐখোযদি সুকপান হেক পানজববোইযে।" সনাহনবী হোযদগী মমানা তবেং অমুক্তা লৌকচো হাযনা লাকপদা তান-চানা তাহৌদুনা ঙাম্হোইনা মবক থংলকই।

— " নঙগী ব্রাবী নত্তেদা।" সনাহনবীনা নোকফেৎ তৌনা পাউখুমলকই।

—"ঐগী ব্রাবী নৎত্রবসু ঐদি যুম পাঞ্জববোই হাযজবনি, মবুক ফৎনদবসিনা।" অসি হাযনা হাযনা অব্রাং শঙ্গোইদা ঙাবিবা তবেংদু পুদুনা তনচৎ চৎখিবা মতৈ-মনাও পাখৎচহৌই ঙাম্হোইদু শাউখ্রববা হাযদুনা। ইবোবিনা অমুক্কা হেন্না পাখৎচৈ পোৎহাপ অমা যাওখিবদুনা।

মবক-মবক্তা লৈশাবী মচাশিংনা ঙাম্হোইদা লাক্লগা হাযবদবদি নত্তে।

— "ইচে থোয, ইচে থোয নঙনে পাউ অমা তম্বিগে?"

— "কবিনো? কবি পাউনো? "

—" শাউগদবা? শাউগদবা মাল্লি তোকঅগেদা।"

—"শাউবোইযে কৈদৌবগী শাউদৌবিবা ঐদি অপঙবীসু নত্তনা।"

—"অদুবুবো আনে, আনে, হাযববোইদা, কিজৈদা ফুবক্কদবা মাল্লিদা।"

—"কবিনো, ঐবু যাম্না ফুগনববনে। নখোযদবু ঐ শাউখ্রবনে? হাযবো কবি ব্রানো?"

—" অদুবুবো, ইনম সনাহনবীদো মশাদু সুম শোঞ্জিল্লকঅবনিনা তাইবি দো অঙাং শেন্ননবা অমা থিবনিয়ে। অদো নঙ চেকশিনজৌ।"

পাউ তম্বা ফাওবা লোইফাত্ত্রিঙৈ চেন্নখি নুপীমচা শিংদু ঙাম্হোইবু কিজবনা।

—" ঙাইখোনে, ঙাইখোও! কনানা কবি হাযনবগেনে?"

— " হাযনববনি, হাযনববা।" চেন্না চেন্না নুপীমচাশিংদুনা হাযবকই।

নোংমসু নুপীমচাশিংদুনা তম্লে —

— "ইচে'থোয, ইচে'থোয নঙ তাইবি হোযদা চঙজবুনু। নঙসে শেমজিনখ্রে হাযবনি। নঙ ফাজখিনি, ফাবগা লৌজখিনি।"

পুম্নমক লোযনা ভাব তায ঙাম্থোই। লৈকাইনা কবিনো, কবিনো খবদি ঙাঙনবে হাযবসি মথন্তা লামশিঞ্জে। মপুক্লীংদা ব্রাবৌজে, তাইনফমদি খঙদনা। পবপ পবপ চৎলগা তাই'বিগা খৎনকসিবা খল্লি। অদুবু ঙাম্থোই অঙাওবী ওইবমদ্রে। ব্রাখল লৈবীনি। ঙহাক্কি অশাউবা মথন্তা ফাথজবগা ঈশ্বববু খুকমজবকই,— "ননাই তোল্লবীবুদি সমাজগী মীনোক মীশা মবক্তা লংশিনবিগনু।"

ঙাম্থোই ইবোবিগা যুম্লোন্ননা লৈবীনি। থোযদোকপা মবী-মতা হাযবা লৈতে। অথাপ্পা চীংযাদা খুন্দাবা খুল অমদগী হোংলকপনি। ইম্ফালদা অনৌবা ইঙ্খোল অমা লৈবগা লৈবকপা চহী তবামঙাবোম শুবে। মপা লৈখিদবা চহী ৪ বোম শুবে। ইমুং-মনুংগী ফিভম অদুক হাক্লা ফত্তবদি নত্তে; মপানা হিংলিঙৈ তানশিনবা যাবা তানশিনবিবমই। লব্রাই মচা ওইজববসু ললোন-ইতিক কাববাবদদি লব্রাইদসু, ইম্ফালদসু অখঙবশিংনা 'ঙাম্থোইপা' হাযনা মতম অমদা হাযনবল্লিবনি। হান্না লৈবম্বা খুল অদুদসু লৌশানতনা চহী অমগী চানবা ফৌ-চেং, মবাং কাযনা লেম-পানা কোন্নবা যাবা মবৌ মশিং চপ-চানা থম্বিবমই। মবুং অনি অমদি হান্নগী খুন্দুদা চাকখুম তোংঙান্নবগা অদুম লৈনহৌই। ইম্ফাল সিদদি ঙাম্থোইনা অহল হাযবদু তাবে। মনাউনুপী অমগা মৌপ্পা অমগা মমাগা মখোয মবিদমক ঙাইবে। মবক মবক্তা মবুংশিং লাকই। লৈত-লাযব, অনা-অযেক হংলৈ। যুম্বান কৈবান তান্নজবৈ। মবক-মবক্তসু ঙাম্থোইগী মযুম-মকৈ পানবগী মতাংদসু তান্নবৈ।

হাযনবগী মথক্তা সনাহনবী নোংম-নোংমগী শোঞ্জিনবা হেঞ্জিল্লকই। চৈফম চুম্না নাববা অনাবনি। শাওং-শাদা যেংলুবগা অমদি কুইনা শোঞ্জিল্লকপগী মবমগা ওইবগা অনাবসি অমুক হনগৎলকখিনি, অমুক ফবকখিনি হাযবা কৈবোল লৈকাই কনা'মতনসু ব্রাবিনবা যাওদ্রে। য়াববোই, আশা লৈত্রে অসি ঙাক্তনি।

সনাহনবীসু ভাব তাজৈ। মাগী পুন্সি কুইনা হিংবগী আশা মহাক কবিগুম্বদা খল্লুবা লৈত্রে। মচাশিংগী খল্লুবদা অমদি মপুবোযবনা ব্রাহৌগদবদু খল্লুবদা মপি শীন্থজবকই। অদুবু মপুবোযবগী মমোন পিকথখিনি, মপুক্লীং শোম্থখিনি খন্দুনা নোংমতা অব্রাবা মাযথোঙ মপুবোযবদা উৎখিবা লৈত্রি। চৈফম হেঞ্জিল্লক্লবা মতমসিদদি মপুবোযবগী পুন্সিবু যেংশিনবিনবা কন।গুম্বা কনাগুম্বী অমদা শিন্নজবম্বা পামজবমই। নোংমা মশা নুংঙাইবিঙৈ, অঙাংশিংনা চহী মপুঙ ফাদ্রিঙৈ ঙাম্থোইনা পাউ তম্বগুম ব্রাবী শান্নবদা।

— " ইনম্মা তাই'বিসে জাৎ জাৎ গকাসি হায়রকইপোৎনি।"

— "করি, করি হায়রক্লিবা? মাদি ব্রা কয়া ঙাঙগন্দদায়নে?"

— " অনিরকপু শুরে, ইনম্মা।"

— " করি হায়রকইনো?"

— " ফাগিবুদি তৌরিজাৎনি।"

— " অদুবু করি হায়না হায়রকইনো'মি।"

— " ও ঐনা হেন্না মাল্লেয়ে।"

— " করিবু মাল্লিনো?"

— " উম, খঙশিন্নদ্রিশে নঙ য়াওনা লক্লরক-অবরা? মতৈ-মনাউ হেক মান্নরদনা।"

ঙাম্ভোইনা শাউবং-ফৈবংননা চৎখিবদু সনাহনবী ঙসিদি মমিত্তা উবকই।

সনাহনবী অফ-ফত্ত অমুক খন্থকুবা ঙমদনা অমদি য়ুম্বানলোনগী মনুং-মপান থিরুবা তৌদনা অসিমদি লেপ্লে — ঙাম্ভোইবু মপুরোয়বদা শিন্নরম্বা। অদুবু লুরিবা ব্রাফমদি কনাবু হান্না থেমগনি? ঙাম্ভোইবু হান্না নৎত্রগা মপুরোইববু হান্না; মসিমদি তং তাদ্রি। তাঞ্জা মেঞ্জাগী মতুংইন্না কাংথোক্লগে লেপ্লে।

ব্রাখলগী লংলা লংজিন্দা পূল্লিবা পুন্নমক্তু খন্দোক-খঞ্জিন লোইবমক নৎত্রবসু লংলম অমা খঙলবা মতুং, তাঞ্জা চানা ঙাম্ভোই মাগী কা'দুদা অঙাং অনি অদু মখুৎ নাম-নাম পায়রদুনা চঙলকই। শাংলবা স্বর অমা হোন্দোকচৈ। মমিৎ উইশিল্লগা করিনো খরা খুকমজৈ, নীংজৈ।

—"ইনম্মা নশাদু (হকচাং) য়াম্মা নুংঙাইত্রবনে?" ঙাম্ভোইনা য়াম্মা পাখৎচনা অমদি খৌরাংনা ফমুং নাকচেক্তা ফমলদুনা হংজরকই।

—"ঙোহল, 'তোন, চৎলো। ন'হোয়নি শান্নজরুবো। নে'থোয় সে ব্রারেয়ে বাবা লাক-অগা হা'ওবি য়াম্মা লৈদৌরিনি।" মচা অনিদা অসুম্মা হায়রকপসিনা ঙাম্ভোইগী পাউখুম ওইখ্রে। ঙাম্ভোই করিসু মখা তানা হংলুবা ঙমদে। তুমিন্না সনাহনবীগী মতৌ য়েংদুনা লৈরম্মি। মিৎস্নাদসু পি মরিক অমা অনি শিন্থরকখিবরা করিনো ফিজিনা তৈথোকচৈ মিৎস্নাদো — সনাহনবীবু উহন্দনা।

— "ঙাম্ভোই। ঙসিদি ঐ নঙোন্দগী করিগুম্বা অমখক নিজগে। য়াদবদি তৌরোইকো?" সনাহনবীনা মমিত্তি সুন্দ্রংদা য়েংলদনা হায়বকপনি।

ব্রাহং অসিমদি ঙাম্ভোইদা ইঙক ঙক্ল থোক্লমই। ঙহাক ঙকচানরবা মতুংদা পাউখুম লাকই —

— "করি ৱেনে, ইনম্মা?"

— "নহাক যাবোইদবা লৈববদি ঐ হাযবল্লব্রেই।"

— "ইনম্মগী মফমদ ঐনা করি অকায়বা চংথ্রবগে? ইনম্মগী যাইফনবনি হাযববনি ঐ কৈদৈনুংদা ইনম্মগী যাথং হিক্কোকচবোই।" ঙাম্বোইনা যাম্না পুক্লীং নুংশিনা শোঞ্জবকই।

— "মসিনা তাকপদি নহাক যাবে সিনিনে?"

— "হোয ইনম্মা।"

— "তৌবনদি ঐগী যাইফনবদি নত্তে, অঙাংশিংগীদমক্তনি।" ঙাম্বোই কবিসু খুল্লক্তে।

— "ঙাম্বোই! নঙগী তৌবিমলদি ঐগী পুন্সিসিনা হন্দক মপোক্কি শিংবা ঙমগনি থাজবক্তে। ঐদি কুইনা হিংগদবা মাল্লক্তে। অদুগা অঙাংশিংদি যাম্না বাংলি — মথন্তা হিংজবা ঙম্বগী চহীদু। মবমসিগীদমক্কি ঐনা নঙগী নফমদগী নিজগদৌবিবসি। তাই'বিনসু যাববনি।" সনাহনবীগী বাহৈসিদা ঙাম্বোইনা মঙোন দা ঙক্কুপ্পা য়েংলকই। সনাহনবী ঙসিদি পুন্সিগী ওইবা চাউববা অবানবা খোঙথাং অমা থাংজিনখ্রবনি। পুন্সিগী ওইনা ঙাকপিফম লৈত্রবা মীনম্বনি। সনাহনবী খঙভি — পুম্নমকসি খঙনা খঙনা তৌববনি। ঙাম্বোইদি হান্নদগী হেন্না ঙকচানবদুনা তুমিন্না মক লুকথনা লৈবম্মি। সনাহনবীনা মখা অমুক চংথবকই

— "ঐগী ইফম অসি নহাক্কা শিন্‌বিবা তাবে। মসিমখক ঐ নঙগী নফমদগী নিজবি। ঙসিদগী ইনম্মা কৌবিবনু।"

ঙাম্বোই কোকচা ওবী কায। পুন্সিদা অহানবা থেংনবা চাউববা লানফমনি। পন্থুংফমনা কদাযনো, যেক্লবনা কদোমদনো অমত্তা মশক খঙবা ঙমদনা ত্তান মাঙদুনা লৈখ্রে পুন্সিগী লানফম মযাযদা। খুৎলাই থাবসু ঙমখিদে; মখুত্তগী খুৎলাই তাখি। ঙহাক ইচিক চিকই। অমসু অমসু কবিমত্তা কাংথোক্লদে।

—"নঙোন্দগী অসিমদি ঐনা পুন্সিগী ওইনা নিজববনি।" অচিকপবু থুগাইদুনা মাযথোঙ পিবাং চেক্না ভিক্ষা হাপ্পিনবা অমুক হন্না চঙজবকই ঙাম্বোইগী মম্মদা। ঙাম্বোইদি তুমিন্না লৈরি, ফম্না চপ যুংনা, কবিমত্তা লেঙদনা। মঙলা তাইবংলা খন্থুফম হঙুপিব্রে তেল্লবী ঙাম্বোই ঙসিদি। পুন্সিগী খোঙচত্তা চুমব্রিং চম্মুব লম্বী অমখক্তদা লাকচবম্না ঙাম্বোই ঙসিদি খোঙহাং লেপখ্রে। লম্বী শস্ফাংলক্লে। কদোমদা হাংগদৌরি খোঙহাং? কনানা মখা তানা লমজিংবিগদৌরি? লমফাংখ্রবা লম্বী অমগী অবোইবা লমজিন অমন যাম্না খৈবাংদ মরু ঙাইবগুম তৌরব তাই'বিনা।

ঙাম্ভোই করিসু হায়রমদনা তুমিন্না হৌগৎলগা চৎপা হৌরকই।

— " পাউখুম অমদি পিবিরমখো।"

—" ঐগী থবক্লা ঐগী পাউখুমনি, ইনম্মা।" ব্রাহৈসি খোল ফায়রপ্লা, য়াম্না ব্রানা হায়না হায়না ঙাম্ভোই মাঙ্গোন য়ৌখিদুনা, মাঙ্গোন্দগী কুমথরগা শুমাং লান্না মখাথংবা মায়কৈদা চৎখ্রে। সনাহনবীগী পিরাংনা শিন্থুখিবা মফমদুমক্তদা ঙাম্ভোইগী পিরাং অমা অনিসু শিন্থুখি।

নুমিত্তুগী নুমিৎ চপ য়ুংবা মতুংদা ইবোবিনা হঞ্জিল্লক্লপদা তাঞ্জা ঙাইনা লৈবিবা সনাহনবীনা ঙাম্ভোইগী ব্রাবু মঙোন্দা অমুক হৌদোকলুই।

— " মদু পলহৈদবা, ঙাঙহৈদবা ব্রানি, সনাহনবী! অমুক হন্না পল্লক্কনু।"

— "ঙাম্ভোইদসু হায়খ্রবনি।" সনাহনবীনা লুকথরপ তৌনা খোঞ্জেল পিক্লা শেন্থুংননা হায়রকই।

—" হা কৈদৌবা! মীগী লৈশাবীদু অমুক বদনাম পিবিগেবা? তৌহৈদবা থবক্কি, মীনা নোক্লখিনি; জাৎ জাৎগকা হায়জিল্লক্কদবনি। মীব্রা ঙাঙনবদা হৈনবা ঐখোয়গী সমাজনি। মদু ঐ ঙম্ভোই। ঐগী অমদি ইচাশিংগী হান্না খনগনু। সমাজগী হান্না খল্লু। লৃরিবদি সমাজনি। মৈতৈ সমাজদি য়াম্না নোক্লচাউবনি; য়াম্না কনজার্বেটিভ ওইবনি; হোংদোক হোংজিন য়াদবনি; যাম্না ক্রক ক্রক লাকপা সমাজনি। খজিক্ত-ফাওবা লেঙথোক-লেঙশিন য়াদবনি। পুম্নমক্তু ঐ কি। ঐ সমাজগা মায়োক্লবা ঙম্ভোই। ঙাম্ভোইনা আঃ য়াম্না লাপ্না কৈরোই লৈকাইনা খঙদ্রবা মফম অমদা লৈরম্লবা মদু ওইরগদি ঐ মখাতাবা থবক্কিদমক খন্নরকপা যাই। ইচল শক্লা লৈরবনি হায়না লৌবা য়ারবা মতাংসিদা নঙনা ঙসি হৌদোরক্লিবা ব্রাফমসি ঐগী কোক্ শাননবনি।"

— "হায়দোকখ্রবা ব্রাদি লৈখা তাহনবিরনু। ঙাম্ভোইদা হায়রব্বনি। নহাক্লা মায় লৈরবদি ঙাম্ভোই করম্বা ফীভমদা লৈহৌনি? মদুমসু খন্থবিয়ু। সমাজগীদমক য়েংদুনা ইচাবু হাৎলসিরা?"

সনাহনবীনা ইবোবিবু সমাজগী চৎনবীগী লুরবা চাংয়েং পবিক্ষা লৌরকই। ইবোবি মায় লৈদুনা চেল্লকই। ব্রাহংসিগী পাউখুম পীবা ঙমদনা তুমিন্না লৈরি। ঙহাক ইচিক চিকই।

— "নহাক য়ারে হায়না লৌরবনি।" সনাহনবীনা খোঙথাং অমা হেন্না থাংজিল্লকই।

ইবোবি তুমিন্না অদুমক লৈবি। ইমুংগী লমযাই অদুদা কবিমত্তা হাই-হুমদনা চপ-যুংনা লেপতুনা লৈখ্রে। মিংকুপ খবগী তুংদা কবিসু খুল্লমদনা ইবোবি ইমুংদগী মপান থোকপা হৌবক্লে।

— "পাউখুম অমদি পিবিবমখো।"

— "তুংগী পুন্সিনা ঐগী পাউখুমনি।" থম্মোয কল্লবা ইবোবি মিংলুদগী পিবাং অম'নি শিন্থখি ঙসিদি। * * * * *

চহী মবিবোমগী মতুংদা যুমলোন কৈবোন্নবদা হোটেল মচা মগুদা, লৈবক কোম্থোংদা, অসুম্না পঙঙাঙদা ঙাঙনবা হৌবকই।

— "কোক পানদুনা লৈবনা ফবে। যেংবদা মিং যাম্না নাবপোৎনি।"

— "কনাগী ব্রাবীনোনে, নঙনা হাযবিদুবু?"

— "খঙগনখিদ্রেদা নঙসে। ফাইবোক যোকপীগী ব্রাবীনে।"

— "ইহে ! অসিগী ব্রাবী ওইবে। যাম্না নুংশিনবা মাল্লিনেহে। বাবীগকা শান্নবদি মী তাখিনি মতাগুম লোন্না হোৎনখ্রবপোৎনি। মনাকোং মযাদা চৎপবু তাবা ফংদে। যাম্না হৈনা শীংনা শানন্নখ্র'জাৎনি। অমুক্তা তাগে ফংদে।"

— " পানববুদি অসিনা ফৈযে। অসিদি কুম্মে নুংঙাইদনা বাবী নুংঙাইদনা। মপান-থোক্না পানখ্র'দি অমত্তসু উববোই।"

অসিদসু নত্তে অমবোমদসু ঙাঙনবকই।

— " অসুক কুইনা চহী কুন যুম পাল্লকপসি মখোযগী পান্ববা পান্দববা, মবী লৈনববা-লৈনদববা, মফম-মবাং খঙদবসে অসুম হাযনা নুংশিনবা অমুক্তা উজবক্ত্রি, অমুক্তা তৌজবক্ত্রি। ব্রাদি ঙাঙদে হাযবু মিংযেং-নাযেং, শাজৎ-শাওংদি লোইবেহৈ। লম্বা লৈপোৎতে; সিনেমা নবু মখোয অনিগীসি যৌবা ঙম্ববা? সিনেমা দগীবু হেল্লবজাৎনি।"

— "তুমিন লৈযু, ব্রা ব্রা লাউন্নু। সনাহনবীনা হিংলিভৈদো শাপ শোল্লম্লবনি; হেক লৌন-লৈনবদা খুংবা ওইযু। বাবী-ব্রাতায শান্নবদা লৈযেং ফাজিনবা ওইযু। অদুননিহে ব্রা লাল ঙাঙনদ্রিসে, খঙঙববা?"

— "চুম্মে, চুম্মে, সনাহনবী লৈবিভৈদগী হৌনা অঙাং লৌশিন্নদুনা, উৎপাৎ তৌদুনা অদুম লাক্লনে? শোযদ্রে, চুম্মে। শাপ-শোল্লম্বা ওইবম্মনি।"

— "অদুদগী অমুক অমসিনা শেমজিন্দুনা মথব্রায লানখ্রবনি।"

— "কনাবুনো মখায় লানখিবু?"

— "সনাহনবীনিদনা সনাহনবী!"

তশেংবদি সনাহনবী লৈখিদ্রবা তুংদা ইবোবি অমসুং ঙাম্বোই কবিগুম্বা ব্রা অমতা ঙাঙন-শক্লবা লৈখিদ্রি। ঙাম্বোইনা ইবোবিগী অমদি অঙাংশিংগী মতৌ যেংবা ঙমদদুনা মতেং পাংবিববা অদুখক্তনি। অঙাংশিংগী মখোঙ, মখুৎ হামবিবা, ইকজবিবা, চাক থোংলগা পুবিবকপা নৎত্রগা চাক থোংবিবম্না, ইবোবি লৈত্রিদুৈদা যুম শঙবিবা নৎত্রগা অঙাং পুদুনা মযুমদা লাকপা অসিনচিংবা খবসিদনি। মসি পুম্নমকসি পাঙথোকপদা ইবোবিগা মবক-মবক মাযোক্লবা, মিৎচানবা অসিখক্তনি। মসিদি হৌনবীনি। নহাগী ইথিলনি, পুন্সিগী কুম্মৈনি। মসিদা অবানবা কবিনো?

ইবোবি খঙদবা নত্তে — কৈবোয লৈকাইনা, যুম্লোন্নবনা লৈবক-কোম্বোংদ, মচি-মচিদা তুমিন তুমিন ঙাঙনবিবা, নোক্লবিবা পুম্নমকসি। চখোক খোংতোকপদা বাবী-বাতায শান্নবম্বদা হাইফেৎ তাহৌবা — মহাক লাকপদগী বাবী থৈদোকপা নংহৌদদুনা, তৌফম খঙদনা তুমিন তুমিন লেপশিন্নবা অসিনচিংবা কযা অমদগী।

ঙাম্বোইস্ অসি মঙাই। মীনা ঙাঙনবিবদু কদায ফাওবা যৌনা ঙাঙনববগে হাযবদু খঙই। অদুবু ঙাম্বোই হনবা লৈতে। হনগে খক খল্লুদে। তৌফম থোকপনি হাযনা চপ-যুংনা লেপখ্রে — মদুসু সনাহনবীগী যেংদুনা।

সমাজগী মীনোক মীশানা মখৈ যৌবক্লবদা ইবোবি পোথাফম খঙলক্তে। বুদ্ধি লৌশিং ফকচিল্লকলে। নোংমদি লৈজবা থৌনা পুথোক্তনা ঙাম্বোইদা ব্রা হৌদোক্লই।

— "ঙসিদি বা খবা ঙাঙনখিসি।"

ঙাম্বোই কবিসু খুম্লক্তে। মহৌশাগী ঙাম্বোই নৎত্রে। মহৌশাগী মীকি-লাইকিদবী ঙাঙনি ঙাঙলোই খঙদবী ঙাম্বোইদু ওইদ্রে। যাম্না চীং-লেম্বা মতৌদা ঙাম্বোই তুমিন্না মোং-হাদনা লৈবি। ইবোবিনা মখা তাবকই।

— "সনাহনবীনা কবি হাযবম্বগে?"

— "হাযবম্বদুনি ঐনা তৌজবিবসি।" ঙাম্বোই যাম্না অবেপ্পা, হোংলবোইদবা মতৌদা খোঞ্জেল লুম্না হাযবকই।

— "মদু ঐদি ঙল্লোই। সমাজগীসু খব যেংবা ফৈ। সমাজগী মীনোক-মীশা খাঙবা ঙল্লোই। নঙবু কবি হাযনখিনি? ঐবু কবি হাযনখিনি? মদু পুম্নমক

ঐ খাঙদুনা লৈবা ঙম্লোই। ভাবনা শ'বা নত্তে। নাকোংনা তাববনি, মিৎনা উববনি মখোযগী মীনোক' নহাক ঙসিদগী ঐগী যুমদা চঙলক্লনু। অঙাং'শিংগসু লাপথোক্লবা হোৎনৌ।"

—"মদু ঐ ঙম্লোই' পুম্নমক অদু ইচেগী মাযোক্তনি।" পুন্সিদা' অহানবা ওইনা ঙাম্বোইনা লৈখিদ্রবী সনাহনবীবু "ইচে" হাযনা কৌজবকই। মাগী পুক্নীংদদি মচেনা মাবু কোনবিবি হাযনা লৌবি।

—"মদু নঙনা ঙমদ্রগদি ঐগীসু অবেপ্পা লৈ।" ব্রাহৈসি হাযবম্লগা ইবোবি অথুবা খোঙথাংদা ইমুংদগী থোকখ্রে।

মথংগী নুমিৎকি নোংঙাল্লকপদা ব্রা-ব্রা লাঙনবকপা, ঙাঙনবকপা ঙাম্বোইনা তাবকই —

— "ইবোবিদু থৌবি যান্দুনা শিবম্লে।"

— "হৈমা' কদাযব্রাযদা'?"

— "থোঙ্গালদা হৌবা উদা যানবনি। ঙাম্বোইদু পাউ খবা পিবিযুনেহে।"

ঙাম্বোই কনাবুসু থওইদনা, কনাবুসু যেংলুদনা ইবোবিগী ইমুং তান্না পবপ পবপ চঙশিল্লকই। অঙাং অনিদুবু মথাদা চেৎনা কোনশিঞ্জে। মোন মযাদা চেকশিন্না থুপচিল্লবা চে অমা তাবিবদু উবকই। চিঠিনি হাযবা খঙলে। পবপ পবপ ফাক্তোকচৈ। মবোলদি মখাগী অসুম্না ইবমই।

ঙাম্বোই, যুম - তাং ২/২/৯৩ ইং

ঙসিদগী নঙগী নফমদগী পুন্সিগী ওইনা লাপথোক্লবনি। সনাহনবীগী মতুং ইল্লবনি। পুম্নমক অসি সমাজবু কিজবদগীনি। ঐঙোন্দা 'মচাগী মীনুংশি' হাযবদু ঈশ্বরনা থুংবিবমদ্রে। মদুগী শরুক অদু নঙোন্দা শিন্নবম্লবনি। মসিমতংদি লৌশির্নাবিযু।

নঙদি ঐগী ইফমদদি অঙানবীনি, অথোযবীনি। নমিংগা নতৌগা' চান্ননা পোকপিবম্লবনি ঐগীদমক' নঙগী তৌবিমলদি ঐগী আত্মান' কৈদৌনুংদা' কাউবোই। নহাক্তা ঐবু লান্না লৌবিগনু

ভাইবি

সনাহনবী ঙসিদি মিৎলুদগী ‘প মবিক অমফাওবা শিন্নবকউ হ’খিদ্রে। মচাগী হাকন্দা কৈ-নোংশাবুসু কিদ্রবী শক্তি অমোমগুমখ্রে।

ঙান্থোই মচা অনিদুবু পুবদুনা অনকপা স্কুল অমদা নোংমা মিং চনবা লাকই।

— “অঙাংগী মিংবু কবি কবি কৌবগে?”

— “নিপা অসিগীনা ইবুঙোহল, অদুগা নুপী অসিনা ইবেমতোন।”

—“যুম্নাক্তি?”

—“মুতুম।”

— “মপাগী মিংদি?”

—“লৈখিদ্রে।”

— “ও’ সোবি’ মিংদি অদুম হায়বিবকউ।”

— “ইবোবি।”

— “মমাগী মিংদি ........ ঙান্থোই ওইবিনিনে।” হান্না খঙলম্বগুম প্রিন্সিপাল না হায়বকই।

– “নচ্চদে।”

— “ইবেম্মগী ইচা নত্তববা?”

– “ইচানি।”

— “ইবেম্মগী মিংবু ঙান্থোই হায়বা নৎত্রনে?”

— “মান্নি, অদুবু মপানদি ‘সনাহনবী’ কৌবিবমই।”

অঙাং অনিদু ইঙক ঙক্লা ঙান্থোইদা যেংখৎলকই।

*ইবা লোইখিবা তাং ১৭ ৩ ৯৭ ইং*

# ব্রাখলগী লাল

ঐহাক ঐগী হৌখ্রবা পুন্সিবু অমুক্তং নীংশিংলুবদা নীংঙমদবগী মৈবি লিশিং লিশিংনা থম্মোইনুংদা চাকখৎলকই। অমুকসু ঐগী পুন্সিসে বসন্তগুম ইনৌ নৌথোকই — মাগী অশেংবা থম্মোইবু মযেক শেংনা খঙলক্লবদা। কযাগী মতিক মানা ঐবু নুংশিবা' অশেংবা অথুপ্পা লৈত্রবা নুংশিবা! ওন্থোক্লসু নিংঙমহৌদেদা' ব্রাখলগী শক্তি' বাখলগী খেন্নবা! বাখলগী লাল' কবম্মা ঐনা ব্রাখলগী লালদা মাযথীহৌবা' নিংশীংলুবগা ঐনা কনাবু নিন্দা তৌগনি'' ইথন্তা কপচবা নত্তনা। নীংশিংবা নঙনা ঐবু তত্তনা বাহল্লেদো'

ঙসিদগী চহী তবাম্মুক্কি মমাঙদনি। কলেজ তম্লিঙৈগী বার্বীনি। মতমদুদ ঐবু -ঐগী থম্মোইবু ঐগী পুন্সিবু নুংশিবা মীওই যাম্মা লাকখি। পুম্নমকপু ঐনা থওইবমদে মবর্মদি ঐনা উখি, খঙখি, তাখি — মথোযগুম্বা চিনবান্দা লাংবন খোইহি তৈবা কযানা ইচেম কযাদা তম্বিখিবা মীনম্বা নুংশিবা। মতৎ মতৎ থদৎপিববা লৈনাশিংদু ঐ যেংবা ঙমখিদে। মতম চাদনা লৈমনচনখ্রবী লৈবাংশিংদু ঐনা যেংজনীংখিদে, উজনীংখিদে। মতাং তৌবা খোইমুনা লৈকা খুদিং লৈতি চুপথোকপিবন্নগা ঙংনা ঙংনা পাইথোকখিবদু ঐ তানীংখিদে। পুম্নমক মতমদুগী মৈতৈগী শাবি শানৌশিংগী চৎনবী ওইখি। মতমদুগী সমাজদা অদুগুম্বা মখলগী মীনম্বা নুংশিবদুনা সমাজবু মশক থীহনখি। সমাজবু কাউথোকনীংখি। লাপনা থমনীংখি। অদুম্নমক, সমাজবুদি কবম্মা শিংনকুগনি'' কবম্মা লাপ্পা থম্লুগনি'' তৌইগুম্বসুং চঙজবকপা মথোয খুদিংমক ঐগী ইফমদগী মাযথীবা ফংখি।

নোংমগী নানি। কলেজ কুমলকপদনি। ইঙা-ইঙেনগী নোং-চুদবা নুমিৎকি ঙাক্লানবা মশেক্লা যৈবদা মাযথোঙ অসি ইবং লংখৎলমগনি। ঐ নীংশিংলি মাযথোঙ অদো ইবং লংখৎখি। খোঙনা চৎমিন্নবিবী শচিবালানা হাযখিবনি — "শাগ-শাবনে, ওমচাক্লবসিনা নমাযদো ইনপ-নপ্লে; ইবং লংখৎলে, পুর্নি। ঐগীসু লংখত্তবা?"

"নঙদি লৈচিন থাংদবা অহিংদা ভানবী মতম লৈবা খিবক্কি পুর্নিমা থাজনি। অমকপা লৈতে। অমকপা যাওদনা লংজববি মাযথোঙনি।" ঐনা শচিবালাগী নিংথিববা মাযথোঙবু শিংথাবদুনা ফাগী তৌনা মঙোন্দা হাযখিবনি।

—"ঐনা নৈচিল থাংদবা অহিংগী পুর্নিমা থাজ ওইববদি থাজবু খুৎশম্লনা ওক্লিবা অযুক্কি কোবৌ মশেকতু ওইবা তাবেনে নহাক্লা" ঐখোয় অনি নোকমিন্নৈ লেংজুম তক্ল ইন্ননা।

— "সাহিত্যগদি য়াম্না ৱাংনবিজাৎনি। সাহিত্য মশক খঙদবা ব্যাকবনদা ঙাওজবা মীগী মফমগকা খজিক্তা ফংলবোইদ্রা?"

ইঙক ঙক্লা ইখংবু খংনৈ। হন্না যেংখৎলুবদদি 'মহাক' অদু ওইবল্লে। মাগী মিৎযেং অদুসু ঐঙোন্দা ওইবমখি। ৱাখলগী লালদা অচৌবা লাম্বা পান্নখিবা মহাক অদু ওইবল্লে। মতমদুমক্তদি মহাক্কি মবমদা খঙবা হাযববু 'কলেজ অমতদা তম্মিন্নৈ, ফিজিক্স ওনর্স লৌই। মেথ অমসুং কেমিস্ত্রি দি কমন সবজেক্ট ওইবনিনা ক্লাস পুন্না তৌমিন্নৈ। অমুক অনিবক উখবে অসিখক্তনি। মমিং মথাসু খঙদে।

ঐদি কবিমতা খুমদে; খুমগেসু খন্দে। অসিগুম্বা চবক চহিং নাইবা বাথী-ৱাবেম ঐগী মতমদুগী হৈনদবীনি। শচিসু খুম্মক্তে। যেংনবগা অদুম চৎলি ইবানি। খোঙথাংদি খব খব কনখৎনবগুম তৌই।

মহাক অদু সাইকল অমা তোংলকই। খোঙনেৎ মচেৎ লৈবগা ঐগী নাকন অদোমদা যাম্না নকশিন্না থৌজিল্লকই। ঐনা যেংলুদ্রবসু শচিনা ঐঙোন্দা হাযফেত্তং যেংলগা নোকখিবদু অদুম খঙবা ঙমই।

—"আই! খুম্বি লার্কপিদেনা। মবোলদি থোকখিগুম তৌই। নঙোন্দনে, নঙোন্দা। অযুক্কি কোবৌ মশেক্তা। বা অমখত্তং হংজগে হাযববু খুম্বিবোইদ্রা?" খোঞ্জেল অদু লুম্লপ্লা মহাক্লা হাযবকই।

— "হংগদবদু কোক হংবিযু। বাথী-বাবেমদি যাওবিবক্কন ু।" ঐনা যেংলুবা তৌদনা খুমখি।

— "মিং খঙজনীংম্রেদা। মিংবু কবি কৌবিবগে?" ঐঙোন্দা যেংলগা মহাক্লা হাযবকর্পনি।

— "অদুগুম্বা ৱাহং লম্বী চৎপী শকখঙদবশিংদা হংবসি উশিত্তবা মাল্লি। খঙনীংলগা খঙনবা হোৎনজৌ। কলেজ অমতদা তম্মিন্নবা মশেন্নি। শক মায খব খব যেংনসি।" ঐগী ৱাহৈসিদা শচিনা খুনিংনা থিল্লকই। কবি ইঙ্গিৎনো হাযবা অশেংবা অদুদি খঙখিদে। ঐখোয় অহুমগীদি ঐনসু মযাযনি। মহাক অদো ঙৈহাক ইন্নবম্লগা কবিমতা হাযবমদনা সাইকল মমায লৈবগা হনখিবগী শমিন ফংখি। মিংকুপ খবগী মতুংদদি শচিবালানবু হাযবকই।

—“কবি তৌবগী হায়কবিবনো? যাম্না ইকাইনা হন্‌খবগুম তৌই।”

—“কনানা ইকাইবমগনো? ঙাওবি ফৈবি তৌবজাৎনি। মশুং মমান্নবা লৈতবা মীনবু ইকাইবা খঙলমলোই। পুক্লীং নুংশিনবা মতাৎ তৌবিবা ওইবিনি।” ঐগী পাউখুমদুদা শচিসু ইকাইবববা কবিনো মখা তাবক্তনা তুমিন লৈখ্রে।

মসিগী মতুংদা কলেজদা ক্লাস তা মহাক্কি মশক মবক মবক্তা উবা ফঙই। অদুবু মাদি লোন্না নৎত্রগা ফোঙনা অমুক্তা যেংলকপা উখিদ্রে। ঐঙোন্দা নীংঙমদবা হায়বদুদি কবিমতা ফাউখিবা লৈতে। ঐনা হাযখিবা ৱাঙাঙ, ৱাতা খুদিংমক ঐগী নুপী অমা ওইবগী তৌফম থোকপনি খনখি।

নোংমদি শচিবালানা ইনাক্তা চঙশিল্লক্লগা তমলৈ — “পুর্নি, নহানগীদো মমিং মখা খঙলববা?”

— “মদু খঙলগা ঐঙোন্দা কবি কান্নগদৌবিবনো?”

— “হৈমা, যাম্না শাউগল্লি, কবিমতগা পনবা লাকপগা যাখিদ্রে। লাযনা চেল্লববনেহে? নীংঙমদবগী লাযনাগকা?”

— “ঐবু ওস্থোকপা মায়কৈ অমদা পুবিবেদা নহাক্লা।”

— “হোযদা মতম মতমগী শক্লোন্নিদা। থোইবী শাববদি নোংবান লৈতবা হৌনববা?”

ঙাঙনবিঙৈ অসুম্না মহাক অদো ঐখোয়গী মাঙ লান্না পঙলাপ লাপতনা লাকই। ঐনা শচিদা খুজিন্না শিক্তুনা ৱাবীদি মখা তানখিদ্রে।

ফিজিক্স ওনর্স তা মহাক্তা তম্মিন্নবী চান্দনি, তোম্বীশ্না হোযনা অমুক অনিবক সুবে অসুম্না তল্লিবা —

— “যাম্না ফবনি লাইবিকসু, মওং মতৌসু, মশকসু, লমচৎ-শাজৎসু।” অমনা অমুক শমথবকই —

— “মীদি অনি সুনা চৎমিন্নবা অমুক্তা উদে, চেকশিনজৌ। ফাজখিনি। অসিগুম্বা মীসি তোংঙানবা মীহুন অমমম লৈবনি। নহানসু ওজা মনিভুষনগা প্লানেটবি মোসন তাক্লিঙৈদা মবৈ যেৎনবক্তনা ঐখোযদি ফুনবেদনা খল্লুববনি। তৌববুদি ওজা মনিভুষননা মাগী ৱাহংগী পাউখুমদু খজিক্তং উশিত্তনা খুম্লুবগী তৌনবকপনি। লাইবিক্তি যাম্না পাবা জাৎনি। নুংশিবগী মতাংদসু ফজনা খন্ন-নৈনবমগনি।” পাউ তম্বগী লোইশিল্লকপদা কোচী অমদি হেক্তা যাওবকই।

নোংমা কলেজ কানটিনদা শচিবালা ঐখোযনিদা চা থক্লিঙৈদা মহাক লাক্লগা ঐখোযগী ইনাক্তা ফমথবৈ। শাচদা যেংলগা “চা থক্লল্লিববা? কবিনো

অমত্তা কৌজগে'' । হাযবগা মেনেজর লেৈমদা মপ্য ওনশিল্লগা মচিন-কাংখৎপ হৌবকপদা শচিনা ওক্লকই, ''যাবেদা, কৈবিক্লবনু, ঐখোয় ক্লাস মতমসু যৌরে, লাইব্রেরিদা চঙগদবসু লৈবি।''

— ''ফবে অদুনা অদু ওইবে। পুর্নিবালা ঙসিদি খুদোল অমতা তমজবমগে হাযববু য়াম্না অকাযবা ওইবদবা ?'' 'ইঙকপু ঙকই ঐগী মিংবু পল্লকপসিদা-কদোমদগী কবম্নবু থিজিল্লুবিবা'— ঐগী ৱাখলনি। শচিবালা ঐখোয় অনি ৱাবী খব শান্নবম্বদুসু মকোক মমৈ খঙদনা অদুম লেপখ্রে।

ইখঙ খঙহৌদনা নুংশি চিঠি হাযবদু ওইবমানে ঐগী বেগ তা হেক নমশিল্লবে। অদুগা হাযবকই —

— ''ৱাবৌবা যাদে, পুক্নীংগী ৱাফম খবদং, ফোঙদোকচনীংদুনা।'' তাঞ্জাসিদা চান্দনি, তোম্বীম্নাসু ঐখোযগী ইনাক তম্না চঙশিল্লকই। ঐনা অফিং অফায ওইনা চিঠিদু থাউদগী শত্তোক্লগা মকুপ তানা হেক শেগায। ইমান্নবীশিংদু ঐঙোন্দা হেক যেংশিল্লকই। মহাক মমায খবদি শোযদনা ঙাংলমগনি।

মহাক তৌফম খঙদদুনা যাম্না থুনা কানটিনদগী থোকখিবদু ঐসু উহৌই। শচিবালানা ঐঙোন্দা ওনশিনদুনা চৈবিবকই।

—''কৈদৌবগী শেগাযকবিবনো অপঙবীসিদি, নঙগী মাঙজবনি। নঙগী মাঙনবা তৌজবক্কনিকো।'' চান্দনিনা অমুক ওকলকই —

— ''মমাযদু ঈচপমুক ঙাংলগা হনখ্রবনি।''

— ''অদুগী শকক লৌসিল্লগা ঐখোয মযাম ফাক্তোক্লুনা ৱা-ৱা নোক্লুনা পাবমদৌপোৎনি।'' তোম্বীম্নানা অসুমনা অমুক নোংসিল্লকই। তুমিন্না লৈবা নত্তনা ঐহাক কবিসু খুম্নুবা তৌকদে।

থা অহুম মবি হৌখ্রে। কলেজ দসু মহাক্কি মশক উখিদ্রে। অতৈদসু ঐ হংলুবা তৌদে 'কবিগী কলেজ কাবক্লিবনো?' নোংমদি এক্সত্রা ক্লাস তৌদুনা ইথস্তা খব থেঙনা কলেজ দগী হল্লকলমই। লাপতক্লা মহাক লাকপা উই। ঐহাক মীহুন তিং তিং চোংই কবিবু থোক্লগবা খন্দুনা। ইনাক যৌশিল্লক্লে।

—''নহান নোংমসু লৌর্বিখিদ্রে। ঙসিদি ঐবু অমুক হন্না ইকাইব' পীবিবগনু'' মানা শোন্থাংনা নীংবা কাযবগী মওংদা হাযবকখির্বান। ঐনা কবিবু খুম্লুর্গনি' হন্না ফাউবা যেংলুদনা অদুম চৎলি।

ঐগী যানীংদবা মওংদুদা ৱাদি মতুংদা অমুক মখা তাবকখিদ্রে। অচিকপনা ঐখোয় অনিগী মতেং পাংখি। অচিকপবু কনানসু যেৎপিকুদ্রে। ঙহাক ইন্নবন্নগা পবপ-পবপ হেনগত্তুনা চৎখ্রে। ঐহাক শ্বব চনিং তানা হোনবা ফংজবে।

যুম যৌবদা ঙাইবি। ইমা পবপ পবপ চঙলকই ঐগী কাদা। অদুগা হায়বে —

— "ইবেম্মা হৌজিক্তা নিপা অমখক্তা চিঠিসি পীবমই। শিংজমৈদা লৈবী সুজিতাগী মবুংনি হায। মচননুপীনা পিবকপনি হাযবমই।"

ঐহাক শ্বাই লাউই, অদুগা চিংনবা অমনা শিংজমৈদা সুজিতা কৌবি ইমান্নবী লৈতে। অদুবু মদু পুম্নমক অদু ইমাদা খঙহল্লুদ্রে। মসি ইনখৎলক্লিবা যুবক যুবিকাশিংগী মীনমগে হাযনা মীনশ্ববদি নত্তবা পুক্লীংনা ইনশিল্লকপগুম তৌবা চ'উববা মীনশ্বনি — মমা মপা ওইবশিংগী মফমদা। তপ্না ইমাদগী চিঠিদু লৌই। চিঠিদু যেংবদা খঙলে। থাবকপা মীগী লৈফম থাদবা এনিনোমস লেত্তব নি। 'টু মিস পুর্নিবালা দেবী' হাযনা ইনভেলপ তা থাবা মবমনা ঐগীনি হাযবদি খঙলে। তশেংনা চিংনখি অসুম্না 'মহাক্না পিবম্বা ওইবমগনি।' পানীংবা অমনা লমজিং ওইদুনা ফমুংদা উপ্না হিপ্নগা চিঠিদু ফাক্তোক্লুই। মবোর্লদি অসুম্না ইবমই।

নুংশিজববী দেবী,

পুন্সি বসন্ত শৈহৌবকপদা নীংবা কাযখ্রবা ঐনি, অদুবু পুন্সি বসন্ত লৈকোল্লক্তা অপাম্বা লৈবাং খঞ্জব। নহাক্কি নতেং লৌজবা যাবোইদ্রনে? (থম্মোইদা থুক লাউবা ফাউখি ঐহাক')

তশেংবনি পুন্সি বসন্ত শৈহৌবকপদা লমজা-শবা ফমদোন ফংনা পোক্লকপনা নীংবা খবদি কাযখ্রে। (ঐঙোন্দা মীনুংশি অমদি ফাউখি অচুম অবান থিকদনা) অদুবু থোযনা চীংনকদে পুন্সি বসন্ত লৈকোলদা অপাম্বা লৈবাং খঞ্জবদা নহাক্কি নতেং ফংগনি খল্লুবদা।

নহাক্কি নফমদা মতম কুইনগী মমাঙদগী ফোঙদোক্কে খঞ্জবক্লবা ৱাফম অসে ঙসিমক ফোঙদোকপা ফংজবসে ঐগীদি লাইবক যাম্না ফবনি, পন্থুংফম অমা যৌববগুম্বনি। ৱাফম অসে ফোঙদোকপা ফংজবগীদমক নহাক্কি নফমদা পুন্সিসিমগী লমন তোনশিঞ্জবর্বনি।

নোংমা পুন্সিগী লিলা ফম্বাক্তা থেংনজকই নঙবু নাযিকা অমা ওইনা — ঐগী ওইবা নাটক্কি। মতমদুদগী হৌবদুনা ঐগী থম্মোইদা ফাউবকপা প্রেমগী মবিক খবদং নহাক্কি নফমদা খিকচবা পামজখি। অহোইনদুম খঞ্জখি ঐগী পুন্সিবু মবেক মহাউ যাওদ্রবা অমগুম — নহাকপু ফংলবোইদ্রা খল্লুবদা। মতমদুদগী হৌবদুনা নঙগী নুংশি মুত্তিবু ঐগী থম্মোইদা লাৎচবা হৌখ্রবনি।

পুক্লাংগী ব্রাফম কযাসু নঙগী নফমদা যৌহঞ্জনীংখি। মদুনা তুংগী পুন্সিগী লমাইশিংগী খাল্লগে — কবিগুম্বা বিধিনা ঐগী মঙ্গলগীদমক লেপ্পবমলনা।

নহাক্কি নফমদা নহাক্লা খঙলিবদুদগী হেন্না, মনুং যৌশিনবা পাবিচয় হ ঙহন্দে হাযদুনা ব্রাবৌবা তৌবিগনু। মদুগা মব্ম খবদং পঞ্জগে। ঐহাক্লা থেংনাখি —পুন্না বসন্ত মপাঙ ফাদ্রবা শাবি-শালৌ কযানা মাগী পুন্সিগী উদ্দেশ মপূঙ ফাদ্রিদুদা নুংশি ইচেলা হান্দুনা পুন্সিদা নীংবা কাযখিবা অমাদ লৈখা তাখিনা — মাস খোক্রনব হাবদুনা। নোংম পুন্সনা অসুম যাওল্লকপদা মতম অমা লাকহি, মম্ম হামা থেংনবখিন। মতমদুদা মফমদুদা ঐগী মপূঙফাব পাবিচয় তাকচগে।

লৈবাং লৈশকসু খঙদনা, লৈবাং লৈশাংসু যেংদনা লৈবাংগী নাপদা চিমেন পাউমেন্নবা হৌই হাযদুনা ব্রাবৌবদি তৌদিবোয। অদুগা হৌজিক্কি কংলৈ সমাজগী ফিভম অসিদি ঐনা পঞ্জনীংই — ‘ঈগী নোং চুনবগুম, মীনম্বনা অশেংবদু খুমাজনখ্রবগুম, থাজননা যেক্লবা ওইববগুম, মীহাৎপনা অকনবা শক্লবগুম। অপাইবা থব্রায ভাক্তা মাযকৈ খুদং মফম খুদং। বঙ্গোপ সাগব অমাদ আবাবিক সাগবগী শিংলকপা মহূ-পুববা, মচু শঙলবা নুংশিংনা কংলৈ-সমাজবু মশক থীহল্লবনি। মাযা তৌদুনা কংলৈ সমাজগী লংলবা শক্তমবু অমুবা কালি ন হৈত্থ্রবনি।’ ঐগী ব্রাখলদা ‘ঙসিগী কংলৈ সমাজগী যাওন্দা ওন্না থোযনা হিংলিব মীওইশিংদো কংলৈবাক্কি যেক্লবনি, লাযেংবা ঙমদ্রবা কেনসবনা যোম্লবা সমাজবু মাঙতাকহনবা জীব মখল অমনি।’

হাসিগুম্বা মযাম অসি খবদং ওইববসু চুমথোকপা ঙম্লবা ঐ মতম খবদি শক লোৎচকখিগে।

‘শক লোৎচববা কংলৈচা অমা’

অসুম্না মৈশা অমা পীবম্মি। মঙাল অমা উৎলমই অদুগা মহাক্তি উখিদ্রে। কলেজদসু লাকখিদ্রে। লম্বী লমখাংদসু থেংনবা লৈখিদ্রে। মশক অদুসু মমি শামি খঙখিবা নত্তনা তশেংনা লাকশিনবা ঙমহৌবা নত্তে।

মহাক মাঙখ্রে। কলেজ দা, কৈবোয লৈকাইদা হংলুবা নৎত্রগসু ঙাঙনবকপদা, পাউ তম্লবকপদা অসিমদি খঙলে — ডি এম কলেজদা তম্লম্বা

"লোযালাকপা" মাঙখ্রে—নহাবোল অতৈ চামবি-চামঙাবোম লোযনখি। হংঙুদ্রবসু খঙঙি — বিভোলুসন অমগী পান্দম মখাদনি। বিভোলুসন অদুগী লিচিংনা মাঙখিবনি। মৈত্রবাকপু ভাবতবর্ষদগী তোখাযনা তোঙান্না লৈজনবা বিভোলুসননি। মাযপাক্কদবা-মাযপাকওইদ্রা মসিদদি ঐ কবিসু খন্থকুদে। মসিদা খন্থকুবগদি মায পাকপগী মঙ অদুদি মঙনিঙাই মচাক অমতা লৈত্রিবনি। চহী চামগী মতুংগী ব্রা ওইবা তার্বনি। মবমদি ভাবতবর্ষগী চাউববা লান্মী তেঙ্গোল অদুগা মৈতৈ নিপা নুপী খাক্তনা বিভোলুসন অদুদা যাওববসু চান্মগা অমগা পান্নবগী ফিভমনি। অদুবু ঐ মখোযবু নুংশিখি, লোযালাকপা বু নুংশিবকখি। মঙোন্দা মতেং পাঙনীংখি। মশক উখিদ্রবা মতুং অসিদদি ঐঙোন্দা চাউববা চৈনা অমা পিবিবম্মে। ঐ মাগী মবীমখোং কন্না থিখি অমুক্তং উনজববদি খন্দুনা অদুবু পুম্নমক অবেম্বা তাখি।

মসিগী মতুংদা ইম্ফাল ইমৱোইদবি এন্দ বিভিং স্কুল অসি লিংখৎখি। নহাকসু জোইন তৌববে হেড মিষ্ট্রেস ওইনা। অমুবা অমসুং অঙাংবা মচুগী কমালশিং, মচু-মচুগী খ্বাংচেৎশিং, মখল মখলগী ঙকযেৎশিং, কোকযেৎশিং নহাক খঙহন্দনা থাখিবনি মখোযগী মনাক্তা যৌনবা। মদুদা মৈতৈ মযেক্না অসুম্না ছাপা থাখিবনি — 'সুপ্নগী কংলৈ যাওল্লোযশিংগীদমক্তা।'

মখোযদগীসু পাউখুম লাকখির্বনি 'থাগৎচবি ইম্ফাল ইমৱোইদবি এন্দ বিভিং স্কুলগী ওঝাশিং অমদি ছাত্রীশিংবু। পুন্সিগী ওইনা কাউজবোই অমদি পুন্সিগী ওইনা লমন তোনশিঞ্জবর্বনি' অসিনচিংবা। তশেংবদি ছাত্রীশিং অমদি নহাকসু কমালশিং, খ্বাংচেৎশিং, ঙকযেৎশিং অমদি কোকযেৎশিং অসিগী মবমদা কবিমতা খঙবা নস্তে। মখোযগী থাগৎ-বাহৈ অসি ফংলবা মতমদতা নহাক্না ঐঙোন্দা ব্রাবোল পুম্নমক অসি তন্নখিবনি।

জেলদা লৈকুববা মতুং থোক্লকলবদ' লোযালাকপা না ঐবুসু মশক মুন্না খঙবিখি — মতমদুগী নাযক-নাযিকা গী প্রেম-প্রেমিগী লিবিক লিবিক চেল্লিবা ঈচেলশিংদুগী মথক্তা তোপ-তোপ্পা নাকন্দগী চেন্থবক্লিবা মবৈবাক নুংশিবগী ঈচেল অদুবুসু যাওনা।

ঐ অসিমদি খঙঙি ঐনা লোযালাকপা অমসুং মতুং ইনবশিংবু নুংশি। মখোযগী থবক অদুর্দদি ঐ নুংশিকুবা ঙমদে। ঐনা থাখিবা কমাল, খ্বাংচেৎ, ঙকযেৎ অর্মদি কোকযেৎশিং মখোযগীদমক্লি। মখোযগী থবক অদুগীদমক্তি নস্তে। মসিনি খেন্নবিবা ব্রাখল। ৱাখলগী লালনি।

মহাক্কী থবক্তা ঐগী যানীংদবা লৈ। ইন্দিযান আর্মিদি মবাল লৈতে। হুকুম অমগী মখাদা, তলব অমগী মখাদা মতু মচা, মচা-মশু থাকপা লাকখিবনি মৈতৈ যাওল্লোযশিংগী মবক্তা। শাউববদি মী খুদিংমক বাখল খন্নবা নঙনদনা অফ-ফত্ত খঙদনা পঙতৌ তৌনবনি। মসিখক্তনি ইন্দিযান আর্মিগী মবাল। অমবোমদা মসিদি মবাল নত্তে, মীওইবগী লমচৎ শাজৎকি অশোনবা মতাং হাযবদুনি। কবিগী মখোযগা শিংনগদৌবিবা? খুৎলাইগীদমক্তবা ? মদুগীদমক ওইববদি অবানবা লম্বী অমদা চৎখ্রগনি। খুৎলাইদি মুনগদবা নত্তে, লৈগদবনি।

অবানবা তৌবা মীবু হান্না দন্দি পীফম থোকই। ইন্দিযান আর্মিদি লান্দে। লাল্লিবদি মখোযবু হুকুম তৌবিবা এডমিনিষ্ট্রেতবশিং অদুগা মনিপুবগী মন্ত্রিশিং, আই এ এস ওফিসাবশিং, লোইশঙশিংগী মকোক মথংশিং, ইঞ্জিনিযাবশিং, ডোক্তবশিং অসিনচিংবা মযাম অমনি। মসিগী মথক্তা অমুক্কা হেন্না হৃথানবা ওইবিবশিংদি কাববাববালাশিং, মখল-মথেলগী দুকান্দাবশিং, ব্লেক মাবকেটবশিং অসিনি। ইন্দিযা আর্মিদা শিংনবগী মহুত্তা মখোযশিং অসিবু হান্না অচৌ অচৌবা অরু অরুবা পাবা তম্বীফম থোকই। পাবা ইন্দ্রগা পুন্সি অমসুং মবাল অনিগী মবক্তা মমল হুন্নবা তাবনি । অসিগীসু মথক্তা ভাবত সবকাবদা মনিপুববু অমসুং ভাবতকি অৱাং-নোংপোক লমদমশিংবু অখন্নবা মিৎযেং থমদুনা অহেনবা শেনফম থাদবিদুনা ভাবতকি অতৈ স্টেট কা লেং মান্ননা থম্বিনবা হোৎনগদবনি হাযবসিদা অকনবা চৈফু ওইবগা মনিপুবদা লাক্লিবা ভাবত সবকাবগী প্রতিনির্ধিশিংবু অকনবা ধমকা ওইবনা অহানবা খোঙথাং ওইফম থোকই। লোযালাকপা অমসুং মহাক্কি কাংবুগী খোঙথাং অসি হেঞ্জিন্না থাংজিনখ্রে। মসি জেল মনুংদা তৌবিবা পেন্নদ্রবা মযাম অমদি অচৌবা ওফিসাবশিংবু মখাতাবা গ্রেদ ফোব থাক্কি কর্মচাবি মযাম অমনা পেন্নদবগী বাবী মযাম অমা তম্নবকপদগী অহানবা খোঙথাং অসে হেনজিন্না থাংখ্রে হাযবসি মশানা তাবকখিবনি।

বাবী তাবিবী হেদ মিষ্ট্রেস মহৌশাগী চীংলেম্বা মতৌদা অদুমক লৈবি। ঐনা মখা অমুক তাথৈ —

ইম্ফাল অমদি অকোযবদা যু যোনবা, যু যোনবী যাম্না লৈ। মখোয অসি সমাজনা তুক্কচনৈ। সমাজগী যেক্লবনি হাযনা থল্লি। অদুবু মখোযনা সমাজসিদা তৌবিবা অমোৎপসিদি খজিক্তনি । মদুসু চাকখাউগীদমক্তনি। মীগী চগুম চনাই শেংবা থবক্লি। তৌনীংবা নত্তে। মসিনা মখোযগী ইজজৎ মাঙই, মচা মশুগী লমচৎ শাজৎ মাঙলকই হাযবা খঙনা মখোয অযাম্বনা চাকখাউগীদমক্তা যু যোল্লি অমবোমদদি মখোয পাঙদবা মীনি, ৱাখল খন্দবা মীনি। যু যোন্দ্রবদি মখোয হিংবা ঙমদ্রববা? মসিগী পাউখুমদি যু যোল্লিবা মখোয মখোযনা খুম্লসনু।

যু যোনবা কাঙবুনা সমাজসিদা থল্লিবা অমোৎপশিংদগীদি সবকাবগী অচৌ অচৌবা চুক্লি পাযবিবা মন্ত্রিশিং, আই এ এস ওফিসাবশিং, এম সি এস ওফিসাবশিং, কাববাবৱালাশিং, দুকান্দাবশিং, ব্লেক মাবকেটবশিং মখোযনা সমাজ অসিদা থল্লিবা অমোৎপা অসিগী চামদা অমা ফাবা নত্তে। অদুদি সমাজসিগী অচৌবা হুবানবা কনানো ? মখোযদুনি। মখোযদুদি — মবাল লৈজদ্রবা, পুন্সিদা হুবানবা মশক খঙজবক্ত্রবা লৌমীশিং, শিন্মীশিং, লেববশিং, যুমগী ইবেন্মশিং, ছাত্র ছাত্রীশিংগী মমল যাম্লবা ভোটকি মগুন্না ৱাংনা থাংগৎপিখ্রবা এম এল এশিং, মন্ত্রিশিং অমদি মখোযগী খৌবুনাই ওফিসাবশিং, কাববাববালাশিং ওইগম খোক্তনবা ? ওইফম থোকপনি। মসিনি বিভোলুসনগী যুম্ফম। পন্থুংফম্ম যৌনি যৌবোই, যৌগে যৌবোই থন্নবসু থন্নদ্রনসু পেঞ্জদ্রব নহালোলশিংগী বিভোলুসন - লোযালাকপা অমসুং মতাক্কি কাংবুগী বিভোলুসন।

কনানু বাবৌগনি ? কনানা পান্ডখুম পিগদৌরি ? পন্দ্রবা মফম অমগী পন্দবা বাহং কয খুম্নবা লৈতনা। পম্মমক তাসিনা ইকে ও নন্দুনা লৈবগ ঐগা তোপ তোপ্পা বাখললোল অমনা লোযালাকপা গা গমুক্তং উনদুনা পুন্সিগী ওইবা পর্ক্লাংগী ওইবা, থম্মোইগী ওইবা বাফম অমদি কাংথোকপনা ঐগী পান্দমনি। পান্দমসিগী মখাদান ঙসি ঐনা নঙবু পুদুনা লাক্লিবসি।"

ৱাবী তাবির্বী হেড মিষ্ট্রেশ ঐনা হোল্লিবা অশা খা স্বব অদুগুম্না মহাক্সু অশাংবা স্বব অমা হোল্লকই। মতম কুইনা চমম্লবগা ঈপাক অমদা তাউব্রবব ম, ককঙাউনবগী ঈচেল অমদা লুপ্লুববগুম যেংখৎলকই হেড মিষ্ট্রেশ না ঐ ডোন্দ অদুগা হাযবকই -

—"ওঝাগী মিৎযেংদা ঐনা কবি অমুক যেৎপা ঙমগদৌবিবনো ? ওঝাগুম কখোকপা ওস্বগী শক্তি অদু লৈজদ্রবা ঐনি, ঐগী ইমুং মনুংনি, ঐগী সমাজনি। অদুবু কখোকপা ঙস্বগী লমচৎ অদুদি লৈজবি। মসিখক্তনি ঐনা ওঝাগী মফমদা ফোঙদোকচনীংবা।"

ঙসাইমখৈ চেল্লিবা বস্‌সু ঐগী বাবী তাকবগুম ঐগী ৱাবী লোইববদা খঙলেপ লেপ্লকই। মহে মহে কুমথনৈ। 'ইবুংঙো লমদাইবুং যৌববা?' অসুম্না বসকি ভাবা লৌবা নিপামচা অদুদা হংলুবগী পাউখুম ওইনা মঙক নোম্লকপদগী হেড মিষ্ট্রেসকা ঐখোয অনিসু হাযনবা তৌদনা বসতগী কুমথনবকই।

মফম অসিদগী কিলোমিতব মঙাবোম চৎলগা লৈ লোযালাকপা গী কেম্প যাউবকপা মেপকি মতুংইন্না। হাযফেৎ খা-ৱাং যেংথোক্লবা মতুংদা খঙলে চৎকদবা লম্বীদু। মসিগী মতুংদা ৱা অমতা হৌদোক্লদ্রে। কিলোমিতব মঙাবোম চৎলবা মতুংদা মেপতা উৎলিবা থোঙ্গালদুমক্কি থাজবা থোঙ্গাল অমদা চঙশিল্লি ইবানিমক প্রপ-প্রপ।

— "কনা উনবিগদবনো ?" চহী ১৭-১৮ বোমগী নিপা অমনা হংলকপা ব্রাহংগী পাউখুম ওইনা 'লোযালাকপা উনগে' হাযনা যাম্না শম্না ঐনা খুমখি। কবিমতা হাযবম্বা তৌদনা নিপাদু পবপ পবপ ইমুং তম্না চঙশিনখি অদুগা অমুক যাম্না থুনা থোক্লক্ল গা অমুক হংলৈ, 'মিংবু কবি ?' 'পুর্নিবালা হাযবিযু।' অমুক চংখি। খুংলৈ থুনা অমুক থোক্লকই। "যানি চঙবিবকউ ইচেদমক। ইচেনা চৌক্রিসিদা ঙহাক্তং ঙাইবিবা তাবে। চা-নুং তৌজবক্কে।" অদুগী তুংদা নিপা অদু থোঙ্গাল্লোমদা থোকখ্রে।

পুক্লীং অসি মহৌশাগা মান্নদনা যাম্না কা হেন্না শোন্থবকখি। ইমুং যৌববা তুংদা অতোপ্পা যাওল্লোই অমনা লৰ্মজিংদুনা লৈনুংগী কা অমদা কৈবাক থাদ্না কুমথবকই।

মহৌশা উখিবা, বাখলদা তাখিবা মশক অদুগদি যাম্না খেন্নবল্লে। যাম্না চাং লেল্লে। মশক অদুসু খব লৈশিল্লমলে। মিৎযেং অদুদি মহৌশা অমুকখক কলেজদা ক্লাস কমগী থোঙনাউদগী তাঞ্জা চাকদুনা উখিবা মিৎযেং অদু ঙসিসু অদুমক লৈবল্লি। চা গ্লাস অমা অচা অথক খবা চাববা মতুংদা মহাক্না চীংলেম্না হংলকই।

— "কবি মবমগী মফমসিদা লাকপনো?"

— "ব্রাহংদুগী পাউখুমদি পিবা ঙল্লোই। লানবনদা খোঙদাদবিবা লানবন চঙদ্রিবা লাম্নি অমদা থাখিবা তেন অমুক হঞ্জিল্লকউ হাযবদি যাফম থোক্তে। লাম্নি অদু লানবন যৌবকপা তাবগদি কবি তৌবিবা তাবগে?"

মহাক্না যাম্না ঙক্না ঐঙোন্দা যেংলকই। অদুগা হাযবকই,

— "হাযবদি ?"

— "নীংশিংবগী ব্রাংমদা লৈবিখ্রববা?"

ঙাইহাক্তং খল্লবা মতুংদা মহাক্না মখা তাবকই —

— "মদুগী মতম অদু হেনখ্রে।"

— "মদুগী মতম অদু যৌবকপদা ঙাইবি ঐঙোন্দদি।"

— "লাঞ্জং অদু লোইখ্রে। লানবনসু লৈত্রে, শিদোকখ্রবনি।" মহাক্না মখদাঙদা হৌবা মকোয অদু নাল্ল-নাল্লদুনা হাযবকই।

— "লাল অদু অমুক হৌবসি। হায়জবদি নত্তে, লাল পাম্বগী বানি।" ঐনা যাম্না ইচং থৌনা হাযকব্বনি।

—"লাল অদু তৌনবগী মতম লৈত্রবনি।"

—"কিবগী ব্রাফমদি নত্তেদনা ?"

—"কিবগী ব্রাফমনি হাযববসু কাযদে।"

—"অচেনবা মীদদি কৈদৌনুংদা খুৎ থাদে, নুপী ওইনা পোক্লবসু চৎলগে, পুন্সিগী ওইনা অদুম উনখিদবসু যাই।"

মহাক ইঙক ঙক্ল লৈহৌই। মহাকসু মাযথীহৌই ব্রাখলগী লালদা।

*ইবা লোইশিন্দনা থমাখবা ১৯৭৪*
*হল্লগা অমুক ইবা লোইখিবা তা° ২৭।৩।৯৪ ইং*
*(যাওশ° মৈথাবা নুমিৎ)*

*বাবীগী মতম ১৯৭০ ১৯৮৫*

# য়ুমলোন্নবা

ডাক্তব হেমো মমিং চৎপা ডাক্তবনি। মীশিংনা মাবু ব্যাবহাব তৌই। অদুম্মদি ওইবগা অনাবা লাইযেংবদা অচান-মীবাই নাইবগী ৱাদি পঙ্ঙাঙ্ঙ ঙাওনৈ। হোস্পিটালদা লাকপা অনাবদা কুপশিন্না-নিংথিনা যেংবা ৱাৎলি। মদুগী মহুত্তা 'অনাবসি খবা লুই। য়ুমদা লাক্লগা যেংবনা খুদোংচাবা তেনগনি' হায়বা ৱাহৈগকাসি অনাবগা লোয়নবকপা মীশিংদা শিজিন্নগনবা ডাক্তবনি।

ডাক্তবগা য়ুমলোন্নবি উকিল ভৈগো। মমিং চৎলি সার্ভিস মেত্তব, ঈলেক্সন মেত্তবগুম্বা কেশতদি। খোন্দা খব থী। মীনা নুংশিহনবগী বাশি-গুন ইয়াও যাওদে।

যাম্না নুংশিননা য়ুমলোন্নবি হেমো অমদি ভৈগো। কবক কবক যেংশিন্নবদু নত্তে। অমবোমদা ডাক্তব হেমোনা উকিল ভৈগোবু কযা উশিত্তনা খল্লি। মশাগী চপ চাবা আই লৈতবা নিপানি। মতমগী খোঙলৈদা মতুং খব খব ইঞ্জবগী ৱাদনি খন্দোকই। হাযবিবসি মপান থোক্লা ঙাঙউ-শকউবদি নত্তে। নুংদা পঙখন খঞ্জবা, চাক চাবমদাইদা কবিদা মতু-মচাদা ঙাঙজবগী ৱানি। উকিল ভৈগোসু নুংদা পঙখন খঞ্জে — অপোম্বা মেৎপা, অমাংবা পাযবা, হক্কি ঈশিং যেংববু শিনফমলা? তঙাইফদবা কান্দা তৌগদবা মঙাই। অমনা অমবু পঙখন-খন্নবগী বানি। মপান থোঙদদি যাম্না নুংশিনৈ। অনিমক ইঙ্খোল অনৌবা লৈবগা য়ুমলোন্নবি। ব্যাবহাব কাযনদে। লৈবাকমচা তায অমসু অমসু।

নোংমদি অয়ুক অমদা উকিলনা মচানুপা যাইমদু পম্লদুনা খব ফিংলপ্পা ডাক্তবগী কাদা চঙলকই। অঙাংদু মকোক্তা মখৌবিদা ঈনা পুমঙাং ঙাংলে। অনাবা খবসু যেংলমই। অনাবশিংদুগী মবক্তুগী অমনা 'ঈহে! কৈদৌরুবে অঙাংসিদি' হায়বগা মহৈ মহৈ হন্দোক্লদুনা উকিলগী লম্বী পী। উকিলনা হেক ফমথবগা হাযবৈ —

— "ডাক্তব! সি হান্না অমুক্তা প্লিজ। মখোয মশেন লাক্ল-ফানা শান্নবদা তুশিল্লুবমানে। মচেক নাইবা নুং অমদা যৈবা মাল্লি।"

ডাক্তবনা অশোকপা মফমদু হিদাক মহি অমনা চামথোক চামথোক্লা হাযবৈ,

— "যাম্না শর্থিনা শোকপা নত্তেদা। ফোক্রবসু যানিদা ফার্ষ্ট এইদ খব পিবগা যানিদা। বোয নঙগী মিংদুবু?

— "লানঙমস্না ! মযাম্না নুংশিবিবা লক্লবিবা হাযদুবা যাতেক হাযবিবা যাও, নাতেক হার্যবিবা যাও মিংগী মিং ঙাক্তনি।"

— "মিংগকাসু যাম্না ফজবিজাৎনি। কবিসু তৌববোযদা। হযেংখৈদি শান্নবদা যাম্না চেকশিনগদবনি। কবিসু থোইদোকপা তৌববোইদা।"

—"অৱামন .......... কযা তৌসিগে ?"

— "এ ! অদুগীদি বিসিপ তা অমুক্তা। ভিজিটিং আৱাব নিনা ৱাবৌবিবা যাদবে। ........ নেকস।"

উকিল খজিক্তদা বাবৌজে। ব্যাবহাপনা মীবু যৈবকই হাযবদু যৌনা শোকই। উকিল বিসিপতা লুপা যাংখৈ থাদবগা থোক্লকই। বিসিপনা লাউজবকই,

— "তামো লুপা কুন হনগদবা বাৎলি।"

—" ইনাউ ইবুংঙো যাবে। মযামগা কিউ থুগাযবগা যেংবনি। হান্না যেংবগী অযেংমন হাপতবা যাববদো।" বাহৈসি হাযনা হাযনা উকিল মযুম যৌখ্রে। বিসিপনা মথন্তা শোঞ্জহৌই — 'শুকলৌ লৌদ্রবস্ যাবা সিদা কদাযদনো তৌবিসিবো। হুবেন থবক লোইবগা হন্দোক্লবা হাযদুনি।'

ডাক্তব হেমোগী ৱাহৈনা খজিক্তদা বাবৌখিবা উকিল ভৈগো হাইফেৎ পুল্লীং নুংশি। উশিৎত্রিবা হাযদুবা সি যৌনা চপ যুংনা খনখ্রে। উশিত্তবদি যাদেনা। ঐসু উকিলনি। আইনবু পুনীংবা মাইকৈদা পুবিবনি । উপায লৈজদ্রবা উকিলদু অসিগুম্বা ফিবেপ অমদা চপ যুংখ্রে।

উকিলগী মচাশিংনা যেন মঙা-তবা লোইজৈ । নোংমাইজিংগী অযুক অমদা মপাদা ৱাকৎচৈ।

—"বাবা ঐখোযগী যেন লাবা অচৌবদু মাঙখ্রে। ঙবাং মকোন্দগী নাম্ভোকখিবদগী অদুম হঞ্জিল্লক্তে। ননাওবী হোযদা ঙবাং নুংদাং যেন থোংবা মাল্লি। এঙ্গাং মনমদু শোযদনা যেনগী ওইগনি।"

ননাওবী যুমলোন্নবিবা ডাক্তবগী মচানুপা অতোম্বনি।

— "কবিসু হাযকুবনু। নখোযনা উহৌবসু নত্তবদুবু। মাঙঙদি মাঙখ্রেদনা। অদুদগী হেন্না চাউবা অমা বাবানা হেক লৈকুবগা লোইবেদনা।"

— " হৌজিক লৈকুসি বাবা?"

— "যাই লৈকুসি।"

উকিল য়েনবা অচৌবা অমা স্কুটর বাস্কেটতা হাপ্লদুনা মচানুপা লালঙমস্লাগা হেক চঙলকই। অঙাংশিং ময়াম অমা শান্নরমই। য়েনবা অমা পুশিল্লকপা উবদা ময়াম কোইরাঙ লাঙই। উকিলদি ইমুংদা চঙখি।

— "সিদি কয়া পি ? য়াম্লা চাউই।"

— "ব্রান হনদ্রেদ ফিফতি খঙঙবা। বাবাগা মমল ঙাঙনবদা লুপা অমত্তফাও তাউ য়াদে।"

— "এঃ নোয়গী হান্নগী য়েনবাদুদি ?"

—" ঙরাং মাঙখ্রে। মকোন্দগী নাম্ভোকখিবদগী হঞ্জিল্লক্ত্রে । ননাওবী নোয় ঙবাং য়েন থোঙব্রা ?"

— "থোংবা। দাদাচৌনা শঙ্গোইদা হাৎপা। কাকাচৌনা থোংবা। ঐদি অয়ুক চাই।"

ননাওবীনা চহীদা নৌবনিনা লালঙমস্লানা য়াম্লা হেন্না শিংঙি। ব্রারীশিংসি ননাওবীগী মচেনা লোয়না তারদুনা মমাদা তমই। মমানা মাই পাবুংদা তম্মী।

— "ঙরাং অঙাংশিংনা চাবা য়েনবাদুদি উকিলহোয়গী ওইরমানে । অমুক্তং শেংদোকউদ্রবদি করম তৌনি। য়াম্লা ফজদবা তারনি।"

ডাক্তর উকিল উনবা লাকই। উকিলনা রিদিং রুমদগী তরাম তরাম্লা ডাক্তরবু কৌশিল্লি। উকিলনা ব্রা হৌদোরকই,

— "করি কেশকি ওইরবনো ?"

— "ইচম চম্বা কেশ অমগীনি। ঙরাংসি .........।"

— "ঙরাংগীবু ওইরবসু ঙসিগীবু ওইরবসু, য়াম্লা লীববু ওইরবসু উকিল ঐখোয়দদি চপ মান্নে। মিৎয়েং অমখক্তি মখাদা কেশশিং অসি নৈনরক্কদবনিনা। হা করি হায়গে, ডাক্তব ? মখা হায়বিয়ু।"

উকিলনা ডাক্তরগী ব্রাবু মরক থৎনা ঙাঙলকপদা ডাক্তর লকক তৌনা ব্রাসিবু হৌদোকসিরা হৌদোকঅগুমসিরা খঞ্জানৈ। ডাক্তর য়াম্লা থুনা ব্রারেপ লৌবগা লোয়ননা হায়রকই —

— "ব্রাসি ফৈরেঙননা লমফৈ অমরোমদা চৎখিদৌরে। হেক্তা শমজিনজরগে। ঐগী শঙ্গোয়দা য়েনবা অমা লৈরমদুনা ঙরাংসি অঙাংশিংনা চাথোকখ্রমানে। য়েনদুদি উকিল বাবুগীনি হায়বসি ইচানুপীনা হৌজিক্তা তম্লবদগী লাকচরিবসিনি। ব্রারৌনবা য়াদেকো। হৌজিক্কি অঙাংশিংসি মথোং কয়া

চাদে। ৱাহং পাউহংদে। মখোযগী অনীংবদু নীংবগা লোযবগা চপ মান্নবজাৎনি। খন্থনবা মচাক ইযাও যাওদবা।"

— "এ ! অদুগীদি কবিমত্তা ৱাবৌজদে। মাঙখ্রদি মাঙখ্রে। চাখ্রদি চাখ্রেদনা। মীনা চাখিদৈ শরুক ডাক্তবগী অঙাংশিংনা চাবন্মীবদুনা হেন্না ফববজাৎনি কবিমতা খনবিরুনু। কবিমতা খঞ্জদবা জাৎনি।"

— "যেনগী ওইনা সি থমজবমগে।"

— "এ যাবে, যাবে। থম্বিবমগনু। ইশাগী ইস্কোলদগী মাঙখিবসু নত্তনা।"

ডাক্তবনা অনম অহাদা সাইদ টেবলদা শেল থাদবল্লগা হৌগত্তুনা থোঙজিন লানবা হৌবক্লে। উকিল শেলদু যেংলগা খুৎলৈ থুনা লাউবকই,

— "অমুক্তা ঙাইবিখো। ভিজিটিং চার্জ তৌবমদ্রিযে।"

ৱাহৈসি তাবদ' ডাক্তব ইঙক ঙক্লা হঞ্জিল্লকই। উকিলনা শেঙদোবকই,

— "ঐখোয উকিলগীদি ভিজিটিং আৱাবসি তুযেন্টিফোব আৱাবস এ দে হাযবগা অদুমক চৎনৈ। ভিজিটবশিংবু এনি তাইম বেলকম তৌই। ভিজিটিং চার্জনা ফাইভ হন্দ্রেদনি। ডাক্তবগীদি অতৈ কনাসু নত্তবনিনা ফোব হন্দ্রেদ তমক থম্বিবম্মু। যেনগীদি লৌজববোই। টু হন্দ্রেদ অমতংগা হার্পচিনবিবগা যাবে। ৱাবৌবা যাদেকো মাগী মাগী প্রোফেসন হাযদুনি।"

ডাক্তব অমুক্তা হেন্না ঙকখ্রে। অঙকপা তাঞ্জা অদুদা যাম্না ইকাইনা লুপা চানি অমগা থাদবল্লগা কবিসু ঙাঙলম শক্লমদনা মযুম তান্না পবপ পবপ লাক্লে।

মহৈ-মহৈ চেকপন খাগৎনবকই, অমসু অমসু। ডাক্তবগীনা অবাং থংবা চেকপল, উকিলগীনা মখা থংবা চেকপল। ৱাংবা তান্নবকই, হেন্নপোৎতে। যুমলোন্নবিবদু ডাক্তবনা মখানি, উকিলনা অৱাংনি। অচৎ অওক্লা কবিনো কবিনো হংনৈ।

হূই অমসু শিবে। চেকপন অনিগী কাবক্তা মথন্তা চঙজখিবদগী — অঙাংশিংনা অমুকসু হূই চঙখ্রে হাযনা লাওশিল্লুবদগী হেন্না চঙশিনখিদুনা হন্দোকপসু যাদ, চঙশিনবসু যাদ হূইদু কংশি শিবনি। হূইনা ডাক্তবগীনি। অঙাংগী লিদবনা লানঙমম্লানি। য়ুম্লুবেনবী অনি চিক্লবকই —

— "মচা-মশু ৱাবক্তে। নোংমা নৎত্রগা নোংমদি হূইদি লাইবদনা মী শিবকখিদবনি। হূইবু নমদুনা চেকপল কাবক্তা তানশিনবশিবু কবস্বা অঙাংনোনে ইমানা হেক পোকপদগী উজবক্ত্রি, তাজবক্ত্রি।"

— "অদুম্নগদি হায়নু। ইবেম্মবু উবিহৌবরা ইচানা হূই চেকপল কারক্তো তানশিনবদো ? মথোং চাদবা মফম মরাং খঙদবা হূই হেক লোইশিল্লগা ইচাদা তাইনরিসিবো ?"

— "হরে, হরে, ঙকচরেদা। হূইদো অচম্বা নত্তেয়ে। স্বাইগী হূইরি ইনবা হূইদো নত্তেয়ে। লুপা লিশিং অনি পিদুনা লৈজরকইনে। নখোয়গী য়েন্থী-য়েন্নম চেনবা লোইবা অদুগুম্বা নত্তেয়ে। ফমুং নাইরিবনে তুম্নবা।"

—"য়েন্থী য়েন্নমগকাদি পল্লক্কনু। মদুনা নঙোন্দা চীকপবা হা ....।" করি করিনো মখা তানবক্কদবদু লেপ্পখ্রে লৈকাইগী অঙাওবা পাখঙ মচা খবনা থোঙ্গালদা বম্লুলা খর থাজিল্লকপদগী।

উকিল অমসুং ডাক্তর অনিমক্কি ফিভম হান্নগা যেংনবদা ইহাই হাইগৎপা ঙম্মদ্রে। ডাক্তরগী য়ুমদা লাকপা অনাবা মশিং য়াম্না লৎলে। হান্নদি অযুক অমদা অনাবা কুন্থ্রাগী মথক্তা লাক্লম্বনি। চৎলিবা চহী অসিদদি অনাবা লাক্তবসু যাওরে। উকিলগী ইমুংনা হনচক ঙাচক শাদুনা — "ডাক্তর হেমোদি হিদাক লান্না ইশিনবনি। হিদাক মশিং য়াম্না ইবনি। হিদাক মশিংবু য়াম্না ইরবা ডাক্তরদু হৈত্রবনি। অমুক হন্না যেংবিরুবনু" অসিনচিংবা হায়জিন্দুনা অনাবা লাক্লুবনি হায়না ডাক্তরগী ইমুং মনুংনা অমদি মরী-মতাশিংনা মবুক্লিংদা খঞ্জে। করিগুম্বদসু মচিন থোক্লা পাউদমই। অকুপ্পা মবোলদি উকিলদা হংবিয়ু।

উকিলনা অমুক হাযবি — ডাক্তর হেমো মশামক বাব এসোসিএশনদা লাক্লগা মাগী মরুপ-মপাঙশিংদা ইতৎ-তত্তনা য়াম্না হেঞ্জিনবা মওংদা মাবু হুল্লি অমদি উকিলগী প্রোফেসন ওইবা লো-কোর্টশিংদা লাক্লগা হোটেলদা, ওফিসকি মাঙ্গোলদা, অতৈ শুতৈদা উকিল ভৈগোদি য়াম্না হৈতবা উকিলনি, ঙসি ফাওবা কেশ অমফাওবা মায়পাকপা ঙমদ্রিবনি, চার্জসু য়াম্না ব্রাংবনি হায়না শন্দোকই। অদুগীসু মথক্তা ডাক্তরনা মাগী মী থাজিল্লক্লগা শন্দোকই হায়না মরাল শিরি। অকুপ্পা মরোলদি ডাক্তরদা হংবিয়ু।

য়ুমলোন্নবগী অঙাংগা ইচা-ইনাউগা খৎনবদা ইচানা ফনা চুম্বা ওইসনু, ইচাদা দাগফম তানা শোকপা ওইসনু, 'খৎনবা য়াদে, খৎনগনু' হায়না খামজিল্লগা ইচা পুশিল্লক্কদবনি। মদুগী অচুম অবান সুকথি থিরোইদবনি। সুকখন খল্লোইদবনি। য়ুমলোন্নবগা খৎনদবা ঙমপোৎ নত্তে। য়ুমলোন্নবদি লাইবদনা ইমুং-মনুং ফাওবা খৎনদবা ঙমপোৎতে। খৎনবা হায়বসি য়ুমপানবগী চঙদবা য়াদ্রবা মচাক অমনি। খৎনবনা মরম ওইদুনা মলোম থল্লোইদবনি। ইমুংগী মীপুম খুদিংমক্তসু ব্রাফম অসি খঙহনগদবনি। অহল্লোনগীদমক্তদি পেন্নদ্রবদি ব্যাবহার কায়দনা খৎনগদবনি। পেন্দবা লৈবশিংদু ফোঙদোক্লগদবনি।

নোংঙাল্লগা লৈরবসু লৈত্রবসু ঙা চরা অমা থোংলগা য়ুমলোন্নবদা থিনগদবনি। হরাও-হরাওনা কৌগনি। লৈত-লায়র তান্নগনি। করিগুম্বা মরাল মচা অমগী নৎত্রগা পেন্দবা অমগীদমক কিশি কিনবোযদবনি। মীওইবদি লান্দবা ঙমপোৎ নত্তে। য়াম্না ঙাক্লগদবনি, য়াম্না পেন্থোক্লগদবনি। মসিনা য়ুমলোন্নবগী ফিদম ওইগদবনি। তুমিন্না ব্রা ঙাঙদনা কৌনদ্রগা লোইরে খন্দোকপসিদি চাউরবা পাপ অমনি। পেন্দবা মপৈ মপৈ ফুমদুনা থম্লবদুদি খুনাইগী মায়োক্তনি। চাউখৎপদা অপনবা পিরক্কনি।

য়ুমলোন্নবা কবিনো ? য়ুমলোন্নবদা করম্বা মিৎয়েং থমগদগে অমসুং করম্না ঙাঙ শক্কদগে হায়বসি ডাক্তব হেমো অমসুং উকিল ভৈগো অনিমক ইখঙ খঙখিদ্রে।

*ইবা হৌখিবা ১সুং লোইখিবা*

*তাং ১৫।১১।৯৫ ইং (য়ুম)*

# তা তোম্বা

মচানুপী অহল ইবেচাউবি মতম ইচা চাদনা পেরি পেরি স্কুলদগী হল্লকই। অঙাংসু নৎত্রবনি কুমশি মেত্রিক থাদৌরিনি। করিবু তৌরবনো পাখৎচৈ । পাখং অঙাওবনা ব্রাহৈ কারল থারক্লবরা? নৎত্রগনা করিনো? ইপাদা পাখৎচৈ। মসি মমা ওইবী খুদিংমক্তা তারিবনি।

—"করি তৌবে ইবেম্মা? কনাগা করি তৌনরুরে?"

—"তোম্বা নৈত্রা? তোম্বা দু কৌবকউ। ঐ থিক তৌগে ।"

—"তোম্বা না কবি তৌরবগেনে হায়রিসিবু?" তাঞ্জাসিদা তোম্বা সু ইপা পাখৎনা চঙলকই ।

—"ও! ঐখোয় জেকিদো থৌরি য়ান্দুনা লৈহৌরে ।"

— "কদায়দা'? করম্মা?" মমানা পাখৎনা হংলকপা ব্রাহংদা তোম্বা ইঙক ঙকই ।

—"ঐখোয় স্কুল যৌরমদাইগী লাই উমংদুদা। তোম্বা! নঙ ঙরাং জেকি কদায়দা ফুল্লমই ?"

তোম্বা ইপা পাখৎচৈ। ইবেচাউবিগী পাউখুম পিরমদনা গেট লোমদা চৎপা হৌরকই ।

—"তোম্বা! চৎখিনু লাউ, এা হংখিগে'? জেকিদুবু নঙ কদাযদা ফুল্লমগে : খুম্মুনে। ফুমদনা হেক্তা হুনচেকলল্লবজাৎলনে? খুম্মুনে?" মমানা অমুক তকশিল্লকই । তোম্বা খুমদে । অশাউবা অমদি ইজ্জৎকি ব্রাফমনা লুমখিদুনা মমানা চৈনা অমুক অনিরকসু কনবিবে। ফুদোক্লুরবা মতুংদা কোন্না অমুকসু নুংঙাইরক্লে । মদু ফাওবা তোম্বা খুমদে। ইবেচাউবিনা অনিরক অহুমলক থোক্ল অমুক্কা হংই। মদু ফাওবা খুমদে। তোম্বা সু ইনুং নুংঙাইতবগুম্বা অমা তৌরিবদু মখোয় অনিদা ফাউই।

—"মীনা সাইবেম নোদিয়াগী হূইনি হায়না ব্রা-ব্রা লাউনহৌববনি।"

—"পাবুংদা' পাউ পীখো। মীতোপ লৈববা হান্না হংউ। লৈবগদি পাউদু পীদনা য়ুমদা য়াম্না থুনা হল্লক্তবা য়াদে খক্তা হায়য়। চাকশঙদা ঙা ঙৌবিবনি ঐনা তৌবিবসে। পাউ খঙহল্লকউ ।"

হৈশীংলবী ইবেচাউবি মমানা মচাদা থৌদাবম্বগা চাকখুম যৌখিবা খঙহৌদে। ঙ'দু অযাম্বা কানল্লে। নুংঙাইতবগী মথক্তা নুংঙাইতবা হাযবদুনি।

মপাবুংনা অস্ট্রেলিযাগী নি হাযববা কবিনো হূইনাউ অমা চষী তরুকলোমগী মমাঙদা পুবকখিবনি। মচানুপীনা 'জেকি' থোনবিবদগী মযাম্না জেকি হাযনা খঙনবতা নত্তনা হূইদুনসু খঙজখি। মনাক নক্লা তোৎন তিন্নদ্রবসু নুংশিবা অমদি ফাউই মমা ওইবীগী থম্মোইদা। ইবেচাউবিগী থম্মোইদদি থব্রাযদা থব্রাযনি চাবে চামিন্নে, তূল্লে তূম্মিন্নে। অমাংবা লুখাক পিজদে। কবিগুম্বদা থাবিরুববসু মনম নম্লগা তোকই। ইরুজথোকপিবা, মতু-মমান নাম্থোকপিবা পুম্নমক ইবেচাউবিগী মথৌনি। কবি অমুক হাযরুনি, জেকিনা অমুকখক নুমিৎ নিনিখক নাখিবদা নুমিৎ নিনিদু ঈশিং মবিক অমা ফাওবা শোক্তনা ইবেচাউবি খাঙজখি।

অসুম্না ইবেচাউবিগী হবাউ মথোৎ কাবিঙৈ মথক্তা হেন্না কাখিবদি 'মিলকি' লাকখিবদগীনি । মিলকি ঙৌবোক ঙৌনা ফজে । অবাংবা মতু-মমান পক্তে। জেকিনা বসন্তগী কোবৌনা নোংচুপ হাবম লোৎলমদাই উবা মঙালগী মচুদুনি। অনিগী খেন্নবা লৈ । অনিগী ফজবা ব্রাংম-বাংমনি। ঈচেল অমনা খল্লি। চাংদম্ননীংদে। মিলকি জাপান লোমগী হৌদোঙনি হায মপাবুংনা পুবকপা মতমদা। পঙকুই কুইদ্রিবনি, থা অনিবোমতা ঙাযবিবনি ।

মিলকি লাকপা নুমিত্তগী ইবেচাউবি গী পুক্লীংসু খবমখৈদি ওনখি। জেকিদা ওইনজবম্বদু মিলকিদা ওইখি। জেকিবু কাউথোকপা হৌবকই। নোংমসু চাউ-থকউ যাদে হাযদুনা জেকিবু চৈনা ফুবি । তোম্বা নদি মখামজৈ । মমানবু ফাগী তৌবিখি অসুম্না —

— "নঙনা অনৌ-অনৌবা পামদ্রিদি। হযেংনে অদুগী হৈনবীদু থাদোকপা ঙমদদনা। যুম পানবদদি মদু যাবোই। যুম্বানলোল হাযবা অমা লৈবনি। ঐনা হাযবিবশিংসি যুম্বানলোল ঙাক্তনি।" ফাগীসু ফাগীনি। অদুগা ইনখৎলক্লিবী মচাবু বাখল খঞ্জনবা তাকপনি। অমবোমদনা অঙাং মচা অমগুম লৈবিবসিদা মতম চাদনা মতিক মপা চাদনা কবিগী ঙাঙলুবিবনো মখল্লুই মমা ওইবীদু। ইবেচাউবিনবু খুল্লকই —

—"জেকিদি ঐনা যোকপি থাকপিদুনা মপূঙ ফাবে। চাউবে । মিলকিদি পিশক পিকই । মাবু চেকশিন্না যেংবিবা হাযবসি ঐগী ইথৌনি । মসিদা ইমানা নৌই নৌদে থিবরুনু।" ব্রাহৈসি হাযবম্লগা মিলকিবু পমদুনা চৎখ্রে।

মপাবুংনা যৌবকপগা হোবে হোবে কবি তৌবে মহংই। পাউদু তমই। মাসু তোম্না পোমদা ওনশিল্লকই। মমানবু থেমজিঞ্জে মখাতানা অমুক

চৌবিকুদনবা। জেকিদু লৌথকুনবা খণ্ডহল্লকই। খুবাক অমা অনিসু চাখ্রে। যাম্না নুংঙাইতবা মতৌদা চৎখি।

নুমিৎ তাবে, পুম্মম মমলে তোম্বা না হল্লকপদু। লৌথবগা ফুল্লমলে হাযবসিদি মপাবুংনা হংলুবদা তোম্বা না মণ্ডক নোম্লদুনা চৎখিবদুদা মখণ্ডলে। মখাতানা কদাযদা ফুল্লম্মি হংবদুদি তোম্বা না অদুমক ঙমখ্রে। চাক চাউ যাদমখৈ তূমখ্রে। ইবেচাউবি মমানবু হেন্না নুংঙাইহৌদে। হৈবোইদবা অদুগুম্বা থবক্তু মাঙোন্দা হেক শিন্নবিবদুদা।

অহিংদু ইবেচাউবি মমা তূম্বা যাদে। মাইপাবুংদি তূমখ্রে। নাখোকপগী খোঞ্জেলদু মীনমদ্রবা খোঞ্জেলনি। জেকিগী মীহাৎ-মীশিদু উবক্লি।

নোংমখক ইবেচাউবিনা ইপা পাখৎপমখৈ লাউজবকই 'ইমা! ইমা! মিলকিসে জেকিনা হাইহৎপিবে। ও! শিবনিবো সিদি' মহৈ মহৈ অমসু অমসু চণ্ডশিন্নবকই। মিলকিবু কোযশিল্লবি। তোম্বা না জেকিদা যেংলুবদা হাবৌবা মিৎযেংদা শোযখ্রে হাযবগুম উৎলম্বদগী মবাল লৈববা অমগুম তুকথনা লৈবিবদু তোম্বা দা ফাউই। ঙৈহাক লৈবগা মিলকি শিবে। ইবেচাউবিগী নুংঙাইতবদুগা তোম্বা না যাম্না নুংঙাইতনা জেকিবু নান্দুনা লৈবদুগা অমতা ওইখিগুম তৌই। তোম্বা বু মিলকিবু ইখ্নোল কাচিন অমদা ফুমহনলুই। নুমিত্তুমক্তদা মপাবুংনা মথন্তা বাবেপচবদুনা হাযবকই —

--"জেকি ঙাওবে। হাৎতোক্তবা যাদবে। মী শোক্লবক্তুনা দশা তানবকঅনি।" তোম্বা না কন্না হঙ্গৎচবদি ঙমজদা মযেৎচৈ। কবিসু তৌবোই, ঙাওদে মহাক শেন্নজগে মহাযজৈ। ইবেচাউবিসু মযাজদে, চিংনবপতি মতৌজে, ঙাওদ ঙাওববা ? যাদ-যাদ জেকিবু হূ পিজদুনা হাত্তোকে । ইবেচাউবি থোঙ লোনশিন্দুনা লৈখিবদগী নুমিত্তুমা মপান থোক্লকখিদ্রে।

মমানা তাবি নোংঙাল্লকপগী মপাউ — যুমলোন্নবা খুলদা মৌলুবীগী লাইশোন ঈশৈ —

"অল্লাহু অকবব, অল্লাহু অকবব, অল্লাহু অকবব, অল্লাহু অকবব।
অশহদু অল লাইল্লাহা ইল্লল্লাহু, অশহদু অল লাইল্লাহা ইল্লল্লাহু।
অশহদু অন্না মুহম্মদব বসুল্লহ, অশহদু অন্না মুহম্মদব বসুল্লহ।
হৈ যাআ লশ সল্লা, হৈ যাআ লশ সল্লা।
হৈ আল্লল ফল্লা, হে আল্লল ফল্লা।
অশাল্লতু খৈকম মিনননোম, অশাল্লতু খৈকম মিনননোম।
অল্লাহু অকবব, অল্লাহু অকবব।
লা ইল্লাহা ইল্লল্লা।

তশেংবদি গ্রাহৈশিং অসি লাইশোন নত্তে — আজান (পাউজেল) নি। আজান অসি মৌজিননা লাউগদবনি। মৌজিন অসি মৌলুবী নৎত্রগা অমনা হেক্তা ওইবা যাই। আজান অসিগী অর্থদি —

অল্লাদগী হেন্না চাউবা কনামতা লৈতে (মবিবক লাউগদবা)।

অল্লানা খ্বাইদগী হেন্না চাউই (অনিবক লাউগদবা)।

অল্লাগী পাউ পুবা নবিনি মুহম্মদ শাল্লাহু আলৈহে বাশলম (অনিবক লাউগদবা)।

যেৎলোমদা লৈবিবা ইশলামবু যাবিবা পুম্নমক লাক্লো মসজিদ কী মাযকৈদা (অনিবক লাউগদবা)।

ওইবোমদা লৈবিবা ইশলামবু যাবিবা পুম্নমক লাক্লো মসজিদ কী মাযকৈদা (অনিবক লাউগদবা)।

তূম্বদগীদি মপুগী মিংলেন শোনবনা তেন্না ফবে (অনিবক লাউগদবা)।

অল্লাদগী হেন্না চাউবা কনামতা লৈতে (অনিবক লাউগদবা)।

মহাক মথন্তনি।

পাউজেল অসিগা লোযন-লোযননা গেটকি এলাম লাকই। অহৌবা খোঞ্জেল অমসু তাবকই, 'পুলিস! পুলিস!'। ইফিং ফিংনা মপাবুং সু হৌগৎলকই। তোম্বা দি হান্ননা গেৎতা লৈবল্লে। পুলিসনি হাযনা মহাকসু হাযজবকই। মপাবুং না হাযবা মতুং ইন্না তোম্বা না গেটতু হাংদোক্লুই। ঙহাক কবি কবিনে খব ঙাঙনবগা তোম্বা বু ফাদুনা পুখ্রে। মপান থোক্লুনা মমানা অকুপ্পা মবোলদু হংলুই। মখক্লা হাযবকই —

— "ঙবাং তোম্বা না ফুবদগী ঙাংবম তাদ বাসু গী মচানিপা নিতাইদু শিবে।"

ইবেচাউবিগী ইমুং মনুংদু মহৈ মহৈ যাম্না নুংঙাইনখিদ্রে। অশেংবা অমদি খঙনবা হাযদুন। অমুক্তা ইবেচাউবি মমা মচা মপান থোক্লকই। ঙাঙনবম্বশিংগী মবক্তগী অচুম্বদু তোংঙান্না চোংথোবকই। অচুম্বদুনা হাযবি —

জেকিবু খব ফুম্বিনবা হাযদুনা তোম্বা না লৈকাইগী মযাম্বা অমা ওইবিবা নিতাইদা লুপা যাংখৈ পী। নিতাইনা যু ওইনা থক্তোক্লগা হূইদুবুনা লাই উমংদা থৌবি যানশিনবি। মদুগী চক্রিদা তোম্বা না নিতাইদা বাবৌজনা হঙ্গৎচৈ —

—"ঐখোযবু ভাঁশির্ৎপিদববা? ঐখোযসু মীনি। শিন্নখিবা থবক্তি তৌবিবমদনা ওন্ন তৈনবদা ঐখোযব চঙহাৎ হাৎলে। ঐখোযস্ ইকাইবা খঙই, মীনুংশি খঙই, থম্মোই পাল্লি। তৌবিদ্রবন্নিনা শেলদু হন্দোকপিবো।"

নিতাইনা উশিত্তনা অমুক মবৈ তৌবকই —

—" নঙদি ঐবু উশিত্তবরা হা ? অশিবা হূই ফুন্বা মীবা? ঐ নখোযগুন্বা চাকলেম চাবা মীনাই মানববা ?" তোম্বা বু খুবাক্লা অমুক অনিবক থাজিল্লুবদা চবাংনরবা নোংশা অমগুম মতিং ফুদোরকই। পানফম চাদনা পান্দুনা মকোক ঙাওনা নিতাই লোংনা হাইথখি। থোপ শোক্তুনা লাইকন্নবা ঙমদনা হোসপিতালদা অদুমক শিরে।

ইবেচাউবি মমাদো ঙসিদা খঙবগুম তৌই — তোম্বা গী থম্মোই অমা লৈ। মদুদা মীনুংশি যাওরি, ইকাইবা যাওরি। তোম্বা না খঙখিগুম তৌখিবা ' জেকিগীসু থম্মোই অমা লৈ । মদুনা ৱারৌবা হৈ। লমন খুম্বসু হৈ। মপু নীংবসু হৈ।' মমাদা হৌজিক্তা ফাউবগুম তৌবি। মদুননি ......

জেকি হূ পিজবা নুমিত্তা মপাবুংনা তোম্বা দা হায়খিবদু মমাগী নাকোংদা হন্না অমুক তাবক্লি ।

—"তোম্বা! জেকিসি নঙনা খব হেন্না তোৎনৈ, তিন্নৈ। অদুনা হিদাকসি য়ানশিল্লগা নঙ খর পিজৌ।"

—"পাবুং ঐ মদু ঙমজবোই !"

—" হৈ মসি অঙাংসি মঙক হেক কল্লদনা। চীন্থক্তসু খুম্মিনে। ঐনা হায়ববদি কোক তৌগদবনি।"

নুমিত্তু তোম্বা না জেকিবু কোল্লগা কপখিবদু মমানা শং শং উবি । মবোক হনুবীনা ইখোল মনুংদা ফুম্বা যাদে। হূই ওইজরবসু চুক যৈগদবনি গকা হাযবদগী ~মগী ৱাংমদা ফুম্বা তাখি। মদুসু তোম্বা গী ~থৌনি।

মমা-মচা অশেংবা পাউ লৌবগা হল্লক্লদুনা য়ুম যৌরবকান্দা ইবেচাউবিনা মমাদা হঙ্গৎচরকই —

—" ইমা! ঐ অমুক হন্না হূই হৌদোঙ লোইররোই । মীনাইসু লোইববোই। তা তোম্বা দুদি লৌথোক্লবা তৌদ-যাদে।"

ঙসিদি নাইতোম পোকপী ইবেচাউবিনা মঙোন্দগী চহী কারিবা তোম্বা বু 'তা-তোম্বা' পঞ্জনা শোঞ্জবকই।

*ইবা হৌখিবা তাং ১১ '১ /৯৬ ইং*
*ইবা লোইখিবা তাং ১৬/'১/৯৬ ইং*

# অউনপোৎ

ইনাউনুপীবু কবিগুম্বদা মী ওইনগকা শিংথানবিবা নত্তে। ইনাক-কৈবাক খুনবা ইঞ্জিনিযাব অমগী ইমুংগী নিঙোল ওইজববসু ইজ্জৎ লৈতে, লৈবাক মচা তাদে খল্লি। খল্লিবদু মতম চুপ্পদা নুংদা খন্দুনা অদুমক লৈবদি নত্তে। অমবোমদবুদি কবিগুম্বদা যুমপানবগী মনুং কুপ্পা কুপ্ত-কুপ্পবা মচাক কযা শাগৎলকপদা কবিদবুদি ইনাউনুপীবু থাগৎতবা ঙমলোই। নুপীদা নুপীনি। নুপী হাযবসি মখোযবুনি হাযনা ইচিনথোক্লা কৈবোয লৈকাইদা তম্বা ফাওবা যাওবিবনি।

মঙোন্দা ঐনা তত্তনা হাযবা ব্রাফমসি ইচা নিঙোল অহুম্মক্কি অউনপোৎ চাউদবা যাদে। মীমাঙ থোকপা যানবা লাঙশিন্দবা যাদে। নোকফেৎতা মতৌই। অদুগা হায়বক্কনি —

— "নচাশিংসি মযুম পালহল্লগেবা অউনপোৎ লাঙশিনবিবগা ' হযেং মতম মতমগী থোকপা লাক্কনি। নঙবু ব্রাবিযু হাযদে।"

লৈকাইগী মৌশিং লৈশাবীশিং ব্রাবী হেক তৌনবক্লবদি ইনাউনুপীসি হেক্তা চৎখি। ব্রাবী শাবা যাওদে। ইচাশিংদা নদোমচা কদাযদা লৈ যেংঙুচো থৌদাবগী হল্লকপদা পাউ পিবৈ — 'ফমুংদা হিপহৌই।' ঐনা হেন্না নুংঙাইতে। মাগী নুংঙাইতবদা ঐসু পঙব্রা মব্রাজৈ। মৌ লৈশাবীশিংদি ব্রাবী চথবি।

— "অঙোম কৈনা লুহোংখিদবা, লৌখত্রিসি অউনপোৎ লৈতবগীনি হাযনে।"

— "হোযনে মচা নিঙোল অমখক যাওবদুবু লৈব লৈতবা পূবনি খঙদে লাকপনি খঙদে কোক লুহোংথোকপিবগা লোইবে।"

— "তৌববুদি ঐখোয ইমাদা তম্লকইপোৎনিদা। ইচাদু কবিগী নুংশিদনি। অমত্তসু অমতনি। অদুদা যেংঙোই, চাউবী'মা মাগী অউনপোৎ লাঙবদা ঐ ইঙ্খোল চৎতৌবিবনি। অদুনা শাউশিন্নবগা খাঙলিবনি।"

— "ঐগীদি হযেং অউনপোৎ যামদ্রবা হূ চানি হাযদনা ইমাদা হৌজিক্তগী হাযবা হৌববনি।"

— "এ অদুদি হেনমনলিদনা নঙসু।"

—"করিদা হেন্দৌরিবা? নিঙোল ঐখোয়সু মচা নৎত্রা? ইমা ইপাগী লল চপ চানা য়েন্নফম থোক্লা?"

—"অদু হায়রুরদি নগুবু লৈশাবী লমকেৎপী তানিনেহে। নব্বা নাইবা খঙঙোইনে। চুক শাগেরা?"

—"চুক শারোইদা নমদুনা পান্দৌরিনি। মুতুম নিমাই ফারগা কোক নাইথোকঅগা লোইরে।" মৌ লৈশাবীশিং পুন্না ব্রা লাউনা নোক্লকপদুদা ঐসু মযাওরুবি। মৌ অমনা অমুক মখা শমথরকই —

—"কৈশাম মৌগী অউনপোৎতুদি য়ামখ্রেদা। থমফম চন্দদনা শুমাঙদা নোংঙানবফাওবা লৈ। ইবেম্মা ফৌবোৎ য়াংখৈ অমসু হাপ্লকই ফিবোল কোল-লীক অরং অরাক্কী মথক্তা। সনাদুবু মোহোর তরামঙাগী মথক্তা লৈরমগনিবো। লীক লৈগকাদি চাউখ্রে, ফজখ্রে।"

—"য়ুম্লাম মৌগীসু য়াম্মিদা। অতৈ অতৈদি খঙদে। ফিরোলদি য়ামখ্রে। অম্বারি নিপালনি। মদুসু থন্দবা অমত্তা য়াওদে। ফি মখল লোইনা শুবে। অদুগনে অমননে মচাগী যষ্ঠিগী মপোৎ মচৈসু য়াওইনেহে কনাগী খোঙজি, মোমপাক, কাংখল শুরেদা লোইনা শুবেদা।"

—"য়াওই, য়াওই, ঐসু উবকই।"

—"হান্না মী য়াওবক্লবজাৎলনে? যষ্ঠিগী মপোৎ মচৈসু হাপ্লকই হাযবিসিবো?"

চীনফেন ফবী মৌ-লৈশাবীশিং ব্রা লাউনা নোকলিঙৈ ইনাউনুপী লাকপদগী উচিনা হৌদোঙ শরিক শিবগী ব্রারী শারিঙৈদা হৌদোঙ লাকশিল্লকপদগী তুমিন তুমিন মাঙনখিবগুম অমা চঙখি, অনি চৎখি অহুম থোকখি মাঙ্গোনদু মী খব ফম্লম্মি ব্রারী শাবম্মি হায়বগী শমিন ফাওবা ফংখিদ্রে।

থোকচোম শাগৈদা য়ুম পাল্লকপসি চহী অনি হেল্লক্লে। মরাইবক্তা তমদবনরা মমিত্তা মচা উদরি। লাই খুরুম্বা চৎলি। অখঙবা অহৈবা ডাক্তবগীদা মাইবগীদা চৎলি। ইকান কান্নফম খঙদে। অদুম্মদি ওইরগা নীংজবগী নীংজমন্নদি খঙদে হন্দক্তি চাকমৌবিনি কবিনি হায়দনা ফমুং কোন্দুনতা লৈ। ঐনবু শোঙ্গে ফবেদা হন্দক্কিসিমদি শোযবিদবা। হাযগুল্লদনা থা লেপখ্রে। শওং শাদা তাক্লক্লে মমা ওইবীগী খোইজি-মীহুন খাদা। মনিতোম্বী মোমোন তৌজৈ। মহৌশাগী মাযথোঙদগী কুচু হেন্না পাল্লকই।

লুহোংবা মতুং চহী লান্দ্রিঙৈ, নিঙোল চাক্কৌবৈ মাঙগা তুংগা মৌগী লমচং শাজত্তা অহোংবা অমা লৈখিগুম কবিগুমদি লৈখিববা — ইথন্ত শোঙ্ঝখিবনি,

কনাদসু কাংলুবা নত্তে। নিঙোল চাক্লৌবা নুমিত্তা মপামদগী হল্লকপদা মশাদা কবিসু পল্লক্তে। মচন মচানা হংখিবদি ‘ইদোমচাগীদি কবি হাপ্লকই ?’ মদুদা মানা খুমখিবনা ‘কবিসু হাপ্লিবক্তেদা। ঐনা হাপ্লিবক্কনু হাযবনি।’ অসিনি। তিন্নবা লুদৌবি মখল্লি। ঐনবু শন্দোকপা মাল্লমগনি লৈকাইদা ঙাঙনবক্লিবা – ‘থোকচোম মৌদুদি চাক্লৌবা চৎলুবদু মশা ঙাক্তা লাকই। যুম্বান জাৎ অমনি শেল পাযজববসু। চোপচখ্রেদা।’ চেকশিন্না শেন্নজৈ ইনাউনুপীবু। অকাযবদি যাওদে। অমুকসু বাজৈ, ঐবু কবি ওইনা খল্লমগবা। মাগী মপাবুংগী মাঙদা মিৎকুপ ফানা লেপ্লদি হুমাং অনপ্পী কাই — ঐবু কবিদা অশোযবা যাওবিবা খল্লুবদা। যাম্না লেম্মি, শক লূম্মি, ঙাঙথোক শক্তোক্লকপদা ৱাহৈ অমা অনিনা অর্থ শাংনা শাংনা পুই। নোংমা অশিবা অমগী চৎলুবদা মপাবুংনা অসুম্না হাযবকই –

—“মখোযদি কবিসু খঙলমলোই। ননাউদা ননাউনি খল্লু। খুৎ-চানা বাবকউ। যাদ যাদ্রগদি ঐখোযসু লৈবি। পাউ হেক্তা পীবকউ ফননব’ তান্নসি। শিন্নবা থোক্কনিদা।”

‘অহোয পাবুংদগী’ হেল্লক্তে। খুমফম খঙখিদে। অসিগুম্বা পাবুং অমনা ৱাবক-ৱাতেম্বিদুনা পুন্সি অসি মপূঙ ফাবকপা ওইবল্লবা ঐসু ঐগী ওইবা ইতিঙ অদুদা থৌনা পিবা ঙল্লমগনি মখঞ্জে। শিখ্রবসু ঐগীদি অমবনি খল্লমগনি। ঐনা ঐগীদমক চাউথোকচবা ঙল্লমগদবনি।

ঐনা কিখিবা অমদি ঙর্কখিবসি নোংমা মচানুপা অমা ফংলবা মতৃং ইবোতোম্বিনা লুপা লাক্ষ অনিগী চ্যেক মনা অমা উৎলদুনা ঐঙোন্দা হাযবৈ।

—“ইতৈমা, কবি তৌসি?” ঐ লুপা লাক্ষ অনিগী মপু ওইববনি।”

—“কদাযদগী চ্যেকনো? কনাদগী লাক্লুবিবনো? নঙদি শেল তানবসু উদে। ঠীকা তৌদে।”

চোক মনাদুদা অওইদ-অওইববা যেংজৈ। শোযদে হাযবসিমদি খঙলে।

—“হেবা, ঐসু মনি কোল্লিবনিনে, মনিনে সে।” মানা যেংথোকলিবদুগা ইকান কান্নদনা যেংথোক্লুবদা মদোমচানা থোঙজিন্দা লেপ্লম্বদু হেক উই। ইবোতোম্বিনা মঙোন্দা ওনশিল্লদুনা হায —

– “ইতৈমদা ৱাবী তৌবল্লিবনি নঙগী অউনপোৎসিগী মবমদা।”

মন্দোমচা থোইদোক্লা পুক্লীং মকা লাম্বা উদে। তুমিন্না অদুমক থোকখ্রে। মাবু লক্লবির্বনি খনখ্রববা ঐনবু হেন্না বাজহৌই।

নুমিৎসিদা খঙখি ইনাউনুপীগী অউনপোৎ। লুহোংবা নুমিত্তদি শুপ্পগী কাঙথোন অমদি ফিরোল হাপ্পবা আলমিরা, কোল-লীক খরদুনা লোইখিবনি। সনা লুপা মচেৎ অমত্তা পক্লক্তে। লুহোংবা নুমিত্তা লৈকাইগী মৌ-লৈশাবীশিংনা য়েংঙু য়েংঙু অউনপোৎশিংসে ঙাঙনরকপদা ঐ করিসু পাঙ্গল থোকঙমদনা মাগীদমক নুংঙাইখিদে। ইনাউনুপীদা থম্লম্বা ঐগী মিৎয়েং মাঙখিবগা লোয়ননা নোংমদি ঐনা মঙোন্দা হায় —

— "ঐগী ইচা নিঙোল অহুমগীসু মীমাঙ থোক্লা অউনপোৎ উল্লরোই। শেল তুংশিন্দবা য়াদে। নতৈগা ঙসিদগী তান্নবা হৌবদবনি।"

মদোমচা ৱা ঙাঙজদ্রবসু ইপেন পেঞ্জদে। মায়থোঙনা তাক্লি। ঐগী ৱাদু ইতা তানীংদগুম তুমিন্না চৎখি। ঐবু ৱারৌরিবরা ইচিং চিংনজৈ। মসিগী মথক্তা হেন্না ঙকলিবদি মাগী লুপা লাক্ষ অনিগী অউনপোৎতুগী মরমদা কনাদসু কাংথোক্তে — মশুং মমান্নবী মৌশিংদা নৎত্রগা মচন মনিঙ ওইবীশিংদা। মৌশিংগী মরক্তা অতাঙবীনি। পেন্দ্রিবদুদি করিনো ঐসু ইথন্তা হংলি —

ইচা নুপী অহলগী লুহোংবা নোংঙানবগী ফিরুক কায়বা চৎপদা মশাদা সনা লুপা য়াম্না পক্লমবদুদা ঙক্লবা ঐনা তুমিন্না হংখিবদা ইচানা খুন্নকই —

—"ঙরাং ইদোমচানা চৎলমদাইদা পীরম্বনি।"

*ইবা লোইখিবা তাং ২৮।১।৯৬ ইং*
*অহিং নোংয়াই*

# খোঙথাং

— "কদোমদনো ঐনা থাংগদবা খোঙথাং?"

চাক পুখম অমত্তদা চামিন্নরকপা মরুপ শান্তি না ইতৎ তত্তনা হায়। ঙসিসু লাক্লগা হান্নগুম্না হায় —

—"ভাই নহাক্তি ব্রেন লৈ। আই কিউ ৱাংই। হোৎনবসু কল্লি। ফোবেন চৎকদবনি। সাইন্টিষ্ট ওইনবা তৌসি। নিযু য়োর্ক চৎকদবনি। ঐনা চে-চাং অমদি করেসপোন্দেন্স পুম্নমক লোইরবনি। চৎননবা নুমিৎ লেপ্লদবনি। নহাক্কি মথৌ তাবা শেলফম ঐখোয় লৈরি। ঐখোয়না লোইনা তৌগনি। ঐখোয় ময়াম চঙদুনা খায়গনি। সিনেমা চেবিটি লৌগনি। ইম্ফাল শহরগী মফম মঙা তবাদা দোনেসন বোক্স হাংগনি। হয়েং সেভেন এঃ এমদা সাইন্স ফোরমদা লাক্তবা য়াদে। সাইন্টিষ্ট মেহরা সু লাক্কদৌবিবনি।"

ঐ ঙকতি অদুমক নোমখি। অঙাং ওইরিঙৈদগী মৃক্লা লম্বা তৌমিন্নরকপা রাবৈ নদি ঙরাং নুমিদাংসিমক লৈবুং ফম্মিন্নবদা হায়রিবনি —

—"ভাই কান্নদে। মৈতৈ হাযবা জাতিসে মৈহৌরোলদগী থাং-তা, শাৎজাল, শবিৎ শবাৎতা পৃথিবি কায়রিবনি। লিংজেলদসু করিসু ৱাৎপা নত্তে। ঐখোয়গী ঈ না খ্বায়দগী শেংবা ঈনি। রেষ্টলিং, কারাতে, জুদো, তাইকুন্দো নচিংবদা মাষ্টর ব্রেন চলাযসি, হেভি প্রাকতিস নুংতিগী তৌরসি। ফিত্তেষ্ট মেন অফ দি ইয়ুনিভর্স হায়বা তাইতলসি লৌ বা তৌসি। হোবেন প্রাকতিস গ্রাউন্দদা লাক্তবা য়াদে।"

ঐ ঙকতি অদুমক নোমখি। ইমানা অমুক হায়রিবনা —

— "ইচাদি নাইতোম পোকপনি। ইচাগা কায়নবা ঙম্লোই। যুমদগী হেন্দোকপা য়ারোই। লাইরিক তম্লবসু যুমদা লৈরগা তম্মু। শান্নরবসু যুমদা লৈরগা শান্নৌ। ইমাগী নাক্তগী হেন্দোকপা য়াদে। নহাক্কি শেল থুমগী অৱাৎপা ইমানা লোইনা শিনগনি।"

ঐ ঙকতি অদুমক নোমলি। কদোমদনো ঐনা থাংগদবা খোঙথাং?

ঙসিসিনি লৈবাকলৈবু ঐনা ইন্টরভিউ লৌগদবা। মহাক্কী থম্মোই অমসুং পুক্নীংগী অবোইবা ৱারেপ লৌগনি। ঐগী চিংনবদু মহাক্লা এক্স-ৱাই পান্দুনা সোলভ তৌগদৌবিবনি। নোংপোক সিমিত্রিগী খা নোংচুপ থংবা কাচিনগী

ঐখোয়নিনা তত্তনা ঙাথম্নিবা বোকুল পাম্বীদুদা ঐনা লৈবাকলৈবু ইন্টরভিয়ু লৌগনি। ঐহাক শেমশাবি ইন্টরভিউ চৎননবা। ইন্টরভিউগী মচাকশিং থাও মনম নুংশিবা, ফোটোক্রোম স্পেক, থোৎ থোৎ লাউনা ইংলবা ফেযাব লভলি, কোসমেতিক মনমনা হারবা অঙৌবা মচুগী রুমাল মফম চানা চানা হকচাংগী শরুকশিংদা চাইশিল্লে, তৈশিল্লে অমসুং হাপচিল্লে।

—"কদায়দা চৎকদৌরিবনো?" মাঙ্গোলদগী হেক কুমথরকপা খোঙথাং অমা অনি থাংবা হৌরকপদা চঙশিল্লক্লিবা পাবুংনা ওক্লকই। ঐনা খুম্বা নংদ্রিঙৈ পাবুংনা কামথবকই —

—"নঙগী মেদিকেল সেলেকসন ফংলবনি। হয়েংমক ইম্ফাল থাদোক্লদবনি। টিকেৎ কল্লক্লবনি। ওঃ কে টিকেৎনি। ত্রেন বিজার্ভেসনসু তৌবল্লবনি। মফম্না আগ্রাদনি। মৈতৈ মচা অনিমসু যাওবিবনি। হযেং এযাবপোর্টতা লোইনা উনবগনি।"

ঐ ঙকতি অদুমক নোম্লম্লগা থোক্লকই। লম্বীদা ফান অমত্তদা ফম্মিন্নরকপা মরুপ নোবেন থেঙনৈ। চৎকেকা য়াদে। নমদুনা হোটেল অমদা পুশিল্লি। হিন্দুস্টান তাইমসকি পেজ মঙাগী সেকেন্দ কলমদা খুদোম্বী থিল্লদুনা মমিৎ শংদোক্লদুনা ভাষন তৌরকই —

—"হৱাইট কেবিয়র ওইদৌরিবনি। থা অমগী ইনকম মিনিমম ফিফটি থাওজন্দ ওইদৌরিবনি। ঐখোয় অনিগী ফোর্ম লৌরক্লবনি। হয়েং সবমিৎ তৌদবা য়াদে। নোর্থ ইষ্টকি স্পেসিযেল বিজার্ভনি। চান্স মাঙহনবা য়াদে।" ফোর্মদু পীশিল্লম্লগা নুমিদাংৱাইরম উনখিসি হায়বম্লগা মমিৎ তুকথখ্রে।

সিমিত্রি হেক য়ৌবগা ঙাইদুনা লৈরম্লবী লৈবাকলৈনা ইপা পাখৎনা হায়বকই —

—"ঐ উকিল অমদা থাজখ্রে। নুমিৎ লেপ্লখ্রে ঙসিমক চেন্দবা য়াদে।" খুৎ পায়দুনা লৈবাকলৈ চৎপা হৌরকই।

ঐহাক ঙকচাননা খঙলেপ লেপই। খোঙকাপ অমা অনি হন্দোকই। লৈবাকলৈসু ইঙক ঙক্লা ঐবু মুন্না য়েংদুনা লৈ।

—"কদোমদনো ঐনা থাংগদবা খোঙথাং?"

তাং ২৯/০১/৯৬ ইং (য়ুম)

# অরোইবা মিংথেং

অচিকপনা যাম্না পামজবসি মৈখুনি। মৈখুনা অচিকপবুদি থোইদোক্লা খনবিকুবা নত্তে । জর্জ সাহেব অমগী মচানুপা ওইবিবা দেববাগনা কবম্না মৈখুবু থাদোকপা ঙমগদৌবিবনো?

অমেরিকান সিগরেট ব্রিন মচৈ অমা শত্তোক্লদুনা কালা পাহাড়গী পাক্লবা চীংমায অদু মফম নাইনা নাইনা হুৎ হুত্তুনা যেংলকই। মহাক্না তৌবিবসি কবিনো হায়না খন্থুনবগী শক্তি অদু লৈত্রবগুম উবি। বাইনোকুলবগী লেনস অদু হোংদোক হোংজিন তৌবদুনা কোযবৈ লৈবদুনা যেংলি। অমুকসু অনকপদা যুমযাদা থবক শুজবিবী কনাগুম্বী অমবু মিংফম হোংদবমখৈ যেংজবি।

মহাক্না লৈমিন্নবিবা নেপালি বামুনা অযুক্কি চান-থক্লবা পুশল্লক্লিবদু যেংদমক যেংলুই, থোইদোক্লা মীতাকুবা লৈতে। হান্নগুম অমুকসু মিংফম হোংদনা যেংজবি।

—"ঙসিদি অনু মযুমদগী হেন্দোক্লোইদববা?" মমায়দি ওর্নশিল্লক্তুনা দেববাগনা বাইনোকুলব যেংনা যেংনা হংলক্লি।

—"ঐ হাযবোই। অনুনা যাম্না শাউই।"

পাউখুমদুদা ঙক্লবা দেববাগনা বাইনোকুলব থম্লদুনা অমুকসু হংলক্লি।

—' কবিগী শাউবিবা? কনাদা শাউবিবা?"

—"নঙনা তৌবিবসি অনুনা খঙই। অদুনা শাউবিবনি।"

দেববাগ মখা তানা ব্রা ঙাঙখিদ্রে। অদুমক ফমুংদুদা হিপথখ্রে। ফৈজুপনা মকোকসু কুপশিনখ্রে। হাংদোক্লিবা থোঙনাউদুদি কনানসু লোনবিদ্রে।

হৌখিবা নুমিৎ অমগী দৃশ্য অমদা দেববাগ মঙ মঙলি। মঙোন্দদি শক্তম অমগুম থম্মোইদা যেকচখ্রবনি। থুপ্লবা থম্মোইদা লোৎচখ্রবনি — থাদোক্লবোই লেপখ্রবনি। অনু দদি তাখিবা লৈতে — মদুসু মহাক খঙখি। শংবান্নবী অতিযানা পুমথন থল্লবগুম উখি যেংলু যেংলুবা খুদিংমক নুমিত্তু। মিংযেং অদু মিংকুপ ফানখিবা নত্তে। চুংশিন্নখিবা মিংযেংসু নত্তে। যেংলুবদা যেংলকপতনি। লৈথোক্লগা অদুমক চৎচখিবনি।

লাইন বস অদুসু থৌখ্রে। মকতি কাব অদুদি ইখণ্ড খণ্ডহৌদনা খামখিবদগী থৌগনি হাযবা কাউবমখৈ শংবান্নবী অতিযানা ইথা থাজদনা নোংচুপ হাবম পাঙনা চৎখিবদু যেংলি। শংবান্নবী অতিযাদু অমুবা চীংজাউনা খু মখিবনি। মানি অমুবা চীংজাউনি — কালা পাহাড়নি। দেববাগ গী থম্মোইদা মমি অমা তাখি। লাববা শক্তম অমা ওনখি। মুৎলবোইদবনি, মাঙলবোইদবনি। খোঙ্গুন লিজবদি ঙমজদনা অহিংদু মিৎশেঙ খাঙজখিবনি। ঙাওদ-ঙাওববনি।

কনাসু লোযনবক্তনা মথন্তা লাকখিবা দেববাগ মথংগী নুমিত্তা যুমগী মীন' থিনবকপদগী থেংনদুনা পুখিবদা কালা পাহাড়গী হোটেল মচা-মচাদা দুকান মচা-মচাদা হংনহৌই, ঙাঙনহৌই। অখঙবনা ঙবাংদগী মাকটি মনুংদা অদুমক লেল্লিবনি হাযবকই। কবিগীনোদুদি অমসু অমসু খঙনখিদে। মাগী থম্মোইদি হুখ্রবনি। থম্মোইবু থিবকপা তাবনি।

চুম্মি! দেববাগ না থম্মোই থিবক্লি। অদুগা কবিগী অশাউবা' মঙোন্দা যেৎলুবসু লৈতে যেংজবদুখক্তনি। তাইনফম লৈতনা কপ্লি ফৈজুপ মনুংদা খোঞ্জেলদি থোক্তনা। পিবাংতনা মাযথোঙদু থুমলি। দেববাগনা হংজবি, লৌতাংশঙদগী মবক মবক্তা অনু না ইকজবা যেংজবদু পাপকা কবি মবী লৈনে? পুর্নানিদি হাযবোই। কনানা পাউখুমবিগনি? পাউখুমবিগদবা অনু দদি ব্রাহংসি হংলুবা ঙমদনা লৈবি। মসিদি পাপ নত্তে খঞ্জবিবা দেববাগ হঞ্জিন হঞ্জিন কপলি।

মশাদা অইংবা ফাউবদুনা হৌগৎলকপদদি থেঙলবা অহিংগী তাংক্ক যৌবে হাযবা খঙলে। মবাইবক থীববা মখুৎ পান্দ্রবা থোঙনাউ অদুদি দেববাগগী অনীংবগী ব্রাংমদা লেপ্লম্মি। অইংবা নুংশিৎপু থিংলুবা ঙমদবি। বামুদি মসিগী ওন্ন তৈনবদা দেববাগবু হৌদোক্লুবা ঙমদনা তূমথখিবনি।

কবম্বা লিচিংনা পুখিবনো কা অমতদা তূম্মিন্নবিবা বামুবু খঙহল্লম্বা তৌদনা দেববাগ অচিকপা অহিংগী অমম্বদা থোঙ হাংদোক্তুনা মপান থোবক্লি। অনকপদগী অবাপ্পদগী খোংলক্লিবা হূইশিংবু মহাক্লা বাবৌজবি। তোযনা চৎলবা লম্বীগুম চীংযাংদুদা শমিন ইথোক থোকহন্দনা লাকখিবনা পিক্তক নাত্তক তৌববা যুমযা অমদা লেপলুবি। অমম্বা অহিংগী চিক্লবা মিৎকুপশিংশিদা শাওং গাদা তিন্নদবা হকচাং অনিনা অমতা ওইনখিবা মদু ওইননবদা থোক্লক্লিবা ব্রাবীশিং অমদি অমনা অমদা ওইনজবিবা বাহৈশিং নিনফুং নিনফুং খজিক খজিক তাগুমসু তাদগুমসু তৌনা থোঙনাউ মযা নক্লা নাকোং নপ্পা তাকবিবা দেববাগনা মখা তানা অমুকসু মাগীতা ওইবা সংসাব অমদা লামশিঞ্জকই। মসিবু পাপ নত্তে খঞ্জবিবা দেববাগ নি। মহাক্তি হাংলবা পুন্সি মিৎকুপশিংসিগী

ওইনদি পুমথন থর্নাখি। মিংকুপশিংদো হৌখিবা খঙহৌদে। ইখঙ খঙহৌদনা থোঙ হাংদোকপগী খোঞ্জেল তাবকপদা ইপা-পাখংমক্তি তৌদনা লোৎচনবা থৌবাং তৌজে। থোঙ হাংদোক্তুনা থোক্লক্লিবসি অনু নি হাযবা খঙই। অচিকপা অমদি অমম্বা পুন্সিগী তাংককশিং অতোপ্পনা ইখঙ খঙদবা লোৎচদুনা অদুমক লৈজবগদবা অউবনা ইকাইদুনা লৈজবগদবা মাগী শাওং শাজৎপু দেববাগনা যাম্না খোইদানা যেংজবি। দেববাগ তনা যেংজবনি, অনু নদি খঙজবা নত্তে। মাগী অমম্বা পুন্সিগী শকুক্তা অবংবা মঙাল অমনা যৈবকখি হাযবা খঙখিদনা অদুমক চঙখিদুনা থোঙ লোনশিনখ্রে।

ঙাওদা ঙাওববা দেববাগ মখোঙ থাংলি হাযবা খঙদবমখৈ লাকখিবনা ভাডাগী যুমগী থোঙজিন লানশিনখ্রে। ফমুংদা ফমদুনা লৈবম্লবা বামুনা ব্রা মচেৎ অমতা ঙাঙদনা দেববাগ বু চাগদবগুম যেংলি। মিংযেং অদুবু কবিসু থওইদনা অহিং লেল্লবা চাকলেন অদু পুথোক্তুনা দেববাগ চাবা হৌবকই। খব চাবগা অদুমক তোকখ্রবদা বামুনা যাম্না ব্রানা বাকৎচবকই —

—"অহিংদা মপান থোকপসিদি যাম্না ফত্তে। খুনগী নিযমসু লৈবনি। দাদানা মফমসিদা লৈবিবসি কবি মবমগীনো থিগৎপা মীসু যাম্না লৈববনি। মতুংদদি তৌবিগনু।" মবাল লৈববা মীশক অমগুম দেববাগ বা ঙাঙখিদ্রে। ফৈজুপনা মমায মমিৎ খুমজিল্লগা অমুক নৌহৌনা তুমথখ্রে।

কবিগুম্বদা অনু না ইম্ফাল কাজবকপদা ইন্নকবদুদি অঙাওবগা পাঙখকনি। বস তোংলে, বস তোংলুনি। কুমথবে, কুমথর্কনি। হোটেল চঙলে, হোটেল চঙলুনি। মানা ব্রাজখিবদি মতৈ মনাউ সিনেমা যেংমিন্নখিবা লোইবা ঙাইবনি। মাগী নিপাদু সিফাইনি হায, মচাসু পোক্ত্রি হায। থা অনি ছুটি লৌবকপনি, চৎখিগদবা কুইড্রেসু হায। দেববাগনা পাল্লিবসি কবিনো হংনীংবা পোকই। অনু সু ব্রাহং অসিমক হংনীংলমলোইদ্রা?

ব্রাহং অসি হংনীংলবসু হংবা ঙমজদ্রবী অনু না নোংমা বামুবু কৌহল্লুবগা মঙোন্দা হায —

—"মহাক্না পাল্লিবসি কবিনো?"

— "ঐদি কবিমতা খঙদে, অনু।"

–"ঐগী নিপানা মহাক অসি কৈদৌবা লৈবিবনো হাযনা তোযনা হংলবনি। চিংনবসু লৈখ্রবনি। মহার্কসি অঙাওবা মীনি। চৎখিনবা নঙনা খব শিল্লু।"

– "ঐনা যাম্না হাযজববনি অনু। হাযদা হাযজকবগা ঐনা কনাদা কবি লানখ্রবগে হাযদুনা মমিত্তগী মপি তাদুনা কপই। অদুগা চাগনি থক্কনি হাযবা কাউবমখৈ অহিং চুপ্পা তুমদবমখৈ থোঙনাউদা যেংদুনা লৈবা ঙম্মি।"

– "ঐ যুম পাল্লবীনি।"

—"মদুসু মহাক খণ্ডই।"

—"মহাক্কা পাল্লিবসি কবিনো?"

—"মদুদি মশাদা হংবিযু।"

—" মযুমদগী মীগকাদি থিবা লাক্ত্রা?"

—"লাক্লক্ষ্মী। অমুক লাক্লবদি হূ চাদুনা শিগনি হাযবদগী লাকখিদ্রে।"

— "নঙদি মহাক্কা থানদবনি। মহাক্কি মতৌসি নহাক্তি খঙফম থোকই।"

—"মসিমক অনু দা হংগে খল্লল্লিবা বামুনি।"

— "হাযবদি?"

—"হাযবদি অনু না হেন্না খঙফম থোকই।"

—"নঙসু মাগুম্না ঙাওববা মীশক্কি ।"

—"ঐ মাগীদমক শিবা ঙমগনি। মহাক্লা কনাদসু লানখিবা লৈতে হাযবসি অনু না হেন্না খঙফম থোকই ।"

—"মহাক্কি মবাল ঐ খঙদে। অদুবু মানা ঐঙোন্দদি যেৎলি।"

— "মদুদি মশাদা হংবিযু।"

— " নোংমা ঐ শোযদনা হংলখিগনি। অদুগা মী উশিত্তবদি যাবোই হাযযু।"

—"মর্দুদি মশানা তাবনি। মশা-মশানসু খঙফম থোকইদা।"

—"মহাক্লা ঐগী মবমদা নঙোন্দা ক ী কবি হংই ।"

—"অনুগী মিং হংই। ঐগীদি ইর্চোনি। লৈকাইনা অনু কৌবদগী ঐসু অনু কৌই। অনু গী মিংদি অনু দা হংবিযু হায। কবিগুম্বদা নহাক কদাযদা চৎকনি, কখি তৌগদৌবি হংই। অতৈদি অনু না হেন্না খঙফম থোকই।"

উপায লৈত্রবী অনু বামুবু চৎহনখ্রবা মতুংদা ব্রাখল পোৎলুম চাউবকই। থম্মোইনা কবিগুম্বা পোৎশক অমা থিজবকই। পুল্লিংনা ইপেন পেঞ্জদবি। তাইনফম খঙদ্রিঙৈ কদোমদগীনো অমুক্তা উদ্রিবা মচু অমনা মিৎযেংবু খঞ্জিল্লবি। মচু অসি কবি ওইবিগবা? মসিনা অনুগী পুল্লিংবু ওলহনগদৌবিববা?

দেববাগ গী মবাল ইফং ফংদনা থোইদোক্লা কা হেন্না চিংনবা থমদনা অনুগী নিপাসু ছুটি লোইবদুনা মযুম থাদোক্তুনা চৎখ্রে। মসিদা খ্বাইদগী পেঞ্জনা উবিবা মীশকসি দেববাগ নি। মাযথোঙনা মিৎযেংনা তাক্লি। মসিবু পাপ নত্তববা?

পাপমক নত্তবসু পুন্নীংগী অমোংপনি হায়বদি লাল্লোই। হায়নৈ, ফত্তবা থবক অমা পুক্নীংনা নীংলুবা চাউববা পাপনি। অদুবু খেন্নবিবদি দেববাগ গীদি পেঞ্জনা উবখক্তনি মানা নীংলিবদু কবিনো অসিমদি খঙদবি।

নুপাশিংগীসু পুক্নীংগী অমোংপা লৈতবা নত্তে। অদুগুম্না অনু গী পুক্নীংগী অমোংপা লৈ। মহাকসু মহাক্কি নিপা চৎখ্রবদা অমুক্তং মতিং ফুদোক্লা দেববাগবু শা-ঙাগুম থীনা চৈগে খনখি। নুমিৎ অদু ঙাইনা ঙাইনা যৌবক্লদুনা চীংযাং অনিগী তাইনফম মচি অমদা কোবৌ মশেক্লা চীংদোন লাল্লপ তৌবক্লবা মতাং অমদা মদোম মদোম মাযোক্লবক্লবদা অনু না হংখি —

— "ঙসিদি ব্রা খব ঙাঙনখিবা তাবি।"

ঙক্লবা দেববাগনা খুম্লক্লি খোঞ্জেল নিকপমখৈ —

— " কবি ওইববনো তাকপিয়ু।" মিৎযেংদি মিৎযেংদা থম্লি।

—"নহাক্লা ঐঙোন্দা যেৎলিবসি কবিগীনো?"

—" যেৎচবা নত্তে, নতুং ইঞ্জবনি।"

—"মদু ওইথোক্লোই।" মিৎযেংনা মিৎযেংদা তাবি।

— "ওইথোক্লোই! চুম্মি। হোৎনজবদি কাযদেনা?" নিক্লম্না খোঞ্জেলদি মাঙখ্রে।

—"ঐ লুহোংলবীনি ।"

—"মদুসু খঙজে ।"

—"অদুদি নঙনা পাল্লিবসি কবিনো?"

—"নতুং ইঞ্জবদুনি ।"

—"মদুদি ওইথোক্লোই হায়খ্রবদুনি।"

—"ওইথোক্লবোইদবা পুন্সিগী অৱাবদু খাঙজবনি।"

—"মদু ঐঙোন্দদি অচৌবা অযেৎপনি।"

—"ঐগী ইবালবৃ কবিনো?"

—"নবাল হায়ববু নঙগী লমচৎ অদুনি। নঙগী মিৎযেংদুনি।" অনু না দেববাগ বু হোংলবোইদবা মিৎযেংদা যেংলক্লি।

—"মদুদি নহাক্না লান্না লৌজবনি। নঙগী অবানবা মিৎয়েংনি।" অনু মিৎযেং হোং না পুন্সিদা অমুক্তা য়েংখিদ্রিবা মিৎয়েং অমনা দেবরাগ বু য়েংলক্লি।

মিৎয়েং অসি নুপীশিংগী ওইবা অবোনবা মিৎয়েংনি। দেবরাগ সু অরোনবা মিৎয়েং অদুদা মিৎফম হোংদবমখৈ য়েংলক্লি। মিৎয়েংশিং চুংশিন্নরি। থাদোক্লবা ঙম্নদে অমনা অমবু। মিৎয়েংবু থম্মোইদা কোনশিঞ্জরগা অনুনা মখা তারক্লি —

—"নহাক্না পাল্লিবসি করিনো ? তশেং না হায়য়ু।"

—"অনু গী মতুং ইঞ্জবনি।"

—"ঐগী মিংদি অনু কৌদে। বামু তনা কৌজবনি।"

— "রামুগী অনু দি ঐগীসু অনু নি।"

—"অনুদা অদুগুম্বা মিৎয়েং থম্বদি লাল্লি।"

—"মদুদি অনু তনা নীংজবনি। ঐদি নঙোন্দা লংজখিদে।"

—"ঐ নঙোন্দা ৱা অমা হায়জগে? য়াবিগদ্রা?" মিৎযেং হঞ্জিন্না অনু না হায়জরকই।

—" অনুগী অপাম্বদা কৈদৌঙৈদসু য়েৎচরোই।" দেবরাগসু মিৎয়েং হঞ্জিন্না খুল্লক্লি।

— "নহাক মফম অসিদগী চৎখ্রো।"

—"মদুমকসু ঙমখিগনি।"

পাউখুমদুদা থম্মোই শোক্লবা অনু না মখাতানা অমুকসু হংলক্লি।

—"নহাক্না ঐবু করম্না খঙখি ?" ৱাহং অসিমদি দেবরাগ দা অরুম্বা পোৎলুম অমা ওইনা উরি। ইখুম-মক খুম্বা ঙমদনা অনু বু চাগদবগুম য়েংলি।

—"ৱাহং অসিমগী পাউখুমদি পিবিয়ু।"

—"নঙগী অশংবা ফিজোলদুনি। মদু ঐঙোন্দদি শংবান্নবী অতিয়া অমগুম উরি হৌজিকসু। শংবান্নবী অতিয়াবু ইন্নজরকপনি।"

মিৎকুপ অনি মরিদং তুমিন্না নৈরুবগা অনু না তইং তইং হায়জরকই —

—"মদু ঐগী লুহোংবা নুমিত্তা য়াম্না পামজনা শেৎখিবা ফিজোলনি।"

—"মদু ঐঙোন্দদি য়েংলু য়েংলুবদা শংবান্নবী অতিয়ানি। অমুক হন্না উবরোইদ্রা?"

—"অমুক হন্না উববোই! ওইথোক্লবোই!"

—"কবন্না?" ঙক্লবা দেববাগনা হংলক্লি।

—"মদুদি ঐগী ইবুংঙোগী খুদোলনি। মহাক্কী অনীংবা নত্তনা ঐনা নীং লুবা যাদে।"

— "ঙাইখিবা তাবি।"

— "ঙাইফম থোক্কে! মদুদি পাপকি মশক্লি। যেংহঞ্জনীংলিবা মীশক্তুদি নহাক নত্তে। মসিমদি কাউবিগনু। মসি নুপী ওইবী ঐগী ধর্ম্মনি।"

—"ঐ নহাক্কী নফমদা মাযথীবে। অমুক হন্না নীংলবোই। ঙমদবা থোক্লবা মপোক অসে নবক যৌথ্রসনু। নতুং ইঞ্জবিবা ঐবু থাদোকপিবো।"

—"ঐনা নঙবু পুনখিবা লৈতে। মফম অসিদগী লাপথোকপিখ্রো। অমুক হন্না উনবগুমসি।"

—"চৎচখ্রনি! অদুবু থম্মোইদি অদুমক লৈহৌবনি!"

দেববাগ তপ্না তপ্না মায লৈদুনা চৎপা হৌবকই। অনু সু অতোপ্পা মাযকৈ অমদা চৎপা হৌবকই। মাগী মাগী থম্মোইদা ইনশিন্নবকপগুম হন্না মায লৈদুনা যেংনবকপদা অমুকসু মিৎযেংশিং চুংশিন্নবি। থাদোক্লবা ঙম্মদে। অনিদুগী মিৎযেংদা ব্রাজববা কোবৌ মশেকসু ইখঙ খঙহৌদনা চীংদোন লানখ্রে।

*ইবা লোইথবা*
*তাং ২৭/২/৯৬ইং (যুম)*

# ইতৈমা

বিজযনা নোংমা তল্লবৈ থোঙ্গান্দা উনবদা —

—“ নঙগী নতৈমা দুদি শেকমাইদা জীপ অমদা তোংদুনা লৈহৌই।” ঐ কবিসু খুমখিদে।

লৈকাইগী তাদ অহঞ্জাওনসু তল্লবৈ অঙাং লাইবিক তম্বীযু হাযববা মতাং অমদা —

—“ নঙগী নতৈমা মাল্লিদা কাংপোকপিদা লৈহৌবদুবো। পুলিস এস:আই: অমগা নোক খেদুনা বাবী শান্নহৌবদুবো।” ঐ কবিসু খুমখিদে।

পাউশিং অসি তম্বিবদবনা হেন্না ফৈ। ইতৈমা বু চিংনহল্লিববা? ঐগী পাঙদবা মতৌদা নোক্লবিববা? পাউশিংসিনা ঐবু পোত্থাফম খঙহন্দে। ইতৈমা বু ব্রাবৌহল্লি। অদুবু কবম্নদি তৌনি? উপায লৈত্রবা ঐনি। অশিবগা ঐগা খেন্নবিবসি চৈনাখোলশিদমক ঙাইববনি। অতৈদদি ঐ অশিবনি।

অযাম্না মতমদা নুমিৎ তাববা মতুংদা ইতৈমা হঞ্জিল্লকই। তৌববুদি মচানুপী অহল চাকখুমগী থবক ঙল্লক্লবনি। অদুম্নমক শোঞ্জুনববা ঐনা তোযশিল্লক্লবা অদুদা নোংমদি চিংনবপ্না হঙ্গৎচকই —

—“ ইতৈমা না তাল্লিবা শেল, ইতৈমা না ইমুংগী লৈত-লাযব পুবিবসি কবম্ননো?”

নুমিত্তু কনানা কবি হাযবক্লবনো ঐঙোন্দা ওনশিল্লক্লগা ওন্থোকপা মওংদা খুন্নকখি। নহাক ঐগী ইতৈমা নিকো যৌনা শোঞ্জখি।

—“ ইবুংঙো! নঙনা ঙসি হংলিবা ব্রাহংসিনা তাকপদি নহাক্না নতৈমা বু লান্না উবে। কবিসু কাযদে। অদুগা মসিমদি খঙঙু। নহা ওইনা লুখ্রাবী ওইবসিদি মীগী মিৎযেং যাম্না চঙই। ফজফম ইবৈ লৈতবনি। মাযকৈ খুদিংমক্তা তাঞ্জা ফংবদা লুখ্রাবী যোৎকদবগী মযা কাথোক্লুনা ঙাইদুনা লৈনবিবনি। যুম কোক পানথোকখিবনা ইযাং হেক যাংবজাৎনি। অদু ওইববদি মীগী মিৎযেং চঙলবোই। পুন্সিগী চযেৎনবগী মৈচাক্তি অদুমক খাঙবা তাবনি। ইচাশিংগী অমদি নঙগী যেংদুনা ঐ চেন্দবা যাদে। শেলগী লিখুন ঘিদবা যাদে। ঐনা তৌবিবসি নহাক্না থোযনা যেৎফম থোক্তে। ঐ পুন্সিগী ওইনা পূঙৌ ফনেক শেৎলগা হিংবসু হৈনি।”

ব্রজগুল্লবা যাক্লবা ইতৈমা গী খোঞ্জেলশিং অসিনা ঐবু থক থক নিকহল্লি। পাঙদ্রবা ঐগী পুল্লিংবু মথক মখা ওন্থোক্লি। অমুক হন্না ইতৈমা গা মাযোক্লবা ঙম্লবোই।

ইতৈমা না ঐবু ব্রাবৌবিববা? ব্রাবৌফমদি থোক্কেনা। ঐনা ইতৈমা বুদি ব্রাবৌফম থোকপ্রা? থোক্কে। হংফম থোকপনি। খুমফম থোকপা ইতৈমা না খুমলকখি। ইতৈমা না ঐবু মী অমা ওইনা উদ্রববা? ব্রাহংসিমক্কি পাউখুম থিবদা ঐ ফুম্বংনখ্রবনি। অদুবু ইতৈমা না ঐবু নুংশিনা 'ইবুংঙো' হাযনা কৌবিবি। ঐ ইবুংঙো নৎত্রবনি। চহী কুম্থা লাল্লক্লবনি। ঐনা তৌবা ঙমগদবসি কবি কবিনো? শেল লৈজবল্লবদিকো। মওন মওন খল্লি। দুকান ফম্বা ঙম্লি। লোত্তরি টিকেৎ যোনবা যানি। কাউন্টবদগী সিনেমা টিকেৎ যোনবা যানি। অদুবু কনানা ঐবু পাম্বিদোইনো? অঙাং লাইবিক তম্বিবসিদগী হেন্না কান্নগদবা ঐনা ঙমগদবসি কবিনো ঐ খনফম থোক্কে। মওন মওন খল্লি। ঙানু যেন লোইশিবা? মদুসু পৈশানি। পৈশাবু লৈববদি শেন্দোযদা চাববসু যাই। লোত্তরি টিকেৎ অমখক ককখিবদু নীংশিংলকই। ফার্ষ্ট প্রাইজদু ঐঙোন্দা ফাওবিবক্লবদিকো হাযনা ঈশ্বরদা খুকমজে।

—"ইবুংঙো, চাক লৈবে।" পুখমদু থম্না থম্না ইতৈমা না অমুকসু মখা তাবকই —

—"ঐনা খব ঙাঙবগী উংবদুর্নদি যাবোই। ঐখোয হিংবা তার্বনি — উপায অমা থিদুনা। ঐসু উংদুনা লৈবা হৈগনি। কনানা পুবিবক্কনি অচা অথক শেংন-ইন্নবা দবকাব লৈবিবা মযাম অমা মাঙদা তাবিবসি ? নহাকসু খল্লু। ঐসু খল্লিবনি।"

ঐ কল্সিু খুমখিদ্রে। যাম্না ফজববোই খন্না চাক্কুদি প'বা হৌবে চানীংদ্রবসু। ইহুক হুক্কনা অদুম ফম্লি পুখম মপান্দা।

ইতৈমা না সমাজবু ব্রাবৌবি। অমুকসু মশাগী অশোনববু ঙাকথোকচনবা হোৎনর্বি। অমুকসু ইতৈমা না হিংনীংলি-হিংবা মান্না। মমিত্তা মন্ত্রিগী মচাগা মাগী মচাগা খেৎনবা থম্বা পামদে। মসিগী নীংঙমদবসিনি ইতৈমা গী চৈনাখোল। ঐঙোন্দা তাযনবিবনা কবিগী? ঐবু শিখিবনা ফবববা? ঐবু হিংলিববা? ঐবু কবি তৌ হাযবিবনো হাযনা ইতৈমা দা ব্রা হৌদোকপা ঙমদবা ঐবু হিংলিববা? ঐ হিংবা তাবনি। হিংবা তাববদি ঐ কবি তৌবা তায?

নুমিৎ অদু মওন মওন খল্লম্বদগী ইতৈমা না খল্লিবসি কবিনো অমুক খনবা হৌবকই। মহাকসু নহানি চহীদি ঐঙোন্দগী নৌবমগনি। মহাক্না পাম্লিবসি কবিনো? মবম ইচা চাদনা যুম পান্থোকখিবা ঙমনি হাযবিবসিনা কবিনো? মসিগী মিৎযেংদা ঐবু ব্রাবৌবিববা?

ঙসিসিমদি ঐগী ওইনা কযাদা লাইবক ফখ্রবনো? মানা মখোঙনা থোংনাঐগী ফমুং তান্না লাক্লি। ঐনসু কাখৎলক্কবা ইঙ্গিৎ পিবি।

—'ঐ শিবম্লনা হেন্না ফবম্বনি। ঐ হিংলম্বগী মহুত্তা তামোদু হিংলম্বনা হেন্না ফবম্বনি। বিধিনা ওন্ন-তৈননা তম্বিবমইদা।' কবিসু পাউখুমলক্রবী মহাক্লা মদুগী ওন্ন-তৈনবদা ঐগী মপৃঙ ফাদ্রবা হকচাং কযাৎশিংদু নুংশিনা নানবিবি। ঐসু মাবু চেজেৎনা কোনশিল্লুই। অমুকসু মহাক্লা ঐবু ইস্থোবক্লি। ঐনা অমুকসু মহাকপু কোনগে তৌকবদা .........

—"কবি তৌবে চাকসু ইচা চাদ্রেনা।" চগুম শেংনা শেংনা ইতৈমানা হাযবকপদুদা কবিনো ঐনা তৌবিবসি জ্ঞান লাকখি।

হে ঈশ্বব! ননাই তোল্লববু ঙাকপিযু। কবিগী অসুম্না অন্ধবিশ্বাসকি কুযোম মনুংদা লংশিনবিবিবনো? হে পুক্লীং! পেন্নাইদ্রবা নহাক্লা ঐবু নবক তান্না কবিগী চিংথবিবনো? ঐদি তোল্লবনি, তাববনি ঐবু অসুম্না অসুম পুবিবিবা কবিগীনো? পিবিযু মঙালগী মবিক অমত্তং ওইববসু, খোঙনেৎনফম ওইজগে— পুন্যগী লম্বী ফংনবা। তোল্ল তাববা উপায লৈজদ্রবা ঐবু চুখৎপিবো পুন্যগী মৈবি।

হে সতি! নহাক্কী সতিগী মশেক মঙালনা ঐবুসু লমজিংবিযুনে তাইবংগী ওইদবা কুম্মৈশিংদগী থাপ্পা পুথোকপিদুনা।

হে ঈশ্বব! ঐবু অসুম্না তযাং তশোযহল্লিবা কবিগীনো? হে পুক্লীং! লম্বী অনি লোঙলক্কনু। পুবিযু ঐবু স্বর্গ যৌগদৌবিবা লম্বীদুদা। অব্রাবা মাযোক্লজগে, খুদোংথীবা থেংনজগে। মায লৈদুনা নীংহন্নন' চেনগনু হে পুক্লীং! শোযনাইববা ঐগী হকচাং পুমহিক হিকথবে। কবি মতৌ কৌবনো? হন্দোকপিববো ঐবু থাংজিল্লুববা খোঙথাংসিদগী! লাক্লনু! লাক্লনু! অমুক হন্না লাক্লনু ঙসিগী মিৎকুপশিং!

হে তামো! ননাউনা যাম্বগী কাদা যেৎলুবে। ঙাকপিযুকো। নবক্কি কোমদগী চিংখৎপিযু। পুন্যগী লম্বীদু তাকপিবম্মু। মপোক মপোক যাম্বগী ননাউ ওইজগে।

মিৎলু পিবাং চোন্না ঐনা ভক্তি তৌজখি ঈশ্ববদা, ইতৈমা দা, তামোদা। পাপ অদুদি কোক্লবোই পুন্য লিশিং লিশিংনা মহুৎ শিল্লবসু।

ইতৈমা না পুক্লীং নুংশিখিবা হৌজিক্তা যৌবকখি। অহিংসিমসু পোখাফম খঙলবোই। নাকন্দা লৈবিবা তামোনা শিজিন্নবম্বা হাবমনিযমদু লাইবক কৎনা পাযকই।

অহিংসিমসু পোখাফম খঙলবোই
শক্লবনি ঈশৈ লোইবা নাইদনা
নঙনা তাবা থোক্লবা শক্লবোই হন্না
নৌহৌনা মিৎলু পিবাং শিন্থবনু।।

লাক্লদবোই নীংলুবে লাকখিদবে
ঙাইবদি লেপতে, লাকপদি লাক্কে।।
কনানা কনাদা কবি হাযনখিবা
ইদোম ৱাজখি, ইদোম খাঙজখি।।

কান্নদবে খল্লনি, অবেম্বদা তাবনি
নুংশিগী কুম্মে মচু মচুগী
হাংলবা অতিযাগী মখাদা
অদুঙৈগী তামোগী ঐগী পুন্সিদা।।

ঈশ্বরনা ওন্ননা তম্বীবকই। তামোদু হিংলম্বনা ফবম্বনি ঐগী মহুত্তা। ঐবুসু শোযনাইববা খুনগৎপা যাদ্রবা পুন্সি অমদা লঙশিনবিবকই । চৈশুগী মথৌ তাদ্রে। শিংনা শিংনা শিদ্রিফাও'দি হিংবা তায ।

লনাই লাইবিক তম্বা লাকপা ছাত্রশিংবু শিজিন্নবা হৌবকই। ঙানু মকোন, যেঙ্গোন শাবদা শিজিন্নৈ নোংমদা পূংখায পূংখাযগী চাংদা। থাগী 'ফী' এডভান্স পীযু হাযবে। অঙম্বন পিবকই। ঙমদবনা নিনি কাবক্কে। কাবক্কং শিং কৌহল্লুই। ঐগী মীচঙ হেনগৎলকই। ঙানু যেন্ন মপূঙ মবে ফানবক্লবদা ঐসু আশা তৌজবকই —'ঐসু যুমগী কবিনো-কবিনো অমদি পুবা ঙল্লনিদনা।'

থা মঙা তবা হৌখিদুনা চহী অমা অনি লোন্নবক্লে। ঐগী যেঙ্গোনগী মশেক মঙাল উবা ফংলে। মকুম অমসুং মচা ফংলে। ইতৈমা না নোংমা চঙশিল্লক্লগা হাযবৈ —

—"অদুনিদনা নিপা হাযবদুদি । অদুবু 'সিনদি ওইবা যাখিবোইকো, ইবুংঙো।"

ইতৈমা না ঐবু মী ওইনা থাবা লৈখিদ্রি, মৈহৌবোন্দগী তামো হিংলিঙৈদগী। ঙসিমকসু ইতৈমা না ঐবু মী ওইনা থাদ্রি। চঙশিল্লক্লিবা চহী অমা অনিবোমসিদি ইতৈমা সু ইতৈমা না থোকপা, ঐসু ঐনা থোকপা। চাকখুমগী

মচাক্না ঐনা ওল্লে ঐনা - ইতৈমা না ওল্লে ইতৈমা না। মচাশিংগী লাইবিক লাইশুনা ঐগী দাযিত্যনি। নোং'ফাদোক ইতৈমা সু মচাশিং লাইবিক তাক্কবদি নত্তে। মদুমক তাকুবগদি 'ইতৈমা' সি ওজানি হাযদবা ওল্লোই।

ওসি মওানি শুবে ইতৈমা হল্লক্কবা। হংসি কদায ? হংলগনা কনাদা? তুমিন্না লৈবদি যাদে। থিবা তাবনি। মবকসিদা পাউ লাকই কাংপোকপি পুলিস ষ্টেসনদগী — 'ইতৈমাগী পাউ'।

জীপ অমা বাযবগা লৈকাইগী নহাবোল অহুম মবিগা কাংপোকপি যৌবে।

নৈহৎপিবল্লে! নৈহৎপিববী ইতৈমা ওইখবে। ষ্টেসনগী কাখু অমদা ইতৈমা গী হকচাং পোলাংনা লৈমাযদা তাবি। ঐবু অমুক হন্না চৈবক্লবোই। মখুৎ যেৎনা চেক্তেং অমা পাযবি। হাংদোক্কুনা পাকর্বদি ওল্লবোই — পুন্সিগী ওইনা ওল্লবোই।

তামোগা ঐগগী এক্সিদেন্টতু উবকই। অমুকসু মাওদা ওান্থোইবি — 'ঐগী ইতৈমা' কনাবুসু কিদনা কনাবুসু নাচুংদনা অশি খযাৎ তম্না মাযওল্লদুনা।

চুম্মি ঐদি নিপা নত্তে! ইতৈমা নওদি নুপীনি! ঐগীদা ইতৈমা নত্তে! মপী মপা লৈজদ্রবা তোল্ল তাববশিংগী ইতৈমা নি! ইতৈমালক্কগী তোল্লবী ইতৈমানি!

*ইবা হৌখিবা তাং ১৪/৭/৯৭ ইং*
*ইবা লোইখিবা তাং ২৫/৭/৯৭ ইং*

# তৌহৈদে

—"মদুদি তৌহৈদে।"

ব্রাহৈসিমক হাযবদুনা নোকমিবিবী মচিনবানদু মখুৎমক্লা মেঞ্জে। ঐগী মিৎযেং হঞ্জিনজৈ। থাংলুববা ঐগী খোঙথাং, লেপকক তৌই। মওন মওন খন্না জগোয খুৎখৎ হৌকুববা ঐগী খুৎশাশিং তান্থা কাযনা হঞ্জিনজৈ। সিবু নুংশিবা কৌববা?

অহানবা উনবদু হনুবীগী হোটেলদনি। ঐনা ঙকখিবদি ঐনা যেংলে, মাসু য়েংবা — ঐনা লৈবে, মাসু লৈবা — ঐনা নোকলে, মাসু নোকফেৎ তৌখিবদুনি। হনুবীগী হোটেলদু হৈনবী হোটেল ওইবক্লে মমৈথংদদি।

নোংমতা মমান্নবী নৎত্রগা মচা, মনাউ, মচে,মচল হৌবদুনা লাকখিবা থেংনদে। মসিনা কবি হাযবিবনো? পাউখোঙগকা চল্লিবজাৎলা? মওল মওলনি। ঐনা খল্লিবা অসুম্না মাদি খন্দবজাৎলা? ব্রাবী শানবগী তাঞ্জাসু ইফং ফংদে। নোংমদি তাঞ্জা অমা ফংই। মদু লেম্না থাদ্রে।

—"সিনেমা যেংউসিনে।" ইখঙ খঙনববগুম্না যাম্না শমজিল্লুবে। খুম্মক্তে। যেংগনবী, নোক্কনবী মতৌদু খুমগনবীদদি ওইবমদ্রে।

—"নঙোন্দনে হাযবিবসে।" হোটেল হনুবীদু ওইনা যেংখৎলকই। খুমলক্কুবদুদদি মতৌদুম যেংগে হায়দুনা মনাদু লৈকুই। মখুৎ ওইনা মনা হাইফেত্তুং যাঞ্জে। শাউদি শাউবক্তে। পাবা অমদি ফাজিল্লে।

—"কোক যেংথোকউচোদনা।" হনুবীদুনা মতেং পাঙশিল্লকই।

—"ঙম্মোই, ইকাইজৈ।"

ও! মহাকসু ইকাই নুংশি যান্নবোইবে।

ককযান-যানবদুগী উজাউদু তুবকই হাযবদুনি। কক-কত্তা ইম্ফাল যৌমিন্নবক্লে নাইতোম ইতোম্নবদুনা। সিনেমা অমা যেংমিন্নবে। নুংঙাইফম খঙদে। ব্রাবী শাবা ইফং ফংদে, খুমগনদবীগা ওইবে। 'হযেংসু উনসি। সিনেমা অমগা যেংমিন্নখিসি।' হোটেলদা কোল ড্রিঙ্ক অমমম থকমিন্নবিঙৈদা হাযকুবনি।

—"মদুদি হায়হৈদে।" নোকমিববী মচিনবানদু মখুৎমক্না মেনশিনজে।

লম্ফেল ক্লাটবদা মতৈ মনাউদমক লৈবা ঐগা ওফিসতা থবক পুনমিন্নবা তাদ অঙম গীদা নোংমা পুই। নুমিত্তাদ মহাক তশেংনা শাউই। শাউবিবদুগী মবম খঙলিবা ঐনা হেঞ্জিন্না ব্রাবীদি শাকদ্রে। নুংশিবা ব্রাহৈনা মাবু নুংশিনা থেমজবকই। নুমিৎতুমদি মবোল লোল্লকই —

—"ঐহাক দাদাবু নুংশিদবা নত্তে। দাদাদি ঐবু নুংশিবা মান্দে। ঐবু অবোনবা মিৎযেং অমদদি পুবিগনু।"

মাগী ব্রাহৈশিংনা ঐবু লৈতাহন্দে। ঐনা মাঙোন্দা কবিদা লানখ্রে? ঐনা কবিদা নমথাক তৌখ্রে? অচিকপা মফম অসিদা পুবক্লিবসি ঐগী ওইদবা লমচৎ শাজৎলা? ঐনা মাবু নুংশিবিবসি অপাম নুংশিদুনি হায়বা মহাক কাউবমানে। হায়নৈ অচিকপা মফমশিংদি নুংশিবগী মকুপনি। অপাম নুংশিগীদমক্তদি অচিকপা হায়বসিমক তশেংনা থাদোক্লবা যাদ্রবা মকুপনি। অদুনা ঐনা অচিকপা পান্নকখি। মসিদা ঐগী কবি ইবালনো? অদু ওইবগদি লাল্লিবসি ঐগী অপাম্বদুনি। মহাক্তি অচিকপা পান্নমলোইদ্রা? নৎত্রগদি মহাক্না ঐবু নমথাক তৌবিব্রা? অদুদি কবিগী মফমসিদা লাক্লিবা? খনবমখৈ খল্লুবগা ইকাই নুংশি যান্নদা লুকক্লবিবী মহাকপু তপ্না তপ্না নুংশিনা নানবিকই। অদুগা হায়কই —

— "কবিগী নুংশিদনি। নুংশিদনবু মফম অসিদা লাকমিন্নবিবসিনি।" কবিসু যেক্তবী মাগী মতৌদুদা ঐনা হেন্না হেন্না নাল্লুবি।

—"মদুদি শোকহৈদে।" কবি খল্লক্লবনো ব্রাহৈসিগা লোযননা মহাক লাপথোকখ্রে। চৎকদবগী শেম শাবকই। ঐহাক নুংঙাইত্রে"। ঐহাক্না নুংঙাইত্রিবদু মহাক খঙবগুমসু তৌই। মনাক নক্না চঙশিল্লদুনা ঐনা শোম্বাংননা হায়জবকই —

—"ঐহাক তশেংনা নঙোন্দা লানখ্রে।"

—"মদুদি পলহৈদে।" হন্দক্তি তশেংনা মাগী খুৎশানা ঐগী চীনবানবু মেল্লকই।

তাদ অঙম না শিনবা চাকলেন চামিন্নববা মতুং তাদ অঙম না ক্লাটব মচিন ফাওবা থিন্দোবকই। তাদ অঙমনসু, চঙখিবা-থোকখিবা উহৌবা মীনসু মওন মওন্দি খল্লমগনি।

— "মীনা যেংনবিবসি কবিগীনো খঙববা?" অথ লৈনা ঐনা হংলুবনি।

—"নবুক্তা মাংলুনু।" নাচুংদ্রবী মাগী পাউখুম্না ঐগী ব্রাহংবু পুমচম চমহনখ্রে।

ঐগী নুংঙাইতবদু মহাক খন খর্বদি ফাউহ   হোটেল হনুবীদা ঐগী। মবমদা কুপ্না হংই হাযনা হোটেল হনুবীনা তমহঁ। ঐদি মাগী মবমদা কবিসু হংলুদে। নুংশিবনা অবেপ্লান। ঐনা মাবু নুংশিবি। মানস্ ঐবু নুংশিবিবি। মসি নত্তবা অতৈ মখা কবি মথৌ তাবি?

—"মহাক অদু তৌবমল্লবদি?" — দবকাব তাদে।

—"মহাক অদু ওইবমল্লবদি?" — দবকাব তাদে।

—"মহাক অদু অদা পক্লমল্লবদি?" — দবকাব তাদে।

— "মহাক্না ঐবু নমথাক তৌবমল্লবদি?" — অদুবু ঐনা মাবুদি নুংশিবিদনা?

পুক্নিংনা হংলকপা খুদিংমক থম্মোইনা য়েংথংলি।

খনবমথৈ খল্লবা মতুংদা ব্রা লেপথোক্লে। হোটেল হনুবীদা অপাম্বা অনীংবা খুদিংমক তাঞ্জা ঙাইনা তম্লে।

—"ইন্দোন! ঙসিদি অবোইবনি। অবোইবা ওইনা লাক্লবনি। জামিনিসে ঐ পুম্ত্রগে। যেংউদো মমা যাওদনা অঙাং মচা অনি শেন্নবদুনা যুম পুবক্লিবসি চহী মবি হাযজিল্লক্লবনি। অদুনা ইন্দোন! ঙসিদি মাবু পাউ অমুক্তা পিবিযু। অমুক্তা কৌবিবকউ। ঙসিনা অবোইবনি তম্বিযু।"

—"মদুদি তৌহৈদেনে, ইবুংঙো! নখোয পঙঙাঙ ঙাঙনবা পঙনোক নোকমিন্নবনা অমনি। তু যেংউ! আদা খোংনাং মখোঙদা ফম্লিবা অঙাংশিংনা কোযশিন্দুনা লক্লবিব'সি মাগী নিপানি। খুনাইসিদা কবিসু ব্রাকৎ লৈত্রর্বনি। পাউবুদি তম্বিগে।"

*ইবা লোইখিবা তাং ২৭/৮/৯৭ ইং*

# অমুবা ফি গী আনোক

পুন্সি হাযবসি অঙকপা অমনি । অঙকপশিংগী মনুংদা পুন্সিদা থেংনখিবা থৌদোকশিংগী শরুকসু অমনি । থৌদোক-ৱাথোক্লা নুংঙাইবা অমসুং অৱাবা অনিগী ঙমখৈদা লেপ্লি। কবিগুরুদা নোকহল্লি, কবিগুরুদনা কপহল্লি। কবিগুরুদনা অনিমকপু নীংশিংলুদনা অঙকপা ওইহল্লি ।

অঙকপা কযানা পুন্সিবু চমহল্লি। চমহল্লবা পুন্সি কয়ানা তোপ-তোপ্পা পুন্সি অমদা হিংবসু কোঙ্গাযনি । তোপ-তোপ্পা হিংলিবা পুন্সিসিদসু থাজদনা থাজবগী ৱাংমদা অঙকপা ওইবমই । অঙকপদুনা হায —

— "ঐদি উনা উনা মিৎ তাঙলবনি । মিৎ তাঙনা তাঙনা উখিবশিং অদুদি কাউবা ঙমদে। অকাউবনা নিশাবু নুংশি। অদুনা ঐনা নিশাবু পামই । নীংশিংবনা থম্মোইবু নিকহল্লি। নিকহল্লবা থম্মোইদা ফাউবিবসি নুংশিবনি। নুংশিবদুদি ফংবা ঙমদ্রে। উখিবশিংদুদি নুংশিবনি ।" মসিগা লোযননা নিক-নিক থল্লবা যুগী গ্লাস অদু থকচিল্লি ।

চুম্মি' মহাক উবা ফংদে। মাগীতা ওইবা সংসাব অদুদদি মহাক উই হায। মানা উখিবা ঐনা উখি খঙখিবা লৈতে। কবিগুরুদা মহাক্না হাযখিবদু ঐ হৌজিকসু তাবি —

— "মিত্তাঙবনা আনোক উপ্লি। মিৎ তাঙদবনসু উপ্লি। অনিদুগী খেন্নবদি চাউনা লৈ। উনীংদ্রবা ঐগীদি উপলিবসিনি মখোক যাওদ্রবা অমুবা ফি গী আনোক।"

মাগী ৱাবীদা ঐনা যাম্না কন্না যানীংদনা যেৎখিবদি —

— "অংকল নহাক্তি নুপীবু থওইদবা নিপানি। নহাক্না নুপীবু যাম্না চাউনা শিংনৈ । নহাক্না নুপীবু যাম্না হন্থনা খল্লি। মসিসু পাপনি।"

মহাক্না ঐগী ৱা তাবগা খোঞ্জেল হৌনা নোক্কনি অদুগা হাযগনি —

— "ঐনা তৌবিবসি পাপ লংশিনবা নত্তে। পুন্য তানবসু নত্তে। লংজখিবা পাপকি প্রাযশ্চিত তৌজবতনি। নীংঙমহৌদ্রবা থম্মোইনা কপচবদি ঙমদনা নীংশিংজবদু কপলক্তনবনি । নিপানবু কপ্লে হাযববা।"

- "অংকলগী পুন্সিসিবু নুংঙাইববা? নুংঙাই হাযনদি ঐ লৌবোই ।"

—"নহাক্লা নুংঙাইববদি ঐসু নুংঙ'ইবমগদবনি । মহাক্লা ৱাবন্নবা ঐ ৱাদবদি ঙম্লোই । মহাক্লা নুংঙাইবন্নবা ঐসু নুংঙাইগনি । অদুবু মহাক নুংঙাইবি নৎত্রগা য়াম্না ৱাবে-পাউ অসিদি কৈদৌঙৈদা খঙবা পামদে ।"

কবিগুম্বদসু ঐনা মাগী ৱাবীদা যাম্না খোঞ্জেল নৌনা অসুম্না হাযরুবদা —
— "অংকল নঙগী ৱাবীসি যাম্না অৱাবগী মশক্কি । নহাক যাম্না ৱাবমগনিবো।"

মহাক্লা লাউবক্কনি, "অদুম্না ঙাঙগনু । নুপীগী খোঞ্জেল মাল্লি । নিপাগা নুপীগা খেন্নবিবসি খোঞ্জেলনা অচৌবা শরুক অমা কল্লিবনি ।"

মহাক্লা কৈদৌঙৈদা ঐগী মবমদা হংদে । হংদবদুনা তাক্লিবদুদি খঙবা পামদে হাযবনি । ঐসু ঐগী ৱাদি লোত্তুনা অদুমক থল্লি । মাগী ৱাবীদু নুমিদাং অমদা অসুম্না লীবা হৌখিবনি ।

—"ঐহাক পেনশন্নব অমনি। মীহাৎপসুনি । ঐগীনি হাযবা কনাসু লৈতে। ঐবু মাগীনি সিগীনি হাযবদি লৈবম্বা যাই । ঐগী নোমিনিদি ইনাউ নিপানি। মহাক্তি মাঙখ্রে ।"

—"কদাযদা? কবম্না?" ঐনা য়াম্না ঙক্লা হংলুই।

—"মাঙখিবদি হংলুনু। মেজিক তৌবা নিপাদা কবম্না উৎলিবনো হংলুনু। খুন্নকলোই ।"

—"শোবি অংকল। মবক থৎনা হংজনীংলিবনা অংকলগী মিত্তুবু কবম্না 'তৌখিবনো? একশিদেন্ট থোকখিবগা যাওখিববা?' নৎত্রগা মপোক্কি কবিগুম্বা অশোযবা .............।" ৱা লোইফাত্তিৈঙে মহাক্লা ফাক ফাক নোক্লদুনা হাযবকই —

—" একশিদেন্ট ! ..... হা ..... হা ..... হা ! নৎত্রগনা মপোক্কি হা ...... হা ....... হা ।" কা অদু মথন্তা নোকপগী খোঞ্জেলতা পুর্মনিন নির্লখিবনি । মথন্তা অমুক তুমিন্না লৈ। ঐসু ঙক্লা তুমিন্না লৈ । নিক নিক চোল্লবা মহিদু যাম্না পাম্না যাম্না খৌবাংনা থকচিল্লবা মতুংদা ৱাবী মখা তাবকই —

—" মসিনি ঐগী ৱাবী। পুন্সি ৱাবী। তাঙদনা তাঙখ্রবা মিৎনি। উনা-উনা উখিদ্রবনি । ঐবু য়াম্না চাউনা শিংনখি। শিংনখিবদু অশেংবা ওইবম্লে। নুংশিবগী মশক্কি । নুংশিবদুদি উবা ফংলবোই ।"

—"মদুদি কবম্না ?" ঐনা ঙকপদগী ঙক্লদুনা হংখি।

—"চহী কুন্থুমঙা চপ-চানা শুবে নুপীগী মশক উদবা। খোঞ্জেল ফাওবা তাদবগুম্বনি।"

—"মসিনা তাকপদি অংকলগী মিৎ অসি উদবদি নত্তেদনা।"

— "উব-উদবা খেন্নবা লৈত্রবা ঐগী মিৎনি, ঐগী পুন্সিনি।"

– "মখাদি অংকল?" যাম্না তানীংনা ঐনা হংখি।

—"মতমদু বিশেনপুবদা পোষ্টিং লৈবি। স্টেনোদু নুপীনি । মচা পোকতে, পোক্লবোই গকা পঙহাযদা হাযনৈ । অমদি পোকখি । পোকপদা শিখিবনিসু হায। নম্বোলদা মযুমনি । ঐগীনা বিশেনপুবদগী নম্বোল ফাওনা লাক্লগা ইম্ফাল — ইম্ফালদগী কিলোমিটব তবা অৱাং পাঙনা। কবিগুম্বদা বস ফবক তানদুনা ওফিস হল্লকপদা মহাক ঐগী ওফিস জীপতা তোংলকপসু মযাওই।"

মহিদু পেগ অমগা চিংশিল্লি । খোঞ্জেলদা অবাবা যাওদে। মাযথোঙসু নোকমি নোকমিগুম ৱাবী মখা চথবকই —

—"মীনা পঙঙাঙ ঙাঙনবমগনি খল্লি ঐসু মীগীদা পঙঙাঙ ঙাঙনগনবা মীনিনা। হেঞ্জিল্লুবা লৈতে । হেঞ্জিল্লকখিগুম তৌবদি লৈখি। মসিবু ঙাওববা। কবিনো? নোংমদি শোযবোইসে । অসুম্না চহী অনি অহুম লৈম্নিন্নে। মশাগী মমিৎ খব ঙাওজবী নুপী ওইবা তায অসুম্না লেপথোকচৈ। ঙহাক্কি চোপ্লুবা মিত্তুদি পুন্সিগী থৌদোক অমগী মথেল অমনি খন্দোকই, নুংতিগী ওইবা মথেলদুদা ওইদ্রগদি ।"

অচৌবা পেগ অমগস্ মথন্তা হৈবগা থকচৈ । মতুং তাবদদি মখা তানা ৱাবী লীবক্না পাঙ্গল লৈত্রে । টেবল অদুদা খুৎকি মথেং লৌনা মক লুকথম্ব্রে, তৃমথম্ব্রে পিক্না পিক্না হোনবা স্বৱগা লোযনবদুনা। ফমুংদা থাঙ্গৎপিবে, খোঙউপ লৌথোকপিবে। ফৈজুপ শুর্পাচনবিবে। ঈশিংগী বোটল অমসু সাইদ-টেবলদা থম্বিবে।

কবিনো মাগী ৱাবীসিবু? নুপীদুবু শিখ্রবজাৎলা? নৎত্রগনা নুপীদুনা নমথাক তৌবিদুনা মবল মথুমগা যাম্না হাৎপিখ্রবজাৎলা? নৎত্রগনা কবি ওইদৌবিবা? .... ? ..... ?

অসুম্না অবেপ্পা খঙদনা ৱাখলনা অসুম অসুম তাউথখিদুনা পদ্মা গী নাক্তা যৌকই। মীগী ওইখ্রবী পদ্মা নি। কবিগী নীংশিংলক্লিবনো? ইদোম বাজে। ইদোম নুংনাংজে। তহোযদে হাযবী। থেমদুনা থাদোবকই উখুলদা। থা মঙা লৈববা মতুংদা অমুক চৎলুবদদি পঙলবী পদ্মা পুবম্লে। লুহোংলম্লে।

নুংশিবদা তহোযবা তহোযদবা অঙকপনি মী কৌবা সমাজসিগী চৎনবী। অমুকসু যেংলুই কনা লৈজদ্রবা অংকলদা। মাদি নিঙাইদনা তূন্নি। মাগা ঐগা মান্নবিবসি — মাসু, ঐসু হল্লবোই উখ্রুলসিদগী।

অংকলগী তোপ-তোপ্পা গুন অমনা নিশাদা লাইচুববা মীশক অমা ওইজববসু নুংতিগী থক্তবা যাদে হাযবা নিযমদি লৈতে। মঙানি তবানি কাদগী মপান শুকথোক থোক্তনা চাবি খঙদে, চাদে খঙদে লৈবা ঙম্মি। কবিগুম্বদা থোঙ থিন্দুনা কৌকববসু তপ্না থোঙ হাংদোক্লগা চেথাগী সাইন বোর্ড অমা উৎলকই।

—"প্লিজ দোন্ট দিষ্টর্ব মি।"

নুমিদাং ঐগীদা কোযবকপা খুদিংদা মানা বাবী শমথৈ ঐনা হংলুবগী মতুংইন্না —

—"মতমদু ঐ যু থক্লে। যাম্বা যামদবা থকপা হৈবে। নুমিত্তুমদি যাম্না ফজনা থক্লম্বা তায। ঠীকাদাব দেভিদ কা ঐখোয অনীথক ইম্ফাল হাইগৎলকই। জুন থাগী যুমশকৈশা অমগী নুমিদাং পুং ৮ মুক্কি মযাদনি। মাগী জীপতু ঐনা থৌবকই। নুমিত্তু ওফিসকী জীপ চুডাচান্দপুবদা সাইট যেংবা চৎনখিবনি। হল্লক্লবোই মাঙজৌননা হাযবন্নবনি।"

অংকল মখা তানা ব্রাবী লিখিদ্রে। চাউবপ তৌবা পেগ অমা চিংশিল্লগা তুমিন্না লৈখ্রে। নিশানা শান্নখ্রবা মিৎকুপ অদুমক্তি ওইদ্রি। ঐসু মখাদি হাযনা হংবা ঙমদনা অদুনক লৈবি। ঙহাক লৈবগা মহাক ঐঙোনলেনদা যেংখৎলকই। ঐঙোন্দা যেংবা ওইবমদ্রে। ঐবু ফাওদোক্তুনা যেংখিবনি। কবিবু যেংলিবা ? কবিবু উবিবা ?

—"মখাদি অংকল ?"

অংকলনা পেগ অমগমুক চিংশিল্লগা ব্রাবী মখা শমথবকই —

—"নম্বোল যৌবমদাইদা একশিদেন্ট থোকই। মী অমসু মকোক্তা থোমখীগুম তৌই। দেভিদ অফিং অফায ওইনা জীপতগী কুমথবকই। উইকবা ওইবা তায। হা কৈদৌবে হংলকই। হাযগৎলুববা নিশা হন্থবকই। জীপ মখাদা মী অমা জ্ঞান তাদনা শিববগুম লৈববদুদা দেভিদ তা চেনখ্রসি ইঙ্গিৎ তৌবগা চেল্লকই।"

অংকল স্বব অশাংবা অমা হোন্দোক্লগা মখা অমুক চথবকই —

—"কবম্না ইম্ফাল যৌগদগে খল্লুবদা স্টেনো নীংশিংলকই । মাগী যুম তান্না লাক্লগা প্রপ-প্রপ মাঙ্গোল তান্না চঙশিল্লুই। মহাক ব্রাই তৈদুনা লৈবমই। দেভিদ ফাওবা তাহন্দনা থোকখিবা থৌদোক্কুগী ব্রাবী খব শান্নকুববা মতুংদা মপুবোযবগী মোটোব সাইকলগী শো শিন্নবকই।

ব্রাবী লেপখ্রে। পেগ অমগসু চিংশিনখ্রে। টেবলদা লুকথখিবদগী হঙ্গৎলকখিদ্রে।

মতুংগী অনিবক মঙাবক উনবা ফাওবদা অনকল ব্রাবী মখা লীদে। নোংমদি ঐহাক্লা যাম্না হংনীংনা হংলুই।

—" অংকল নম্বোলগী একশিদেন্টতু কবম্না থোকখিবনো?" ব্রাহংসিগী পাউখুম ওইনা মহাক্লা ব্রাবী শমথবকই —

—"খববগী পাউ মতুংইন্না জীপ নম্বব ২৫৫৭ একশিদেন্ট থোকপদগী নিপা অমা শিবে। জীপ অসিদি ঐনা একশিদেন্ট ওইখিবা জীপতুনি। ঐ নুমিৎ হুমনিগী কেজুযেল লিভ লৌথোক্কুনা ঈ-পাউ লৌনবা হোৎনৈ। দেভিদ সু লাকখিদ্রে । মোটোব সাইকলদু যাম্না লোন্না মী খব নেক্কুনা থিন্দোকহল্লুই। মখোয মোটোব সাইকল থিল্লমদনা তনহন হল্লকই। মখোযগী পাউ মতুং ইন্না একশিদেন্টতা শিবিবা নিপাদু ইমুংদুগী মীনি । নুপীদুগী মপুবোযবনি। জীপতুসু মৈ থাদোকখ্রে।"

অংকল ব্রাবী অমুক লেপখ্রে। অদুবু ঙৈহাক্কি মনুংদা নাকোযননা ব্রাবী অমুক হৌবকই —

—"নম্বোলগী একশিদেন্টতু দাইভবসন বোদতা থৌগদবদুগী মহুত্তা চুমদ্রিং থৌজিল্লুবনি । শাবা লোইদ্রিবা থোঙদুগী মখাদা লৈবম্বা নিপাদু মনুং অচৌবা থেমদোকপা ওইফম থোকই।"

অমুকসু লেপখ্রে, অমগসু চিংশিনখ্রে। অদুবু ঙসিদি অংকল থৌনা যাম্না ফবি। ব্রাবি মখা চথজে —

—"ঐ ওফিস কাবা হৌবে অরুবা থবকশিং লৈবনা। কাবা নুমিত্তগী বিশেনপুবদা হোল্ট তৌদুনা লৈবে। শোবাৎ লোইববা মতুংদা স্টেনো ওফিস কাবকই। ঐনা মাবু কৌই। মহাকসু ঐগী কাদা লাকই। ঐহাক মায হঙ্গৎপা ফাওবা ঙমদনা লৈ । মহাক তুমিন্না ফম্লি । ইতাউ তাউবা মাল্লি।

পল্লেপফম ইখঙ খঙদবগুম বাদি হৌদোক্তবা যাদবনিনা মহৌশাগী খোঞ্জেলদগী খব নিকলপনা হৌদোকলুই —

—"শোবাৎ লাকপা ঙমখিদে, পোৎযেংদি খব তৌজখিবনি।" মহাক তুমিন্না অদুমক লৈবি।

—"লানখিবা পুন্নমক্তু ঙাকপিবো। অদুগা ঐসু কবিনো খবদি তৌজগে। গাডীদুদি ঐনা থৌবকপনি।" স্টেনো যেংখৎলকই, বাদি ফোঙদ্রি।

—"নহাক্না খঙনা খঙনা তুমিন্না লৈথোকপসিনা ঐবু অনৌবা মপোক অমদা পোকপিববনি। ঐবু ঙাকপিববনি। নঙোন্দা ঙাকপিযুসু হাযজবি। ঐহাক নহাক্কিদমক্তা লুপা লাক্ষ অমদি থৌবাং তৌবি।"

—"শেলদি পামজদে।" মহাক মমাঙঙৈগী মমিৎ থকপীদুদি ওইদ্রে। যাম্না চীং লেমখ্রে, ইতাউ তাউবস্নদুসু মাঙখ্রে।

—"অদুদি অপাম্বদু হাযবিযু। অঙম্বা মতেং পাংজগে।"

—"ফিবোয লোইদ্রিফাওবদদি খাঙজখিগে। ফিবোয লোইববা মতুংদা ঐ লাকর্চখিনি।"

বাহৈসি হাযবল্লগা থোকখ্রে। বাদি মপৃঙ ফাখিদ্রে। অদুবু মাগী মিৎযেংনা অমবোমদা মপৃঙ ফার্হল্লি। শোবাৎ মতুং কুইদ্রিবসিদা পল্লক্লিবা বাহৈনা তাক্লিব' অনীংবদুদি অঙকপনি। মপৃঙ ফাখিদ্রবা বানা তাক্লি — মহাক্না ঐবু যুস্বানমিন্নবা পামই।

মতমদু অহল লমনগী চাডববা আশাগী মখাদা ঐ যুম পান্দ্রি। ঐঙোন্দা নস্তবক্লিবসি ইমা ইপাগী হিকতোকপা যাদ্রবা যাথং, মপুরোযবা মাঙহনখিবগী বাকৎ অমদি ব্রাকৎতুবু মপৃঙ ফাহনবদা লোযনবক্কদৌবিবা সমাজগী মীনোক মীশা অমসুং শিংদবা যাদ্রবা লমন অমত্তা চিথদ্রে। পোৎলুমশিং অসিনা অমমমতা ওইনা ঐঙোন্দা চৈনাখোল পাবি। নীংবু নীংশিংলুববদি হৌজিকসু চৈনাখোল অসি যৌবক্লি।

পিকলপ তৌবা পেগ অমগা অমুক চিংশিল্লদুনা অংকলনা ব্রাবী শমথবকই—

মতুংগী ওফিস নুমিৎ অমদা অমুক ঐনা মাবু অমুকসু কৌই। মমাঙদা চাম। চৎপী বন্দল তবা থল্লদুনা ঐনা হায—

—"শেনসি লৌশিল্লু। মসি ঐগী অঙম্বা মতেংনি।"

মহাক্না ঐবু চাগদবদৌনা য়েংলগা হায়রকই 'ঐবু করেম্নবিরিবরা?' ঐসু ইচংথৌনা খুল্লুই —

— "করেম্নবা নত্তে। থম্মোই শেঙনা নঙোন্দা পিজবা মতেংনি। মসিনা মতিক চাদ্রবদি তাকপিয়ু ঐনা পাংবা ঙম্বা মতেং পাংজগে।"

— "ফিরোয় লোইরবা তুংগী ৱানি। হৌজিক্কিদি ৱাকৎ লৈজদে।"

— "মদুমক্তি হায়বিরনু। মদুগী শরুক ঐবু জেলদা থাজিনবিয়ু।"

— "মদুম্না নীংখিবদি লৈতে। নীংলম্লগসু মতম হেনখ্রে। মদুনা নহাক্কিসু ঐহাক্কিসু অমাঙবনি। ঐনা হায়জরিবসিদা ঐবু লমচৎ নাইদবীদি তাহনবিগনু। ঐগী পুক্সিগী অৱাবদা শরুক য়াবিয়ু হায়জবতনি।"

মহাক অরেপ্পা অমা য়াওনা চঙশিল্লক্লে খঙলবসু ঐনা অরোইবা ওইনা থেমখিবদি মাগী লৈখিদ্রবা মপুরোইববু পল্লদুনা —

—"নহাক খোমৈবু নুংশিদ্রা?"

— "করিগী নুংশিদনি। নুংশিদনসু ফংলরোই। ফংলরোইদবদুগীদি ঐ ৱাকবা হৌনদে। ঐনা পামজবদি আত্মাদু নত্তে। অহিংবা থৱায়দুনি। হকচাং কায়াংতা খেন্নবা থমফম থোক্কে। ঈশ্বরনা শেম্বনি। অমগী মহুৎ অমনা শিনবদা পাপ লৈতে। মদু শিনবিনবা হাযজবনি। ইপুরোইবা পীয়ু হায়জরোই। ইপুরোইবা ওইবিয়ু নিজবতনি।"

— "মদুমদি ঙাকপিয়ু। মদুদি ঐ শুকঙম ওল্লোই। ঐগীসু ইমা-ইপাগী চাউরবা আশা লৈরি।"

— "ফরে, ঐবু অমুক হন্না য়েৎপিরনু।" ৱাহৈসিগা লোয়ননা মহাক থোকখ্রে।

নুমিৎ অসিদগী মহাক ওফিস কারকখিদ্রে। মাগী ঈ-পাউসু তাখিদ্রে। ঐ নুংঙাইতে, নীংঙমদে। নীংঙমদবসিগী মহুৎ শিনবিনবা পোৎশক্তি লংজরুবা পাপকি প্রায়শ্চিৎ নত্তনা অমমুক লৈত্রে। ঐহাক ইশানা খঙনা লংজরুবা পাপকিদমক চাউরবা জেলগী থোঙজিন্দা লেপ্পুরসিরা ফাওবা খল্লুরবনি। ঐনা খল্লিবদু থবক ওম্থোক্কে নীংনা লৈবিঙে নোংমা ওফিসতা চিঠি

অমা থুংলখি। হাংদোক্লুবদা খঙলে। বিজাইনেসন লেত্তবনি। ব্রাহে পেবা অনিখক্কি লৌথুপ লৌকোয লৈতবা বিজাইনেসন লেত্তবনি।

— "জেলগী চেকপলনুংদগীসু হেনবা অব্রাবা লৈত্রববা?"

ব্রাহং অসি ব্রাবী লীবিবা অংকলনা মাগী ব্রাবী লোইববগুম ঐঙোন্দা ওনশিল্লক্তুনা হংলি। ঐহাক ঙকপদগী ঙকপা থেংখ্রে। অংকল মশাদু মহৌশাগা ইমান মান্নদনা লেকথখ্রে। খোঙউপ লৌথোকপিবগা ফমুংদা থাঙ্গৎপিবে। ফি শুপচিনবিবে।

মাগী ব্রাহংগী পাউখুম থিবদা অতিংদুমা হৌখিবা খঙহৌদে। নোংঙাল্লবদুদা অংকলবু হৌদোক্লুই। খুন্নক্তবদুদা মশা নোম্না অমুকসু হৌদোক্লুই। অংকলগী তকচাংদু অইংবা ফাউই। চিংনবা অমা যাওনা মমিৎ-মমায, মখোঙ মখুৎ শোক্লুই। মফম পুন্নমক্তা অইংবগী অইংবা ঙাক্তা। চঙশিন্দুনা নাকোংনা নাতোন্দা থেংলুই। নুংশাস্বব লৈবমদ্রে। মতমদুতদা অংকলগী বাহংগী পাউখুম লাকখি –

— "চুম্মি জেলগী চেকপলনুংদগীসু হেনবা অব্রাবা লৈ।"

*ইবা হৌখিবা তাং ১৭।১১।৯৫ ইং*
*ইবা লোইখিবা তাং ৭।১২।৯৫ ইং*

লোইববা



# অইবগী মরমদা :-

জে: এস: কোন্সম

Certificate Name : কোন্সম জিলা সিংহ

Pen Name : জেঃ এসঃ কোন্সম

পোকপা তারিখ : তাং ৮/১০/১৯৫৪ ইং

পোকপা নুমিৎ : ইরাই

রাশি : মকর রাশি

পোক্নফম : খুরাই কোন্সম লৈকায়, ইম্ফাল ইষ্ট

পশ্নৌ : (L) কোন্সম অভিরাম সিংহ

পলেম : কোন্সম ওঙবী তোম্বী দেবী

লোয়নবী : কোন্সম ওঙবী লোইতাং দেবী

মচানিপাশিং : সমরজিৎ (বুবু), বিশ্বজিৎ (অয়াউবা), প্রেমজিৎ (তোম্বা), প্রিঅজিৎ (কম্বিতোন), প্রিথিনন্দন (ইচাতোম্বি, প্রিথিবা, মঙ্গাতোন)

শিনফম : Government Servant (মায়থীরবা ইঞ্জিনিয়ার) হৌজিক হৌজিক Electricity Department (Manipur) দ Executive Engineer ওইরিবা

Qualification : 1) B.E. (Electrical), Calcutta University
2) MCA (Distinction), Manipur University
3) Member, Institution of Engineers (India) MIE

মীয়ামগী সেবাদা : 1) আকাশ বানী ইম্ফালগী শৈরেংবা
2) Life Member, Manipur Bridge Association
3) Life Member, নহরোল সাহিত্য প্রেমি সমিতি, ইম্ফাল
4) Member, Modern College Development Commitee, Imphal East

শোয়রিবা খোঙথাং : শাউগনবা অমদি লাম্চুরবদি কিগনবা, মায়খোঙদা লাম্চুরে ফোঙদোকচরকপা ॥

পামজবা : ভুমিন্না হিংচবা, নীংজ্না যাখল তৌজবা ॥

পীথোরকপা : মৈতৈ মচা অমা ওইনা পীথোরকই ; ময়াং ওইগে য়াররোই॥

হকচিনবা : মীবু হক্না উবশিংদা হকচিন্না লৌই, অকিবসু ফাউদে॥